# ৱাহৈ খরদং

ঐগী "অনুতাপকী মৈত্রীনুংদা চিত্রা" হায়বা উপন্যাস অসি ঐনা য়াম্না খঙজ-হৈজহ্নুনা অমদি মসিমক্তা সমাজগী অমোংপা কয়া শেংদোকপা ঙমগনি খন্দুনা ইজখিবা নংচদে। ঐগী পুন্সিদা নীংঙমদবা থোদোক অমথক থেং-নখি, মতুংদা মুক্ষম ওইরগা লাইরিক অসি ইজখিবনি। মসিদা কনাগুম্বগী পুন্সি ৱারীগা মান্নবীবা য়াওরবস্নু মসি উপন্যাসনি খন্দুনা ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি ১৯৮১ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৬, শগোলশেল নুমিৎকী নুমিদাংদগী ইবা হৌজখিবনি। ইবা লোইরবা মতুংদা য়াম্না কুইনা ফোঙ-দগী আশা লৈরমদে মরমদি মসিদা চঙগদবা শেল লৈজদবনা। অদুবু ঐগী শাগৈগী ইনাওশিং অমদি মরুপ-মপাংশিংনা ঐবু শোৗগৎপিখি। মখোয়গী পাউত্তাক কয়াদগী লাইরিক অসি ফোঙনীংলকখি অমসুং ফোঙবা ঙম্বা হোৎনজখি।

ঐগী লাইবক থিবনা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনজবদা খুদোংথিবা খরস্নু থেংনখ্রে। অহানবা খুদোল তমজবা ওইবনা ময়াম্না পাবীবদা ৱাহৈ-ৱাতা চুশিন্নদবা অমদি ৱানানগী মতাংদা অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরবমু ঐবু ঙাকপীয়ু। নীংশিংজনীংবদি লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা অন্নাবা কয়া থেংনবীখিবা অমদি অশোয়বা কয়া শেমদোকপীদুনা লাইরিক অসিবু মপুঙ ফাহনবীবগীদমক্তা বিদ্যাপতি প্রেসকী মেনেজর তামো শ্রীইবোপিশক সিংহ অমসুং প্রেসকী ইচিল-ইনাওশিংবু তোৗবীমল খঙবা উংচবগা লোয়নননা পুন্সিসিদা শিংঙম্নরোইদবা লমন তোনশিজরে হায়না লৌজরি।

ময়ামদা নোম্নকচরিবী —

লাইশ্রম চন্দ্রশখি দেবী।

# অনুতাপকী মৈরীনুংদা

# চিত্রা

—:(*):—

## ওহানবা শরুক

মীওইবা ঐখোয়না হুংঙাইরিবা মতমদদি পুন্সি চুপ্পা রাররোই-দবোই নীংই, ঐখোয়না নিংথৌ হায়বা থন্না চৎনদে, ইশানা ইশাবু কনানম্ম হন্থনা য়েংলুনা তৌদে। তুংদা ওইরক্কদবা অরা-হুংঙাইগী ফোরম কনানবু য়াৎলূনা ঙমগনি। অরাবগী চৈথেং ফংলবদা অরাবা মসিনি হায়বা খঙই, পুন্সিদা খুৎথিরবা মীশক অত্থদি পুন্সিগী লাঞ্জদা মপোকসিনগী মাংনি ওইগনি। ওলাংথাদনা ওলাং মৈশা থাংবা, বসন্তদনা অনৌবা র থংগা লোয়নননা পুক্নিং হকচাং হুংঙাইনা লেনবা মীওইবগী হৌশংনি। মতম মতমগী অরা-হুংঙাইদা তিন-থিবা, শারবা ওলাং থাগী মতম্লি, মীপুম খুদিংমক ওলাং মৈশাবু ওন্না থোইনা থাংলবা — ! অসিগুম্বা থাংবদা রারবা মতমসিদা কনা-গুম্বী নীংবা কায়রবা ইচা অমগী মফমদদি করম্বা চৈনা ফাওরমগনি থনবদা রানিংঙাইগী মশক্নি, অমরোমদা হুংঙাই-য়াইফবশিংনা ওলাং থাগী মৈশাসে, বসন্তগী নামিবা নুংশিৎনা য়ৈবগুম হুংঙাইতুনজা মারক্লি।

ইন্দিরাগী লু-হেল্লবা নীংথিজরবা ড্রেসিং রুম্নি। ইন্দিরা ড্রেসিং টেবল অতগী মমাংদা লেপ্লদুনা নীংথিজরবী শক্তম অদুবু কদায়দা শোয়বা য়াওবগে হায়না লৈনা লৈনা য়েংলি। করিগুম্বা অমা থংনীং নীংশিংলকপগুম তৌখি. আলমিরা মথক্তা লৈরিবা চেগী ময়োম অদু হাংদোক্লুনা য়েংই, ছ রি অদু তপ্না তিংথোরকই. মপুক-নিংদা হরাওজে, মথন্তা শোঞ্জখি — ঐথোয় তামোসি ফি লৈবা ওন্থোক্লা হৈগ্রেদা, ঐনা পামজবমক হেক থোকই. ছারি ফি অদু শেৎচিল্লি। নোকমি নোকমি তৌরদুনা মিংশেলদা তারিবা মমি অদুদা য়েংই। মাগী মায়থোংদা অরাবগী মমি মচেৎ অমত্তা তাদে। লুংডাই-য়াইফবা ইমুংদা পোকপনা অহাওবতা চা. ফজবতা শেৎ, করিবু রারুনি ওন্থোক্লা কেথোক মৌথোক্লা লৈ। ছারি অদু হোংদোক্লে হায়না মমায় হেক লৈথোরকপদা প্রিয়ানন্দনা,

—এ! এ! ফজরে ফজরে, য়ামবু পকচখ্রেনে ইচলদি, শরুগা ফজবনিনা তৌথোরকপদা ইপক্তা হেক মপকই।

ইন্দিরা থংপ্রেক থংনা ঙেক হেক ফমথৈ। প্রিয়ানন্দনা অমুক মথা ত্তারকই —

—য়াম্নবু পকচখ্রেনে, পামু পাম্লব্র।? ইন্দিরানা ইকাইবোই করিবোই মোমোন নোক্লা —

—য়াম্লা পাম্মে তামো, ঐথোয়' তামোসি ফি লৈবকা য়াম্লা হৈ, হয়েং ইনম্মা লাক্লগা য়াম্না হৈগদৌরিদা —।

—মসি অঙাংস্নিনা ঙাঙা রাদি। প্রিয়ানন্দনা ইকাইরপ তৌনা মোমোন নোক্লা হায়রকপনি।

—অওইবনি তামো, মসিগী ছারিসে য়াম্না ফজেয়ে।

—হোয়নে, ঐনা লৈবদি ফজবতা লৈবনি।

—অদুনবু হয়েং হৈগদৌরি হায়রিবনি।

—উম, অদুদৈদি নঙ চৈ লাক্লনি।

—অচুম্ববু হায়বীবনে। (প্রিয়ানন্দা তৌফম খঙদনা নোক্লুনা লৈরে, অমুম্না মখোয় অনি ফাগী ত্তৌনদুনা নোক্লিখৈঙদা চিত্রা চঙলকই। মাগী মিৎয়েংগী মপামক্তদা নন্দনা নোক্লুনা লৈ স্বত্ব উখি। চিত্রাবলি ইকাইবনা লেপ্পা ঙম্লক্তে, চঙলুদনা হনগ্রসিরা হায়না খল্লি। চিত্রা অশাবা নুংগী মুত্তিগুম চপ লেপতুনা লৈরে, মতোমতা তুমিন্না শোনজখি — ওন্থোকপনি, ঙসিসু ইকাইবগী লুরবা কোমথুংসিদা ইশানা ইখোঙনা থোংনা লাক্লুনা কুম্লরে, করিনুংগী মকমসিদা চঙলকলুবা। চিত্রাগী থম্মোয়দা নন্দবু বিরেন্দ্রনি হায়না খনখ্রে। করম্মসু খল্লোই, ওন্থোক্লসু মান্নে। খেন্নরিবা হায়ববু প্রিয়ানন্দনা খরা রাংবা অমদি মশা-মউ ফবা খিত্তং হেল্লি মসিতনি। অদুসু ফমদুনা লৈরম্বনা খেন্নবদু খঙবদ্দা রানা থোক্কনি। চিত্রা চঙশিনবসু ঙমদ্রে, হন্দোকপসু য়াদ্রে। মাগী থম্মোয়দা বিরেনগা ইন্দিরাগা মরি লৈনবগুম খনব্রে।)

অমুম খঙাননা লেপ্লিখৈঙদা নন্দনা চিত্রাবু উরকই, মখোয়নিগী মিৎয়েং মিৎচানখি, নন্দনা চিত্রাবু মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি, চিত্রাদি ইকাইজবনা খাঙবা ঙমখিদ্রে। নন্দনা ইন্দিরাদা মী লাকই হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরম্নগা থোকখ্রে। ইন্দিরা চেন্থোরক্লুনা ইকাইবগী তেন্না পান্দুনা লুরুক্লুনা লেপ্লিবী চিত্রাদা য়াম্না ঙাইঙমদনা কৌরকই —

—হৈমা, চিত্রা উদবা কুইরেদা, চঙলকও ইমুংদা ফমসিলাও।

অতুদতা চিত্রা জ্ঞান খঙতা তারকই, তপ্না মখোঙ থাংজিল্লকই, নোক্লীংত্রবা চিনবালদুনা খিত্তং লেঙলগা মোমোন নোকই। ইন্দিরানা চিত্রাবু ইমুংদা পুশিন্দুনা সোফাদা ফমহল্লি, অদুগা হংই —

—কদায় চৎলুবনো নঙবো, ঐখোয়দা চুম্না লাকপরা?

—থবক অমা চৎলুবদগী উনদবা কুইরে হায়দুনা চঙলকপনি। কমদৌরি হুংঙাইরিদনা?

—ঐগদমক্তি য়াম্না হুংঙাইরি হায়বা তারে। নঙবু কমদৌরিবগে, খরা হুংঙাইরবরো, নঙগী মহৌশাগী হুংঙাইথোকপা হৈতবদুবু হৌজিক ফাওবা তৌরিবরা? চিত্রানা মোমোন নোক্লা —

—তৌদ্রেদা, হৌজিক্তি হুংঙাইবা য়াম্না হৈরে, শিবা ঙাইবদা য়াম্না রাবদা মঙাইরে।

—নহাক্কী থায়নগী মকুপতুবু হৌজিকফাও কাওদ্রিবরো? কয়ামুক ফজবজাৎনো, অমুক্তা মশক খঙনীংগ্রেদা, নত্তে হুপাহুবু লুহোংদ্রিবরো? (চিত্রাগী ইকাইবগী মতৌদু উবদা ··· )

—চিত্রা নঙ শাওরক্কো, মতুংদা অমুক পল্লরোই। অদুম ফম্নমখো ঐ চা লৌরুখিগে।

চিত্রানা মথন্তা রাখল তৌই — তামোসি ইন্দিরাগা করিমতা কোইনদবগী মওং মাল্লি, কমদৌনা মফমসিদা চঙদুনা ··· ··· ···। কেন্না হংলগে, য়াম্না ফরে অতৈ তোক্লগা ইন্দিরা ওইনা লৌরবদি য়াম্না ফবা রানি, মা ঐদি অনত্তনি, ইন্দিরা ঐগী চান্নজবী ইমান্নবীনি, মানা হুংশিনবা থুংনরবদি ঐগী থুংনবগা অক্মানি, অদুবু তামোসে

মমিৎ থরদি য়াম্মী। অসোমদা শয়াম্ন ঐগুম্না চৈনা ফংলম্লোইত্রা?
চিত্রানা মথন্তা মওল মওল পঙথন্দা থল্লি। ইন্দিরা চা কপ অনিগা
চানবগা পুত্থনা থোরক্লে। মথোয় অনি রারী শানা শানা চা থক্লি।
চিত্রাদি ইহৈ হৈনীংদনা উই, ইন্দিরানা চিত্রাদা য়েংলগা —,
— হৌজিক সিদা ফম্লম্বা মুপাত্থ উহৌবরা?

চিত্রা রাহংথনা হান্নগী অরাবত্থদা মৈচ ক হাপ্লগুম থোক্লে, খুম-
দবস্থ য়াদ, করিহুংগী চঙলকলুবা হ ২৭৬ মৌখ্রে য়াম্না হৈনীংদনা —
— উম, উহৌই। ইন্দিরানা মথা তারবই —,
— মহাক ঐগী ইবুংনি, ঐখোয় পাবুংগী ময়াম্বনা পোকপনি, উরি-
ষ্যাদা বিঃ ইঃ তমলুবনি, কোর্শ লোইথনা ঙরাংতা থোরকপনি।
মশক থঙনৌ নোংমা নখোয়দা লাকমিন্নগে, ঐদি নঙসে ঐখোয়
তামোগী ইনম্মা ওইনীংই হায়থনা মামিদা তোইনা হায়রিবনি।

ইন্দিরানা চবেং-চবেং পঙাংদা ঙাঙই। চিত্রা হোয়স্থ হায়দে,
মাইস্থ হায়দে, অত্থম তুমিন্না লৈ। ইন্দিরানা ঙাঙলকপশিংথু তারগা
চিত্রা রানা পুরক্লবা অরাবগী পোৎলুম অমদি থাংথখিবগুম তৌই,
রাখল মকা লামজৈ, তপ্না হায়খি,
— ওস্থোক্লা মান্নখ্রেদা!

চিত্রানা হায়খিবত্থ ইন্দিরানা শোন্থাংননা তাহৌথনা,
— কনানো মান্নরিববো, ঐখোয় তামোবুরা? চিত্রানা খিত্তং ইকাইনা
— নখোয় তামোগা চপ মান্নবা মী অমা থেংনখ্রে, ঐদি মহাক ওই-
রবোই নীংলুরে। ইন্দিরানা মোমোন নোক্লা,
— তামোগা মান্নবা মুপাত্থ মশক খঙনীংখ্রেদা।

—নোংমা খঙউ।

—হায়রিবসিনদি নহাক্কী মমাংঙৈগীদুগা ......। ইন্দিরানা হায়বা লোইফাম্রিঙৈদা চিত্রানা,

—হুঁ নত্তে, মহাক অদুদি ঐনা হোৎনদুনমু ফংলরোইদবা মীশক্নি।

—হোয়নে, অদো নোংমা চাক অমুক্তা চামিন্নসিদনা।

—চারগা লোইরেনে।

—অদুনদি চৎনবা য়াবা নত্তে, অশেংব'মা হায়রম্মু। নখোয়গীদা চাসিরা ?

—ঐখোয়দদি চাগুমসি, নখোয়গীদা চাসি।

—হোয়নে, ঐখোয়দা ওইরম্মু য়াইনে, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় ইনেম্মখোয়দা লৈরিঙৈদা নখোয়দা চাক হেক হেক চাবদু মুংশিরকই, ইনেম্মা লৈখিদব্দগী নখোয়রোমদা লাকপা খরা লৎখ্রে, অদো শোয়বা য়াদকো, হয়েংলা কৈদৌঙৈনো তামোগা নখোয়দা লাক্কে।

—হোয়নে লাকউনে। ফরে ঐ অমুক য়ৌখ্রগে।

অসি হায়দুনা চিত্রা হৌগৎলক্রে। ইন্দিরানা থোঙ্গালফাওবা থিংন্দোরকই, চিত্রা চৎখ্রদা মাম্নু চৎলক্রে। নন্দনা নোকমি নোকমি ক্লৌরদুনা করিগুম্বা খরা হংনীংনগী মওংদা লেপতুনা লৈরম্মী। ইন্দিরা মীগী মৌতিক-মারৌ য়াম্না খঙই, করিগুম্বা খরা হংগদৌরে হায়বা খঙলদুনা মবুংবু লক্লগদবগী খঙশিন্নদবা শারদুনা তুমিন্না অদুম চঙখ্রে। মতিং মৌপ্পা ওইরবসু মখোয়নি করিমত্তা কোইনদে, মতম অয়াম্বদা ফাগী তৌনবদুনতা লৈ। অদুবু ঙসিদি নন্দনা য়াকম

অসি পাক হেক কাংথোকপা ঙমদে। য়াম্না ডাইরেক্টদ খনখিগদ্রা হায়না ইকাইজে, থম্মোয়নদি হংনীংলি মহাক্কুবু কনানো হায়না, চিনবাল থোক্না হংজবদি ঙমজদে। মী হায়বসি মাগী মাগীদা পচ-শিল্লি হায়বত্নি। সুম সুংবঙননা লেপতুনা লৈংহোরে। ইমুংদগী খোরক্লগা ইন্দিরানা,

—তামো, করি ৱাখলনো অত্থক লুনা খল্লিবত্নবা ?

—করিস্ থন্দেদা, করিবু থন্নি হায়বগেনে ? ইন্দিরানা মোমোন নোক্না,

—ঐদি তামোসে অরুবা ৱাখল অমা খনবা মাল্লুরে।
 নোকমি নোকমি তৌরত্না প্রিয়ানন্দনা,

—নঙদি করম্না খঙলিবা ?

—মীগী মওংনা হেক্তা খঙবা ঙম্মী।

—ইচলদি চাউরক্লবনিনা য়াম্না হৈরেনে।

—হৈরোই হায়না খনবসে হেক্তা হৈনীংলকপা।

—অত্থদা করি তৌরবা ?

—কৈস্ তৌদে, নোক্লীংবা।

—করে অত্থ তৌক্লো, হৌজিক লাক্লবী সুপীনচাত্নবু কনানো ?

—তো অত্থদনিসে, ঐনা ৱাখল খনবা মাল্লি হায়রিবসে।

—হে, চুম্না হংবনি ভাব ফগনু।

—চুমগী ওইরবদি কোন্না খঙজরক্নি।

নন্দ মখা তারকখিদ্রে, ইকাইরমাল্লে তুমিন্না লৈখ্রে। সুংঙাই-রত্না ইন্দিরানা অমুক হায়রকই —

—ঐগী ইমান্নবীনে, ঐখোয় ইনেম্মহোয় অতুদৈনে। কৈদৌরবগে?

—কৈম্ব তৌদে, চুম্না হংবনি। মমিংবু করি কৌবগে?

—তামোগীসি মরৌ লৈনা হংইদা, মানম্মু তামোবু হংলম্মী।

—করি হায়না হংলিবা?

—তামোগা শক চপ মান্নবা মী অমা থেংনপ্রে হায়য়ে।

—অতুদরা? প্রিয়ানন্দগী রাথল ইরাং লাংই, অমুকম্মু হংলকই,

—মাগী খঙনবা মীবা লৈব্রা?

—খংদে হৌজিক্কি লৈরমগদ্রা, মহৌশাদি মাগী মুংশিজবা অমা কায়নখিবদগী মুপা অমত্তা মরি লৈনররোই হায়তুনা থমখিদ্রবনি। মখোয় মমাহোয়নম্মু হায়ন-শীংনতুনা লুহোংগনি হায়না তৌরমলবনি, মানা য়াদনদগী তোকপ্রবনি। খঙদেদা মাগী রাসি, ঐনা তামোগা শক খঙনৌ হায়খিবনি, কৈদৌঙৈনোমা চৎলুসি।

প্রিয়ানন্দা ইরাও-মুংঙাইবনা থল্লি, হৌজিকমক চৎনীংই। অমুকম্মু হংলকই,

—মুপাতুদি করি লৈকাইদগীনো, করি মমিং কৌই হায়?

—মখোয় অতুরাইদগী ওইরমাল্লে, বিরেন্দ্র কৌই হায়বনি।

নন্দনা তপ্না শোনখি,

—মখোয় লৈকাইদগী, বিরেন্দ্র, লৈকাই ওইবতুননি।

প্রিয়া মথরাই ইমুং মুংঙাইতে, মপূক্লিংদা খল্লি, ফোঙদোক্তকা মুংশিবা অরাবগী মশক্কি, করম্না ফোঙদোক্তনা থমগনি ঐগী থম্মোয়গী রাসে, মাগী থম্মোয় মশক খঙদনা ফোঙদোকলুরগা ইকাইবা নংতুনা তোক্লগদ্রা? য়াবু য়াবিবক্লবম্মু য়াবু য়াবীরক্তবম্মু,

ফাথবা ঙমদ্রবা থম্মোয়না মাবু হুংশিজৈ হায়বদি ফোঙদোকলুবদা ঐসিবু য়াম্নমক ওইজবা থিবা তারগত্রা ? অতুবু মসি তাইবংগী চৎনবীনি, করিস্থু চিংননিংঙাই লৈতে।

প্রিয়ানন্দা মপুক্লিংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লি। চিত্রাবলি শক্তী লমদা থোইদোক্লা অরাৎপা লৈতনা নিংথিজৈ, ফজবগী গুণ কয়ানা লৈতেংবগুম্না মঙোন্দা খ্বায়দগী তোপ-তোপ্পা থোইদোকপা গুণ অমা চেনবগুম্না মাবু হেক উবা মীশিংনা মাবু কল্লক্তবা য়াওদে, কুচুদি কা হেন্না ঙৌবা নত্তে, মুবস্থু নত্তে। অয়াম্বা মতমদা চণ্ডল সিরি মতেক অমা হুংতিগী হাপ্পী, নোকথোরকপদা য়েংখংবা খজাইদা কুৎতক তৌই, কুৎলিবতুগী মনাকমক্তদা নীংথিজরবা মুরবা শমত্রু অমা তোমথিন ঙাল্লি। মাগী মায়থোং য়েংবদা য়াম্না হুংঙাই, অরাৎপা অমত্তা লৈত্তে। অতুবু হৌজিক্তি মাগী ফজবসি মহৌশাদগী ময়েং তারবনি।

চিত্রা ময়ুম হেক য়োবগা ফমুংদা লোংনা হিপ্লতুনা রাখল তৌই, ওম্বোক্লা মাম্নথেদা, ঙসিগীসিবু মঙলা, মাবু উরুরগা করিগী হন্না হন্না নীংশিংলিবা নক্লা তামথ্রবা মাবু —। চিত্রা মাগী হৌথ্রবা রারী নীংশিংলকই, অতুগা বীরেন্দ্রবু কয়ামা হুংশিরকই, অমুকস্থু রারৌই, ঐনা মাবু কয়াদা নীংজবা, অতুগা মানদি ঐবু মিৎকুপ অমত্তফাওবা নীংশিংবীরক্তে, কম্নাদা লায়না কাওথোকপীথ্রবা। ঐগী হুংশিববু খোঙ্গোইনরগা ঐবু থাদোকপীরম্মী। অমুকস্থু খল্লি, ঐতনা লানবনি, ঐনা মীরা লৌরুবদগী থোকখিবনি, অতু ওইরবস্থু মানা ঐবু ঙাকপীফম থোকই, মীওইবা ওইনা পোক্লবদা লাম্নদকা ঙম্বা কনাকু লৈবগে। মানা ঐবু হুংশিবীরম্বা নত্তে, হুংশিরগবু লাল্লে হায়জরবা

কাওবদা হন্না হন্না ইকাইবা পীরক্তা ? মহাক্না অন্নুক তাথিনা খল্লবা কাওবদা করিগী মাবু কাওভমত্রিবা ! অমরোমদা ঐদি মাগা নক্করি-ভৈদন্নু মাগী অপাম্বগী রাংমদা করিগুম্বা থবক অমতন্নু তৌথিদে, মানা হায়বত্তা ইন্দুনা লাকপনি।

চিত্রা পিরাংতনা থুমহৎখ্রে, নিংথিরবী মিৎস্না অনিহু তপ্না উইশিল্লি, মমিত্তা শং–শংনা উরকই নোংমগী কাওভমত্রবা ইকাইবগী মুৎভমত্রবা দাক অমা হকথ্রবা খোদোক্লো।

বীরেন্দ্রনা মানা থবক তৌরিবা প্রাইভেট ফার্ম অহু য়েংলুসি হায়না তোইনা হায় অহুবু চিত্রানা য়াথিদে। চিত্রা মানা ফনা গুংশিজবা মীশক ওইহুনন্নু পঙচৎ চংমিন্নবা, পঙকোয় কোয়মিন্নবা পাম-থিদে, সমাজগী মীনোক মৈশা কিনা চৎলি। বীরেন্দ্রবু চিংনহুনা মানা হায়বা ইনথিদবন্নু নত্তে। মীওইবগী লাইবক হায়বসিন্নু তন্বা ওম্বা নত্তে, থঙহৌদনা মাগী গুংশিজবা বীরেন্দ্রগা শেৎন-থাইনখি। ক্লায়নন্নবা মতুং মতম খরা লৈরগা নোংমা চিত্রা, মমাগা লোয়নননা মবোকসিথোয়দা চৎলি। চিত্রাথোয়গী মবোকশি অমদি মাম্নো লন্নাইদা লৌ উহুনা লৈবদগী অহুম্নক হোংথ্রবনি। চিত্রা মমা অচানা মফম অহু হেক য়োৌবদা ময়াম অহুনা ইরাং হেক লাংই, মতম কুইনা উনক্লত্রবা মগুন্নুপী অমদি মচাইবেম্মা উবদা। চিত্রাগী মমা শোন্নো, মতম অমদদি য়াম্না কেথোক-মৌথোকচনা হৌরকপীনি, অহুবু হৌজিক্তি লৈত-লাইরগী থ খলদা জুপথিবনা নোংমত্তা হরাও মীনোক ভমজথিদ্রে। নিংথেম চনুগী গুণ পুম্বা মাঙখ্রে, মিংথোক্তা নাঙাইহৌরে।

চিত্রাগী মনাক অদুদা লমতুগী লৈশাবীশিংনা পুমকোয় কোয়-শিল্লি। চিত্রাসু নৌনা খঙনরিবী মমান্নবীশিংতুগা রারী শানতুনা হরাও-ভয়াম্বা ফোংদোক্লি। মখোয়শিং অতুনা অমগী ময়ুমদা অমুক পু, অমগীদা অমুক চং ভৌতুনা মাবু শকখঙ মাংখঙনহল্লি। হুমিং মরিনি মফম অদুদা লৈরে। মরিনি শুবা অতুগী অয়ুক্তা শংগ্রিলানা মখোয়গী প্রাইভেট ফার্ম অতু য়েংলুসি হায়তুনা মখোয় ময়াম মরি মরি লাকমিন্নরে। চিত্রা ভাব মেন ইতা তাদনা মখোয়না চংসি হায়বা খুদিংমক পঙচত্তা মচংলি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা,

—চিত্রাবলি, নখোয় অদোমদা নোংমা কোয়রক্কে।

—কোয়রকউ কৈদৌগে, নোংমতা নত্রবসু নখোয়না ইম্ফালদা লাকপা খুদিংগী চঙলকউ। শংগ্রিলানা চিত্রাদা য়েংলগা,

—চিত্রা নঙোন্দা মী অমা হংগে, খঙগদ্রা ?

—কনানো ? হায়রকউ খঙব্রা য়েংগে।

—লম পুল্লবসু লাপ্পরমগদ্রা খঙদে, ঐখোয়গী ফার্ম অসিদা থবক তৌবা মীনি, বীরেন্দ্র কৌবনি, মী রাং চাউই কুচু ভৌই, য়ুম্নাক্তি কাওগ্রেনে, ফার্ম অসিদা মেনেজর ওইনা থবক পুবা চহি অনি অহুম্লোম ফারে, অতু নঙ খঙব্রা ?

চিলাবলিনা মপুক্লিংদা খল্লি, বীরেন্না থবক তৌই হায়বতু মফম অসিদা ওইবা তারে হায়না। ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই,

—খঙই, ঐখোয়গা য়াম্না নক্লে, মচলসু য়াম্না লৈবনি মশক ফজবা ঙাক্তা।

—হোয়নে, মচলশিং অতুসু খঙনরগে, নোংমা ভামোগা লাকমিন্নগে, ভামোনা কোয়বা হুপীতুসু পুরক্কে।

রাহৈসি তাবদা চিত্রা শ্বায় লাওই, শংগ্রিলানা মথা তারকই,
—ঙসি নঙগা মশক খঙনখো, ফাম অসিদা হল্লক্তা নৌনা থবক তৌরিবীনি, মখোয় অনিসি ওম্থোক্না মুংশিনগ্রে, লম পুনবমু নত্তে অত্নবু মুংতিগী হেক হেক লাকমিন্নৈ হনখিবদমু হনমিন্নৈ।

রাহৈশিংসিনা চিত্রাবলিদি হমাং শ্বায় শ্বায় পাথংলি নীংথিরবী মায়থোং অত্ন থংমক মকশিল্লি, য়াম্না তপ্না,
—মুপীত্নবু করি মমিং কৌবগে ?
— শয়া কৌই, মশক তাকপীগে।

চিত্রাবলি খোঙ থাংজিনবা হঙ্গোইবা পোকই, বিরেম্না করি খনখিগদগে খনংদা। সুম সুম চঙশিল্লকই, গেট ময়াদা লেপলম্বা মুপাহ্নুনা,
— শংগ্রিলা, ইবেম্মা অসিদি কনানো ?
—ইম্ফালদগীনি।
—করি লৈকাইদগীনো. মিংনা করি কৌই।
—শিংজমৈদগীনি, চিত্রাবলি কৌই।
—শিংজমৈদগীনি হায়বা, বীরেন্দ্রখোয়গী অত্নরাইদগীরনে ? ইবেম্মা নঙবু বীরেন্দ্রা খঙব্রা ? চিত্রানা য়াম্না ইকাইনা —
—হোয় খঙজে। মুপাহ্নুনা,
—লাকও লাকও অত্নদি ঐগা চঙমিন্নরসি, মাদি আদবু লৈরে তু।

চিত্রানা হেক য়েংশিনখিবদা বীরেন্দ্রনা রুলগী শংবান্নবা মচুগী টুপী অমা উপ্পগা লেপ্পম্বত্নগা হেক মিৎচানখি, ইকাইবনা খাঙফম খঙদে। বীরেনমু চিত্রানি হায়বা খঙত্রিদ্রৈদা য়াম্না মুন্না হেংলমই,

মশক খঙলকপদগীদি মমায় লৈথোকখ্রে, তুং ওস্থোক্তুনা লেপখ্রে। চিত্রাবলিনা মপুক্লিংদা খল্লি, ইচম চম্বা মওংদা মানা কৌরকপা য়াই হায়না, অদুবু মত্তুগী তায়োম্নবদা বীরেন্দ্রনা অভোপ্পা কা অমদা চঙশিনখ্রে। মরকসিদা শংগ্রিলানা শায়াবু মশক তাক্লি, চিত্রাস্তু য়েংলি, কুইনা য়েংবদি ঙমদে। শংগ্রিলানা,

—তামোগা খঙনৈ হায়বদাই, কৌনদ্রিবা করিগীনো ?

চিত্রা পাউখুম পীবা ঙমদে, তুমিন্না লৈ। অমুকস্তু শংগ্রিলানা বীরেন্দ্রগী মনাক্তা চঙলুখিসি হায়রক্লে অদুবু চিত্রানা য়ামনদবদগী তোক্লে। শংগ্রিলানা শায়াদা য়েংলগা —

— করিস্তু ফজন্দবনিদা, তামোনা য়াম্না হেনবনি।

তশেংবমকস্তু বীরেন্দ্র শক্তী মরমদা মঙোন্দা অরাংপা লৈত্তে হায়বা য়াই। কুচু ঙৌই, রাং-চাউই, মশা তনাপ-তনাপ্পী, মমায় কোয়দানৈ, পীগুম গুক্তক তৌই, ঙাঙথোক-শক্তোরকপদস্তু য়াম্না মোং হাদে চীং-লেম্মী। ফজবা মীদি মতম চুপ্পদা ইফদা ফজহনা মরৈবনি। শয়াস্তু মশক ফজদবী হুপীদি নত্তে, মী পিক্তক তৌই, কুচু ঙৌই, মায়থোংগী শরুক অতুদি য়েংবদা অতুম মমুংঙাই। শয়া জলেস্তু মচুগী ফনেক অমা শেংলি, ফিরায় চল্লবা অঙৌবা শাল মতেক অমা ইল্লি। চিত্রাদস্তু য়েংলকই, মখোয়নিগী মিংয়েং মিংচান্নৈ। চিত্রা মরাল লৈরবী অমগুম খঙহৌদনা মমায় ঙাংশিল্লি, কুইনা য়েংবা ঙমদে, মফম অতুদগী য়াম্না থুনা চংলীংলম্মী।

বীরেন্দ্রগী ঙসিগী মতৌসিদা চিত্রা রারোই, মানা ইচম চম্না মচন অমগুম তরাম্না কৌবীরক্লম্বদি কয়াদা পেঞ্জরক্লদবা। চিত্রা

চৎনা চৎনা মঙ মঙলে, মিংকুপ অদুদা থরায়গা হকচাংগা খাইনখি-বগুম খল্লে, নীংথিরবী মায়খোংদো খঙহৌদনা লাকপা নোংগী মপৈগুম্না থংমক মকশিল্লি। মিৎস্না অনিদগী পিরাং মরিক অমা অনিদং লৈমায়দা পোপ-পোপ তাথি। মহৈ মহৈ রারী শা-শাহুনা ফার্ম অদু য়েংবা লোইরহুনা তুংথ-মাংথা মরি মরি খোরকই। চিত্রা তারক্লিবা পিরাংশিংদু ময়ামহুনা উখিনি হায়হুনা লোম্না তৈথোকই, ইকাইবগী তেন্না পাল্লবী চিত্রা ময়ামদগী তুং ইথং থংনা লাকই। মথোয়গী মরক্তগী অমনা —

—কৈদৌরে চিত্রা, য়াম্না রারব্রো নমায় নমিৎকা ঈঙাং ঙাংশিল্লবদি?

—রাদেদা, মুংশা য়াম্না শাবসিনা হুমাং শৌরে অদুননি।

থম্মোয়মুংদা চাক্লিবা মুংগী মৈচাক্তি কনানম্মু খঙবীদবনা মানা হায়রিবহু অচুম্বা ওইরবোই মনীংই। শংগ্রিলানা —

—তামোখোয়গী ইমুংসিবু য়াম্না রাব্রা চিত্রা?

—রাদেদা, য়াম্না মুংঙাই। কনানা করি হায়জিনবীরবগে?

—হুম, হায়দে কনানম্মু, ঐনা মুম মানবগী রানি।

—মহাক্না য়াম্না চম্না লেনবসিদা নঙনা লান্না থনবননি। ঐদি মানা সিদা থবক তৌরিবসে য়াম্না ঙকই, মতম কুইনা থবক তৌজরোই হায়দুনা লৈরম্বনি, ওন্থোক্না থাজদে অম্মুক লাপ্না থবক তৌরম-শগনি হায়বা। চিত্রানা শেম-শাহুনা খুম্মী, মথোয়নম্মু থাজখি।

থৌদোক অদুগী রারী কয়াদু নীংশিংলুরগা চিত্রা খাংবা ঙমদে। অতমম্মু ফনা খেংলে, তপ্না হৌগৎলগা মপান থোরক্তুনা মাঙ্গোলগী উখোক্তেন্দা খারহুনা লেপ্পী। তরামরিনি পম্নবগী থাজনা চিত্রাগী

মতৌ য়েংনীংহুনা মঙাল শন্দোরক্লি, থাবলগী মেংলবা মঙালদো চিত্রাগী থম্মোয়দদি ওল্লাং মৈশাগুম ওনশাওনখ্রে। মঙ্গোল দারীদগী তপ্না অমুক কুমথরক্তুনা শুমাং মতোন্দা অমুক লেপ্পী। ইমুংলোমদগী মমান্না কৌরকই, —ইবেম্মা, চাক চারসি লাকও। চিত্রা তপ্ন-তপ্না খোঙ থাংজিনথি।

মতম্না অম্নুম হৌখ্রি। প্রিয়ানন্দগা চিত্রাগা শক খঙনরে। ইন্দিরাগা নন্দগা চিত্রাখোয়দা তোইনা লাকই। নন্দনা চিত্রাগী মফমদা ঙাঙলকপা রাঙাং য়েংলকপা মিৎয়েং ওম্থাক্লা অর্থ লৈনা শীজিন্নৈ। অদুবু চিত্রানা মহুদা থোইদে ক্লা লুনা খল্লুদে। বীরেন্দ্রগা শক মাম্নবহুদা মাবু মবুং অমগুম হুংশিজে, করিমত্তা কোইদে, ইচম চমখোকই, অদুবু নন্দগী মিৎয়েংগী অর্থ খঙদবদি নত্তে।

নোংমা অয়ুক অমা নন্দগা ইন্দিরাগা লাক্তুনা চিত্রাবু চাক চামিন্নসি হায়হুনা লৌবা লাকই। চিত্রাস্নু মফি হোংলহুনা মখোয় অহুম জীপ্তা লাক্লে। প্রিয়ানন্দগী রাখল হরাও হুংথাংবগী ঈথক ঈপোমদা ডিল্লি। নন্দগী মপাবুং মতমগী ইরাং খঙবা মীতানি, মশা য়াম্না নাল্লি, কোই মতেক অমা থাকই, ময়াম্না অচৌবী এস, পি, হায়না অতম খঙনৈ। ইন্দিরাখোয়গী মপাবুংগা মচিন মনাও য়ুম পুন্না শাই, মতমগী য়ুমশানি, য়াম্না মওং তাই। হেক য়েংশিনথিবদা মায়োক্লবদা লৈরিবা অরাংথংবা অচৌবা কাহ্ নন্দগীনি। য়ুম য়োরক্লবদা ইন্দিরানা চিত্রাবু নন্দগী কাহুদা পুশিল্লগা ফমহল্লে। নন্দস্নু করিস্নু কোইদনা চঙশিল্লকই। ইন্দিরা চাক শিল্লুখিগে হায়-হুনা খোকখ্রে। চিত্রা প্রিয়ানন্দবু উরুবা মিৎকুপ খুদিংগী বীরেন্দ্রবু

নীংশিংনবগী মচাক ওইরি। ঙসিদি চিত্রানা নন্দবু য়াম্না ইকাইব-গুম তৌই, হৌগৎতুনা মপালদা থোকথ্রসিরা হায়নস্থ খল্লকই। রারী হৌদোক্লদবনা কা অতু ইচিক চিকই। নন্দদি চিত্রানা ঙসি মাগী মনাক্তা ফম্বসে ওম্মোক্লা শুংঙাইজৈ, হরাও শুংঙাইবনা হেন-খিবনা হায়গে খল্লা মতম কয়া শাগৎচরক্লবা রাহৈ খুদিংমক অমত্তস্থ ফোঙদোকপা ঙমজ্রে, ঙম্না কাওথ্রে। অতুবু ঙাইহাক খল্লগা অচিক-পতু থুগাইদুনা নন্দনা —

—শুংঙাইরিব্রা চিত্রা ?

চিত্রাদি নন্দগী রাহংদা খর ঙক্লপ থোকই। অতুম্না হংলকনি হায়বস্থ থাজদে, খুম্ফম খঙদনা তুমিন্না লৈরিঙৈদা নন্দনা মখা তানা হায়রকই,

—চিত্রাবলি, নঙোন্দা রাফম অমতং হায়জনিংই, অতুবু মসিনা নহাক্কী নীংবা কায়নবগী মরম ওইরগজ্রা ?

চিত্রানা য়াম্না ইকাইখুন্ননা —

—তামোনা তাকপীরিবা রাফমতু ঐদি ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

—তুমদবা মী হৌদোকপা লুবনি।

হন্দক্কি চিত্রা খুম্ফম খঙদনা তুমিন্না লৈ।, মাগী থম্মোয়দা বীরেন্দ্রবু ঙসিফাওবদা মিংকুপ অমফাও কাওদ্রি, অত্তোপ্পা কনাগী রাখল ঙদ্রি। নন্দগী রফম অসিগী অর্থ হাম্না খঙলবনি অতুবু, চিত্রানা মশা লিংপা ঙম্নবা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবনি। বীরেন্দ্রবু চিত্রানা থম্মোয় শেংনা শুংশিজৈ, কৈদৌশুংদস্থ কাওথোকপা ঙম্মোই, নক্কা লৈনবনিনা তোইনস্থ উম্নৈ, মাগী মিংয়েংনদি চিত্রাবু হেন্না

খোইরাংহল্লি, মাগী মীনোক্কস্‌ু অমুকহেন্না কণ্ডাওনহল্লি। কারনগে হায়ভুনস্‌ু মুংশিবদি ময়েং তাখিবা লৈতে। অথাপদা শক উনদবা লমদা লৈরম্নবদি খরস্‌ু ফরমগদবনি। তশেংবনি, ঈনাক কৈরাক খুনবা অমদি শক ফজবা ঙাক্তনা মুংশিবগী খল ওনবা য়াদে হায়বসে। বীরেন্দ্রনা চিত্রাদগী য়াম্না থোইদোক হেন্দোকপদি নত্তে। অদুবু বীরেন্দ্রগী মনাক্তবু লৈজরবদি অরাবা কয়া খাংলক্‌স্‌ু, পুন্সিগী মুং-ঙাইবা ফংত্রবস্‌ু বীরেন্না মাবু মুংশিবীরিবমখৈ পুন্নমক স্বর্গগী নন্দন-কাননগুম্না মুংঙাইজগনি খল্লি। অঙকপনি মুংশিবগী লীচিং ... ! বীরেন্দ্রবু মুংশিবগী কল্লবা লীচিং অমনা চিত্রা নোংমা নোংমগী অম্ুম অম্ুম চিংশিনখ্রি, মসিবু করম্না থদংপা ঙমগনি ওইথোক্তবনি। মৈতালবু চান্নগা মচু কোক্তবগুম হন্না হন্না চামহুনস্‌ু কোক্লরোইদবা, মুংনাইত্রবা মচু কয়ানা চিত্রাগী থম্মোয়দা কয়ারক হন্না য়েকশ্রবা বীরেন্দ্রগী শক্তম্নি। হৌজিকস্‌ু চিত্রাগী রাখল বীরেন্দ্রদা থম্লি। নন্দনা চিত্রাগী পাউথুম ফংত্রবদা অমুকস্‌ু মথা তারকই —

—চিত্রা, ঐসে য়াম্না ইকাইবা খঙদবা মীশক অমনি হায়নদি লাম্না লোগল্লু, মসি নঙবু মুংশিবগী চাংনা হেনখিবননি। ঐগী য়ুম-মক্তদা রাকম অসি হৌদোকপগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ নঙবু থম্মোয় শেংনা মুংশিজে, পুন্সিগী ওইনস্‌ু মুংশিগনি। ঐদি রা ঙাঙবস্‌ু কয়া হৈতে, ঐগী রাকমসিনা কনাগুম্বগী মকমদা অয়েংপা পীগদবা লৈরবদি ঐ নীংবা কায়না লৈহৌগনি। ঐগী অনীংবগীদমক মীঙোন্দা ইরাল লঙজবদি ভোরোই, মসিদা নঙনা ঐবু করম্বা মওংদা ইকাইবা পীরমগদৌরি ?"

চিত্রা কবিগুম্বা রাহৈ অমফাওবা খুম্বা ওমদনা য়েংখিবা অমদা য়েংহুনা তুমিন্না লৈ। চিত্রা খাংকম থওখিদে, কন্নমম্ভু হায়দোক্কনি, খম্মোয়গী অশেংবা পাওদম। নন্দনা মখা তারকই —

—ঐনা অমুকম্ভু হায়জরি, নওবু অহানবা উখিবা মুমিং অহুদগী ঐগী থম্মোয়না নওবু মুংশিজখি, পুম্নিদা মুগী কয়া থেংনখ্রে, অহুবু ঐগী খম্মোয়না হায়দোক্কনা থম্বা ওমদবা পুক্লিংগী ইথিল অসিদি ফাওখিদ্রি। অহুগা কনাগুম্বী অমত্তগী মফমদম্ভু অম্মুয়া মুংশি হায়বা রাহৈসিম্ভু পনখিদ্রি। নওোম্বা কোওদোক্লিবসিনা অহানবনি, নহাক্কদি খাজবীরম্লোই, মতম অমদা শোয়দনা খওবীরক্কনি।

ওসাইমখৈদি নন্দনা চিত্রাদা য়েংলমদবনি অহুবু মাগী পাউখুম ফংজ্রবদা হাইফেং য়েংলকই। প্রিয়ানন্দ, চিত্রাগী মতৌদা হায়কম খওদনা ওকখ্রে। চিত্রাগী লুরবী মিংসা অনিদো পিন্নাংতনা থুমহুংলহুনা মায়থোং লুক্কনা লৈমায়দা য়েংহুনা লৈরিভৈদা নন্দনা চিংনবা অমদি ইকাইবগা লোন্ননবা —

—চিত্রা, ঐগী রাহৈনা নওগী নফমদম য়াম্না অকায়বা ওইনা থোক্লরা? (হন্দক্তি চিত্রা থোন নীক্লখ্রা থুম্নকই)।

—তামোনা ঐবু মুংশিবীবসিমক্তনা ঐনা মতম কুইনা নীংজরক্লবা ওয়াশাম্ভু থুংলবনি হায়না লোজ্জরগে।

মাগী অর্থ খওদ্রবা রাহৈহুদা নন্দনা চিত্রাদা য়েংলকই। চিত্রানা মখা তারকই —

—রাজৌবীগম্ভু, হন্দক ম.পাক্কীদি নীংবা থুংহজবা ওম্লোইদোরে। ঐ লুহোংলরোই হায়না লেপ্লে, ঐনা কনাদম্ভু অরাবা পীরম্লোই, কনাদম্ভু য়েংচন্নরোই।

প্রিয়ানন্দ, জ্ঞান য়াওব্রবা মীগুম্না ভুমিন্না লৈপ্রে, ইকাইবগী চৈনা য়ানা খাংলি। চিত্রাসু য়া ভাওখিদরে। কা অতু পুমচিক চিকপ্রে। ভাজাসিদা ইন্দিরানা মখোয় অনিবু চাক চানবা হায়ররে। প্রিয়ানন্দা নীংবা কায়বগী পোৎলুম পুহনা কা অতুদগী থোকপ্রে। চিত্রাসু সুংঙাইতনা লৈহোরে।

চাক চাবা লোইরহনা চিত্রাসু ময়ুমদা হল্লক্লে। য়ুম য়োরক্লগা মথল্লাই ইমুং সুংঙাইভে, মচি মচি খুদিংগী চপ চপ লেপ্পী, য়া-লান অমত্তা ঙাঙদে। মতোমতা খৈ, মী অমবু করিসু লৈত্রবী ঐনা ইকাইবা পীরম্লে, অতোপ্পা ওইরম্লবদি থরসু ফরমগদবনি, মহাক্তি ইন্দিরাগী মবুংনি. ইন্দিরাগা মহাক্কদি কোইনদবনি. ইন্দিরানা ঐবু শোয়দনা শাওরম্লগনি অতুগীসু মথক্তা মহাক্না করাদা ইকাইরমগদবা। অমরোমদনা বীরেন্দ্রগী য়াখল ......, নাকল অনিদগী চাকথৎলকপা মৈরীনা থম্মোয় লকাসুংদা চাকথৎলক্লে। চিত্রা মথক্তা মচি অমদা ভুমিন্না কমছনা লৈ। ভুমিদাং ওইশিল্লক্লে, মুংশি মুৎশিরবা থাবলগী মঙালদা কল্লি। থম্মোয়গী চাক্লিবা মৈরীহুবু অহিংগী লিক্লানা মুৎ-থৎকে নীংগ্রমাল্লে অতুবু অহিংগী মমৈ ওইরক্লগনা থোইনা অহোই-বনা মৈচাকুম হেল্লক্লি। মুৎঙমত্রবা মৈচাক্তু পুরহনা ইমুংদা তপ্পা ইমুংদা চঙলক্লে, অতুবু অরাবহুদি পোম্খাজবা ঙমদে। চিত্রা ভুমগনি হায়বা কাওবঙমপ্রে। ইচিক হল্লবা থেংলবা অহিংহুদা মাগী আল-মীরা অতু হাংদোকুনা করিগুম্বা অমা কম্না থিরি। মখা থংবা কা অতুদগী বীরেন্দ্রগী নীংথিজরবা অয়েকপা শকম অমা পুখোরক্লে। চিত্রাগী মথুংমক্তা য়েক্লখিরনি, মখোয় অনি মরী খৈনত্রিগৈগী মযাংদা।

বীরেন্দ্রগী অশেংবা মশক অছুগা খেন্নত্রবা নোকমিবা শক্তম অছুনা চিত্রাগী থম্মোয়বু ওংলরি। মাগী মিৎমুদগী তারকপা পিরাং মরিক-শিংছুনা অয়েকপা শক্তম অছুবু চামথোক্লবস্থু থোইনা হেন্না মরেক শেংনা উরি। মাগী লম্ফাংলবা র.থলদগী থোরকখি — 'হে অপঙ-বীগী থম্মোয় পানবী চিত্রা, নঙবু মীরায়না খল্লবা মীশক অছুবু করিগী নীংশিংছুনতা লৈরিবা? নশাবু নশানা মাঙহনগনু'। চিত্রা রাথল খনফম খঙদনা মথোল থোক্লা কপ্পি, মথন্তা রাহং কয়াম্ব হংজরি। ঈশ্বরবুস্থু ৱারোই। হায়নবদাই, মী অমনা গুংশিজরবদি মী অমছুনস্থু ... ... ..., অছুবু ঐঙোন্দদি পুম্নমক তায়োম্না শেম-বীবরা হায়না। শক্তম অছুদা য়েংনা য়েংনা মরোল থোক্তবা রাহং কয়াস্থু হংলি — নঙনা ঐবু করিমত্তা ফাওবা গুংশিবীররোইত্রা? ঙসিফাওবদা নঙোন্দা লাঞ্জখিদবীনি, অছুবু নহাক্লা ঐবু ইরাল লেবী অমগুম কয়াদা রানা খাংহল্লিবা, লোইনাইদনা কপহল্লি অহিং গুংথিল নাইদনা। মসিবু ঐনা করি পাপ তৌরকপননো? চিত্রা খল্লুবা খুদিংমক্লা অরাবগী ঈনোৎ হাপ্লবস্থু শক্তমছুদা য়েংলিবা মিৎয়েংছুদি অছুম্মক থম্লি, গুংশিনা য়েংলি। বীরেন্দ্রগী নোকমিরবা শক্তমছুনা নীংশিংহল্লি অমমমতা ওইনা হৌশ্রবা পুন্সিগী ৱারী কয়া।

অহানবা উনবা গুনিৎতুনি। চিত্রাগা নলিগা ৱারী শারছুনা নোকমিন্নছুনা লাকই। তুংলোমদগী সাইকল মথোলচ কনানো থম্না চিত্রানা য়েংথোরকপদা বীরেন্দ্র ওইরক্লে। বীরেন্দ্রগী মিৎয়েংগা চিত্রাগী মিৎয়েংগা মিৎচানখি। বীরেন্দ্রনা চিত্রাদা মুন্না য়েংলম্নগা মখোয়গী গেটলোমদা অছুম চঙথ্রে। বীরেন্দ্রগী মায়কৈছুদা চিত্রানা

মিং কুপ্তুনা য়েংহৌরি, খোঙ থাংলি হায়বা কাওবমখৈ। নলিদা অমুক য়েংলকই, অদুবু নলিনা মঙোন্দা য়েংলক্কদু উক্তা। ইকাইমন্নবা—দুনা মতৌ ইমান মান্দনা অনুম্না হায়রকই,

—নলি, মিত্তা কৈনোমা চঙগ্রে, লৌখোকপা ঙমগদবা মাগ্রে।

তশেংবমকথু বীরেন্দ্রগী মরোল লোল্লবা মিংয়েংদুনা চিত্রাগী চন্নবী থম্মোয়বু মকম খঙদনা লাংতক্লহনখিবনি। নলিদি অওইবা ওইরবোই নীংদুনা খরা ফিংনা—

—করি চঙগ্রবগে? চঙশিল্লকউ য়েংগে।

চিত্রাদি নোক্লিংবনা খাঙবা ঙমদ্রে অদুবু শককম হঙিল্লগা—

—নলি, হৌজিকদুবু কনানো? ইঙক ঙক্লা নলিনা—

—করিনো ইবেম্মা, মিত্তা কৈনোমা চঙগ্রে হায়রগা ওন্ন-তৈননা অমুক হংলক্লবদি, মাগী মিংয়েংনা নঙগী থম্মোয়দা করম্বা পাও-খোং চল্লম্লবগে?

—চুম্না সুম হংবনিদা, নঙসিমা ভাব কগ্রে!

—হোয়নে, খঙদবা য়াদে হায়রবদি হায়জবা তারেদমা। বিজয়েন্দ্রগী মবুং অমা আ মখোয়গী অদিখোয়দা লৈ হায়বদুনে। মাদি সিদা ঙক্লে লৈতবনা মী অয়াম্বনা মশক খঙনদকনি, এম্ন খঙলমদে, নোংমা বিজয়েন্দ্রনা তাকপদগী খঙবনি।

—কয়াম কুইরবগে সিদা লৈবা, অমুক চৎখিনি হায়ব্রা?

—কুইদ্রি লাকপা, সিদা সুম লৈরনি হায়বনি। মখোয় অদিদু মচা অমত্তা পোকচদবনা মাবু য়োকপনি, হৌজিক্তি মখোয়গী অদিদু লৈখিদ্রে, অদুনা আদা লৈনীংদ্রে হায়দুনা সিদা অমুক লাক্লবনি হায়। অসি য়োরবদ্রি ম্লাক্লেনা।

চিত্রানা তপ্না শোনখি — মামুক কজবা, মামুক তুংশিবা, অমুক্তুন্সু লেপ্লখিদ্রি ঐগী মিৎমাংদা। অশেংবনি বীরেনবু হেক উথিরা মিৎকুপ অসিদা চিত্রাগী থম্মোয়দা হায়ফম খওদ্রবা অওকপা অরা-তুংঙাই য়ান্নবা ইথিন অমা ফাওই। মথন্তুগী থম্মোয়দা পাও-হংজে — মহাক অসিবু কনানো হায়না। থম্মোয়দুংদা ফুমহনা থম্বা ওম্রক্তুহনা হংজরবনি নপিদা, অদুবু নপিগী কয়েন্নবা য়াহৈনা থোইনা হেন্না ইকাইখি। বীরেন্না মনাক নক্না লৈরম্বসিনা চিত্রাগী পুক্নিং মকা লামজে। য়ুম য়োরক্লগম্সু হন্না হন্না বীরেনগী মরমদা থল্লি, ওম্বোক্না নীংথিজখ্রেদা। পোকপদগী অমুক্তা উদ্রিবা, মশকন্সু খওনদ্রিবা মীশক অমগী মফমদা অহানবা উবা মিৎকুপসিমক্তদা চিত্রাগী থম্মোয় কংখি, কয়াদা চাউরবা আশা থম্রি।

মতম থরগী মতুংদা চিত্রা বীরেন শকখওনখি, অদুবু অশেংবা থম্মোয়গী পাওদমদি ফোঙদোকলুদবনা অদুম্মক লৈখি থম্মোয়দুংদা। কল্লম্নবু ফোঙদোকনি, ইকাইখিবী তুগীজাগী মপোক্নি। হেনগৎ-লক্লিবা থম্মোয়গী য়ারোল কয়াদি ফোঙদমদবনা থম্মোয়দুংদা কংহনা য়াওবা ভারব্রা? বীরেনগী থম্মোয়দদি অসিগুম্বা ইথিলসি ফাওরম-লোইদ্রা? নত্রগা ঈশ্বরনা চিত্রাগী থম্মোয়বু চাং য়েংলিবরা? চিত্রা বীরেনগী য়াখলনা অরা-তুংঙাই ওইরে, মিৎকুপ খুদিং মাতবু নীংশিংলি। করম্বা মতমদা মাগী নীংজবদুবু খওবীগদগে খনজবতনা শিন্বা ওইহনা মতম কয়া হৌখ্রে।

মোংমা নপি চিত্রাখোয়দা লাকই। চিত্রাগী কাদা প্রপ-প্রপ [illegible]বিদা, চিত্রাদি ফম্মাংদা চুবা মেৎতুনা তুমিন্না কজ্জা কম্নী।

নলিনা তুংলোমদগী চিত্রাগী মমিৎতু মখুৎ অনি চঙহ্নুনা পায়শিল্লি। তোইনা লোয়নবনা নলিগী খুৎশাশিংহু খঙবা ঙম্মী। চিত্রানা মোমোন নোল্লগা —

—নশক খঙলে ইবেম্মা, থাদোক্লোসে। নলিনা থাদোল্লগা —

—উদনা শক খঙবা ঙম্নবদি নহাক অতজ'নমি ওইবা তারে।

মখোয় অনি নোকমিন্নৈ। নলিনা মনাক নকপা চৌক্রি অমদা কয়হ্নুনা হায়রকই,

—থবক চিনব্রা, য়া অমত্তা হায়জগে য়াগব্রা ?

—য়ারগা লোইরেদনা, করি য়ানো ?

—ড্রামা য়েংলুসে।

—কৈদৌঙৈবো ?

—ঙসি, হৌজিক।

—করি হোলদনো, টিকেৎপু লৈরব্রো ?

—লৈরে, ঐখোয় তামোনা ঙরাং পুরক্পনি, পুং তরাগী শোনি, লোইশিন্নবা তৌরো।

—অদো করি হোলদনো হায়বা ?

—জি, এম, দনি। ঐ চৎলগে খুনা থোরকউকো।

নলি চৎরে, চিত্রা হোয়-মায় হায়দনা তুমিন্না লৈহৌরে। ঙাইহাক লৈরগা ঈরু-মায়খজহ্নুনা মফি হোংদোক্লে। নলিশু মফি ময়োল শেৎপা লোইরহ্নুনা মখোয় অনি তুংথ-মাংথা থোকমিন্নরক্লে। নলিনা হুংশা কল্লি, উক্লম লাংবা মকমদা গারী ঙাইরলি হায়হ্নুনা, বীরেনখোয়গী হুকান্দা চঙশিল্লকই। বীরেন্দ্র হুকানগী পোং হাপ্নবা

সো বোস্ন চন্দুনা লৈরম্মী। মতমত্তুদা বীরেন থবক তৌত্রি। বীরেন্দ্র মথুং-মশা য়াম্না হৈ, উরুবা খুদিং হৈগল্লি, থবক শুবদম্বু চিলহাও খিদে, লৈকাইগী অহলশিংনম্বু য়াম্না থাগ্নংনৈ। মত্তুগীদমক চিত্রাগী থম্মোয়নম্বু হরাওজে, মানা তৌথোরকপা খুদিং উরুরগা থোইনা হেন্নত্তম শুংশিজে।

অস্নুম অস্নুম চঙশিল্লকপনা বীরেনগী মনাক য়োৗশিল্লক্লে। মী লাকপগী শউম ফংত্তুনা বীরেন মমায় লৈথোরকই। মাগী মিংয়েংগা চিত্রাগী মিংচান্নৈ, চিত্রা ইকাইত্তুনা লুকথে। বীরেন্দ্র নলি য়াওরিবত্তু থোইনা যেংলুদনা চিত্রাদা অত্তুম্মক য়েংলগা তপ্পগ্না হংলকই,

—কদাই চংকদৌরিবনো ? চিত্রা ইকাইরপ তৌনা —

—ড্রামা যেংলুগে। বীরেন্দ্র মথন্তা শাওনীংই, অমুকম্বু হংলকই,

—করি হোলদনো ?

—জি, এম, দনি।

নলি ত্থকান মমাংদা থারিবা বেঞ্চ অত্তদা চঙশিন্দুনা ফম্মী, চিত্রাদি অত্তুম্মক লেপত্তুনা লৈ। বীরেন্দ্রনা অমুকম্বু হংলকই,

—কনা কনা য়েংগদৌরিবনো ? চিত্রানা নলিদা য়েংলগ্না —

—নলিগ্না।

বীরেন মথা তারকখিত্রে তুমিন্না লৈত্রে, ভাইহাক লৈরগা,

—ভাইহাক্তুং ফমথোদনা, য়াম্না চংনীংলব্রা ?

বীরেন্দ্রগী রাহৈত্তুদা চিত্রা থরা ইকাই অত্তবু পাউথুম পীরুবদি ভমদে, মরু লুবথত্তুনা তুমিন্না লেপত্তুনা লৈ। বীরেন্দ্রনা মিঠাই অনিথক লৌথোরগা মখোয় অনিদা অমমম পী। মিঠাইত্তু পীবগা

লোয়ননা বীরেন্না চিত্রাগী নিংথিরবী মায়থোংদা মিৎ কুপ্তুনা য়েংই। চিত্রা ইকাইবনা হেনমনথিবনা মিঠাইহু লোবা ঙমদহুনা অথুম্বা কয়া হৈনদে হায়জিন্দুনা লৌদ্রে। বীরেন্দ্রনা, অত্থ ওইরবদি ক্বা চাও হায়রম্লগা ক্বা তপকে তৌই, অহুম্ব চাদে হায়হুনা য়াদ্রে। বীরেন শাওনিংবগা ইকাইবগা লোয়নরবা মিৎয়েং অমনা য়েংলগা চিত্রাদা,

—নহাকীসি ঐখোয় তুকান্দগী পোৎ চানীংদবগী রারা?

চিত্রানা পাখৎনা,

—তামোনা লান্না লোবীরে, ঐ তশেংনা চাজদবনি।

—চারম্বা য়াই চারমদবম্বু য়াই, অহুবু ফরে।

নলিনা মখোয় অনিনা ঙাঙনবহ্ল তারম্বদগী,

—অনিসিনা ঙাঙনবসি তাবা ওস্থোক্না নুংঙাইদ্রেদা ঐদি।

মখোয় অনিহু ইকাইনৈ। নলিনা বীরেন্দা য়েংলগা,

—তামো মতৌ মান্দনা থবক য়াম্না কল্লিকে।।

—কদাইদৈনোদা, নঙনা পঙহায়দা হায়জিল্লি, ঐ ইকাইরকদৌরে।

—করিগী ইকাইগদৌরিবা? তামোবুদি অহলশিংনম্বু থাগৎনৈ।

মখোয়না ঙাঙনরিবহু চিত্রা নোবমি নোকমি তৌরহুনা তারি। বীরেন্না চিত্রাদা য়েংলকই, চিত্রানম্বু য়েংলকই, লোস্থোক্লবা মিৎয়েং অনিনা লোম্না লোম্না পাওখোং চন্নৈ। নলিনা,

—রিক্সো অহাংবা অমত্তা হেক লাক্কেদা ঙসিসে।

মমায় থাঙ্গৎতুনা য়েংই। বীরেন্না,

—হোয়নে, অসোমদা মী ঙাইনরম্লনিনে।

বীরেনগী রাহৈহু তাবদা চিত্রা নুংঙাইত্তে, অহুবু তুমিন্না অহুম্মক লৈ। ফনা কুইনা লৈরক্ল তুংদা অহাংবা রিক্সো অমা লাক্লে, মখোয়

অনিমক চৎকদবগী খে ভ থাংদোরক্লে। বীরেন্না রিক্সে হু খাম্বীরি, ক্যাখৎলমদাইদা চিত্রানা বীরেন্দা য়েংলগা,

—চৎলুখিগে তামো। বীরেন্দ্রনা হৈনীংদনা,

—উম, ড্রামা হুংঙাইনি খল্লি।

নলি, চিত্রা রিক্সোদা ক খংখ্রে, ভপ্পা থোবা হৌখ্রে। বীরেন চংখ্রিবহুদা মিং কুপ্তনা য়েংহৌরি। চিত্রানা মমায় থিত্তং লৈথোক্লগা য়েংলকপদা বীরেন্না লেপ্পুনা য়েংলম্বতু উরুরে। লেপ্তুনা চংখিবনা মিংয়েংগী রাংমা লানখ্রে।

চিত্রাগী রাখল ইতাও তাওই। বীরেন্না হায়খিবা, ড্রামা হুং- ঙাইনি খল্লি হায়বা রাহৈ অমদি কোচি থাংলবা অতৈ রাহৈশিংহু হন্না হন্না ভাবগুম তৌই। মণ্ডল মণ্ডল খল্লি, মানা ঐবু অম্মুন্না পঙ্5ৎ চৎলমগদবোই নীংলমগদ্রা হায়না। মরি লৈনব্রবম্ম বীরেনগী রাহৈনা চিত্রাবু লৈতাহন্দ্রে। মথন্তা খজৈ, ঐনা মাবু নহুবা মরি অমা লৈবগুম খল্লিবসিবু করিগীনোঃ, মাগী রাহৈগী অর্থনা করিনো ? চয়েংনরবা রাখল ময়ামহু থুগাইদুনা, য়োরে কুম্লসি, হায়রকপদগী তপ্পা কুমথরক্তুনা হোল্লোমদা লাক্লে। পুং শরা তারহুনা ড্রামা হোরে। চিত্রাদি মহুদা থোইনা খোইজংলুদ্রে। মাগী মিংমাংদা বীরেন্দ্রগী মোমোন্নবা শক্তম অংতা উখ্রে, মপুক্লিংদা খল্লি, মাগা কম্মীরদুনা য়েংবা ওইরম্লবদি ঐগী খম্মে য়না কয়াদা হুংঙাইজগদবা।

চিত্রাগী মনাক্তা ফমলিবা কুপাদুনা মংঙাম্দা চাগদোবগুম মুগা য়েংলি, চিত্রানা অকোয়বদা অমুকুং য়েংই। মাগী মমাংদা ফমলিবা শুম্ভী অদুগা হুপা অদুগগী মতৌ য়েংবদা য়াম্না হৈনজ্রে, মখোয়নিম্মী

হ্রারীদ, তাবদা মথস্তা ইকাইজৈ। তপ্না মমায় লৈশিল্লকই, খল্লুই, অঙকপনি যুগসিগী ইরাংসিদি। মনাক্তগী শুপাদ্না চিত্রাদা —

—ইবেম্মা, কাসি অমুক্তা লোবীয়ু।

চিত্রানা শুপাহুদা ওক্লপ য়েংই, অহুগা য়াম্না লেম্না,

—ঐ কা তৌজদে।

শুপাহু য়াম্না ইকাইনা মথুং অহু চিংশিল্লি। চিত্রা য়াম্না হৈনীংজ্রে, হৌগৎতুনা চৎলসিরা হায়বত্ত য়ৌই, মতাংসিদা নলিনা কমলা পীরকই। কমলাহু লৌরগা নলিদা —

—চৎলসি নলি।

—করিগীনো, ড্রামাস্মু লোইহ্রিবৈতনা?

—ঐদি চৎনীংলে।

—ওাইখো, লোইগদবস্মু কুইজ্রে। নঙবু নশা ওমন্দ্রবরো, য়াম্না হৈনীংদনা উইদা?

—ঐবুদি ওম্মী কৈস্মু তৌদে, হায়রিবা অ:দাস্মু কমদৌরিবগে?

চিত্রাগী ব্রাহংঙুদা নলি খরা ইকাই, ম:গী নাকন্দা হাংলিবা সিট অদু সুনিলকুমারগীনি, মহাক লাক্তবদ্দা নলি শুংওাইতে। নলিনা অকংবা মীনোক অমতং নোক্লগা,

—করিস্মু খন্দেদা মা লাক্তবগীদমক, কোস্নস্মু তরারক লৈরিদনা।

ওাইহাকী মতুংদা ড্রামা লোইরদ্না মী পুম্নমক থোক্লরক্লে। সুনিলকুমার গেটতা ওাইদ্না লৈ। সুনিলবু উবদা চিত্রানা,

—নলি, তামোদি আদা লৈরে, তান য়াম্না চানবু লাক্লিনে।

চিত্রানা ওাওলিবদু থোইনা তাদনা নলি অদুম লাক্লি, চিত্রানা নলিদা য়েংলগা,

— কৈদৌরগে নলি, য়াম্না শাওরব্রো ?

—করিগী শাওগদৌরিবনো, শাওদেয়ে। নঙনা য়েংবা হৈতত্থনা শাওনা উরিবনি।

অস্থুম লাকপনা স্থনিলগী মনাক নকশিল্লক্লে। অমগা অমগা ন্না অমতা ঙাঙনদে, কৌস্নু কৌনদে। চিত্রানা স্থনিলদা,

— তামো, কনা ঙাইবীরম্লিবনো ? স্থনিলনা মোমোন নোক্লা,

—নখোয়বু ঙাইরম্লীবনি, ঙম্না লাক্কে খনবনি, অঙাংনা গারী পুথিত্থনা হৌজিক্তা মানা হেক লাকপগা পম্বদনা লাক্লিবনি। শাওরম্লগনি হায়বদি·খঙলবনি।

—শাওদেদা। মীওইববু শোয়নদবা ঙমব্রনে ? নলিদা শোয়বদা তামোনা ঙাকশীদ্রবা, তামোনা শোয়বদস্থ নলিনা লাম্না লৌরবদি করম্না মরা চেৎনা হুংশিনবা ঙমগনি ?

নলিদি ন্না ঙাঙদে, তুমিগ্না লৈ। স্থনিলনা নলিদা ওনশিল্লগা,

—শাওরস্থসে, ঙসিগীদি ঐ লাল্লে, চৎনবা ভৌরসি, থেংনা হজিল্লবদি চৈননি।

নলিদি তুমিন্না অত্থুম লৈ। চিত্রানা নলিবু মখুৎ পায়ত্থনা চিংখৎখ্রে। গারী অত্থু মথা পাংনা তপ্না থৌরক্লি। নলিনা স্থনিলবু থম্মোয় শেংনদি হুংশিজবনি, অত্থবু খম্বন চাওবদগী ওইনজবতনি। গারীনা লেপ্তনা লাকপনা নলিথোয়গী গেট য়োরে। স্থনিলনা মোমোন নোক্লত্থনা —

—শাওবা ফত্রিবরো ? ফত্রগনা হৌজিকমক পুথিবা তারে, করি হায়গে চিত্রা ?

—হোয়নে হোয়নে, য়ান-য়ানবা ঙাঙনবীরো, ঐদি নাকল অমিমক্তী মীচংনে।

নলি কিবোই করিবোই গারীদগী থুনা কুমথরকই। সুনিলনা,

—অচুম্বা হায়রক্লবদি কিররীনিনে।

—করিগী কিগদোরিবনো, মফম মতম্মনে, শাওবসু ফরে, ঐবু সুম্ শাওহুনতা লৈগনবী মানব্রো? শ্রীকৃষ্ণগী মিৎমাংদা রাধিকানা কয়াম কুইনা শাওবা ঙম্বগে? চিত্রানা সুনিলদা য়েংলগা,

—ঙসিগীসিদি শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাবু কয়াম সুংশিবগে হায়বহু পরিক্ষা তৌরম্বা তারেদনা।

মখোয় অহুম নোকমিয়ৈ। অম্মুম্না ঙাইহাক রারী শাহুনা নোকনীয়রবা মতুংদা সুনিলসু চৎখ্রে, মখোয়সু চঙলক্লে।

চিত্রা মাগী কাদা চঙহুনা ফি-রোল হোংদোক্লে। সন্ধ্যারাত্তিগী মতম ওইরহুনা ইমুংগী অকুপ-অতাই লোইশিল্লগা, ধুপ-থাউমৈ কৎহুনা ঈশ্বরবু পূজা তৌজরে। মাগী কাদা চঙহুনা টেবল লেম্প অহু চুথৎলগা মাগী কাংথোন্দুদা মখোঙ য়াম্বহুনা ঙাইহাক্কং কম্লী নীংশিংলকই, ঙসাই চৎলমদাইদা য়েংনখিবা মিৎয়েং, ঙাঙনখিবা রা, মহাক্কী লংলবা য়াগান্দু উৎলগা চিনবাল লোইশিন-লোইশিন্না নোকপা চীং-লেম্বা মীনোক, শং-শংনা উরি। মরৌ লৈরবা, অর্থ চেল্লবা মাগী রাহৈশিংহু নীংশিংলগা অমুকম্মু মিপাইজে। মঙল মঙল থল্লিঙৈদা মমানা চাক চারসি হায়রকপদগী চাকশঙদা চঙখ্রে।

চাক চাবা লোইরহুনা তুংগে খন্দুনা কমুংদা হিপথরে। অহুবু বীরেন্দ্রগী রাখলনা তুমথকা য়াত্রে। পুলিগী ওইগনি খঙক্রকম্

উজনীংবনা শক্তমদো, তাজনীংবনা মরাহৈদো, খাংঙমদে লৈঙমদে। খেংলবা কনা তাদ্রবা অহিংসিদা, মাগী মথুত্তগী কনানসু মুনঙম্নরোই-দবা বীরেন্দ্রগী মোমোম্নবা শক্তমহু য়েক্কে থল্লকই। ওঝা নাইহুনা তম্নকপা নত্রবসু পীথোরকপগী গুণতনা খজিক হৈজবা চিত্রাগী খুত্তনা তুরি পায়খৎলে। হুংডাইবা রাখলনা মাংওইনহুনা য়েকপা হোরক্লে বীরেন্দ্রগী মায়থোংগী শরুক। মথং মথং য়েক্লকপনা হকচাংগী শরুকসু লোইরহুনা পামজবা মচু কয়ানা লৈতেহুনা য়েকপা লোইর-বদা, করি অশোয়বা লৈরিবগে হায়হুনা অয়েকপা শক্তমহুদা মুন্না য়েংলি। চিত্রাগী মিত্তা অয়েকপা শক্তমহু অশেংবমক ওইনা উথ্র-মাল্লে। তপ্পা হায়রুরি — নহাক্তা ঐগী অমতা ঙাইরবা দেবতানি, নহাক কনাগীসু মপু ওইথিগনুকো। নঙ য়াঙদ্রবা ঐগী পুন্সিদি লৈকুংলা ওল্লবনি। হায়মু নহাক ঐবু হুংশিদ্রা? অয়েকপা শক্তমহু মথানুংদা কোঞ্জে, মিৎলু পিরাং ঈরোইনৈ। নিদ্রা লাইরেম্বীগী থৌজাল লাক্লমাল্লে, চিত্রাবু শুমখ্রে। বীরেন্দ্রগী অয়েকপা শক্তমহু অপাম্বোম নাম্মনা নল্লহুনা তুমখ্রে।

ঈশ্বরনা চিত্রাগী মতৌ য়েংঙমত্রহুনা বীরেন্দ্রবু থারক্লে। চিত্রা অঙৌবা লৈ পরেং অমা পায়রহুনা তুরেল খোংহুং অমদগী য়াম্না রানা কাখৎলক্লি। অরেং অরেং খুদিংগী ঙস্সুম অস্সুম পুখ্রি, হমাংনা মশাহুসু পুমলুপ লুপখ্রে। নিংশা খর মপী হোল্লি, ওইথংবা খুৎনা লাইবকী হুমাং তৈথোক্লি, চোবখরবা হকচাংগী মঙম শান্দ্রবা মিৎ-য়েংনা লৈনা য়েংলকই। অরাংদা বীরেন্দ্র অঙৌবা ফিজোলতনা শেজেংলহুনা লাকপহু উবদা অরা-হুংঙাই তিন্নরবা মিনোক অমগা

লোয়নননা কৌরকই— তামো, তামো বীরেন। বীরেন্দ্রনা, চিত্রাগী খোঞ্জেল তাবদা চপ লেপ্লগা লৈনা য়েংলকই, চিত্র বু হেক উবদা পম্বদনা কন্না চেনশিল্লইক, প্রপ-প্রপ কুমথরক্তুনা চিত্রাগী খুজেং পায়ত্থনা চিংখৎপীরে। তোর্ব্বান্দা হৌরিবা খোংনাংত্থুগী মথোঙদা চিত্রা ফমখরে, বীরেন্দ্রসু ফমথরকই। চিত্রা বীরেন্দ্রবু উবদা অৱাবা পুম্বা কাওথিবগুম মোমোন নোকচরি। বীরেন্না চিত্রাগী নিংখিরবী মায়-থোংদা মিৎফম হোংদবথৈ য়েংলত্থনা কারিবা লাইবক্কী হুমাং মরিক-শিংত্থু তৈথোকপীরি। চিত্রাগী ওইথংবা লেংজুম্দা পায়রত্থনা ওপ্পা হায়রকই — মুংশিরবী চিত্রা, নঙসিবু ঐগীদমক্তা করম্বা ঈশ্বরনা শেম্বীরকপনো, ঐনা ঈশ্বরবু থাগত্তবা ঙমদে। চিত্রা নঙসে ঐগী-নিকো, ঐসু নঙগীনি। চিত্রানা লুরবী মিৎস্না অনিম্ভনা বীরেন্দ্রদা য়েংলত্থনা মোমোন নোক্লা তারগা হায়রকই — ঐবু পুন্সিসিমগী থাদোকপীগনুকো। অসি হায়রত্থনা লৈ পরেং অত্থু বীরেন্দ্রগী ওক-শমদা হুক্কদবগী থাঙ্গৎলকই। খঙহৌদনা হৌরকপা নোংলৈ-মুংশিং অমনা মফম খঙদনা নৈহৎত্থুনা বীরেন্দ্রবু মফমত্থুদগী লাপ্পা হুমত্থুনা পুথ্রে, তোর্ব্বানদুসু মচেৎ মচেৎ নীংখাইরক্লে. তুরেলদুসু অম্বুম অম্বুম পাকথোকখ্রে। বীরেন ঈপাক্তুগী রাংমদা লৈরাই ময়াদা ঈরাক্লরিবদু, চিত্রানা উরে। কন্না কৌরকই — তামো, লোয়ননা ঈরোইবা হৈজঞ্জবী মানা পাক্লবা ঈরৈ কল্লবা ঈপাক্তুদা চোংথখ্রে। চিত্রা ঈরাক্লরে, ঈরৈদুনা চিত্রাবু অমুক লুপহল্লি, অমুক তাওহল্লি। থাদোকপা লৈত্রবা অঙোবা কুঙো পরেংদুসু ঈরৈদুদা লুপ্লি লুপ্লি তাওরি। বীরেন্দ্রদি ওাইহাক ঈরাক্লক্লরগা ঈরোইদুনা কংফালদা

ক.খৎলক্লে। বীরেন্না চিত্রাবু য়েংলকপদা ঈরাক্লুরিবতু উরে, ঈরৈ, তত্নুনা মাবু বীরেন্দ্রগী মনাক নক্না পুশিল্লক্লে। মৈজিক্না মনাক্তা ফল্লিঙৈদা হুংশি-চান্না রাইহৈনা চিত্রাবু থম্মোয়বু নৌহন্নৱা বীরেন্দ্র, অন্নাবা তারবা মতমসিদদি, অন্নাবা অতু খঙনা খঙনা, উনা উনা মমায় লৈথোক্নুনা মমাং পাংনা চৎলে।

চিত্রা মিৎকপ খঙথোক থোরকই, মশা পুম্বা হুমাংনা পুমলুপ লুপ্লম্মী, ফুক হৌগৎতুনা ফম্মী, কোইলৈ লৈতুনা য়েংই, শ্বর শাংনা হোন্থরগা তপ্না শোল্লকই — করম্বা মঙনো, ঐবু অন্না-হুংঙাইগী ঈপাক্তা লংথবীরম্লিবা? মিৎয়েংনা লৈথরকপদা, অয়েকপা তসবীর অতুনা মঙোন্দা য়েংলম্বতু উরে, তপ্না লৌখৎলগা হায়খি, ঐহাক্না নঙবু হুংশিরুবগী ঐবু করম্বা দন্দি পীরমগদৌরিবনো?

---

## অনিশুবা শরুক

মথোং কারকপা যৌবনগী পুন্সি, শাবী-শানৌশিংগী হুংঙাইরবা মতম্নি। মতমসিদা অন্নাবা রাখল খন্দুনা পুন্সিগী হুংঙাইবা কুম্মেবু য়াওনীংবা যেংনাংদবা কনাবু লৈরমখিনি। অতুবু নীংবা থুংদবনা অন্না রাখলদা ঈরাক্লতুনা পুন্সিবু অর্থ থোকহন্দনা হিংবম্নু কয়া'মনি। হুংঙাইবা রাখলনা খুমাং চাউশিনখিতুনা পুন্সিগী লম্ফাংলবা লম্বেন্দা লম্ফৈ চৎখিহুনা মমল য়াম্লবা পুন্সিবু লম্মথাংদা মাঙথিবম্নু কোঙ্গাই অমনি।

চিত্রাবলি সুংশিবগী লাঙংদা খোঙদারুত্রি, পুন্সিগী অরা-সুং-ঙাইগী কুম্মৈ মশক থঙলুত্রি। অদুবু মাগী থম্মোয়দা অহানবা উরু-বমক্তুদা বীরেন্দ্রগী সুংশি মমি অমদি ভাপ্রে। বীরেন্দ্রগী মপাওতবু ভানীংবনা, মশকতবু উনীংবনা নোংমা নোংমগী খোইরাংবসু হেন-গৎলক্রি। বীরেনখোয়গী মযুমদসু চৎলগা মচলশিংগসু ভিন্নৈ।

নোংমা নলিগা লোয়নননা বীরেন্দ্রখোয়দা চৎলি। বিজয়েন্তিনা মখোয়বু কৌশিন্দুনা ফমমিন্নৈ। মখায়গী ইমুংহু ভনাল ভনাল্লি। বিজয়েন্তি ইমুংদা চঙদুনা অচা-অথক পুথোক্তুনা রারী শানা শানা চামিন্নৈ। বীরেন্দ্র শম্পো লিক্লি অমা পায়দুনা পুথ্রিরোমদা চৎখ্রি। বীরেন্দ্রনা চৎখিবদু চিত্রানা লোয়া য়েংহৌই, থল্লকই, কয়াদা ফজ-গ্রবা মাগী শাওং-শাদাসে, কয়াদা থম্মোয় হুরিবা মাগী মায়থোংসে। অদুবু মাগী র খলনা মচল অমগুম খল্লমগনি ঐবু। অদুগা ঐনদি ইবুংগুম্না খনবা ঙমদ্রিবা! ইবুংদগী হেন্নসু সুংশি, হায়ফম থঙদনা সুংশি। মাগী রাখল থুগাইদুনা নলিনা,

—বিজেখোয়গীদি মবুং লৈজবনিনা সুংঙাইজরমগনি, চিত্রা ঐখোয় অনিদি ইবুং লৈতবা ঙাক্তা। বিজয়েন্তিনা শকফম হল্লিল্লগা,

—সুংঙাইবদি হায়রুসু ইবেম্মা, বুম্মৈগা অমত্তা য়েংবা চৎপা ফংদ্রে।

—কুম্মৈ য়েংবা চৎপা ফংদ্রবসু ইবুং লৈবদি মীনা উশিৎলিদনা। নখোয় ভামোহোয়গুম্বা মশক-মতৌ ফজবা ইবুং অমতং লৈজ-রবদি মাগী মমাংদা চাউথোকচনীংঙাইনি।

—ফজরৈনি, মানা খিং হেল্লি মচিং ফত্তবা।

—রা ঙাঙবকা হৈব্রনে?

—হৈতবদি হায়রুম্নু, মীনা ঙাঙনবা ঙম্বপোৎ নত্তে।

মখোয়না ঙাঙনরিবশিংত্থু চিত্রানা মোমোন নোক্তুনা তারি। বীরেন্দ্রম্নু পুখ্রিদগী কারক্তুনা শমজেৎ হাৎলি। কা থংনবনিনা মখোয়না ঙাঙনরিবদু তাবদা নোক্লিংবনা থাঙবা ঙমদে। বিজ-য়েন্তিনা অমুক মথা তারকই,

—ঐখোয়বুদি খোঙকাপ অমফাও চখোকহন্দে, মাদি ঙাইহাক লৈরগা চৎথ্রনি, নোংমতগা লেপ্পা নত্তে।

হন্দক্তি চিত্রা মপুক্লিংদা লাংতক্লবগা লোযননা তপ্পা হংলকই,
—নখোয় তামোসিবু কদাইদগী মুপী কোয়বগেনে?

বিজয়েন্তিনা রা ঙাঙগে হেক তৌরকপদা বীরেন্দ্রনা খৌদেম-লকই। বীরেন্দ্রম্নু বিজয়েন্তিনা কারল ওইবা রা হায়রক্কদ্রা হায়না পাখৎলি। মহাকম্নু চিত্রাবু অহানবা উবত্থুদা মাগী খম্মোয়না মিতা-জগ্রবনি, হায়দোকপা ঙমদবতনি। মখোয়শিংত্থুম্নু বীরেন্দ্রগী মখোল তাবদা তুমিন তুমিন লৈনৈ। বীরেন্দ্র ফি শেৎপা লোইরত্থুনা সাই-কল ইম্মোক্তুনা থোকখ্রে। মমানা হংহৌই,

—কদাই চৎকদৌরিবনো ইবুংঙো?

—অশ্বাই ফাওবদং চথোকচরুগে ইমা।

—নঙ অমা চৎমল্লিকো, নখোয় পাবুংনম্নু ঙাঙবনা লোইরবনি।

থোইদোক্না তারমদে, বীরেন্দ্র অত্থুম থোকখ্রে। থোকখ্রিবত্থু চিত্রানা খোইরাংনা য়েংহৌই। ঙাইহাক ফম্নগা মখোয়ম্নু চৎলসি হায়ত্থুনা লাক্লে।

অম্ভুম্না বীরেন্দ্রগী আশাদা শাংলবা মতম কয়া হৌখ্রে। কায়-নবগী মৈচাক্তগী হেন্না রারবা ফোঙদোক্তবা গুংশিবগী পোংলুম পুন্না রানা খাংলে। থা থরাম্নিচাক্না থোকখিদবা অহিং কয় দি রাওংম্বা য়াই, অতুবু নোংঙানখিদবা অহিং য়াওদবগুম, চিত্রানা বীরেন্দ্রবু নীংখিদবা মিংকুপ অমতা লৈরক্তরে। নীংবু নীংলবদি ঈশ্বরনম্ভু শোয়দনা খৌজানবী হায়বসে চুমদে করম হায়সিংগে! অরা নৈচাক পুহনা মতম কয়া রানা খাংলক্লবগী মতু দা য়াম্না থাজদনা ভারকখি চিত্রাবলিগী নাকোংদা, বীরেন্দ্রনা মাবু গুংশি হায়বগী পাও। ইকাই-থিবা মহাক্লম্ভু ফোংলকখি থম্মোয়গুংগী রা।

লাই হরাওবগী লাইরোই গুমিংনি। হরাওবুংতুগী গেটকী অরাংখংবতুদা চিত্রাবলি মমান্নবীশিংগা ফম্মিন্নরি। বীরেন্দ্রম্ভু সুরজগা লেঙ্গোন্নহনা তুংদা লেপ্লি। বীরেন্না সুরজদা চিত্রাগী মরমদা রারী শারি। নলিগী মনাওনুপীনা কমলা মরিথক চিত্রাদা পীরকই, চিত্রানা কমলাহু লৌরগা খোক্লি। সুরজনা লক্লরকই,

—কমলাহু ঐখোয়গীম্ভু শরুক থুংলকউকো।

চিত্রানা হন্না য়েংথোরকপদা সুরজগা বীরেন্দ্রগনা মঙোন্দা য়েং-লগা নোক্লম্বহু উবদা ইকাইবোই করিবোই থুনা মমায় লৈশিল্লকই। অমুকম্ভু সুরজনা —

—চাবা ফজদবা তৌগুকো, মচি কাজরোই। বীরেন্না,

—ইতাও নঙসিমা, ঐ লৈরুগে।

বীরেন্দ্রগী রাহৈহুদা চিত্রা হায়হৌরগে হায়বগী মতাগুম হরাও-গুংঙাইবগী মীনোক অমগা লোয়ননা —

—ঐথোয়না পায়বা পোৎ চাবীনীংদবা মী য়াওরমগত্রা হায়ত্না পীরক্তুবনে।

অসি হায়রগা তপ্না হৌগৎতুনা কমলা অনিথক স্বুরজদা পী। থংম্মোয়দা ঈহৌরক্লিবা চরাংনরবা রাথল মরক্তুদা শাওত্না কমলাত্ত চারম্নোইত্রা নীংত্না চিত্রানা হন্না য়েংলকপদা, বীরেন্দ্রনা নোক্লত্না মঙোন্দা য়েংলগা কমলা মশুং অমা মচিনবান্দা থাঙ্গৎলকই। চিত্রা হরাওবোই ইকাইবোই নোম্বত্না নোকপা থাংলি। মতম কুইনা ফংলক্রবা রাথলগী লংলা লংজিন ফ'লকপগুন থল্লি।

বীরেন্দ্রগী থংম্মায়দম্ব হুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম অমা হৌরক্লি। চিত্রা মমানা চৎলসি হায়রকপদগী চৎত্রে। বীরেন্দ্র চৎথিবা মায়-কৈত্তদা খোইরাংনা য়েংহৌবতা নত্তনা মাম্ব চৎনীংলক্লে। স্বুরজদা চৎলসি তোইনা হায়রকলে, স্বুরজনা মতৌ য়েংলগে থন্দুনা তুমিন্না ঙত্তম লৈথোকত্রে। বীরেন্না মাগী থৌশাদবা মতৌত্তদা শাওনীং-লকলমাল্লে. স্বুরজগী মথুৎ পায়ত্না চিংলকই, স্বুরজ খাঙবা য়াত্রমাল্লে হৌগৎতুনা লাকমিন্নরে।

মথংগী অয়ুক্তনি। চিত্রা পুখ্রি মপান্দা ফি শুরি। স্বুরজনা চিত্রাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা ফন্নি অত্তগা হায়রকই,

—চিত্রা, নঙোন্দা রা অমা হায়গে লাকপনি, য়াগত্রা য়ারোইত্রা ?

চিত্রানা মোমোন নোকলত্না,

—য়াগদবা ওইরগা য়ারে, য়ারোইদবা ওইরগা য়াত্রেদনা।

—হে অত্তকা য়াপোৎ নত্তে, য়াদবা য়াত্রবনি।

—অত্তবু করি রানো হায়বা ?

—বীরেন্না নঙবুতা হায়হুনা লৈরে কমদৌসিগে ?

—( চিত্রানা নোল্লগা ) অহু ওইরে।

—ফাগী নত্তে অশেংবনি, কুইরবনি মানা নঙবুতা শোন্দুনা লৈবা। অহু নঙবু করি খল্লিবগে, য়ারে হায়গ্রোয়া ?

— চো, হায়রুহু অম্বুক নকপসিদবু।

চিত্রা মচিন্দদি অহুন্না হায়জরবসু, খম্মোয়দদি সুংশি মপাও তাত্রিভৈগী মমাংঙদগী কয়ারক হন্না সুংশিজগ্রবনি, নিরদনা হাপগ্রবা প্রেমগী ভিক্ষ্যানি. অহুবু করন্না তহা তহা হোয় হায়না হেক হায়-দোকল্লুগনি। সুরজনা,

—সুংশিবদবু নকপা লাপ্পা খায়ত্রনে ? অহুদি খমু খমখো, হাও পাওল ফাওবা লৌনৈ।

- অহুদি মা মাগী অপাম্বনিদনা।

সুরজ অনম য়াম্না কল্লি, মানা নীংবা খবকু পাওথোকত্রবদি মথন্তা শাওজবা মীতানি। চিত্রাদা য়েংলগা,

—খঙদে খঙদে, ঐগী মায় তাক্তবা য়াদে, ঐনা য়ানবা হোৎনগে হায়দোকল্লুরে। ঐ চৎলে. য়ারে হায়রগেকো।

চিত্রা তুমিন্না লৈহোরে, মপুক্লিংদা হরাওঙ্কে। অহুবু খঙহোদনা মায়থোং খংমক মকশিল্লি। করিগুম্বা সুরজনা বীরেন্দা মানা হায়খিবশিংহু লোইনা তমল্লুহুনা মানা শাওগ্রবদি পুক্নি চুপ্পা নীংবা কায়হোরগনি খনবদা মথন্তা নীংঙমদবগী চৈনা খাঙলি। সুপীজা ওইবীগী মপোক তোল্লি, করম্বা মতমদা সুংশি থৌজানগী মিৎয়েং কংগদগে খঙ্গরিবা মহাক্তুনা থৌজানবীন্নবদা ম.বু তয়ান্না ওকহোত্রে।

মথন্তা থল্লি, ঐগী ভসিগী মতৌ অসিবু করিনো, ইশাবু মমল কাহল্লিব্রা ? করম্বা শুমিত্তা ঙসিগী শুমিৎ অসিবু লাকদগে হায়তুনা ৱানা ঙাইজরিবা ঐহাক্রি। অতুবু ফরে লাইবক্তা তম্নম্বা হায়বতুনি।

চিত্রা ফি শুবা লোইরতুনা ময়ুংদা চঙলক্লে। শুমিৎতুমা শুকম চাকম খঙদনা হোৎখিবনা শুমিদাংরাই ওইরক্লে। সুরজ অমুক লাকতুনা বীরেন্দ্রনা পীরকপা চিঠিতু চিত্রানা লোহোররোই মতাংগুম শনজিল্লম্লগা চৎথ্রে। চিত্রা হে য় মায় হ'য়বা নংহৌদে। হাংদোক্লুনা পারে, হজ্ঞিন হজ্ঞিন পাবগী পেনবম্ নাইদে, পাবা লোইরগা চিঠিতু থুপচিল্লগা হন্না হন্না চুপ্লি। শুমিৎ অতু ১৯৭৮ গী মার্চকী তাং ১২ দনি। শুমিৎ অসি মাগী থংম্মায়দা খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা কাওঙম্লরোইদবা ভাঙলবা শুমিৎনি।

শুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরতুনা মী পুম্নমক তুম্নখ্রে। চিত্রাদি তুম্বা য়াত্রতুনা মপান্দা থোরক্লুনা থাবলগী কুম্মৈ য়েংলি। মাগী মিত্তা উরুবা খুদিংমক ইফদা ফজে, ইন্নুংদা শুংশি। থাবলগী মঙালদা পুম্নুম শাৎলিবা কুণ্ডো পাম্বীতুগী মথোঙদা চঙতুনা কুণ্ডো অম হেক্লগা মনম নম্বগা লোয়ননা রাথলনা লেংলি আশাগী কুণ্ডো পরেং, মাগী মিৎমাংদা বীরেন্দ্রনা মোমেন্ন নোক্লা লেপ্লি, হৃকজুরি আশাগী কুণ্ডো পরেংতু বীরেন্দ্রগী ঙকশমদ। থেংলবা অহিংগী মতমসে দসন্তুগী নীংথিজরবা অয়ুক্‌ম খনগ্রে। অঙকপনি শুংশিবা নঙগী মায়া !

অয়ুকম্ থল্লি, করিগুম্বা লাইবক ফবী ওইতুনা মাবু ফংজরবদি কয়াদা শুংঙাইজগবা। ভতুবু মানা ঐবু হন্দোকপীরম্বা তারবদি কয়াদগ্রা য়াহোগদবা। করিগুম্বা কায়নখিবা তারবদি ঐ শোয়দনমক

শিখিগনি, মহাক য়াওদনা হিংবা ঐ ওয়োই। অম্মুম্না অয়াবা য়াখম্বা ঈরায়জরবী চিত্রা নীরেন্দ্রগী হুংশি য়াহৈনা থেমহুনা মাস্তগী আশাদা হুংডাইনা লেঞ্জরে। মতম্না অম্মুম হৌখিবগা লোয়নননা মখোয় অনিগী য়াখলম্মু অমত্তা ওইগ্রে।

নোংমা চিত্রানা লৈ মখোঙদা হোৌবা নাপী কোইরিহৈদা নলিনি লাকই। মী লাকপগী শহুম ফংবদা চিত্রা য়েংথোরকই, নলিনিবু উবদা হরাওনা কৌরকই,

—নলি, লৈ মখোঙ শোমসি লাও।

—হোয়নে, ঐসে নোংমতা নখোয়দা লেম্না লাকপা য়াদবনিনে।

( মখোয় অনিমক নোকমিন্নৈ ) নলিনা মখা তারকই,

—তামোদো ঐগা থেংনরম্মে, ওসাই অয়ুক মাগী জেকেট অমুবহু লিংলহুনা মথুৎ তুংবুন্নরহুনা তামো স্থরজথাৎদা লাকএ। নেংমা সিনেমা য়েংসি হায়রম্মী।

—তল্লিদা ইকাওজে।

—কৈদোই হায়বগে, মীম্মু পঙয়েং য়েংমিন্নৈ। চিত্রা তামোসে মতমগী চৎনবী য়াম্না থওই, নঙ হয়েংরাই য়াম্না হুংডাইনি, সিনেমা য়েংবকা য়াম্না ফংদোরি। চিত্রানা নোক্লহুনা,

—মখোয়দা লাক্লবা কান্দম্মু য়াম্না য়েংহনগনি হায়রিপোৎনি।

—এ! নখোয়দি রা য়াম্না য়ৌশিন্নরম্লেনা।

—ঐখোয়গীবুদি কৈ, নখোয়গীবু কমদোবগে?

( রারী শাহুনা মখোয়নি শিৎ-শিথ নোক্লি ) নলিনা অয়ুক,

—তামোসে মবুকস্তু য়াম্না কৈ লৈমিন্নবা মুংঙাইনি। ক্বাগী তৌগনবা শাওগন্দবা ঙাক্তা ওইবনিনা নোংমতস্তু থংনররোই।

—হোয়নে, নঙনা ভাব ফবসিনা।

—অচুম্বনে, অদুবু মমাহুদি হৈনদৌ মান্দেবু।

—ইবেম্মা, মী ফত্তবা লৈবা হৌনদে, তিন্নবা হৈরগা লোইনা ফবা ঙাক্লি। মানা পাম্বত্থু করিনো খঙদোক্লগা মানা পাম্বত্থমক হেক তৌবীরগা লোইরেনে।

—হোয়নে কনথংলুনে।

—কনথংপগী রা নত্তে, অচুম্বনে।

অম্মুন্না ঙাইহাক রারী শারঞগা নলি চংথ্রে, চিত্রাস্তু তৌগদবা থবক লোইশিলহৌরি।

সিনেমা য়েংমিন্নগদবা মুমিংনি। চিত্রা ফি শেংপা লোইত্থুনা নলিবু ঙাইরি। লুনা তিন্নজবগী মতিক মখোয়নি শকস্তু মান্নজে, মশা পারপ পারপ তৌনা রাং চাউই। বীরেন্দ্রস্তু মতম পুম্বদা চাং মান্নরবা য়াতোন্দু উহন্দনা মোমোস্তা মনোকই। চেকশিন্না থম্বা পোত্তি হেন্নস্তু য়েংনীংবা পোকই। মাগী কোস্তক তাবা মশম, য়েং-লকপা মিংয়েংত্থুনা চিত্রাবু কঙাওনহল্লি। অদুবু মাগী ফজবত্থুতনা চিত্রাবু শুদ্ধংখিবদি নত্তে, মুংশিরুবত্থুননি। মঙোন্দগী হেন্না ফজবা মী লৈতবস্তু নত্তে অংবু মুংশিবনা ওইহল্লবনি মিস্তাংবী। মুংশিবা মীনা তৌথোরকপদি ইফদা ফজে, ইমুংদা মুংশি।

চিত্রাগা নলিগা খোকমিন্নরকপত্থু, লম্বীদা বীরেন্দ্রনা ঙাইরি। বীরেন্দ্রনা চিত্রাদা মিং কুপ্তবমখৈ য়েংলি। ওম্বোক্লস্তু ফজে চিত্রাগী

শাওং-শাদা। চিত্রানা মনাক্তা চৎপন্থু বীরেনগী মিত্তা স্বর্গগী লাই-রেম্বীনা মালেমদা খোঙদারকপগুম থল্লি। চিত্রাগী গুক্ষৎয়াই পুরবী মায়থোংনা বীরেন্দ্রবু লাপথোকপা গুমদনা চিংশিল্লি। নীংথিরবী লূরবী মিৎস্নানা বীরেন্দা লোম্না লোম্না য়েংলকই মুংশিনা। নলিনা বীরেন্দা,

—তামো, য়াওশঙ থাবল চোংবা য়াওগনুকা হায়রোইত্রা ?

—হায়রোইদা, নশানবু পাম্নবদি বেরা লৈতে, রারী শাবদি য়াদে।

চিত্রানা,

—য়াওজরোইদা কৈম্নু।

রারী শানা শানা লাকপনা হোগ য়োরে। সিনেমা য়েংনবা চঙমিন্নরে।

অম্নুম্না মখোয়নি মুংঙাইবা রাথলদা ভাওজুনা মতম কয়া হোরে। বীরেন্দ্রগী মপুক্লিংদা চিত্রাবু য়াম্না থুনা পুশিল্লগে হায়না লেপ্লে। বীরেনগী ময়াম্বা ব্রীজেন লুহোংত্রি, অমুকম্নু ইকাই, ফরে থোকঅবমা লাক্লনি, মাবু পুশিন্দবা য়াদে হায়না থল্লি। চিত্রাবু উনদবা য়াদে খন্দুনা মুরজখোয়দা লাক্লে। মুরজ তুমজুনা লৈরম্মী, মনাক্তা চঙজুনা ফম্নগা মশা নোমজুনা হোদোকই। মুরজ ফুক হোগৎলি,

—করি অমুক হায়বা লাক্লে, ঐ শিবা ভরেহে নঙগী থবক চেনবদা।

—ঐনা নঙগী নত্তেং পাংবা মতমম্নু লাকথিনি কৈদোরবগে।

—হোয়নে অজুবুদি।

—অজু ঙসি অমুক্তা উনসি হায়বীয়ু হায়বা।

—পুং কয়াদনো ?

—হৌজিকমক, ঐ ফি হোংলুরগে, নও থরা হায়বীরুরো হায়বা।

—হোয় খিৎ চৎপিথ্রো।

বীরেন হরাওনা লাক্লে। ঈরু-মায়থজহনা ফি হোংলগা চিত্রাবু ভাইরি। চিত্রাস্থু মুরজনা হ য়রম্বা মতুংইন্না থোরক্লে, অরুবা রাদি খোইনা ভাঙনদে। চিত্রানা হংলকই,

—করি হায়গদবা লৈবগে ? বীরেন্দ্রনা নরু লুক্লা হায়রকই.

—ইবানিগী অরেম্বা মতম অমা খঙনীংহনা তৌবনি। চিত্রা, ঐদি নঙগা য়াম্না থুনা লুহোংবা পাম্লে।

—করিগীনো অহুক তহারিবদি ?

—নঙবু থাজদবদগীনি।

—ঐনা নঙগী মুংঙাইতনবা কদি তৌখিহনা অহন্না হায়বীবিবনো ? অহুগীদমক ওইরবদি মত। থরা য়েথোকখিসি, নখোয়গী তামাস্থু লৈরি।

—অহুগীদমক নঙনা থনবীগনু। মাস্থু মাগী থোকপা, ঐনা ঐগী থোকপা।

—অহু ওইরবস্থু ঐদি মতম থরা লৈনীংল। ঐবু নখোয়গী ইমা-খোয়না মমৌ ওইনীংদে হায়রবদি কমদৌনি ?

—মখোয়গা লৈমিন্নগদবা নত্তে, ঐগা লৈমিনগদবনি, করিস্থু রারুহুদা অরাবা থবক অমতা তৌহল্লোই।

—থবকী রা নত্তে, থবক্তুবুদি তৌজগে হায়রিবনি।

—( বীরেন্না কাগী ওইনা ) থবক থরদি লৈহে।

—করি থবক্লে ?

—অহুবো, লৌবুক্তা শম্পোং খোইবা, শিঙ থায়বা, অনিসি নঙগী থবক্লি। চিত্রা পাখংনা,

—অহুদি ঐ হৈরোইবু, হোয় অহুনবু ঐ শম্পোং খোইবা শিঙ থায়বা তমখিগে হায়বা। (মখোয় অনিমক নোকই, বীরেন্না)

—অশেংবনি ফাগী নত্তে চিত্রাবলি, মীয়াম্না শাখি ওইহুনা পাঙ-খোকদোরিবা নঙ ঐগী মপুং ফারবা পুর্ণিমাগী হুমিংতু খোরাংলে।

—মতম থরন্দদি লৈখিসি, নঙনা থাজদ্রবস্থু থাজনবা করি তৌ হায়বগে ?

— কয়াম কুইননো ?

—চংলিবা চহিসিনা লোইপ্রগা লাকদবা এপ্রিলগী ফাষ্ট' র ইক্তা শোয়দনা ... ... ।

অম্মুন্না চিত্রানা বীরেন্দ্রবু থেমজরহুনা হুমিংতুমগী মখোয় অনি কাম্লনরে। যুম য়োরকপদা বীরেন্দ্রগী মমানা হংলকই, কদায় চংলু-রিবনো ইবুংঙো ?

—অসিদা ইমায়বা অমা উনরুবনিদা।

—নঙনা তৌরিবহু ঐ য়ানিংদেকো, ঐ লোইনা খঙলিবনি।

বীরেন্দ্র খোইনা তারমদনা মাগী কাদা চঙহুনা অহাংবা চৌক্রি অমদা ফম্রহুনা [illegible] তৌই। চিত্রানা হায়রকপা য়াশিংহু নীংশিং-লগা মথক্তা [illegible]মিন তুমিন নোক্লি। অমুকন্থু খল্লি, চিত্রা নঙ খেংন-রমদ্রবদি ঐগী পুন্সিসে মওং অমদা পঙলে লৈরমগনি। নঙনা ঐবু কয়াদা জ্ঞান তাহনবীরবা। ঐ নঙবু কৈদৌনুংদগু থাদোক্লোই, নঙগা কায়নহুনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না কৈ।

করম্বা মতমদা চিত্রানা মনাক্তা [illegible]দমা লৈবা ঙ্টগদগে হায়না মথন্তা পাওহংলি পাওথুমদি ফংদে। নীংশিংলকই চিত্রাগী রাহৈ— নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা ওইরগনি নহাক্কী লেঙত্রবী পুজারী, অতুবু অতুক য়াম ডাইঙমত্রিবা করিগীনো ? ঐদি হৌজিক হৌজিক্কী অদোম্না বর ওইনীংবগী অপাম্বতু থুংহনবা ঙমজখিরোইএ। নীং-শিংলগা নোক্লিংই, অমুকস্থু ইকাইরকই। করিগীদমক ঐনা মঙোম্দা লৃহোংবগী রা হোদোকল্লুরিবা, মানা ঐবু করি খল্লমগনি, ঐবু য়াম্না মঙোং হুকত্রবা অমগুম লৌরম্লগনি। অতু ওইরবস্থু মাবু ময়ুমদা কুইনা থম্বা পামত্রে, মাদি লৈশাবীনিনা অহেনবা লাক্লবদি ঐবু বাওথোক্লমগনি। মাদি মশকস্থু ফজ্রে, মী কয়ানা কল্লক্লে, ঐনস্থু কল্লকই।

মানা তৌথোরকপা থবক্লদি ঐবু হুংশি হায়বসি খঙবা ঙম্মী, অতুবু করিগীনো ঐনা মাবু থাজত্রিবা ! মসি ঐনা পুক ফত্তবননি। মাগী চম্লবী থম্মোয়বু ঐনা কয়া লাম্না লৌবীরবা। ফমুং ময়ায়দা লোংনা হিপ্লতুনা মংখার[illegible] লাকদবা পুজিগী ফিভম ভাবনা শাতুনা অমুক নোকই, অমুক থল্লি তৌতুনা লৈ।

অসোমদস্থু চিত্রানা বীরেন্দ্রগী মরমদা রাখল তৌই। করি মরমদগী মানা ঐবু থাজরকত্রিবা, ঐগী মক্তুবা থ[illegible]য়বু খঙবীদবনা লাম্না লৌরবস্থু মতম অমদা শোয়দনা খঙবীরকনি, [illegible]য়নবা অমদি থুংনবনা। কায়নথিবা তারবস্থু অশেংবা থম্মোয়গী মশক্তি শোয়দনা খঙবীরকনি ঐগী পুন্সি পোলোইদা। হে ঈশ্বর, নহাক্না ঐথোয় অনিবু শেৎন-খাইনবদগী কনবীয়ুকো।

মতম অমদা বীরেন্দ্রনা চিত্রাবু ঙসিগী অস্থুম্না শুংশিবীরকনি হায়বসি চিত্রানা থাজরমদে, মাগী ইচম চম্বা মতৌহদা হেন্নহুম ইকাই থি। হৌজিকস্থ রাদবা ঙমদে। নীংশিংলকই, বীরেন্দ্রনা মোমোন মোক্লহুনা, চিত্রা মীগী মীরা লৌহুনা ঐখোয়নিগী শুংশিবস্নি মঙলান্দা শাবা লৈঙোইগী ফুরাদি ওইহনশুমসিকো। শকা শকা উনবা মতমদা ঙাঙনবা রাহুদং অচুম্বা ওইনা লৌনসিকো। হৌজিকী সমাজসিদি মীরা ঙাঙনবতনা মথৌ ওইরবনি। চিত্রানা খল্লি, কৈদৌশুংদস্থ লৌরোই নোক্নগনবা ভাইবংগী ওইদবা চিরোন। নঙদা লেপ্পীয়ু ঐগীদমক, ঐদি নঙগী শুংশি ঈরৈদা ভাওজবীনি কাউশিং- শুম। রাখল খন্না খন্না থোংনাউগী অহোবদা য়েংখোরকই, শুমিৎনা লৈথরম্বা উবদা ফুক হৌগৎতুনা মপান্দা থেরক্লে।

---

# অহুমশুবা শরুক

স্থরজগী নীংথিজরবা ড্রেসিং রুম্নি। স্থরজনা করি ফি শেৎ- লগা পকদগে খল্লি, মিংশেল অহুগী মমাংদা লেপ্লহুনা মাগী অশোয়বা শেন্নি। ঈনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা ওইবনা শেৎনীংবজা শেৎলি, চানীংবজা চাই। স্থরজখোয়গী ইমুং য়েংলুবা খুদিংঙ্গা অরাৎপা লৈতে। মাদি মশানা কেবা-মোবা পামজবনা খরম্ভ হেন্না শেৎ-চাই। স্থরজ কাগী রাম্না ভৌগল্লি, মাবু লাক্লবদি মী খুদিংমক পুক্নি তিংবমখৈ নোকহল্লি, ময়ামস্থ মাবু শুংশি। ফি শেৎপা

লোইররুনা গারী ইন্দুনা বীরেনখোয়রোমদা লাক্লে। থোঙ্গাল য়োরকপদগী লাওরকই, লোইত্রিবরো ঙসিসে ঐগী পাল্লিনে, নঙনা য়াম্না কেবগী দরকার লৈতেন, নঙনা ফজবা হেন্দে কথবদি চৎমিন্নবা হুংঙাইরোইনে। বীরেনসু মানা হায়রিবরু তানা তানা নোকমি নোকমি তৌররুনা শমজেং হারি। সুরজ চংলকুনা বীরেন্দ্রদা লোইরো হায়রুনা কন্না তক্লি। বাসগী মাগী মতৌদা লক্লনাংল-ভুনা থৌ ইশা শাদনা লৈখোকই। সুরজনা শাওনা মনগ্রুনা,

—হে হৌদোং হুরানবা, নঙ য়াম্না থুনা চংনাংনবা চিত্রা কৌরক-উরা? মশা ঙমদে হায়হৌবনিনে। বীরেন্না,

—ইমাখোয় তানি হায়বানি, নঙসে মখোং চাদদা।

বীরেন্দ্র লোইদুনা থোক্কদবগী হেক তৌরকপদা বিজয়েন্দ্রিনা,

—তামো সুরজ, হোরেন্দ চিত্রাখোয়দা চংলুগাদৌরিবনি অনাবা হংবা, নখোয়না প্রোগ্রাম চংলিবরু হায়লোক্কে।

—হায়দোকউ হায়দোকউ, মীল হেনবশিংসি রারকহনগে।

বীরেন্না সুরজদা তুমিন্না লৈনবা থুজিন্না শিকই, সুরজনা মমিং অরাওবরু লাওথে কুনা,

—মীনা ঙসাইনা থুনা লোইশিল্লু হায়রে।

বীরেন্দ্রনা মাঙ থাররুনা থে কামিংরক্লে। লক্ষীদা উচ্চারাণীগা বিমোতিগা থেংনরুনা অদুন চংমিন্নরে। বিমোতিনা বীরেন্দ্রবু সুংশি হায়বশি বীরেন্নসু থঙই, অদুবু মহুদা লুশিন্না থল্লুদে। বিমোতিগা চিত্রাগসু থঙনৈ। বিমোতিগী রাঙাঙ, মিংয়েং-নায়েং অডকপনি, মাগী মতৌরুদা মরক মরক্তা সুরজনা বীরেন্দ্রা হেক হেক লকনবী,

বীরেন্নসু য়াম্না শাওই, অমোমদা মমঙ হুংহাইরোই অহুন্না পল্লকহু, অসুন্নগা হেক্তা হায়। বিমোতি চিত্র দগী শক্কী লমদা নোপ্তে, রাং-চাউবদি চিত্রানা হেল্লি। সুরজগা উছাগা ফগী তৌনহুনা রারী শাহুনা চৎলি। বীরেন্দ্রগা বিমোতিগদি রা অনম্বা ঙাঙনদে, তুমিন তুমিন অহুম চৎলি, মরক মরক্তা বিমোতিনা বারেন্দা য়েংলকই, বীরেন্নদি ইচম চম্না থল্লি। বিমোতিনা থল্লি, ওন্থোক্সু ইকাই নিত্রে মসিগী হুপাসে, হুপী ওইবানা ইকাই থিগদবদা মানা ইকাই থিরে। বিমোতিনা,

—তামো, করি এঙ্গাং চারকপাগে?

—হাওতেদা, হরাই থোংই।

অমুক তুমিন লৈপ্রে, ঙাইহাক লৈরগা অমুক,

—তামো, নঙসে রা য়াম্না ঙাংগন্দে, [illegible] ঙাইত।

বীরেন্দ্র মোমোন্তা মনোকই, পাংথুনদ পীরক্তে। বীরেন্দ্র হৈনীংদবনা ঙকই। চিত্রগী মরমদা থংকই, মশা ঙমদে হায়রহুবু কয়া কম্না ঙমদবজাৎনো, সুরজদা হংলগে থল্লি। অহুম লাকপনা কৈশামপাৎ য়োরে, হোল্লোনদা চৎখ্রে ··· ···।

চিত্রাবলি মশা ঙমদে হায়হুনা ফম্ দগী হেন্দোক্তে। বীরেনসু চিত্রা ঙমদবগী পাও ফংবদা য়াম্না হুংহাইতে, সুরজখোয়দা তোইনা লাকই, চঙবদি য়াদবনিনা মমায়ঙ চিত্রাখোয়রোমদা ওন্দুনা য়েংই। হুমিৎ মঙা তরুক্কি হোত্রে। বীরেন্দ্র চিত্র বু উবা বনা লৈফম থঙদে, চিত্রানা পীরকপা হায়গী মল্লবা চিঠিশিংহু হঞ্জিল হঞ্জিল পারুরি, রাহৈশিংহুনসু কয়াগী মতিক পেলহল্লী। বীরেন্দ্রগী মমানদি চিত্র বু

কয়া পামদে। অতুম ওইনমক বীরেন্নদি মাগী তুংগী আশা কয়া চিত্রাদা থম্লি।

শুমিৎ খরনিগী মতুংদা চিত্রা নাবা ফরে। বীরেন্দ্রবু উনীংবনা লৈফম খঙদে, শুমিৎ খরনি উনখিদবত্ত চহি চা কয়া উদবগুম রাগ্রে। মপুক্লিংদা খল্লি, মানা নারিঙৈদা বিমোতিগা সিনেমা য়েংমিন্নবত্তদা মাগী রাখল হোংগ্রবরা? মখোয়গী ইমানা ঐবু য়াদে হায়বগী পাওশু ফংই, মচনশিংগী মরৌ লৈরবা রাঙাঙ …। মাবু মপুক্লিং ওল্লম্নগত্রা খল্লুবদা চিত্রা শুংশা থিবা পোকই। মখোয়গী ইমা অমদি মখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা ঐবু অম্মুক য়াম্না তাথিরিবসি করিগীনো? করি-গুম্বদম্মু ঐনা মখোয়গী ফত্তনবা অমত্তম্মু থনখিত্রি, মখোয় খুদিংমক মান্ননা শুংশিজে। চিত্রা শুংঙাইতবা রাখল অত্তুনা মশাত্তু কনবা শুমত্রি। তাঙ্গাসিদা সুরজনা চিত্রাদা ওসিসি বীরেন্না উনসি হায়বগী পাও পীরম্লে। পাওত্ত তাবদা চিত্রা খংকন কনবগুম তৌই, কয়াদা হরাওজে। বীরেনগী শুংশি লীচিংনা চিংখিত্তুনা মিৎকুপ অত্তুদা চিত্রা বীরেন্দ্রখোয়গী য়ুম য়োগ্রে।

চিত্রাবলি চন্দল মচুগী মুগা ফনেক অমা শেৎলত্তুনা, হঙ্গামপাল মচুগী ফি মতুপ অমা মকোক খুম্বোই ইনবোই তৌরত্তুনা চাক থোংলি, য়াম্না নৌরিবগী মওংনি। বিজয়েন্তিনা এঙ্গাং শেম্বা লোই-রত্তুনা চিত্রাদা পীশিল্লি। মপান্দগী বীরেন চঙলকপা উবদা বিজয়েন্তি থোকগ্রে। বীরেন্না চাকখুম্মাংদা লেপ্লত্তুনা চিত্রাদা লঙনরি — করি এঙ্গাং থোংই? চিত্রা নৌজরিবী ওইবনা খুম্বা ইকাইত্তুনা নোম্বত্তুনা লৈ। বীরেন্দ্রনা — ঐঙোন্দবু ইকাইরিত্রা? চিত্রা অত্তুম্মক নোম্বত্তুনা

লৈ। বীরেন্না অমুকস্তু— চাক থোংলিবী বুজারি, শাওনা চাক থোংলবদি এঙ্গাং হাওতে হায়বনি, ঙসিসি এঙ্গাং হাওগদবা মান্দ্রে, অমুক্তা থুম্লকউ হায়বা। হন্দক্তি চিত্রা বীরেন্দ্রদা হাইকেং য়েংলগা মোমোন নোক্লা— এঙ্গাং হাওরোই হায়বদি করম্না খঙলিবা? বীরেন্না— নঙনা থুমদবত্তুদা খঙলিবা। মখোয় অনি নোকমিন্নে। চাক য়াম্না লাম্লে, থরা থুনা লোইরো হায়রম্লগা বীরেন থোকপ্রে।

বীরেনগী মমা সনারৈনা চিত্রাবু উবদা হুংশিদদনা— বিজয়েন্তি, চাকসি নঙ থোংবা য়াত্রা, করিগীনো ঐনা মথুৎ চাররোইদবা মীবু চাক থোংহল্লিবদি? ঐনা য়াদবা মী অমত্তা ইমুংসিদা লৈবা য়ারোই, রা য়ামাদ্রিঙৈদা চৎথো, ইচাদি ফেংলগা লংবা সেঙেংনি, মতিক চাবী ইখ্রাইনা তাজবী অমা লুহোংগদৌরিবনি। চিত্রাবলি মনেমগী রাঙাঙত্তুদা খাঙবা ঙমদে, মিৎলুদগী পিরাং শিন্নে, কপ্পনা মমায় মমিৎ ইপোম পোম্মি। বীরেন্দ্রনা মমাগী মায়য়োক্তা — করিগীনো ইমানা মীগী মচা অসিদা অত্তুম্না ঙাঙ-শক্লিবা, ইমাগীস্তু নচা নিংঙোল হৌরি, করিগীদমক মীবু অত্তুক হন্থনা য়েংবীরিবনো? নঙমক্লা ঐগী মায়য়োক্তা ঙাঙ শক্লবা, নমা ঐঙোন্দগী মাম্না হেম্না লুনা খল্লবদি নঙস্তু চৎপ্রো, লৈবীরদু ইমুংসিদা। সনারৈনা কপ্পও লাওবও তৌত্তুনা ঙাঙলম্লগা থোকপ্রে। মমা থোকপ্রবদা বীরেন চাকশঙদা চঙত্তুনা চাক চাবা হৌপ্রে। চিত্রাদি বীরেনগী কাদা চঙত্তুনা কপ্লি।

চাক চাবা লোইত্তুনা বীরেন মথুৎ তৈথোক্লত্তনা চিত্রাগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা ভপ্না হায়রকই— এঙ্গাং হাওপ্রে, করিমত্তা শোয়দে, থোংবা থাকপবু য়াম্না হৈপ্রেনে, অম্নুক হাওবদি অমুক্তবু চাত্রিনে।

চিত্রাবল্লি, ইন্নফি অত্থনা মকোক খুম্নত্থনা তুমিন্না অত্থম লৈ। চিত্রানা খুম্নকত্রবদা বীরেন্দ্রনা ইন্নফি অত্থ হাইদোক্লুনা য়েংই, মাগী মতৌত্থদা বীরেন্দ্রনা — করিগীনো কপ্লিবদি, ইমানা খরা ঙাঙজবত্থবু, অহলনিনা প.ঙাঙ ঙাঙজবনি, কপকগুসে, নঙনা অত্থম্না কপ্পগা ঐ য়েংবা হুং-ঙাইতে। বীরেন্দ্রনা চিত্রাগী মিৎলুদগী তারক্লিবা পিরাংত্থ তৈথোক-পীরত্থনা হুংশিনা হায়রকই — ঐনা ..ঙদ্ কৈদৌহুংদস্থ থাদোক্লোই, অরেম্বদা মমল য়াম্নবা পিরাং শিন্থহনগন্থ। চিত্রানা বীরেন্দ্রগী মখোঙ কোন্দুনা কপচৈ, খোঞ্জেল খোক্লা রাহৈ অ-ত্তা হায়জবদি ঙমজদে। বীরেন্না চিত্রাগী থম্মোয় পেন্নবা রাহৈ করা হায়ত্থনা থেম্লি, চিত্রা কপ্পা তোক্লে। বীরেন তুম্বা চংক্রে। মহাক্না তুমত্রবদা চিত্রানা মপুরোইবগী মখোঙ শোকলত্থনা লইবক কংচৈ। অশিবগুম্না তুম্লিবা বীরেন্দ্রগী মায়থোংদা তনৌরবা খুৎশানা নাল্লত্থনা মিৎলুদদি পিরাং ঈহৌরত্থনা — ইবুংঙো, ইমাগী য়াথং ইনবীহৌরো, করিগুম্বা ঐনা লাম্বা ওইরবদি অমুক লাক্লুনা নহাকী অমদি পাবুংথোয়, ইমাখোয়গী সেবা ফংজরগেকো। অসি হায়রম্লগা খেংলবা অহিং অসিদা মপামদা চেল্লক্লে। মতুং অত্থদা বীরেনস্থ মমাগী য়াথং ঙাক্লগে হল্লমাল্লে, চিত্রাবু কৌরক্রে। চিত্রা কপ্পতনা মথৌ ওইত্থনা লেল্লে।

চিত্রা জ্ঞান খংতা তারকই, খরা পি অমতং শাংনা হোৎনাক্লগা — ইস! ওহ্মোকপা রাখল তরুইদা, মঙলা তাইবংলা? মশা অত্থ ইচোক চোকথৈ। কোরৌনবস্থ তপা ময়ুমদা চংক্রে। বীরেন্দ্র চিত্রাগা উনরগনি খনবদা কয়াদা হুংঙাইজ।। সুরজখোয়দা লাক্লুনা হোৌরক্লে। বীরেন্না করিগুম্বা অমা চৎপদা সুরজবু লোয়নগনি,

মখোয় অনি ওন্থোক্লস্থু চাৱৈ, মিৎকুপ অমত্তা থানদে। বীরেন্না সুরজগা লোয়ননা লাকপনা চিত্রাখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। চিত্রা ঙসাইমখৈ বীরেন্দ্রবু ঙাইরম্বদগী ইমু'দা অমুক চঙখ্রে। বীরেন্দ্রনা অমুক ঙাইরি। ঙাইহাক লৈরগা চিত্রাবলি অমুক থোরক্লে। বীরেন্না চুরুট মচৈ অমা চপ্লগা অমুক অনিরক চিংই, চিত্রানা চুরুটকী মঙাল মঙাল অত্থু উবদা বীরেন্দ্রনি হায়বা খঙলত্নুনা তুমিন্না থোরক্লে। বীরেন্নদি চিত্রা থোরক্লরোইদবোই নীংত্নুনা য়ান্না নীংঙমদনা খোঙথাং অম'নি থাংবা হৌখ্রে।

পুং মঙা মখাইরোম তারে, পঙথেং থোংবদি নক্রি. নিংথমথা ওইবনা ঙন্না মম্বনি। চিত্রানা থোঙ্গাল হেক য়ৌবদা বীরেন্দি লম মরি মঙারোম চৎখ্রে। বীরেন্না চৎলিবত্থু উনা উনা চিত্রা করিস্থু হায়বা ঙমদনা অত্থুম্মক য়েংত্নুনা লৈরি। করম হায়না কৌরুগনি, অম্মুক তাঙনা ফংলবা তাঙ্গা অসিবু ইকাই থিবদগী নাম্থোকখিবা ঙারব্রা চিংনজৈ। বীরেন্দ্রনা নাংঙমদনা অমুক্তুং য়েংথোরকপদা চিত্রানা লেপ্তুনা লৈরিবত্থু মমি-শামি উরকই, হরাওমনগ্রত্নুনা স্থুরজদা করিমত্তা হায়রমদনা মমায় লৈশিল্লক্তুনা থুনা চঙশিল্লকই। স্থুরজস্থু হন্না য়েংথোরকই, চিত্রাবু উরকই, তপ্পা শোল্লি — ওন্থোকপা হুপা-নিদকো। অত্থুবু চঙশিল্লুবা য়াদবনিনা অত্থুম্মক লেপ্তুনা লৈরে। চিত্রানা বীরেন্দ্রদা য়ান্না হুংশিনা হংলকই,

—কয়াম কুইরবগে য়ৌবীরকপা ?

—ঙাইহাক ওইরে, ঐ লাক্লে হায়বা করন্না খঙই ? ঐদি নঙ থোরক্লরোইদবোই নীংত্নুনা চৎপা হৌক্লুরবনি।

— চুরুটকী মৈঙাম্দুনা উরকপনি। বীরেন্দ্রনা মোমোন নোক্লগুনা,

—নঙনা চুরুট থকপা য়াম্না শাওবগু ঙসিদি কয়াদা কান্নরবা।

মখোয় অনি নোকমিন্নে. বীরেন্দ্রনা মথা ভারকই,

—হকচাং বু থরা মুংঙাইরব্রো?

— উম।

— চাবা থকপা থরা হৈয়ু ঐদি মুংশা থিরুরবনি। অদুগা ঐনা য়াম্না মুংঙাইতবা, পেন্দবা অমা লৈরে. মসি নঙনা ঙাকপীয়ু।

—করিবুনো, করি তৌরবগে?

—ঐ নহান নঙনা ঙমদ্রিবৈগী মতুংদা সিনেমা য়েংলুরে, মুরজগী উছাখোয়গা, নঙনা মুংঙাইরম্লোইদ্রা থল্লি. ঐসু মুংঙাইতে, নঙগা য়েংমিন্নরম্বা ওইরবদি মুংঙাইগদবনি।

— অদুগীরা? ঐ য়াওদ্রবসু বিমোত্তিনা মতুং শিল্লিবগুদি।

—অদুদনি ঐনা থু ইদগী মুংঙাইত্রিবসে।

— অদুগী দনক লুনা থনবীগম্ভ, ঐগসু মতুংদা অমুক য়েংলগা লোইরে, করি ফিল্মবু য়েংলকপগে?

—তপেস্যা।

—য়াম্না মুংঙাইরমগনি থল্লি।

চিত্রাগী অর্থ লৈরবা রাঙাওগুদা বীরেন্না চিংনরগুনা,

—ঐ মতুংদদি মখোয় অসোমদা মুংচৎ চৎলরোই, মুরুজগী মতেং পাংবগী রানি, ইবানিগীদমক মানসু য়াম্না রাবী হায়তুনা।

—ঐনা করিবু হায়গ্রবগে? নঙগী অনীংবদা ঐনা থিংবা ঙম্বগী পাঙল লৈজদে।

চিত্রাগী মরৌ থাংবা রাঙাঙছদা, বীরেন্না চিত্রাগী মনাক নক্লা চঙশিল্লক্লগা মাগী কংলবা মায়খোংছদা মিৎ কুপ্তনা য়েংলগা হুংশিনা হায়রকই,

—চিত্রা, নঙনা ঐবু লাম্না লৌত্থনা অমুক রাহল্লগন্থবা কৈদৌবগে, নহাক্লা অম্বুয়া ঐবু চাং য়েংত্থনা কয়াম কুইনা রাহনখিনি? ঐনা হিংলিবসি নঙগীদমক্লি।

অম্বুয়া ঙাইহাক রারী শানরবা মতুংদা চিত্রা চঙলগে হায়রম্লগা চঙখ্রে, বীরেনস্থ তপ্না মখোঙ থাংখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা নলিগা বিনিতাগা চিত্রাগোয়দা লাকই। চিত্রানা মখোয়বু কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নৈ। সারো থবক অমা চংল্লুনি হায়ত্থনা চংখ্রে। মখোয় অহুম নোকপগা ঙাঙবগা কদাই কদাইদৈনো রারী কয়া পুখোক্লনা শানরি। নলি য়াম্না শিংই মপুকচেল চেংলি হায়ত্থনা চিত্রানা মাগী অরোনবা অফোংবা রাফম থুদিংমক মঙোন্দা থঙহল্লি। বীরেণ্ড্রবু চিত্রানা অম্বুপকী মতিক হুংশি হায়বসে নলিনা শেংনা থঙই, অত্থনা বীরেনবু য়ানীংদবা কয়া লৈরবস্থ চিত্রানা হুং— ঙাইখিরোই থনবদগী থক হায়দে। অম্বুম রারী শারম্বদগী বিনিতানা করি নীংশিংলকপনো থঙদে, হায়রকই,

—চিত্রা, নঙনা লৈকাইদগী হুপা থগ্নিবসি তন্দ্রা? অসিদবু করিবু হেন্না ফরদনা, শক থরা ফজরগা কৈদৌননেগে? শকস্থ কাহেন্না কৈস্থ ফজবা নত্তেসে, মশম ইখোই হেক খোইরদনা, মনাত্তোন ইফল হেক ফল্লদনা, ঐদি নঙাসে ওম্বোক্লা পাম্মুবী, অফবা অহুক য়াম্না লাক্লিবত্থবু কৈদৌরদবা অসিদবু।

চিত্রা মপুক্লিংদদি শাওনীংই, চিনবান্দদি মোমোন নোক্লহুনা.

—ঐবু করিদা ফরদনা অহেনবা পামগদৌরিবনো ? মশাদি মত্তিক চাদনা অহেনবা পাম্লিবা মীদো নোংমদি অরাবা তারগদবনি। হুংশিববু কজবা, লল লৈবনা থল ওনবা য়াব্রনে ? হুংশিবদদি মফম মতম থায়দবনি।

—হোয়নে ইবেম্মা হুংশিবা হৈবী, নহুনা সোমদা হুংশিবা হৈরিভৈদো অসোমদা মী মচাহুগী দোষ পুরনি, কয়াদা কুইরবা মানা ঙাই-রক্লিবা, মশাস, ফৈ, মত্তিকস, চাই। নখোয় ইচেম্মখোয়গী ইতৈবুংঙোখোয়নস, য়াবা। তাঙাসিদা নলিনা,

—তুমিন লৈযুবা ইচে, মী মীগী অপাহনি, মসিদা থোইনা থন্নীং-ঙাই লৈতে।

—হোয় হোয়, লৈবা য়াগ্না হুংঙাইরনি, মমা অসিগী মত্তৌমকনে, ঐখোয়দি কিজে, লৌনম্রিইদগী হৌনা পাম্মীগা পামদেগা হায়-বসিনা অমুক্তোইবা অঙকপনি। ঐনা ইমান্নবী অমা ওইবগী ফহন্নীংবগী রানি, অকবা অহেনবা পামগ্রিবা করিগীনো, মুগমিদি থাইনা থম্বা থোইবীগী মতমদো নংব্রে ইবেম্মা।

চিত্রাবলি, মমায় ঙাংশিংকই, শাওনীংবগী মমি ভাই, অদুগা হায়রকই,

—করিগীনো মতমসিগী কুপীশিংসিনা মশাগীদি য়েংদনা অথোইবা অহেনবা অমুকয়াম পাম্লিবসিবো ? অহল চমন্না হায়বা ইনবী হায়রনিগী নামাদা থুদো চাবা লৌহুনা হুংশিববু কাওথোক্লগা মশাগী ওইজবা থিরি, মসি ঐদি ওস্তোক্লা য়ানীংদে।

—অহুগী হায়রবদি ঐগী মতুদি, অহলশিংগী য়াথং ইনবনা খাইদগী ফত্রা হায়না খল্লি। মরমদি, মখোয়না ঐখোয়বু ফত্তনবা কৈদৌ-মুংদসু খল্লোই, মপা মমা ওইবশিংনা মচা ওইবশিংবু কয়াদা মুং-ংশিজবা, কয়াদা রানা য়োকপী-থাকপীরকপা, খন্দুনা য়েংউনে, ঐখোয়সে অসুম চাউনা পোক্লকপা নত্তে। মুংশিনবা হায়বছুদি লৈমিন্নরগা অহুম মুংশিনরকদবনি। মশক খঙনত্রিবা মুপা মুপী করম্না মুংশিনগনি, খঙনরবা লোয়নরবতদা মুংশিনরকপা নত্রনে ? মুংশিননা লৌন-লৈনখিবহুসু করি নত্তবা মরমদগী হেক মকায়নৈ, ঐদি অহলগী য়াথং ইনগনি। চিত্রা, মোমোন নোক্লহুনা,

—হোয়নে হোয়নে ইমুনে, ঐদি ইল্লোই। মখোয়না ঐখোয়বু চাউননবা য়োকপীরকপদা কয়াদা রাবীরকপা, মপা মমানা হায়বা ইনবা মখোয়গী পেন্নবা তৌবনা মচা ওইবা ঐখোয়গীদি খাইদগী চাউরবা ধর্ম্মনি। ঐখোয় হৌজিক চাউ্রে, অক-ফত্তগী রাখল খনবা ঙম্রে। অতৈ হীরমদা মখোয়না হায়বা খুদিংমক ইল্লবসু পুন্সিগী অরা-মুংঙাই পুমিন্নগদৌরিবা মীশক অহুগী মপুকচেল খঙদনা লৈমিন্নবা হায়বসে অরায়বা নত্তে, মতম খরদগী নত্তনা পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নগদৌরিবনি, মপুকচেল ইবুকচেল খঙনদবনা মা ঐ মত চানরমত্রবদি, মশকসু ফজসু মরলসু লৈমসু, লৈমিন্নববু মুংঙাইত্রবদি মতপু চানত্রবদি ইমুং অহু করম্না মরা চেৎনা মুং-ঙাইনা পানবা য়াগদগে ? চারবসু চাত্রবসু অরৈ-লৈত্ত তানহুনা চান্ন-চিন্ননা মুংশিননা লেনবা পুন্সি অহুবু মুংঙাইবা কৌই। নলিনা মরক থৎলহুনা,

—চিত্রাসে মতম অমদদি ইপঙ পঙনা, ইঙাও ঙাওনা লৈরম্বনি, তামোগা থেংনরুবদগী মন্ত্রনা শুঙ্কাংলবা লিলগুম্না কয়াদা জ্ঞান তারবা।

—হোয়, মমাংঙৈদদি ঐসে সুম পঙহিং হিংলম্বা হায়বহুনি, হৌজিক্তি মাবু ফংজরবনিনা ঐনা করম্না জ্ঞান তাদবা গুমগনি। ঐদি খুদোংচাবা অমদি ওইজবা থিহুনা হুংশিববু মমল লৈতনা থক থংল্লাই। বিনিতানা তনওক ওক্লকই,

—হোয়নে ইবেম্মা সতি সিতা, নঙনা সোমদা সতি শারিঙৈদা, অসোমদা নবুংঙা মতমগী রামচন্দ্রনা মতিক চাবী সিতাদগী হেনবী নায়িকা অমা য়েংলম্নবদি সিতাকা শাবা ঙম্লোইকো।

—মহুদি লাইবক্তা তম্নম্বনি। হুংশিবা হায়বসি করিনো হায়বহু নঙনা ভাব তাদ্রে, হুংশিনবা হায়বসে পম্বুংগীদমক্তরা? কায়নগানি কিহুনা হুংশিববু মীরাইরগজ্রা? অশেংবা হুংশিনবগী খুদমদি নীংশিংনবা কাওনদবহুনি। ঐদি মাবু থুংনবগীদমকম্বু থোইনা খন্দে, মহু ঐগী লাইবক্তা তম্বনি, মানা ঐবু কাওবীদবহুনি ঐনা পামজবা।

চিত্রাগী রাঙাঙহুদা মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। চিত্রা রা ঙাঙবদা শেম-শাহুনা ঙাঙবা কয়া হৈজদে, মাগী অনীংবা অপাম্বহু দোং-দোং হেক্তা হায়দোকই। নলিনা,

— নহানমখে চিত্রাসে রা ঙাঙগন্দবনি হায়ববু ঙসিদি ঙাঙবা য়াম্না হৈখ্রেনে। য়েংনরো অহুমঙাইরে, ঐদি অনিমকী মীচং ওইনা অম্বুম্মক তারগে।

মখোয় অহম্মক নোকমিল্লে। ঙাইহাক কনহনা ৱারী শারবা মতুংদা নলিগা বিনিভাগা চৎখ্রে। চিত্রা মথন্তা চিক্লা কমহনা ৱাথল থলহোরে। মখোয়' ইমানা ঐবু য়াদে হায়রিবসিবু অচুম্বা ওইরিগগ্রা ? ঙসি ফাওবদা মাগী মমাংদা মায় অসি হাইগৎতুনফাও চৎচখিত্রি, মতম খুদিংমক্তা কিনা হঙ্গোইনা চৎচৈ। মসি অহেনবা পাম্বা ভাইবংগী চংনবীনি, কনাদম্ব ৱারোনীংঙাই লৈতে, মী খুদিংমক অহেনবা পাম্নবনি। চিত্রাখাগী অহলশিংনস্থ মাবু পাম্লোই, মখোয়না য়াদবা ভারবস্থ ঐনা কৈদৌহুংদা মাবু কাওখোক্লোই।

চিত্রাগী পুক্লিংনা লেপথ্রবদি মখোয়গী অহলশিংনা কৈদৌহুংদা অপনবা পীরোই। চিত্রাবলি য়াম্না লাইরবা ইমুংদা পোকচবনা শেৎপা চাবা মনিং থুংম্রবস্থ মখোয়না ঙম্বা থবক্তদি মানা হায়বভা ভৌই। চিত্রাগী মমা শোরো য়াম্না হৈথোই-শিংথোইবী মী নত্তে, ইচম চম্না পঙলৈ লৈজবনি, ৱা ঙাঙবস্থ কয়া হৈজদে, মচাশিংবুদি ওম্বোক্লা লুনা ভৌজে। মশা ফত্তবনা মরম ওইহনা ভোয়না নাবনা মপাঙ্গলস্থ শোল্লি। মপাবুং মধুস্থ মীঙমদে, অঙম্বা থবক ইনথাং ঙ-নোমহনা হিংজবনি। মচা ভাঙনা ফংবনা য়াম্না লুনা ভৌই। চিত্রা য়াম্না ওইনগল্লি হায়তুনা মানা হায়বদদি অথাকপা লৈতে। চিত্রানস্থ অহলশিংবু য়াম্না কিনা চংলি।

জুমিদাংগী মতম ওইশিন্‌ক্রে। বীরেন্দ্রনা চিত্রাবু ঙাইরিভৈদা চিত্রাখোয়গী অঙাং অমা থেংনহনা বীরেন হনখ্রে, ফনা ঙম্না লাকপনি অহুবু ঙসিদি চিত্রাস্থ থোরকত্রে, কুইনা ঙাইরবগী তুংদা অঙাংহু থেংনবানি। চিত্রানা বীরেন্দ্রবু মিৎকুপ অমত্তা লাইনা থনখিত্রি, করিগী

খল্লুনি, বীরেন্দ্রনা ঙসি ফাওবদা চিত্রানা পামদবা থবক অমফাওবা তৌখিদ্রি। করিগুম্বা ল.ইবক লৈতত্তুনা কায়নখিবা তারবস্মু কাওবদি রানা খোকনি। চিত্রাগী মমাংদা কন:গুম্বা মী অমত্তনা বীরেনগী ফত্তবা রা হেক ঙাঙ রবদি চিত্রা শাওনীংবনা লৈফম থঙদে। বিনি-তানা চুম্না মাবু হুংশিন্থনা মাগী ফনবা হায়বত্থকাও মানা হুংঙাই.ত। অমুক হুংখিল হুমিদাং থাক্তনা মিৎকুপ অমত্তা কাওথোক্তনা মহাক্তগী আশাদা হিংজরিবীনি। অত্থবু বী:রেন্দ্রনা অতোপ্পগী ওইখিবা তার-বদি চিত্রানা করম খাংগনি। ঙসিগী হুমিৎ অসি চিত্রা য়াম্না হুংঙাই-ভনা উই, বীরেন্দ্রগা উনদবগী হুংঙাইভবনে. লৈকাইগী মমাঙ্গবীশিংগী নোক্ল-বাহৈ কয়া অমা ভ বনে। করিগীম্বু অমুক হুংশিরুরিবা. অমুক নকথ্রবা মবুংগুম্না খনবা য়াবা মফমসিদা, মতোন্দা করম্বা তোপ তোম্না গুণ অমা চেনবরা? পঙলবী চিত্রাগী থম্মোয়বু নঙনা কয়াদা লৈতাহন্দ্রবা। তপ্পা মপান্দা থোরকই, মিৎস্না অনিনা অহাংবা অতিয়াদা অহিংগী চেক্লানা তুফাং খপ্না পাইজবন্থ হুংশিনা য়েংলি। ংপাল রাপাল কয়ানা মালংগী শন্থমদা হাইনা হুম্না শান্নরি। লৈচিন নোংকাই খ.ংদ্রবা. কজ্জভনা মপুং ওইরবা লুপা অহিংবগুম মঙাল লাইরবা ওসিগী থাবলসে উরুরগা চিত্রাগী থম্মোয়দদি অরাবা মমিনা কুপ্নি।

অসো:মদম্বু বী:রেন্দ্র তুম্বা য়াত্রদ্রনা ফজুং ময়ায়দা লোংনা হিপ্ল-হনা রাখল তৌই। মখোয়গী অঙাং ংম। উখিবত্থদা থোরকপা লাদন্থনা তৌরিব্রা নত্রগনা ঐনা মমা পোন্দবা করি তৌখিন্থনা ঐবু রাম্মৌরিব্রা? মহাকপু অহনশিংনা ফুবীরক্লগত্রা? বীরেন্দ্র ফুক

হৌগৎতুনা ফম্মী, মুরুম মুরুম শোল্লি, মেন তাদনা মথন্তা পঙথক্‌পা-থল্লি। মপান্দা অমুক থোকই, ইমুংদা অমুক চঙই তৌহনা-কনা কুইনা তুমদনা লৈরে। থংনবা কারোমদগী মমানা, ইবুঙো নঙবু হৌজিকফাওবা তুমত্রিবদি কৈদৌরে হায়না হংলকই। বীরেন্দ্রনা থংবোই করিবোই, কৈম্নু তৌদে হায়না থঙহায় থঙজিল ওইনা হায়-দোকখি। মমাম্নু অমুক মথা তারকখিত্রে। বীরেন্দ্রনা মথন্তা থল্লি, ওস্পোকপনি ঐসে নীংবা সুক্কথুং হেক থুংদে, ইথন্তা ঙাইহাক রাখল থঙবসিফাও হেক চয়েৎনৈদা। থোং অহু পুনা পানশিল্লগা চঙলকুনা হিপখ্রে।

---

# মরিশুবা শরুক

চৎখ্রি মতম্মা লেপ্তুনা, নাকেম্বা য়েন্নিংথা কয়া তুংওইনরম্লগা। তপ্না লোইখ্রি অহিংগী মতম, শিম্মরি অমম অঙান। তপ্না থোরক্লি কোয়োৎনবনা, শম্জোরক্লি মশেক মঙাল মালেম পুম্বদা মীচং মীথাই নাইদনা। অয়ুক্কী মালংনা হাম্লি হৈনম লৈনম পুহনা, অহিংগী লৈরাং শিঙ্গারৈনা কোরৌ মৈশা ফংবদা চোইনা কেল্লি লৈমায়থক্তা। য়াহৌ ঙনবা চেক্লাশিংনা নোংঙান পাউজেল পীর্রি তাইবংদা।

চিত্রাবলি ওম্না হৌগৎতুনা অয়ুক্কী তৌগদবা মথৌ লোইশিল্লি। চিত্রাগী মমা শোয়োনা ঙমাং মতোম্দা হৌরিবা কোবীহু নাপী কোই-দোকুনা মথোঙ শোম্বীরি। পঙয়াম য়ামত্রবম্নু কোবীশিংহু কয়াদি ফজখ্রে।

ওসিদি য়ুমথোং খুদিংমক জেনেরেল ইলেক্সনগী ভোট থাদবা চংনগদবগী চাক ওন্না থোংনৈ। চিত্রাম্বু চাক খোংনবা ঈরুজবা চংথ্রে। শোরোনা কোবী মখোঙ শোম্বা লোইরত্নুনা চাকশঙদা এপ্পাং শেম্লি। থোংবা থাকপা লোইরংনা ময়াম পীরুখ্রে, মহাকম্বু মখোঙ হামদোকুনা ইমুংদা চঙশকুনা ফি-রোল হোংদোক্লি। ফি শেংপা লোইরত্নুনা নলিনিগা বিনিতাগা মখোয় অহুম খোরক্লে।

মখোয় অহুম রারী শানা শানা লাকপনা ভোট থাদগদবা মফম য়োরে। গেট ময়াম্থদা বীরেন্দ্রম্বু লেপ্লুনা লৈরম্মী। চিত্রাবু উবদা মোমোন নোক্না য়েংলকই, চিত্রানা ইকাইরত্নুনা ছাটিন্না মমাম্ম খুম-জিল্লি। ভোট থাদবা লোইরত্নুনা বীরেন্দ্র খোরক্লে, হায়নখিবা মতুং ইন্না চিত্রাদা ইঙ্গিৎ তৌরম্লগা চংখ্রে। চিত্রাদি মী চিনবনা পাক হেক চঙবা য়াদত্নুনা ফনা কুইনা লৈরে, কোম্বংদা উচিন-নাচিন্না থাদ-রম্লগা মখোয় অহুম রিক্সা তোংত্নুনা লাক্লে। অসোমদা বীরেন্দ্রনা লাক্লরোইদবোই নীংত্নুনা অরাকপা গারী মথে য়েংত্নুনা লৈরি। চিত্রাগা নলিনিগা বিনিতাগা পুন্না লাকপা উবদা বীরেন্দ্র হরাওজে। বীরেন্দ্রনা মাঙ থারত্নুনা ফনা শাংনা লাক্লে, রাদি অমত্তা ওাঙনদে। নলিনা চিত্রাদা য়েংলগা, কদাইদনো চংলিবসিম্বু হায়না হংই, চিত্রা পাক হেক খুম্বা ওমত্রে। নলিগা বিনিতাগনা মখোয় লৈহৌরগে, চিত্রা নথন্তা চংখ্রো হায়রক্লে। চিত্রানা য়াম্না ইকাইনা, ওসিদদি মাগী মায় ওাকউ হায়ত্নুনা ফনা হায়জে অত্নুবু মখোয়না য়াবা লৈত্রে। লম্বীথদা লেপত্নুনা লৈরে। চিত্রা কপ্তে হায়বতা মঙাইরে, মমায়হু ঈচপমুক ওাংশিল্লি, মমিং অহু বীরেন্দা অমুক য়েং নলিদা অমুক য়েং তৌত্নুনা লৈরে।

য়ুমদগীদি চিত্রানা নলিদা সিনেমা য়েংলুসি হায়হুনা পুরকপনি। ওইদবা ঙাঙই হায়হুনা চিত্রাদা য়াম্না শাওরে, অশেংবা হায়রবদি নলিনা য়ারোইজ্রা হায়হুনা হায়দবনি। বীরেনখোয়গী অকিস য়াম্না পওলাপ লাম্নদি নত্তে, অহুবু মখোয়না অয়ুক্তা চত্রিবনা কা হেন্না লাপ্লোই নীংই। চিত্রাদি চৎচনীংবনি, বীরেন্না হায়বা রা হীক্তোক-চনীংদে। অহুবু নলিগা বিনিতাগনা য়াবা মরৈত্রে। চিত্রা মথন্তা লৈহৌগে হায়বস্মু মখোয়গী মমাংদা ইকাইজে। বীরেন্নস্মু ঙসি অসি চিত্রাগা রারী থরা শানীংই, অহুদস্মু নত্তনা নৌনা লিংথংলিবা কার্ম অহুবুস্মু য়েংহন্নীংই। নলিনা চিত্রাদা হল্লসি হায়না কন্না তকশিল্লি।

চিত্রানা পোৎ অমত্তা লৈরুখিসি হায়হুনা লৈমিন্নরুরে। বীরেন্দ্রগী মফমদা চৎলগুমসি হন্নসি হায়না হান্নজবদি ঙমদ্রে। নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে। চিত্রানা নলিদা শাওনীংই, অহুবু করিস্মু হায়বা ঙমদবনা, রা-লান অমত্তা ঙাঙদনা য়ুম্নোমদা চৎনবগী মায় ওল্লক্লে। চিত্রাগী মত্তৌদা বীরেন্দ্র শাওনীংলুরমাল্লে, থোন-থরা কল্লপ্পা, কৈদৌরবগে অদোমদা চৎলিবহুবো হায়রকই। চিত্রানা য়াম্না হুংঙাইতনা, ঙসি তোক্লসি নোংমা চৎলসি থুম্নকই। বীরেন্না চিত্রাদা মিৎ কুপ্তুনা য়েংলহুনা, য়াম্না রারোনা, ফরে হন্নব্রো হায়রক্লে। হুংশাস্মু য়াম্না কাল্লি, বীরেন্দ্র খবর অমা মকোক্তল্ল কুপ্লহুনা চিত্রাদা য়েংলহুনা লৈহৌরে, হুরজগী মমাংদা ইকাইবনস্মু লৈকম থঙদে। বীরেন্না চিত্রাবু চাননা শাওরে। শাওনীংবা হুংঙাইজবা কয়া পুহুনাময়ুম্নোমদা হল্লক্লে, হুমিৎতুমা বীরেন চন্না হেল্লে। চিত্রাবু থাজদবগী রাহৈ কয়া অমদি মখোয় অনিগী মরীক্কে থম্নগুমসি অসিনচিংবা কয়া

ইত্থনা পীখ্রে। সোমদস্থ চিত্রা য়াম্না শুংঙাইত্রে বীরেন্দ্রনা মাবু রারৌখ্রে হায়না। বীরেন্দ্রনদি চিত্রাবু মথন্তা লাকউ হায়বনি, অত্থবু মথন্তদি য়ুমদগী থোরকপা ন্নারোই হায়ত্থনা মমান্নবীশিং হোত্থনা লাকমিন্নবনি।

বীরেন্দ্রনা শুংঙাইতনা লৈহৌবত্থগী খনবদা থরদি শুংঙাইত্তে, অত্থবু নোংমা ফজনা মথোয় অনিতা চংমিন্নগে থল্লি। মথংগী শুমিত্তা বীরেন্দ্রনা পীরকপা চিঠিত্থ চিত্রাগী খুত্তা য়ৌরকখি, খুপ্লিবত্থ হাংদোক্তুনা পারে, মাগী রাহৈশিংত্থ পাবদা চিত্রা য়াম্না ওক্লা থোকই। করিস্থ লৈত্রবা রাকমত্থগীদমক অসি য়ৌনা হান্নরকপদি শুপা মাপ্লেদা হায়না থল্লি। অমুকস্থ খল্লি, মানা ঐবু হান্ননা লাপথোকনীংলবা জাৎলা? শোয়দবা ওস্কবু কনা লৈবগে, রাকম অসিদা ঐগী ইরাল্লি লৈ, অত্থবু মাগী রাসি কনমল্লি হায়না চিত্রা ওাইহাক শাওনীংবগী রাখল থল্লুরবা তুংদা, অশাওবা পূম্বা লাপথোকওগা অস্থন্না খল্লি, অশাওবা হায়বসে মাওনবগী মশক্লি, করিস্থ লৈত্রবা পিক্লবা রাখলসিন্ননা মরম ওইত্থনা ইবানিগী শুংশি মন্নী তৎহনরা চুমদে। বীরেন্দ্রবু খেমজিল্লগে থল্লে। বীরেন্দস্থ চিত্রাবু তশেংনা কায়নবগে হায়না খনবদি নত্তে। থরা ইকাইবত্থনা চিত্রাগী রাখল চাং য়েংবা ওইনা ইখিরনি। শুংশিনবা হেনমল্লবস্থ খম্ললনত্থনা কান্নৈ হায়বত্থনি। চিত্রা মপুক্লিংদা চিংনবা পোকই, থুনমক বীরেন্দ্রবু উন্ননীংবনা ওফম চাকম খওদে, বীরেন্দ্রনা চাননা শাওগ্রবরা হায়না মিপাইজে। ওসিঅক উনমি হায়না পাও হায়হনখ্রে। চিত্রাগী পাওগী মতুং ইন্না বীরেন্দ্রনা চিত্রাবু ওাইরি। সন্ধ্যা য়াচংবা মতম্নি, ধূপ থাওমৈ কত্তুনা

ঈশ্বরবু পূজা তৌরম্নগা, ঈশিং শোকপা ওইনা থোরক্লে। বীরেনগী মনাক য়োরে, বীরেন্দ্র তুমিন্না চপ লেপতুনা লৈ, চিত্রাস্থু পাক হেক কৌবা ঙমদে, চিত্রানা তপ্না হায়রকই,

—রা অমতা হায়জগে, য়াম্না শাওবীরিব্রা ?

—( হুংঙাইতনা ) করি ইতিক লৈতুনা কনাদা শাওগদৌরিবনো ?

—অস্থুকয়াম' শাওবা হৈরমগনি খঙলুদে। নত্তে, ঙরাং চত্তবগীরা নত্রগা হান্না ঐগা লাপ্পবা পাম্নমতুনা ইরাল পীশিল্লিবরা ? নহাক্না অতুন্না হায়রকনি হায়বসে ঐদি করিমত্তা থাজদে, শাওববু য়াম্না হৈগ্রেনে, হয়েংরাই লৈমিন্নবা হুংঙাইরোইদৌরিয়ে সৈত্যা।

বীরেন্দ্রনা হরাওবোই হুংঙাইবোই তৌরতুনা চিত্রাগী মনাক নক্না লেপ্লতুনা চিত্রাদা য়েংলগা,

—লৈমিন্নবা হুংঙাইরোইকানা, ঙাঙবদি হৈরেনে, শাওবত্তা নত্তে চানবা রারোরবনি।

—শাওগে হায়বস্থু কোম্না শাও, হৌজিক্তি শাওবা য়াদ্রি, অওইবনি ঐসে রাদৌরিদা নিঙাই চাউবা মীগা শঙ্গ ওইরুবা।

বীরেন্দ্র হন্দক্তি চিত্রাগী মতৌতুদা নোক্লীংলমাল্লে, চিত্রাগী পুম্বুম তারবা পাম্বোমতুদা কন্না পায়শিল্লি, নারতুনা চিত্রানা,

—অয়ো ... ... ... খাদোকউসে, মতা অমনিনে, শাওবু শাওগল্লি হায়বনি অতুকয়াম শাওগল্লগা, দুর্বাশা মুণিনা অবতার তৌরকপা ওইরমগনি।

হন্দক্না অমুক হেন্না নোক্লীংলতুনা বীরেন্দ্রনা চাং মাম্নরবা লং-লবা য়াতোন্দু উৎলতুনা, মিৎস্না অনিনা চিত্রাদা য়েংলতুনা হায়রকই,

—হৌথিরা অমদি লাক্লদবা মতমগী য়া খঙলবদি নঙ পাজি ওইরো য়ারনি, নঙনা পাজি ওইরবদি মী য়াম্না য়েংবা লাকনি।

মখোয় অনিমক নোকমিন্নে। বীরেন্দ্রনা মখা তারকই,

—চিত্রা, নঙমুক চুংশিহৈবী নঙমুক খোজালহৈবী লৈরম্লোই, নহাক অসি ঐগী ওইনা কংজরবদি ঐসে কয়াদা লাইবক ফগদবা!

—মসিবু চুংশিবা অমনা ভৌফম খোকপা থবক নত্রনে? তামোনা ঐবু হেন্না থাগৎপীরে, ওসিগী অন্থন্না কয়াম কুইনা থাগৎপীখিগনি, কয়াম কুইনা চুংশিবীখিনি।

—পুন্সি চুপ্পগীনি, হন্দক্তীসিদা নত্তনা মপোক কয়াদম্ব ঐনা নঙবু কনাগীম্ব ওইহন্নীংদে।

চিত্রানা ফিহুংদগী করিগুম্বা অমা লৌথোক্লগা পী, লোয়ননা,

—মসিদা হায়রিবা য়াহৈশিংসে ফজনবগী নত্তে, থম্মোয়গী অশেংবা য়ারোলনিকো।

—(বীরেন্দ্রনা লৌনা লৌনা) নঙগীসিবু করিনো?

—তামোনা ঐগী কোটো পাম্মী হায়বদাইনে, ঐগী কোটোনে, মসি য়েংলগা শাওবা ফরোকো। বীরেন্দ্রনা মোমোন নোক্লা,

—ঐ শাওবা ফার, কোটোস্ব ফংলবনিনা অমুক চৎপ্রগে, অশেংবা মশক্ত খোরাংলি হায়বদি কাওবীগন্ব। য়ুমশকৈশা চুমিত্তা লাকে ঐবু ঙাইরম্মুকো।

চিত্রানা মোমোন নোক্লহনা বীরেনবু বিদায় পীরি। বীরেন্দ্রনা চিত্রাবু চুংশিনা অমুক্তং য়েংলম্লগা তপ্না মখোঙ থাংবা হৌরে। মিৎয়েংগী য়াংমা লাম্রিফাও চিত্রানা বীরেন্দ্রবু অহমক য়েংহনা লৈরি,

ৱীরেন্না অমুক্তং লৈনা য়েংলকই, চিত্রানা লেপ্পস্বদু উবদা খোঙথাং চপ লেপ্পী। চিত্রা তপ্পা মমায় লৈশিন্নজুনা চঙলক্লে, ৱীরেনস্থ নীংঙম-দনা হনখ্রে।

চিত্রা মাগী কাদা চঙহুনা য়ুমশকৈশা স্থমিৎ কয়াম ন্নাৎলিবগে হায়তুনা থুং থেক্তুনা পারি, স্থমিৎ অদু থুনা ওইহন্নীংই। ৱীরেন্দ্রস্থ য়ুম হেক য়োবগা ঙাইঙমদনা য়োন্নিবা চে অদু হাংদোক্তুনা য়েংই। অদুবু ফোটোদি ওইরমক্রে, লৈরম্রে পোমশাৎনরবা থম্বাল অমনা মঙোম্পা মোমোন নে'ক্লা য়েংলহুনা। খম্না খেঙোং অহুনা থম্বালগী মনাক্তা পোঙনা লেপ্লি, ঙাস্থ বাংডা অনিনা থম্বালগী মনাকতা চিপ্নোক্লরি, চিত্রানা লোনবা হৈজদহুনা ফজদনা উরবস্থ মঙংদি ফজৈ। ৱীরেন্দ্রনা ফ্রেমিং অদু নিং হ্পুনা য়েংলি। মহু করিস্থ লৈত্রবা পোৎশক ওইরবস্থ স্থংশিবগীদমক্তদি মমল ন্নান্না লোৗবা য়াই।

ৱীরেন্দ্রগা চিত্রাগগী মরী চেবশিন্না হোৎনবনা লৈকাইগী মী অয়াম্বনা খঙদে। চিত্রাদা ৱীরেন্না ভোয়না হায়, মী খঙহনগস্থ মী হায়বসিদি ঐখোয়বু স্থংশিদবস্থ কয়'নি, মী খঙলবদি ঐখোয়নিগী মরীদা অপনবা লাকনি। চিত্রাদি ৱীরেন্না হায়বশিংহু ঙাক্লা চৎলি, নলি নত্তুনা কনাদস্থ হায়দোক্তে। অদুবু ৱীরেন্দ্রদি চিত্রাবু ভোইনা পল্লগা হরাওবোই স্থংঙাইবোই ভোহুনা মমান্নবা থরদা হায়দোক-লুরে। অমন্না অমদা হায়দোক্লহুনা মী অয়াম্বা খঙনরত্তুন্না চিত্রাদা লক্লবফাও য়াওরক্লে। চিত্রানা ইকাইজহুনা স্থরজদা হায়হল্লুবদস্থ, মাগী অরোনবা মী থমদনবনি হায়রক্লে। ন্নাহৈহু ভাবদা চিত্রানা মাবু ঙসি ফাওবা থাজবীরমত্রিবমাল্লে হায়না মথম্ভা স্থংঙাইজদে।

থুংশিবগী লম্বীদা মী য়াম্না খঙহনবসে য়াম্না মাঙনবগী মশক্কি। ক্ষনা থুংশিনবা ওইরবস্থু কন্তবা পাউ কয়া মীনা তোয়না হায়জিল্লক্র-বদি মপুকচেল হোংনরকই। চিত্রা লৈকাইগী মীরা মৈশা লাংবতা নত্তনা মমা শোরোনস্থু ঙাঙলে। নেংশা চিত্রাদা শোরোনা,

—চিত্রাবলি, নঙ পাউ জাং জাং তাই, ঐ য়ানীংদেকো, অসি নং-ত্রবদি থুপা লৈত্রবরা? অসিদা লৈরগা নপুক্লিদ্বু থুংঙাইরনি, নঙনে লম হেল্লবদি নচেখোয়গী মনাক্তগী এগ্রিকলচর ওফিসার ব্রোজেন্দ্রা লুহোংবীরনি, নত্তেবুংঙোনা নহালস্থু হায়রম্বনি, মানদি নঙবু মশক খঙমাল্লে। অস্থুক নকপসিদা লৈবকা য়াপোৎ নত্তে, ঙস্থু ঙস্মীনে, থুপানেনা মী খোকপস্থু নত্তবা, অঙাং মচাদোনা মমা মপাগী আ মখাদা, ওন্থোক্না কিনস্থু চৎপ্রপোৎনি, নঙনা লৈরুবদা করিমত্তা ননিং থুংলোই খঙলেদনা ...।

তুমিন্না লৈরম্বদগী চিত্রা শাওনীংলুরমাল্লে,

—মচা ওইবশিংনা মপা মমাবু কিনা চৎচবদি অচৌবা ধর্ম্মনি, ইমা-গীস্থু নচাশিংনা ইমাবু থবশি-খাশি থমত্রবা, কিনা চত্রবদি মীনা থিনা ঙাঙনবতা নত্তনা ইমাবু নপুক্নীং থুংঙাইগত্রনে? মীগী অহল লমন কিনা চৎচববু ইমানা করিগী য়াবীনিংত্রবনো?

অচুম্বা ঙাক্তা হায়রকপদা শোরোনা,

—হায় চিম্বিবী, তুমিন লৈয়ানে, ঐনা পামদেনে, শক খরা ফজরগা কৈদোঁনদৌরিবা, হৌজিক্তি শক্ত্রা চৎনত্রবনে, শক ফজবা হায়ব-স্নিদি মিৎকী কুস্মে থুংঙাইনবগী য়ানিনে।

—অহৱু, লৈকাইগী মচিন থিবা মীয়া ঙাঙনবা কনানা ইমাদা হায়-
জিনবীয়িবনোনে ইমা, মীগী মীয়া পঙলো লোৱীগনু, ঐস্থু মীনা
অহুয়া ঙাঙনবদো ইকাইজে, ঐবু থাজবীয়ু ইমা, ইমানা হায়বা
খুদিংমক শোয়দনা ইনগনি ।

—হোয়নে, ইচাসিদি ইমানা হায়বা ইনগদবনি, অকবা থন্দুনা লৈগ-
দবনি । শোয়েনা হয়াওনা হায়রকপনি ।

ঙাইহাক কয়ম্নগা চিত্ৰা ইমুংদা চঙব্ৰে । শোরো মচাগী চুং-
শিবা য়াঙাঙ তাবদা অশাওবা পুম্নমক মাঙব্ৰে । মপুক্সিংদা খল্লি,
কয়াদা চুংশিব্ৰবা ইচানো, ঐবু কয়াদা নীংজব্ৰবা, মঙোন্দা ঐনা
ঙাঙলুয়িবসি দয পুরনি, করিস্থু খঙজদ্রিবী ইচানি । হোয় পাখং
লৈশাবীনিনা চুয়া কাগী-জুগাই ভৌজবঙ্গুদা মচিন থিবা মীনা পঙহায়
হায়য়িবনি । অস্থুক নক্সবু কনানবু … ।

চিত্ৰাস্থু ভুমিয়া মথস্তা য়াখল থন্দুনা ফল্লি । কনানবু হায়-
য়ল্লিবনো ইমাদা, মসি থোকনি হায়না ঐনা কয়াদা চেকশিনজবা,
মানদি ঐঙোন্দা মী হায়দোকপ হায়না কয়া হায়রম্বনি অহুগা করি
ভাবতগীনো মানা মীঙোন্দা শন্দোকলুয়িবা ! অসিগুম্বা য়াখল কয়া-
সিনা চিত্ৰাগী থম্মোয়বু পোথাহন্দনা ওৎলয়ে । অমুক্তংদি উনহুনা
চেকশিয়বা য়া কয়া ভানজনীংই, অহুবু য়া ঙাঙনবগী খুদোংচাবহু
ওহ্মোয়া লিক্সা কংব্ৰে, নিংথিনা য়ারী য়াভাই শাবা কংব্ৰে । মখোয়
অনি অমনা অমবু থাজননবা লেঙব্ৰবা য়ারেপ থম্লীংই । চিত্ৰানা
বীয়েন্দ্ৰগা উনবগী চুমিং অহু পাবদা অতৈ য়াখল চঙদে ।

বীরেন্দ্রস্থ মপুক্সিং ইরাং লাংই, চিত্রাবু থাজদবা হৌরকই। অওনবা ত্তাইবংগী চংনবী পনস্নুংদা বীরেন্দ্রগী ব্লাথল লম্ফাং চৎপা হৌরকই। মথোয়গী অফিস অত্তদা নৌনা থবক ত্তৌব্নিবী শায়া কোবী হুপী অমবু বীরেন্দ্রগী পুক্সিংনা মিতাক্লরে। শায়া য়াম্না ঈনাক কৈরাক থুল্লি. শক্ত লমদা য়েংনরবদি চিত্রাদগী হেনবা ঙমদে, কুচুস্থ পংস্তৌ ত্তৌদে, মী পিকই, মপাম্হোংদা য়াম্না তন্না ইংবা মাল্লি, মী লুই। চিত্রাদি ইচম চম্মী। বীরেন্দ্র শায়ানা থবক হেক য়াওরক-পদগী অত্তক স্নুংশিরম্বী চিত্রাদো মরাল কৈতনা মরাল হেক্তমক পীনিংই। শায়ানা চিত্রাদগী হেন্না ফজবস্থ নস্তে, করিগীনো মহাক্না মিতাক্লবা, মরল কৈবা হেনবনরা? শায়া ঈনাক খুনবা ইমুংগী মচা ওইবনা মহাক্না নক্লরবদি ত্তুংগী থুদোংচাবা হেনগনি হায়বসি বীরেন্না থল্লি, অত্তনা মাবু পাম্বনি, পাম্বদগী স্নুংশিরকপনি।

মতমসিগী মীশিংসিনা শেলতবু মিহৌই, পুস্নিবুনা মমল কৈতনা লৌনৈ। মীওইবনা হিংলিবসি শেলতগীরা? চুম্মী শেল কৈরবদি পুন্নমক ঙম্মী. অত্তু ওইনমক স্নুংশিবদি কৈবা ফংদে। মসি মতমসিগী অশাবা স্নুংশিৎসিনরা থঙদে পুস্নিবুদি শেলনা মমল হেন্না থন্নরিবসে। অত্তবু ঙসি ফাওবদি বীরেন্দ্রনা শায়াগী মফমদা করি-গুম্বা রাহে অমতা ফোঙদোকত্রি। মিৎয়েং অমদি ব্লাঙাঙ খুদিংমক্তি অর্থ কৈনা শীক্তিনৈ। শায়াস্থ বীরেন্দ্রগী মরোল লোল্লবা মিৎয়েংত্তুগী অর্থ খঙনা চংলি। মথোয় অনি ত্তোইনা মিৎচিগী পাওখোং চন্নৈ। বীরেন্দ্র অফিস ফাওবা সাইকল থোবা রাই হায়ত্তুনা তন্না চৎলম্বত্তু হৌজিক্তি ওস্তোক্না ঙমস্থ চৎলে, নোংমতস্থ লেপ্নীংত্রে, চৎলমদাইদা

শমজেং হাংপগা মিংশেল য়েবগা ওয়াথাংগা কুইনমু চঙলক্লে, ফিনা তোইনা হোংলিবা, অঙকপনি মাগী মখা। বিজয়েন্তিনবু লৌনৈ, হন্দক্তি ঐখোয় তামোসে অফিস চৎপদা থরাই য়ম্না য়াওরে, য়াম্মনু কেরে, অফিসতা অমা লৈরক্না করিনো ? বীরেন পাউথুমদি পীদে নোক্না মনোকই। অস্মুম্না নোংমা নোংমা হোৎলে। বীরেন চিত্রাবু চাননদি কাওক্রি। য়ুমশকৈশা তুমিংনি, বীরেন্না হায়রম্বা মতুং ইন্না চিত্রা শুংঙাইরবা রাখলদা শুংথিলদগী হোনা করি হায়গদগে খনবা হোই। মশানগা রা চাংবদা কয়া হৈজম-শীংঙমজদে ইকাই-গল্লি। ঙসিদি চিত্রাগী মায়থোং মকা লাম্মী, ফজবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ফজহল্লি। তুংলোমদগী স্নাহন্না,

—ঙসিদি ইচেয়ামসে রাখল য়াম্না শুংঙাইমাল্লে, নহানখৈদগী ঙক্কি অসিনা য়াম্না হেন্না ফজনা উইকো।

চিত্রানা মোমোন নোক্না য়েংশ্লারকই, অদুগা হায়রকই,

—কনানা হায়রিবা হৈ.রহায়, অদোং কিন চানি।

—চাবীরোহায় ··· (মমিং ফাকচিল্লকই)।

নোক্লিংবদি খাঙবা ঙমদে চিত্রা, ফুগে হায়না তাম্নরকই। স্নাহল হোৎনা চেনখ্রে। চিত্র না মথন্তা শোলহোই, মঙাও থিগ্রেদা মসিগী অঙাংসে। বীরেন্দ্র লাকপা মতম ওইরক্লতুনা চিত্রা থোঙ্গাল-লোমদতা য়েংতুনা লৈখ্রে। অদুবু লাকপদি মরৈরক্রে, লাকমন্ত্রবতুদা তুমিন্না থোরক্তুনা লোল্লিবা কোম্থোংচৈ অদু পায়তুনা ঙাইহাক অমুক লেপ্লে। মতমদি ফনা থেংজিল্লক্লে, লাকপা মরৈখিক্রে, অমুক চঙ-লক্লে। চিত্রা লৈফম থঙক্রে, মাবু মীরোয়দুনা লাকত্রিবরা নক্রগা

করম্বা খুদোংচাদবা লৈরবনো হায়না মওল মওল খল্লি। বীরেন্দ্রন্সু লাক্লীংদবদি নত্তে। মমা পোকপা মথৌথু অনাবা থুংঙাইতে হায়-তুনা অফিসতগী হল্লক্লগা চৎখিয়ননি। চিত্রা খাবল অতুদা শুমাংদা হঙৎ-হন্দা চংতুনা লৈরে। রারৌবা থুংঙাইহতবগী রাখলনা মিৎস্না অনিথু পিতনা থুমহংখ্রে।

মথংগী থুনিত্তা সুরজগী মচিন্দগী পাও পুম্বা তারে, চিত্রা খরদি পোত্থাজরে। থুনিং মঙা করক্লি হৌখ্রে, চিত্রানা সুরজবু অনাবা হংলুচো হায়না খাখ্রে অতুবু লাইবক থিবনা বীরেন্দ্রগদি উনরকত্রে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা থা মখাই অমরোম ফারক্লে উনখিদবা। চিত্রা লৈফম চাফম খঙদে, চংতুনা হংলুসিরা হায়না খল্লি, অতুবু কনাদা করি হায়না হংলুগনি। চিত্রাগী রাখল অরাবগী লৈচিল নোংফাইতনা কুপখ্রে। নোংমা বীরেন্দ্র মযুমদা লাকপদা সুরজগা থেংনতুনা চিত্রানা শাওদনবা রা কয়া হায়রম্মী। অতুবু বীরেন্দ্রনা লৈত্রিঙৈ মরকসিদা চিত্রাদা লৈকাইগী মী কয়ানা মাগী থম্মোয় শোকপা পাও কয়া তমশিন্‌বীতুনা চিত্রাবলি মখরাই থুংঙাইতবদগী মশাথু অনাবগুম্লে, মতম চুপ্পদা ইশুঙা শুকথংনা লৈরে, বীরেন্দ্রবুসু রারৌখ্রে। অতুবু মশা লাক্লগা অংশংবা খুঙনবগীদমক বীরেন্দ্রগা উনবগী মতম রানা ঙাইরি।

নোংমা চিত্রাবলিনা ফমাঙদা ফক অমা থায়তুনা মথম্তা চিক্লা কল্লিঙৈদা মেনা চঙশকই। মাবু উবদা চিত্রানা য়াম্না তরাম্না কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। ঙ ইহাক লৈরগা মনানা চিত্রাদা,

—চিত্রা, নঙোন্দা রা খরা হায়নীংহুনা চঙলকপনি. নঙগদি হুংঙাই-তবা য়ায়, অদুবু ঐদি নঙসে ইমান্নবী হৌমিন-কামিন্নরকপীনি নঙগী ফনবতা থল্লি।

—করি য়ানো হায়য়ু কৈদৌবগে ? ·

—অরুবদি নত্তেদা, নঙগা তামো বীরেন্দ্রগগী মরমদনি।

চিত্রা ইকাইজবনা লৈফম শঙদে. নোঙ্হুনা ইকাইবা খাংলি। তাঙ্গাসিদা নলিন্স চঙলকই, নলিনা মখোয় অনিগী মনাক্তা ফমুহুনা,

—করি য়ারীনো নখোয় অনিনা অদুক চিক্না ছানরিবদুবো ?

—( চিত্রানা নোক্লহুনা ) করিস্ব ছাউনদেদা, নঙস্ব য়াওরোলাও।

—( মেনানা মখা তান্নকই ) নলি নঙস্ব খঙলমগনি চিত্রাগা তামো বীরেনগগী মরীসে।

—হৈমা করিনো নঙনা হায়রিবদুবো, ঐদি খঙদেনা চিত্রাসি ইমোন মোম্না য়াম্না ঙক্ষীপোৎনিনা। চিত্রা ইকাইজহুনা তুমিন্না লৈ।

—( মেনাবা খরা শাওরগা ) খঙলে ইবেম্মা, নখোয়না লৌৎলবস্ব লোইনা খঙজরে, মখোয় মমান য়াদে অদুগী হায়বীগে তৌবনি, হয়েং লৈবা হুংঙাইরোই অদুগীস্ব মখক্তা তামোদি অরেম্না লৈত-বনি ঙাইহাক ঙাইহাক্তী থেনরুবদুদা ঙাওজনি। হৌজিক শুভিত্রান্নাগী কৌবী অমস্ব হুংশিনারবনি. মাগী হাকুক্তা তামোসে ঙাগা হেল্লুরবনি, মানা হৌজিক য়াম্না তোইনা লিংলিবা অশংবা জর্সিহস্ব হুপীহুনা পীরকপনি। নলিনা মেনাগী রায়হৈদুদা.

—পীরকসনু কৈদৌগে, চিত্রাগা তামোগা মরী লৈমবস্ব নত্ত, চিত্রা-গীস্ব অকবা মী য়াম্না লৈ মশানা য়াজববগী রানি, লৈকাইদকাদি

লৈহল্লোইদা। তামোবুদি ঐখোয়দা কায়ত্রিবনিনা ইমুংগুম্মা হুংশি অহুগা মখোয়গী মমাহুনিনে ঐনা শাওনীংলিবদি, মচা হুপানা কোয়বা হুপী লৌনি লৌরোইস্মু খণ্ডত্রিবহুবু হৌজিক্তগী হৌনা পাম্মীগা পামদেগা হায়রিবহুবু।

—খণ্ডদে ইবেম্মা, মখোয় ইমুংগী মীশিংসে তিন্নবা ওস্থোক্না হুং-ঙাইতে হায়নৈ মীনমু, মচলশিংহুমু মওং অমনি, নহান নোংমা চিত্রাগী মওং য়েংগনি হায়না চংলুই হায়হুনা ঐগা লম্বীদা থেংনৈ।

মেনানা করি করিনো পঙ্ঙাঙদা ঙাঙলম্নগা চংখ্রে। চিত্রা হুংঙাইতনা লৈহোরে। নলিনা চিত্রাদা, হুংঙাইতবা তৌরুহু নোংমা তামোগা উনবা মতমদা হায়নীংলিবহু হায়রো, ঐস্মু চংলগে হায়রম্নগা চংখ্রে। চিত্রা মথক্তা রাখলনা উংহুনা লৈহোরে, মপুক্লিংদা খল্লি, বীরেন্দ্রগা কায়নবনা ফরগত্রা হায়না। অহুবু মাগা কায়নখিবা তারবদি পুন্সি অসি করম্না হিংগনি, মাগী আশাতনা হিংজবনি। অমরোমদা মীগী মমাগী নীংবা কায়বা ··· ··· করিস্ন লৈত্রবী ঐহাক অমগীদমক, মীগী ঈংনা পাঙরম্বা ইমুং, শান্তি পীবা ঙমদবা মহুমু করম্না ··· ···। চিত্রাবলি মশাগীতা য়েংহুনা কনাগুম্বগী মরুমদা অকাম্নবা পীবা পামদে। অহুগীস্মু মথক্তা বীরেন্দ্রনা অতোপ্পা হুপী অমা হুংশিনরি হায়বহুনা চিত্রাদা হেন্না অরাবা পীখ্রে। অমবু ওই-রবস্মু অমবু ওইরবস্মু বীরেন্দ্রগা অমুক্তং উনহুনা চমথোকচগে খন্দুনা অরাবা কয়াহু খাংজখি। মরকসিদা চিত্রাগী নাকোংদা মাগী খম্মোয় কায়বা রাহৈ কয়ানা নাকোং শীংজা য়ৈনা তারে। অমনা অমা হায়রক অমনা অমা হায়রক, চিত্রাবলি খাঙকম খঙদনা রারে, মানা

বীরেন্দ্রবু ফনা মুংশিরবস্মু থা ভয়া নাউপুম্বনা পোক্লিবী, পিশক পিক্লিবৈদগী মচাগীদমক অমাবা কয়া নংলবী মমাগী অপাম্বগী মাংমদা চিত্রানা করিগুম্বা অমত্তম্মু তৌবা ঙম্লোই মরমদি চিত্রাবনি মীম্নুংশি চাউই, মশাগীতা থম্দে।

মতম থরা লৈরগা বীরেন্দ্রম্মু মংথৌদু নাবা ফরম্বনা মমুমদা লাক্লে। মানদি চিত্রানা মারোরে হায়বা থঙদবনিনা হাম্নগুম অদুমক ইচম চম্মী। চিত্রানদি মাবু উরগা থোইরাং থেইশাওবগুম তৌই, মথম্মোয়দা ফনা মুংশিজরবস্মু মপান্থোংদদি ওইনজরি। বীরেন্দ্রবু উথদা লাপ্লিবৈদগী মোমোম্বা নোকম্বরম্বী চিত্রা হৌজিক্তি য়েংনীং- থিদ্রে, মাবু উরগা নীংবা কায়বগী থম্মোয় মৈচাক হেনবগুম থোক্লে। বীরেন্দ্রনম্মু চিত্রাগী মংথৌদুদা ঙক্কবা ঙমদে, মীনম্মু মংঙাম্দা পঙহায় হায়জিনবীরে, মীনা হায়রকপদুগা চিত্রাগী মিংয়েংদুগা চিত্রানা চাননা ম রোরে, শেরাম্নবা রাখলদা পুথ্রে হায়না মপুক্লিংদা থল্লে। মানা অম্মম্না ঐবু কাওথিনি হায়বদি মঙগুম্না থল্লি, অঙকপনি মুপীগী পুক- চেল। অমুক্তং উনদুনা চমপোক্লগে হায়নদি থল্লি। অম্মম্না মফম থহন্দ্রবা রাখল কয়ানা বীরেন্দ্র পোথাফম থঙদ্রে। মাগী মাখলদা শায়াবু মিৎকুপ থরদং মিং থকমুরবস্মু চিত্রাবুদি পাক হেক কাওবা ঙমদে। চিত্রানা মাবু কয়াদা মুংশিজবা, কয়াদা নীংজবা! মানম্মু চিত্রাবু থম্মোয় শেংনা মুংশিজথিনি। থল্লু থমুরগা থোইনা হেম্না মারে। মুরজদা হংলুরবসু নাম মফম থঙদনা পঙশাওদা শাওই। চিত্রানদি কম্বগা লাওবগা তৌদুনা, নঙনা থোকহনবনি অমুক হম্না পনবীরক্রদু হাম্নমা হায়রক্রবদুদা মাসু উপাই লৈতবদগী বীরেন্দ্রদা

পঙশাও শাওথিবনি। বীরেনবু রারোই, অসি ওইরে ফুপা ওইবগী পুকচেল। অম্ভুন্না মানা অম্ভুক লাইনা কাওথোকপীরমগনি খঙলম্ভ-বদি অরেম্বদা মাগী য়ংখসদা থম্মোয়দা অরাবা পীবতা নত্তনা সনাজগী মীনোক মৈশা কম্নাসে ত রম্লোইদ্দনি। মথোয়গী ইমানা য়াত্রবগী মানদি অম্ভুক থুনা কাওফম থোক্ত, মহাক্তি গুংশিবা হৈতে থম্মোয় পান্দে। পুম্নমক ঐনা পঙবদগী থোকপনি, অরোইবা ওইনা অমুক্তং করম্বা মতমদা উনবা ফংগনি। চিত্রানা সুরজদা পাও কয়ারক হায়খ্রে, অদুবু বীরেন্দ্রদি অদুম্মক লাকথিদ্রে। মানসু চিত্রাগা উন-নীংলম্মী অদুবু মীরা লোবনা অশাওবনা লাকহৎখ্রমাল্লে। লাকদ-বোই নীংদুনা চিত্রানা কম্নাদা রানা ঙাইজে অদুবু পুম্নমক অরেম্বা তাখ্রে।

নোংমা নোংমা হৌখিনা নোংমা কয়া হৌখ্রে, ঋতু কয়া ওংখ্রে, নোংমতা উনবা ফংথিদ্রে। পনদমথৈ থল্লগা বীরেন্দ্রনা মাবু প্রাননা কাওথ্রবরা হায়বসি খঙলগে থল্লি, করিগুম্বা কাওরম্বা থোক্ত-থম্মু মাপী নীংবা থুংখ্রসনু হান্নবা লেপ্লে।

মতম কয়া'মম্ভু হৌখ্রবা তুংদা সুরজগী মুপী চেল্লক্লে হায়দুনা চিত্রাখোয়গী পাবুংনেগী য়ুমদা থৈররে। চিত্রাগী মবুং থোকপা রোমেনগা সুরজগা লুনা তিংবনা মথেম্মদা পুরকপনি। বীরেন্দ্রসু লাকই, চিত্রাগা উছাগা ফম্মিন্নরি, বীরেন্দ্রনা চিত্র বু লোম্না লোম্না য়েংলকই, চিত্রানসু য়েংই, মিৎচানক্লরগা অনিমক ইকাইনৈ। চিত্রানা প্লেট অমদা কিহোম অখোকপা খরা হাপ্লদুনা পুথোরক্লগা প্রস্তাবদা পী। মুমিং অদু নোংম্ভু থিংলি থিংলি তাই। নোং

ঙারকপত্নুদা চিত্রা ময়ুমদা চৎকদবগী হৌগৎলকই, বীরেন্দ্রনা শঙ্গায় মচিনত্নদা চিত্রানা থোরকপা ঙাগরি। ফনমক শাওনরবস্থু পাক হেক কাওবদি ঙমদবনা বীরেন্দ্রনা চিত্রাদা তপ্না কৌরকই — চৎলগেরা চিত্রা? চিত্রাস্থু বীরেন্দ্রনা লেপ্পা উবদা থেঙ্গালদা লাকউ রারী থরা শাসি হায়গে থনবনি অদুবু মতম থরা লাইথোকপীরুরবদুদা মপুক্কিং থংহুং হুংশিরক্লুনা, বীরেন্না কৌবত্নফাও থুম্নমদনা ময়ুমদা অদুম চঙখ্রে। বীরেন ইকাইবগা শাওনিংবগা পুনখ্রে, চিত্রাদা অমুক আশা থম্নরোই হায়না লেপ্লে লাকমিন্নরিবা মমান্নবদুগী মমাঙদা ইকাইবনা থাঙফম থঙদে।

য়ুম য়োৗরগা চিত্রাস্থু নীঙম্নকত্রে, মথক্তগী থম্মোয়বু কয়ারক হন্না নিন্দা তৌজরি। অমুক হন্দুনা মাবু থেমজিল্লুসিরা হায়না থল্লি, মাঙ্গোল দারীদগী কুমথরক্লুনা থোঙথাং অম'নি থাংবা হৌই, করি হায়না মঙোন্দা হায়রুগদৌরিবনা থনবদা অমুক ইকাইদুনা থোঙ-থাং চপ লেপ্পী। থোঙ্গাল্লেমদা লাকত্রা হায়না ফনা কুইনা ঙাইজে, অদুবু বীরেন্দ্রদি ময়ুমদা হনখ্রবনিনা লাকত্রে। অরাবা রাথলনা পোৎলুম ওইদুনা পোথাকম থঙদনা মথক্তা রাহং কয়া হংজে, পাও-থুমদি ফংদে। ফনা কুইনা লেপ্লবা মতুংদা অমুক লাক্লে, বীরেন্দ্রবু লৈরিবরা য়েংগদবগী। করিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদি মানা হায়নিংবা কয়াদু হেক্তো হায়রগে থল্লি. অদুবু অরাবদি বীরেন্দ্রদি লৈরমত্রে। চিত্রাবলি নীংবা কায়না হল্লক্লে, মথক্তা পঙশাওদা শাওনীংই। ঈমুংদা চঙলগে হায়বগী রাথল তৌদনা ঙমাং মতোন্দা অদুমক লেপ-তুনা লৈরে। শোরোনা চাক লোইরদুনা চিত্রাবু কৌরকই, অদুবু

মাদি অশাবা মুত্তিগুম্না করিমত্তা লেঙ্দনা চপ লেপতুনা লৈরে। চিত্রাগী মপাবুং মধুচন্দ্র থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই অত্থগা চিত্রাদা — করি ভৌরিবনো, অম্মুক থেংলবকাও নভোমত্তা অত্থদা লেপ্লিবত্থবো, হায়রকই। চিত্রা খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকই, মপাবুংবু উবদা ভগ্না ইমুংলোমদা চঙলক্লে।

---

## মঙাশুবা শরুক

হয়েংদি স্নুরজগী হৈজিংপোৎ পুগদবা নুমিৎনি। লৈকাইগী লৈশাবী ময়াম তল হানবা য়াওবা লাকই, ইমুং অত্থু মীনা পীক থল্লি, হরাও নুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম্নদা পূন্নমকী রাখল তিল্লি। য়ুমত্থগী মফম খুদি মক লূ নাম্না লৈত্তেংলি। বীরেণ্দ্রস্নু মমান্নবা থরগা তল চারুসি হায়ত্থুনা লাকই, মখোয়গী মরক্তুগী অমনা বীরেন্দ্রদা ওন-শিল্লগা ফাগী ওইনা হায়রকই, নঙগীদি করাম রাংলি? বীরেন্দ্রনা কুইদ্রে শোরাং শোন্দোবা হায়না খুম্লকই, ময়াম রা লাওনা নোকই। অমনা অমা হায় অমনা অমা খুম, মখোয় মশেল ফাগী ভৌনত্থুনা রা-রা নোক্লি। বীরেন্দ্রনা তুংলোমদা য়েংথোরকই, চিত্রাগা নলিগা অত্তে লৈশাবী থরগা চঙলকপা উই। মৈঙাম্দুদা বীরেন্না চিত্রাবু ফজনা মশক থঙবা ঙম্মী, চিত্রামদি মাবু উন্দ্রমাল্লে অত্থম চঙব্রে।

ঙাইহাক লৈরগা স্নুরজনা চিত্রাদা বীরেনগা রা খরা ঙাওননবা হায়ররে, চিত্রাস্নু ইকাইরবস্নু ইকাইনা হোয় হায়না য়াপ্রে। স্নুরজনা

বীরেনবু ময়ামগী মরক্তগী কৌথোক্লগা মখুৎ পায়হনা পুরক্লে, চিত্রাসা মৈরিবা অদোমদা। বীরেন্না করিগীনো হংই, লাক্ত-লাকউ হায়হনা পুরক্লে। চিত্রাগী মনাক য়োবদা বীরেন ইকাইবোই পাথৎপোই তৌহনা, হে ভাওশিরহু হায়রগা সুরজগী মখুত্তগী নাম্ফোক্লগা হৌহনা চেনখ্রে। সুরজনা, য়াত্রগা তোকচৌদনা নওগীদমক হায়বিরগা, হায়না চৈহোই। চিত্রা বীরেন্না থোকখিবহুদা ইকাইবোই শাওনিং-বোই তৌহনা সুরজদা তাইন্ত্রে, নওনা নহালমখৈ ঐভোন্দা ওইদবা ভাক্তা শাজিন্দুনা ভাওশমহু ওসিদি খওলেদনা, মসি পূম্নমক তামোনা থোকহনবা ভাক্তনি, ঐনা অসুম্না ইকাইবা নংবা কয়াসি উরগা নত্ত পেল্লো হায়রকই।

মথোয় অশাইগী লৈশাবীশিংনসু হুপানা কোয়বা নত্তে হুপীনা কোয়বনি হায়না য়াম্না থিনা ভাওনৈ হায়বগী পাওসু তাই। তল্প হানবকা অমত্তা য়াওররোই হায়হনা কপ্পি-কপ্পি তৌহনা চিত্রা থোকখ্রে। ভাইখোনে চিত্রা য়া হায়খিগেনে হায়না সুরজনা থাক্সহ তারমদনা চিত্রা প্রপ প্রপ চৎখ্রে। চিত্রাগী মতৌহুদা নলিসু য়াম্না হুংভাইত্রে, মত্তেং পাংবসু ওমত্রে, অহুবু মাসু থোরক্লে। ইঙ্গুংদগী ময়াম্না কৌরকই — কৈদৌরে চিত্রা চৎলবদি, ভাইখোনে নত্তবু শাওরবরা করিনো মসিগী অভাংসিবু, হৈমা নলিসু চৎখ্রেনেহে, খোইনা তারমদনা অহুম চৎখ্রে। বীরেন্দ্রসু নীংওমদবগী মিৎয়েংনা চিত্রাদা চিংনা য়েংহোই। যুম য়োরগা চিত্রা হিক হিক কপ্পি-বীরেনবু য়ায়োবগী অয়োবা থাক য়োখ্রে। অযুক থল্লি, মানা ঐবু চানন্না কাওথ্রবা জাৎলা হায়না।

মেনানা হায়রম্বশিংতু অশেংবমক ওইরিগত্রা, মানা ঐগী কত্তন-নবদি হায়রোই। মখোয় মমানা ঐবু পামত্রবম্ সানা ঐবু গুংশি-রীরিবমথৈ পুন্নমক খাঙ্জগে খল্লম্বনি. অত্থবু মানা ঐবু গুংশিবাত্র-বদা করি উপাই লৈরি, করি গুংগাইফম লৈরি। মসি পুন্নমক ঐগী লাইবক্তা তম্নম্নবনি হায়না খন্দুনা :তম বয়া খাঙলবগী তু দা নোংমা চিত্রানা মখুত্তা চে কলম পায়রনা মাগী গুংশি চাংয়েং ওইনা বিদায়গী চেরোল অমা ইরে, বীরেন্দ্রনা পীরকপা চিঠিশিং অত্থগা পুন্না চেথাও অমদা হাপ্লহনা নোংমা চিত্রানা স্বরজদা চিঠিতু পীহুন বীরেন্দ্রগা খুৎ য়োথে, বীরেন্দ্রম্ বিদায়গী ওইরমগনি খন্দুনা পাক হেক য়েংদে। চিত্রাবু তশেংনা কাওংথোকপদি নত্তে, মীপী মীরা পঙলো লোনতুনা অমনা অমবু ওইনবদগী থোকখিবনি।

মতম কুইনা য়েংলুত্রবা মতুংদা নোংমা বীরেন্দ্রনা চিঠিশিং অত্থ হাংদোক্লনা য়েংই. অহানবদা বিদায়তু হান্না পারে, মাগী অমনবা খুৎইশিংতু মথং মথং য়েংকই, মাগী খুৎই মান্দবা অতোপ্পা অমা য়াওরম্বা পেংনরে, বীরেন শাওনাংবনা লুত্তোন কাই, মখা চিক্লনা অতৈতু শেগাই, মমিৎ অহু ঈ কাই। মপূক্লিংদা খল্লি, কয়াদা উশিত্তনা তৌরিবনে, মাগী মী লৈগা লৈতবা ঐ খঙদে, ঐবু কল্লক-মহু মতাগুম তোগে হায়বমা য়াওনা তৌরিবনি। থিনা হায়তুনা ইরগা পীথিসিরা খল্লি, অত্থবু ইদ্রে। শাওনীংবদি হায়কম খঙদে, তাঙ্গা ফংবা অমদা থিনা হায়গে খন্দুনা মতম ঙাইরি।

সোমদনা চিত্রানা বীরেন্দ্রদগী হোয়-মাই হায়বা পাও অমত্তা কন্দনা তুনিয়া লৈথোকখিরসিদা লৈফম খঙদে, লাংতক্লরে। মানা

খঙরি, বীরেন্দ্রনা মাবু হুংশিরি হায়বগী পাওথুম ফংগনি হায়না, অদুবু হুংশিবগী পাওথুমদি লাইরদনা লম্বীদা থেংনবদফাও বীরেন্দ্রনা মাবু উবদা কোইলৈ লৈদুনা চৎলে, মিংচিনফাও য়েংলকখিদ্রে। অদুবু চিত্রাদি মথন্তা মচি মচি খুদিং চপ চপ লেপতুনা শুফম চাফম খঙদনা অরাবগী য়াথনতনা নোংমা নোংমগী কংশিল্লক্তুনা নিংথিরবী মায়-থোংদু শক্লতনা লৈত্তেং ওইরক্লে। চাদ-থক্তবনা হকচাংগী ফিভম পূম্বা ইকায় কায়রে। মোমোন্তা নোকচরম্বী শক্তম হৌজিক্তি নোং-মতম্বু হয়াও মীনোক তমখিদ্রে।

মোইরাংগী খম্বনা চিংখুবগী মমোয়্রোই খাদোই শোইবীগী হুংশি চাংয়েংদা পুক্তি পন্নোল লোমখিবগুম, বীরেনগী হুংশি চাং-য়েংদা কায়না মৈশা লাংলে চিত্রা, চৎনা চৎনা মঙ মঙলে। মাগী কাদগী হেন্দোক্তনা ফমুংদা অমুক হিপ, অমুক হৌগৎ, থোংনাওগী পর্দা হাইগৎতুনা অয়েংবা অমদা শুদ্রং শুইনা অদুম হেক য়েং, মনিং অনিদা পিরাংম্বু লেপ্তুনা শিম্থরি। কনাগুম্বনা উপ্রবদি তশেংনা মাবু শাওরে হায়গনি। তাঞ্জাসিদা ম্নাহল্লনা রেডিও লৈথৎতুনা ঈশৈ থিরি। চিত্রাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা ফম্লগা হয়্যরকই, করি তৌরে ইচেয়ায়মা? চিত্রা পাওথুম পীদনা অয়েংবা অমদা অদুম য়েংদুনা লৈ। ম্নাহলম্বু মখা তারকখিদ্রে ছুমিঙ্গা অদুম লৈখ্রে। ম্নাহলনা ঈশৈ সুম থিবদা চিত্রাগা বীরেন্দ্রগা য়েংমিন্নখিবা ফিম্নদুগী ঈশৈ অমা লাক্লম্মী, ঈশৈদুম্বু ময়ায়য়াইদ্রগী তারে। চিত্রা ঈশৈদু তাক্লবদগী অয়াবদা হেম্না অয়াবা ওইরে, নীংশিংলকই হৌপ্রবা পুন্সিদুগী য়ারী মত্তেক অমা। "বীরেন্দ্রনা মাগী য়েত্তা কয়্রহনা চিত্রানা পাত্তরিবা

অখোকপা কমলা মশুংহু লৌহুনা চাবা। চিত্রানা, সে নখুৎনা পায়রগা চাজো হায়খিবা। বীরেন্না, নঙন্থু চাও চামিন্নসি হায়রকপা মানা, হুম ঐদি চানীংদে হায়না খুমখিবা। করিগী চানীংজ্রিবনো ইনবিরক্কেসে হায়হুনা মখুৎতু মাগী চিনবান্দা থাঙ্গৎলকপদা, চো ঙাওশিন্নহু মী উনি হায়রুবা, বীরেন্না সিবু ফত্তবা থবক্রনে হৎলকপা। মানা অহু ওইরবস্থু হায়না ওইনজবদা বীরেন্দ্রনা, তু অসি য়েংঙু ফজত্রা হায়না হৎলকপদা বীরেন্দ্রদা হাইকেৎ য়েংলগা মোমোন নোক্তুনা ঐস্থু য়ে লিবনি খুমখিবা। বীরেন্দ্রনা অমুক মখা তানা, করম্বা মতমদা ঐখোয়গীস্থু অসিগুম্বা হুংঙাইরবা পুন্সিসে লাককনি, ঙাইবদা রারেদা হায়রকপদা মানা, রারুহু শিবু শিত্রবদি নোংমদি শোন্দনা থোরকনি নহাকীস্থু মপুং ফারবা পুণিমাগী থাজদো হায়না পাওখুম পীখিবা।"

ঈশৈ তানা তানা হৌখ্রবা পুন্সিগী রারীদা রাখল লুপ্পি। স্নাহলনা চিত্রাগী মতৌহুদা হুংঙাইতহুনা তপ্না হৌগৎতুনা চৎপ্রে। চিত্রা মথন্তা রাখলনা ফুম্বংনহুনা চিক্লা কমহৌরে। স্নাহলনা করি খল্লমগদগে খল্লুবদা মথন্তা অমুক ইকাইরকই।

সোমদা শায়াগা বীরেন্দ্রগা নোংমা নোংমগী হুংশি মরী চেৎ-শিল্লকপনা মিংকুপ অমতা উনদবদা লৈবা ঙম্নদ্রে হায়বমক য়ারে। মবানিগী মরক্তা অমনা নোংমতং কারক্তবদা অমহুগী অন্নাবা য়েংকা ঙমদে। চিত্র বু কাওখ্রে। নোংমা স্থুরজনা বীরেন্দা,

— নখোয় অনি তশেংনা কায়নরগে খল্লবরা?

খরা শাওনীংবগী মওংদা বীরেন্না,

—ঐ কনাগীম্মু রাখল থনবা পামজে।

—অঙকপনি নঙগী থম্মোয়সিম্মু, থুনম্মু কাওথ্রোদা !

—থল্লুবগী কান্নদ্রবা মীশক অদুবু ঐনা নীংলুবগী করি কান্নখিগনি ? কান্নদে ভাই তোক্লসি, হন্দকী থবকসি নঙোন্দা থরা পেন্দে, ঐবু উশিত্তবা মাল্লি. মাগী মী লৈবা লৈ.ত্তা ঐ থঙদে।

—( সুরজনা ইঙক ওক্লা ) করিনোনে নঙনা হায়রিবদুবু, ঐবু ভাব তাবা ঙমদ্রে।

বীরেন্না রারী পুম্বা মথং মথং লৈথর:ক্লে, সুরজ ইকাইবগা শাঙ-নীংবগা পুন্দুনা পল্লমদনা থুনা লাক্লে। চিত্রা পুথ্রি মপান্দা হৌরিবা লৈহাও পাম্বী অদুগী মখোযদা লেপ্লহনা লৈহাও হেক্লিবা অঙাংদা য়েংদুনা লৈরম্বদগী সুরজ লাকপা উবদা হয়াওনা কৌরকই,

—তামো, লৈহাও হেকশিল্লাও।

—করিগীনো চিত্রা, নঙনা ঐবু হাৎলিবদি ? চিত্রা পাখৎনা,

—করিবুনো তামো ?

—থঙশিন্নদবা শানু, করিগীনো নঙনা বীরেন্দ্রা মঙগী অতোপ্পা সুপাগী চিঠি পীশিল্লবদি ? পীগে হায়রবম্মু নশানা পীজবা য়াত্রা, ঐবু চোপহল্লিবদি করিগীনো ?

—করি হায়বা, অতোপ্পা চিঠি হেনজিনগবা !

চিত্রা মফম মরাং খঙদনা পাখৎথ্রে, তশেংনা মাদি শুকখঙ খঙহৌদবনি, থরা শাওখিবদগী য়েং.হৌদনা পুল্লপ অদুম হাপচিনখি-বনি। চিত্রানা,

—তামো, নঙোন্দা খুরুমহুনা হায়জরি. মহু ঐগী অশোয়বনি, ঐ খণ্ডবনি. মহমতদি শাকপীয়ু হায়না অমুক্তা হায়বীয়ু মহাক নণ্ডনা কনাগুম্বা অমত্তুগী রাখল তৌজখিত্রি, চিঠি অহম্নু বিনিতানা পুরকপনি, মহুগী পাউখুমস্নু পীখিদে।

—অমুক হন্না হায়রুবা গুরোই, ঐঙোন্দা করিমতা হায়রক্রনু. নমাঙদা অহেনবা অমা পুরকদোরেম্নু হায়বনি। নহ নরাইদি অমুক্তোইবা দে·দে হেক ংংলম্বনি, হৌজিক্তি ইচাও চাওখোক্লদনা কান্নদে হৌগ্রবনি হায়না খন্দোক্লো।

ঐ চংলে হায়রন্নগা স্নরজ চংশ্রে। চিত্রা স্নরজগী অহেনবী অমা পুরকদোরে হায়বা রাইহুদা খাংবা ঙমদে, মকোক অহু চিং-খাইগদোই, মানা লংজখিবা মরালহুগী দণ্ডি ফংলবদা থম্মোয়গী মৈচাক খাঙলি। বীরেন্দ্রনা করি খুল্লমগদবা. কয়াদা ইকাইরমগ-দবা, ঐসি হিংবগী কান্নত্রে, কৈদৌনুংদস্নু মাগী থৌজাল ফংলরোই। ঐবু মানা ওম্থোকপা মওংদা খল্লমগনি। মমানা পামদবতা নত্তুনা মানস্নু ঐবু হুন্দোকপীরম্বা তারবা! ঐসি কয়াদা লাইবক থিগ্রবীনো, খল্লু খল্লুরগা অরাবা ওইরে। অমুকস্নু খল্লি. ইরাল ৈলরবা থম্মোয়না গ্রানা লেল্লবস্নু, অমুক্তুংদি ফোংদোকচনিংই, অশেংবা রারোল কয়া, অমন তোন্দুনা লৈহৌরনি ফোঙদাক্তবনা। অহুবু মাগী মমাংদা মায় অসি করম্না উংলুগনি, ইশাগী ইরালনা ইপোৎ কাহুনা বন্দি ওইরেদো পুন্সি চুম্নগী ওইনা। মসি করিগীস্নু ঐতগী ইরাল ওই-রুনি, ঐশী খুম্নায়মক্নি খঙরিবা মীশক অহু কনাগুম্বগী ওইখিগদোরে হায়রবদা করম্বা থম্মোয়না নুংঙাইনা লৈথোকপা ঙমগদগে। অহুবু চেক্কশিনহৌদ্রবদগী রানা লেনবা তারবন্নি।

অম্মুম্না খন্না খন্না নুমিৎ কয়া হৌখ্রে, অদুবু মাগী নীংঙমহৌত্রবা অনুভাপকী মৈরী অদুগী মৈচাক্তি অম্মুম হেনগৎলক্লি। মানা মুভিত্রাগী মরমদা চিংনরম্বশিংদু কোকখ্রে. মুভিত্রাগা বীরেনগা মতম থরা নক্লরম্মী অদুবু চিত্রাগা মরী লৈনম্রিবৈদগী লাপম্রবনি. মীনা মখোয়বু কান্ননবা শিনবনি হায়বগী পাও থুদিংমক ফংলবা মতুংসিদনা হেন্না অরাবা ওইরে। মঙোন্দা লাল্লে হায়জবগী পাঙ্গলম্মু লৈত্তে। বীরেন্না মাবু উরগা য়েংনীংদবা কৌনিংদবা কয়াদু উরগ্না হেন্না ইকাইজে।

মমান্নবী কয়ানা, বীরেন্না মাবু করিমত্তা নীংশিংত্রে, অরেম্বদা মাগী রাখল খন্দুনা মতম মাংহল্লদু হায়বা অসিগুম্বা মীনোক মৈশা কয়াসিগী মরক্তা য়ানা লেল্লে। চিত্রা রাখল য়াম্না হোংলে, হরাওকুম্মেনচিংবা য়াওনীংত্রে, মমান্নবীশিংগী মরক ভিন্নিংত্রে, য়ুমদগী চৎথোকনীংত্রে। বীরেন্দ্রগা উনখিদবম্মু কুইখ্রে। চিত্রা অত্তোপ্পা আশা অমা থমগে খত্রে, হন্দক মপোকীদি বীরেন্দগী হেন্না নুংশিবা অমমুক লাক্লরোই হায়না খল্লি, মাগী রাখল খন্না পুন্সি অসি লোইপ্রসন্নু হায়না নীংখ্রে। করম্নম্মু কাওগনি, অহানবা হেক উথিবা মিৎকুপ্তা মাগী থম্মোয়দি বীরেন্দ্রগী মফমদা শিন্নখ্রবনি, কখোকখ্রবনি পুন্সি মমল য়াওদনা। তম্বা ঙমত্রবা মীওইপোক্লি, ঙসিনা অসি ওইরে, হয়েং করি ওইগনি কনানা খঙগনি। প্রকৃতিনা ঋতু থুদিং শক্লোন হোংবগুম মীওইবগী রাখলম্মু হোংবা নাইরকই। বীরেনগী রাখল অম্মুম্না হোংলকনি হায়বা মশা মখম্তুনফাও থাজরমদে। অদুবু কাওজন থিবা মীওইবগী মপোক ওইবনা ঙম্মক কাওখ্রে, হৌখ্রবা

অরা সুংঙাইগী রারী কয়া। নীংশিংবা হৈবা অপঙবা থম্মোয়তনা মদোম মৈগাক হাপচবনি। নীংশিংবা হায়বসি সুংশিনবগী খুদমনি হায়নৈ অদুবু নীংশিংবনা কয়াদা রাহল্লবা চিত্রাগী থম্মোয়। মতম চুপ্পদা বীরেন্দ্রগী মায়কৈদা মিৎয়েং থম্লী, মহোশা বীরেন্দ্রনা মাবু ঙাইরম্বা মফমদুদা মিৎস্না অনিনা য়েংলি মিৎ কুপ্তুনা, হৌএবা রারী কয়া নৌহৌনা নীংশিংই, অমুক লাকথিগদবোই নীংই মতমদো, মমিত্তা শংশংবা উরকই, বীরেন্না লৈপল অদুদা মখোঙ নাম্না নেৎলতুনা নিংথিজরবা মোমোন নোকপা মায়থোংগী লংলবা য়াতোন্দু উৎলদুনা সুংশিনা হায়রকখিবা —

—চিত্রা, ঙসি ঐখোয়না হুরানবগী মশক লৌদুনা চিক্লবা মফমসিদা কনা থঙদনা রারী শারি, অদুবু হয়েং মতম অমদদি ঐখোয়না কনাবুস্থ কিরুদনা নঙনা ঐগী ওইদা ফম্লদুনা মীয়াম্না শাক্তি ওইদুনা হুক্কদোরিবনি নঙগী তনৌরবী ঙকশমদা অঙৌবা কুপ্তো পরেং, পুক্সিগী তৎলরোইদবা সুংশি লিপুম্না পুল্লখিনি চেৎনা। সুমিৎ অদুবু ওইহল্লিংজ্রিবরা?

চিত্রানা পাওখুমদি পীদনা মোমোন নোক্না হঙৎনা য়েংলকই। বীরেন্না মখা অমুক তারকই,

—অশেংবনি, ঐ নঙগা লোয়ননা লুহোংবা পায়ে, ঐখোয় অনিগী পুক্সিগী ওইবা অনৌবা লম্বীদুদা খোঙদারগে খল্লি, মদুদা নঙগী করি মত ...? তপ্পা চিত্রানা,

- নঙগীসি অশেংবরা? থরা থহুখিবা কৈ, ঐখোয়গী তুংগী পুক্সিদা ওইরক্কদবা ফিভম ...।

—মত্থগীদমক নঙনা রাবিগনু ঐনা খল্লগা হায়বনি, ঐদি নঙবু ঙসি-মক ঐগী য়ুমদা ··· ।

—ঙসিমক নত্রবদি য়াদবরা ?

—য়াই, অত্থদা খুদোংচাবদি অনিরক লাক্লে।

—ঐবু হায়বা ইন্দে হায়বিগনু, মতম খংদি ঙাইবিথো ।

—কয়াম কুইননো ?

—অরেপ্পা মতম নোংমা খঙহল্লগে, হান্নসু লাকদোরিবা চহিসিদা হায়থ্রবা নত্রা ? করিগীনো ঐবু অত্থ ক থ জবিথ্রিবা ··· ?

—খঙদে চিত্রাবলি, ঐনা নঙবু অ য়ুক শুংশিরুরিবা, নঙগা মান্নবা শুংশিবী অমা লাক্লরোই ঐগী পুন্সিদা। করিগুম্বা নঙনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎথিবা তারবদি ঐ হিংত্থনা লৈবা ঙমগনি হায়বা থ জদে। অশুক শুংশিরবী নহাকসে অমরোমদা ওন্থোক্লা শুংশি হৈতে, থম্মোয় পান্দে ।

—মতম চুপ্পদা নঙগী য়াইফবতা খঙবীনি, করম্বা মতাংদা নঙগী ফত্ত-নবা শিনখিবা লৈবরা ?

—ঐগী কনা খঙদনা লোৎতুনা থমজবা থম্মোয় নঙনা হুরগা খঙশিন্ন-দনা লৈথোক্লিবসিনি, ঐনা কনাগুম্বা ওইরবদি নঙবু শোয়দনা হুরানবগী চৈরাক ফংহল্লগদবনি ।

—এ ! অত্থগী ওইরে, হুরানবনা মশানা য়ানা থক হুরাল্লি হায়দবনি, পুলিসকী নৈফু ফংলবতদা অশেংবত্থ হায়বনি, হুরাল্লিবদি নঙনে।

বীরেন নোক্লিংলুরমাল্লে, মোমোন নোক্লা,

—হুরানবা হুরান্দবা, পুলিসকী চৈফুবু কনানা খাঙবা ঙম্বগে ?
অত্তুদি নঙনা পুলিস ঐনা ফাদোক, পীনিংবা দগি পীবিরো, মীগী মপোৎ হুরাল্লুরবনিনা ইশানা য়ানা ননাক্তা লেপ্পরে।

চিত্রাস্তু মোমোন নোক্লতনা,

—পীগনি, ঐনা মতিক চাবা চৈরাক পুন্সিগী নাম্থোকপা ঙমদনবা, পুন্দুনা থমগনি নঙবু হুংশিবগী কল্লবা য়োহ্নিংনা।

—ইশানা য়ানা লাক্লবনি, লৈজরগে পুন্সি চুপ্পা নঙগী হুংশিবগী কৈশুমশঙদা নঙগী প্রেম বন্দি ওইনা, নাম্থোকপা ঙমদনবা পুল-লোসে।

বীরেন্না মথুং অনিত্তু তিংথোরকই, চিত্রানা মথোল থোক্না নোক্লকই। বীরেন্না,

—মী তানি নোকহু, করিগী পুনবা ঙমদ্রি ?

—নঙগী থুংচাওত্তু নত্তেয়ে, ঐনা পুনগদৌরিবদি নঙগী লম হেল্লনা থম্মোয়রহুবুনে। বীরেন্না ইশি শিনা নোকখি।

পুম্নমকশিং অসি নীংশিংলুরগা অহোইননা মৈচাক হেল্লক্লহুনা তুমিন্না নোম্বহুনা ফম্লি। তুংদা নলিনা চিত্রাগী মতৌ য়েংহুনা লপ্লি, মানু হুংঙাইতে, চিত্রাগী অরা-হুংঙাই পুম্বা খঙলিবনি। বীরেনগী রাথল থাদোক্লো হায়না তোয়না হায়, রাথল অত্তু কাওননবগীদমক থিনা অমুক হায়, ফজনা অমুক হায়হুনা হেংই, অত্তুবু পুম্নমক নুংদা ঈশিং চাইবগুম থোক্লে। অত্তুবু ওৎসু নলিনা চিত্রাদা অমুক হন্না মৈচাক হাপকদৌরি। ফনা কুইনা লেপ্পবা মতুংদা নলিনি, তপ্পা কন্নথরকই, অত্তু কাওবা চিত্রাদি নলিবু উত্রি। নলিনা তপ্পা হায়রকই,

—করি রাখলনো অতক লুনা খল্লিবহুবো ?

চিত্রা খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকপদা নলিনি লৈরম্বহু উবদা,

—কয়াম কুইরে লাকপা ? করিগুম্বা অমা খল্লিৱৈদা উহৌদ্রে।

—ঙাইহাক ওইরে, নঙগী রাখলসে ওম্থোক্লম্মু লৈথ্রবোই, চিত্রা নঙ ফিভম অমা ইকায় কায়রে, নঙবু করিমত্তা চা খকত্রবরা ?

—( নোক্লি নোক্লি তৌরহুনা ) চায়দা, করি তৌরবগে ঐবো ?

—নঙ থম্মোয় পিকমল্লি, করিম্মু লৈত্রবা পিক্লবা থৌদোক মচা অমগীদমক মমল য়াম্লবা নপুল্লিহু অরেম্বদা মাঙহনগে থনগনু, খরস্মু কাওথোকপা তম্মু, নঙগীদমক্লি হায়বা রাখল মচেৎ অমফাওবা খনবীরকত্রবা মীশক্তুবু নঙনা লাইনিঙ ওইরুবগী করি কাম্নরি ?

—( খর অশাংবা অমা হোল্লগা ) খঙত্রে নলি, ঐস্মু খল্লিবনি, করম্বা উপায়না কাওবা ঙমগদগে হায়না, অদুবু হেক্তা নীংশিংলকই।

—নীংশিংবা হৈমল্লি, অদুননি, নঙগী করি রাংলি, মাবু কয়া ফবা মীনো, মঙোন্দগী হেনবা অমা য়েংলগা লোইরে।

—মদুদনি ঐনা রারিবা, মঙোন্দগী হেনবা হায়বা রাহৈ অদু ঐ ত বা ঙমদে নলি, অতৈ উপায়না মাবু কাওনবা হোৎনরবস্মু অতোপ্পা অমা য়েংবদি ঐ ঙম্লরোই, মদু ইশাগী থুদোংচাবা খিবনি।

—মদু নত্রবদি কাওবা ঙম্লোই, মাবু কাওনবা নঙ লুহোংবা তাবনি।

—সংসারসিদা লুহোংত্রবদি হিংবা য়াদবগুম খন্নরিবসি করিগীনো ? ঐদি লুহোংবদি তৌররোই।

—মদু ওইবা য়ারোইনে, লৈকাইগী মীনোকস্মু চঙলকনি, নি ঙোলনা মপামদা শিয়ু হায়বা চৎনদে।

—চৎনবা চৎনদবা হায়বসি করিনো, মসিনি ঐনা সমাজ অসিদা খ্বাইদগী শাওনীংলিবা, মীনা মযুম পান্দনা মথন্তা হিংজরগে হায়না লৈজরবস্তু মখোয়না নোক্লবি, মসিবু করিনো ?

—যুগসিদদি পুকচেল চাওবা মীদি অপঙবা শিরবনি, করিমত্তা কান্নবা ফংদ্রবা। মী থুদিংমক মশাগী কান্নবা থিবনি, তামোন্সু কান্নবা য়েংহনা অহেনবা থিগ্নিবসিদি।

—মানা মানি, ঐনা ঐনি।

—অহু ওইরগনা তামোনা কোয়বা সুপীহুদা হায়রুরসিদনা।

—করি হায়রুদৌরিবা ?

—নঙগী নীংবা থুংহল্লু হায়না।

—মাঙলে ইবেম্মা, ঐগী সুংঙাইনবগীদমক মী অনিগী থম্মোয় কায়হনবা ঐ পামদে, ঐদি অস্থুম্না স্থম হিংগনি ময়ামগা মান্নদনা।

—খঙ্ক্রে ইবেম্মা, করিস্নু কান্নদবদা পুকচেল চাওরিবনি হায়হুনা নশাহুদি য়েংবা য়াদ্রে। চিত্রানা মোমোন নোক্লহুনা,

—মাগীদমক ঐগী পুন্সিসিমা মাঙজখিববু কয়াম চাওবা থবকনোনে, ঐঙোন্দদি মসি করিস্নু লৈতবনি হায়না থল্লি, ঐনা হিংলিঙৈগী মতুংদদি মাবু কাওথরোই, মাদি লানখিদবনি, ঐতনা লানখিবনা ঐনা কপ১হৌবনি।

—অহু ওইরবস্নু মহু মানা ঙাকপিফম থোকপনি, কান্নদে মসিগী রাসি ওোক্লসি, ঐ নঙেন্দা রা অমা হায়গে লাকপনি, মরৈ য়েংনবদা কাওরুরে, লাক্লিবা নোংমাইজিংসিদা থবক অমা চৎলুসি, ইবানিতা নত্তে, য়াম্না ফবা অমনা ইন্দিরাখোয়গা তামোখোয়গা য়াম্না

নক্রৈ হায়য়ে, হয়েং মাসু য়াওরকনি, মা য়াওরবনিনা ঐখোয়
যুমদগী থোরকপদা মুংঙাইরনি মাগী মমান্নবি অমসু লাকনি হায়।

চিত্রানা হোয় মায় হায়দনা তুমিন্না অচুম্মক লৈ। নলিনিনা
মখা তারকই—মাসু চংথনি হায়য়ে রারী অমা শাগদবা লৈ হায়,
শোইবা য়াদেকো ঐ চংথগে হায়রম্লগা নলিনি চংখ্রে।

চিত্রা মথন্তা রাখল তৌই, ওস্পোক্লা তোয়নসু চংখ্রেদা ঐ
ওস্পোক্লা হৈনরোইদৌরি চংলোই হায়রবসু মতম অমদা মানা
ঐগীদমক কয়াদা রাবিথিবা। অসুন্না খন্দুনা চিত্রা হৈনিংদনা
লৈ হোই মানা চংনিংদবগী মরমদি, মহাক করিগুম্বদসু মুপা অমত্তগা
লোই-জনিংদে শিরবা ফাওবদা বিরেন্দ্রগী রাখল থুন্না থন্না শিরগে
হায়না খল্লে। ঈশ্বরগী থৌশিলসু অঙকপনি, মীওইবনা নীংজবগী
তায়োন্নবদা ঙাক্তা থোকই। মথন্তা চিক্লবা মতমদা রাখল তৌই,
তামো নঙ ঐবু কয়াদা রানা খাংহল্লবা, মসিন্না নঙগী মুংশিবা
নঙনা ঐবু মুংশিরগবু অসুম্না ইকাইবা পীরমগদ্রা? অচুবু ঐনদি
নঙবু কাওনা ঙমদবনা অন্না মৈশা কয়া খাংলি, নঙসু মতম
অমদা অসিগুম্বা মৈশা অসে সোইদনা ফংলকপা য়ায়—।
অচুবুনে ঐনা রারবসু নঙবুদি রাহন্নিংদে মীকুপ অমত্তা, নহাকপুদি
ঈশ্বরনা মতম চুপ্পদা মুংঙাই য়ায়ফবতা পীনবিশনু নঙগী মুংঙাই-
রবা পুল্লিদো ঐগীসুনি খন্দুনা অরাবা কয়াসে খাঙবা ঙমগদৌ-
রিবনি। নহাক্তি অরাবা খঙদনবা অরাবদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা
তাবনি। ঐগীদি মসিনা হেন্না মুংঙাইরবা পুল্লি অমনি খল্লে।
অচুবু করিগীনো খঙদে, নহাকপু নিংশিংলুবা খুদিং ঐগী মিৎলুদ্রা

## অনুভাপকী মৈরীমুংদা চিত্রা

পি শিন্থরিবা —। অদুবু পুম্নমকসে শুদিনা থরা ফরিবনি, লাকথিগনি অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ হুমহুনা পুরখিনি মক্কম খঙদনা পীরগনি থম্মোয়দা অকনবা চৈনা, নুমিৎ অহুদি বারেন্দ্রগী পুন্সিগী অংৌবা খোংদারগদবা নুমিৎ ......।

চিত্রা রাথন্না লাইমল ওইহনা লৈশাবী অমা শুইবগী করিমত্তা কেজ-মৌজনিংদে, সেগাইরবা ফনেক অমা, মঞ্জুনরা ফি অমা অদুদগী শুকহেন হেন্দে। মকোক মকু ইচা ও চাওরবনা নাংথিনা য়েংশিনবীদ্রবা শন্নাং অও ফাবুল পুন্সিন্নি, চাবা থকপগীন্সু থোইনা খান্দ। থর চা, থর চাদ পঙলৈতা লৈ, কলবা থক্কাঙ্ক নাকন অংনদু রাথন্না মায়হিং কারে, মপাবুং অমদি মমা সোরোনা মচাগীদমক থনবদা নুংঙাইফম থঙজদে। চিত্রাখোয়গী ইমুং মহৌশাদি রারম্মী অদুবু হৌজিক্কি শুবা নোম্বা কনবনা হৌজিক্কি শেল থম থরদি মপায়রে, চিত্রা শেংনিংবতা শেংহল্লি মাগীদমক অরাংপা লৈচন্দ, অদুবু মঙোন্দদি অরাংপা অমা লৈবগুম্না মতম চুপ্পদা নুংঙাইবগী অমি তাদে।

সোরোনা ভোইনা হংই - করি ননিং থুংদবা লৈ, অপ ম্বতা হায়যু ইমা লৈরি, শকফম অমা কায়রেনে নঙবো, চাও থকউ হায়বন্সু য়াদে। চিত্রা মমাদা হায়বা য়াবা মতাংদি নত্তবনা করিন্সু তৌদে, হকচাং থর নুংঙাইতবনা করিমতা হৈনিংদে হায়রম্লগা ফুক হৌগৎভুনা হেক্তা চংথি। মাগী মঙৌদা সোরোন্সু পঙরা রারে। চিত্রাবন্নি মপুং মরৈ ক্ষারবী লৈশাবী ওইবনা থাজ য়োজবা মতম ওইরহুনা নুহোংনবা রা তামরে। চিত্রাবু হায়বা লাক্লিবী ব্রোজেনগী

মমা অমদি মনে, অচৌবা লফোই লফাং অমদি কম্লানচিংবা পুন্না তোইনা লাকই। চিত্রা মপুক্লিংদদি লাকহন্নিংদে, অদুবু মপাম্বোংদদি নিংথৌনা সেবা তৌদুনা মখোয়বু পেলহল্লি। হায়মরু মচেংখাইদা লৈরুবনা মশকরু খংদৈ। মুপা মযুম্না লুহোংবসি য়ারিমখৈ থুনবা ওক্লিরকই। মপাদুং অমদি সোরেনা চিত্রাগী মত্তি থংলুদ্রি।

নোংমা চিত্রানা হুমাই অমা পায়দুনা ফম্লিংদা সোরেনা চিত্রাবু কৌরকই,

—ইবেম্মা, ইমানা য়ারি অমা শাসি সিদা লাও। চিত্রা মমাগী মনা ত্তা মোরা অমদা ফনদৈ, অদুগা করম্বা মতাংগী রানো থল্লি মপুক্লিংদা।

—ইবেম্মা ইমাখোয়না শিল্লিবসে নঙগী ফনবা ওক্তনি অদুনা নঙ পাদুং অমদি নঙ্গইবুংঙোগী মায় চোংহনগনুকো। অঙাংদো মশক মাত্তোম অদুম মকৈজে, মগাম নতাক চাবা থবক অমসু ত্তৌজরি, ঐখোয়গা য়েংনরুবদি ঐখোয়না য়াম্না তারিপোৎনি, হন্দকীসি ঐখে য়ুগী মায় ওাকউকো ইবেম্মা।

চিত্রা শাওনিবনা প্রোক প্রোক চাকই, অদুবু চিনবান্দদি মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই—

—ঐগী লুহোংবগী রা ওইরদদি অমুক হন্না পনবিরক্তবনা হেন্না ফরগানি ঐদি মতম থরত্তা নত্তনা পুন্সি চুম্না লুহোংজররোই।

—করি রা কৌই ইবেম্মা, হায়দৈদ অত্তম হায়বা হৌনদে। হন্দকী লাক্লিবা শক্তিবুগী নিপাম্নি পানবসিনা রারোইপোং পুরগা

পূর্ণিমা নুমিত্তা লুহোংবা হায়না কুইগা য়েংনহনা থারোইনরবনি, অতুম্বকা হায়বা য়াবা নত্তে। চিত্রা খাই লাওই।

—ইমাখোয়না ঐগী রা করিমত্তা থাকপীক্রিবা করিগীনো? ঐবু য়াম্না লৈহন্নিংজবরো, ঐ থাকপাদা কয়াম রারে, অতুগী ওইরবদি ইথন্তা তোঙাম্না চাজগে। সোরেনা ইশি শিনা নোক্লতুনা—

—অঙাওবী নঙবু লৈহন্নিংদবা নত্তেনে, নঙগী ফনবা শিল্লিবনিনে মপা মমা ওইবশিংনা মচাগী ফত্তনবা শিনবা হৌনবরা?

—ঐদি হায়জরিবসিনি হেক্তা শিথিগনি।

—চিত্রাবল্লি, নঙনা হায়রিবহু করিনো? ঐখোয়না হায়রিবসে নঙগী-দমক্তনি নঙনা অপাম্বতা হায়য়ু করিমত্তা রাংহল্লোই।

—ঐনা পাম্বা করিমত্তা লৈতে, ঐ লুহোংজরোই হায়জরিবসিনি। (হন্দক্তি চিত্রা তশেংনা কপ্লে। মচাগী মতৌদা গুংঙাইতহুনা সোরেনা)

—নঙনা পাম্নিববু করিনো? ইমাদা শেংনা হায়য়ু নঙনা হেক পাম্বতুতা শোইদনা তৌগনি। (খর হরাওনা চিত্রানা)

—ঐ লুহোংবা ঙম্লোই হায়জরিবসিনি, হোঙদবা য়াদে হায়রগনা ইমা ওইনা অহুম হেক হোংবিরো। মচা নিংবী সোরেনি মচাগী অপাম্বা অমা লৈরম্বা তারে খন্দুনা তপ্না হায়রকই।

—করে নঙনা য়াত্রবনিনা লুহোংবসে হায়দোকখ্রগে, নঙনা পাম্নিবদো কনানো অহন থারকউ হায়য়ু, মখোয়না খর শাওজরবসু মশানা য়াদে হায়না নীংথিনা হায়খ্রগে। তৌবতদি ত্রোজেন্দগী ওাদবা মী ওইগদবনি। চিত্রাবল্লি মমিৎ অহু পিনা থুম্নংলহুনা হায়রকই।

—ইমা, নচাবু হুংশিবীরবদি রাকম অদু পনবীরগনুবা, ব্রোজেনবু মতিক চাদে হায়বগী নচ্চদে, ঐঙোন্দা অচৌ-পিশক অমদি অপাম্বা-পামদববগী রা করিস্নু লৈজদে, পুম্নমক অঙ্কানি, অদুবু ঐ যুম্ন-পাঙ্গরক্লোই।

—করিনোনে ইবেম্মা নঙনা হায়রিবদুবো, হায়হৈদেনে, নিংঙোলনা মপামদা শিযু হায়বা তমদবনি, কুইনা লৈরবদি লৈকাইগী মীনোকস্নু চঙলকনি, ঐখোয়গীদি নঙ লৈবসে য়াম্না করিবনি। নিংঙোল হায়বসিদি অঙাং ওইরিঙৈদনা মপা মমাগীদা লৈবা, চাউরক্লগনা মীগী মযুমদা চৎখিবা হায়বসি লাইগী রায়েলনিনে। করি ননিং থুংদহুনা অদুগুম্বা ফত্তবা রাখল খল্লিবনো, ইচাগী করি রাৎকনি।

—নীংবা থুংদবা করিস্নু লৈজদে, লুহোংবহুদা হয়েদোকপিখো।

অসি হায়রম্লগা চিত্রা পুথ্রিরোমদা চৎখ্রে। রাখল অসিনা অমুক হেন্না অরাবা ওইরে, মঙল মঙল খল্লি, ঐসে কয়াদা লাইবক-থিপ্রবনো, মপা মমানা হায়বা ইন্দবী মচা হায়বদো ওইরে। পোক-চমনগী মহৈ য়ালহন্দ্রে, মপোকসিমগী লমন শিংবা ঙম্রোইদোরে।

চিত্রাবলি, বীরেন্না মাবু কাওধ্রবদস্নু মানা অতোপ্পা আশা অমমুক থমত্রে। ঙসি কাওবদা বীরেন্দ্রনা মাবু মরাল লৈরবী অম-গুম্না কয়াদা তাথীনা লোৌরিবা। চিত্রাবলিনা ঙসি কাওবদা বীরেন্না য়ানীংদবা থবক অমত্তস্নু তৌথিত্রি। মীওইবগী পুক্সিদা খোঙথাং অমতং লান্না থাংলুবদা মপোক অসিমগী কয়াদা নীংকা কায়প্রকা! ঙসি চিত্রাবলি কয়া রানা লেল্লীবা, কয়াম্ব কুইনা রাথিগদগে?

মসিগী হেন্না য়াম্না কয়ম্বা মৈচাক্না পুন্সি অম্বি কেমগদৌরিবা ? মতম অমদা চিত্রানা খল্লম্মী, মাগীদমক হিংজগে, মাগীদমক শিজ্রগে, অদুবু ওসি মহাক্না হন্দোকপীরম্লবদা কনাগীদমক হিংলুথিগনি। নীংবা -কায়বা হায়বসি নুংশিনবগী মখোদতা নত্তে, মীওইনা পোক্লবদি হীরম অমদা নত্রগা অমত্তা শোয়দনা নীংবা থুংলোই, নীংবা কায়বা হায়বসিসু পুন্সিগী মখেল অমনি।

করিগীনো খল্লে, নুংশিবগীদমক প্রেমিক প্রেমিকাশিংনা অমুক্লুক খক্লোয় পিকথনম্লিবমে। নলিনিনা হায়রম্বা নুমিৎতুদি হয়রেংনি, চিত্রা মহাক্কীদমক য়াবা হোরে, থবক চিনবগী নত্তে, মৈনরোইদবদুগীনি। কয়ম্মু শুত্রোই হায়গনি, নলিনি চিত্রা নত্তনা কনাগম্মু লোয়ননীংদে। মতম অমদা চিত্রাগীদমক মানম্মু য়াম্না মত্তেং পাংথি। করিগুম্বা চিত্রানা য়াদবা থোক্লবদি ভোৱীমল খঙ্দ শোয়দনা হায়গনি, চিত্রা মখম্তা নুংশা থিজে, করিগুম্বা বীরেন্দ্রনা উথিবা থোক্লবদি খঙচৎ চৎপোই নীংথিনি, বীরেন্দ্রগী মমাঙদা কল্লক-থোক্লা করিগুম্বা থবক অমত্তম্ভ ভোজনীংদে। চুম্না নোংমকাদোক মায়োকনবা থেংনবহু কাওবা করি খল্লিদগে খনবদা ইকাইজবনা লৈফম খল্লদে। কাওরমম্মু কাওরম্লি নুপা ওইবগী কল্লবা থম্মোয়। মাবু থাজরম্বনা মরাল ওইহনা মিৎকুপ অমত্তা য়াথল পোম্বাদনা লোইনাইদনা বক্সী। চিত্রাবনি অত্তোপ্পা নুপাগা চৎমিম্নবদি লাইরদনা চুম্না নোংমকাদোক সিনেমা য়েংবদা বীরেন্না যানা কোয়বা নুপীহুগা পুম্না লোন-নহুংদকা থেংনরবদি ইকাইবদগী মফম অহুদা অহুম শিথম্বা যাম্লি। মহু শোকহনবাগম্মু হায়না তত্তনা ঈশ্বর থুরুমজে,

মত্তুতন্থু নত্তনা বীরেনগী লুহোংলবা মতুংদা নরুবনিনা পাওদি শোয়্দনা ভাগনি, মত্তদনা করম্না খাডগনি অরাবা মৈচাক ! ওস্থোরুস্থু লাইবক থিগ্রেদা চিত্রাগী মপোক, করম্বা মীগুংশি থণ্ডদবা ঈশ্বরনা শেম্লকপা চারনো ?

চিত্রাবলিগী মমিত্তা যেংলুবা থুদিং রেরুবা ওইনা উপ্রে, মথন্তা ফুক ফুক হোৌগংতুনা চেম্লে। নীশিংলুরগা শাওনিংলকই, মাগী হুংশি লম্বীদা অপনবা শীরকথিবা, মথোযবু কায়ননবা ফত্তবা পাও করা তমশিল্লম্বা মীওইশিংতুদা লমন থুম্লিংবা পোক্লকই, অহুবু মহাক্তি পুকচেল চাওবীনি মানা থল্লি, ফত্তবা মীদা ফত্তবনা লমন থুম্লবদি ফত্তবহুগী মথৌ হেনগৎনবনি অংনা ফত্তবগী লমন্দি অফবা থবক্লা থুমগদবনি, মত্তুতনা মস্ত্র ওইতুনা তপ্না তপ্না মাগী ফত্তবা রাখল অহু কোক্লকনি মথন্তা নিংঙমদবগী মৈনা চাক্লকনি, অফবা অচুম্বা লম্বী থীক্লকনি হায়না। চিত্রাগী মফমদা তমশিল্লকথিবা ওইদবা চীরোলশিং অত্তুগুম্বা করা বীরেনগী মফমদস্থু তম্লকথিদবা নত্তে, মরক মরক্তা বীরেনস্থু নীংশিংলগা চিত্রাবু শাওনিংলকপা পোকই, বীরেন্দি ওসি ফাওবদা পুম্নমকশিং অহু অচুম্বনি হায়না থম্লি। মহু মানা অহেনবা পাম্লকপদগীনুনি।

চিত্রা নোংমতন্থু হরাও মীনোক তমদবা উবদা মাগীদমক থনবদা রাজরবী মোরোম্নী মত্তৌ উবদস্থু চিত্রাগী থম্মোয় হেন্না রাপ্রে। চিত্রা মথন্তা রারৌজৈ, করিগী হিংহনবিরি হিংবদা মতীক চাক্লবী ঐবু ওসিগী মীনম্নবা সংসারসিদা। লৈত-লাইরগী কুয়োম-হুংদগী নোৌনা মৈশাং তমলকপী, লৈরাং মৈশাং তমদনা মদোম

লৈমন চপ্তহনা লৈমায়দা কেনখিগদৌরে, করম্বা মালিনা লৈখোঙ শোমলগা খুইথরবা লৈনাশিং নৌনা য়েনিং হুল্লকনি। অদুবু হন্দক নপোক্কীদি চিত্রাগীদমক লাক্লরোই অনৌবা বসন্তগী য়েনিংথা। কংলবা চাইরুং অনিদগী চেন্থরক্লি পিরাং, অরেম্বা লৈতনা যমুনাগী ঈচেলগুম।

অসামদা বীরেন্দ্র হুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউনা নোংমতকাও নীংশিংখিদ্রে, অদুডৈগী হুংশিরবী চিত্রা। মীৎকুপ অমতং উদবদা যুগ কয়া কায়নখিবগুম য়ারম্বা, হৌজিক্লা চহি কয়াসিগী মথংদা নোংমফাওবা খল্লুদ্রে মাগীদমক য়াখল ময়চেৎ অমা শায়াগা বীরেনগা সাইকল অমমম থৌরম্বনা মথা পাংনা লাক্লি, বীরেন্দ্রগী পুক্লিংগী য়া কয়া ফোংদোক্লুনা মখোয় অনি হুংশিনবগী লীপুন্না পুনখ্রে হুংশি য়ারী কয়াগী মরক্তা মোমোন মীনোক্লা তোইনা মীৎচানরি। শায়ানা বীরেন্দ্রদা য়েংলগা নোকমি নোকনি তৌরহনা হায়রকই,

—তামো ঙসিদি মতমম্থু ঙল্লি ঐখোয়দা চংলুখিসি।

( বীরেন্না হায়ফেৎ নোক্লগা )

—ফৈ চংলুসি।

মখোয় অনি শায়াগী য়ুমদা চংমিন্নরক্লুনা শায়ানা মাগী কাদা পুশিনখ্রে, বীরেন্দ্র আরাম চৌকি অমদা ফমলি। শায়াখোয়গী ইমুংগী মী অতৈনা মখোয় অনিগী মরি খঙদে, চুম্না থবক তৌমিন্নবহুদা খঙনবা ওইরবোই মনিংই। শায়ানা তামো ফম্বিরমখোয় হায়রমলগা চংখ্রে, ঙাইহাক লৈরগা শঙ্গোম কপ অনিগা ওমলেট অনিগা পুরক্লগা সাইট টেবল মথক্তা থমলগা—

—তামো, ঐখোয়দা লাকপদি অহাও-অথুম লৈজদবনা অরৈবা থরা চামিন্নবা তারে, শংঙ্গাম থকসি।

—নহাকী কোচিহুনা হেন্না ইকাইখ্রে।

—করিগী ইকাইবীরিবনো, তামোগী য়ুম্মক্নি হায়না থনবীয়ু।

—নঙনা ঐঙোন্দা তামো কৌবসে ঐদি ওম্বোক্না শাওনীংঙ্গ্রবো।

—(শায়ানা মচিন থুন্নগা নোক্নহুনা) ইমাখোয় তানিক্নে, করি কৌহন্নীংবগে তুগিন্না হায়রকউ। বীরেন্না শায়াগী নাকোং মন্নদা,

—অহুবুরো ... ... হয়েং নোংমা হায়রগেদ্দা।

মখোয় অনি নোক্না নোক্ন শংঙ্গোম থক্নি, শায়ানা বীরেন্দ্রদা য়েংলগা,

—নখোয়রোমদা নোংমা কোয়রক্নে।

—হুম লাকহু, ঐখোয়গীদি য়াম্না লাইরৈ, নঙনা নোক্নগে হায়রকনি।

—তামোনা ফত্তবদা থনবগী রানি, ঐদি লাইর-ঈনাকথুনবগী রা করিস্থ থঙ্গদে, লাকহন্নীংদ্রগা লাকহন্নীংদে হেক্তা হায়বীয়ু কৈদোগে।

—লাকহন্নীংদবা নত্তে, ইকাইবগী রানি, ফরে নোংমা লাকও, ঐখ ইচলশিংগস্থ থঙনৌ।

—শোয়দনা লাক্নে, নখোয়গী হৈ য়াম্না হৌই হায়বদাই?

—অস! হৈগী রাদি নপুক কারনা পীজগে য়াম্না পাম্নি।

(মতাংসিদা শায়ানা য়াম্না নৌথনা)

—ঐখোয়না হৈ চাবা লাকপদা ননাক্তগীত্নমা শাওথিরোইদ্রো? মী শাওনগদবা লৈরবদি লাকলয়োইদা। (বীরেন্না য়াম্না ওক্না)

—ঈনাক্তগী হায়বদি?

—খঙশিন্নদবা থিং শাবীরনু, নখোয় লৈকাইগী লৈশাবীশিংনা ঐখী ইনাওনুপীদা লোইনা হায়রক্লে, মোংমা ওক্তিত্তনু মাক্লখদো।

বীরেন ইকাইরোই শাওনীংবোই ভৌ০না হায়রকই.

—হেয়া, পংথ্রবা পুমথ্রবা ম্যাহুমু, নীংশিংলকপু অা খাইনগী ম্যাহুমু হৌজিক ঐঙোন্দা-মাগী অধিকায় লৈক্রে, মানা করি হায়বা ওম-গনি, অত্তোপ্পা মুপা অমদা ময়ুম পাল্লু াবনি কেদৌরগে, ঐবু অহু-গুবী নুপীদা মায় ওনশিনবীগদবা মাকা মানথ্রাগ? নঙনা অহুপী-অরমদা চিংনরগা ওসিমক হেক্তা চংথ্রসিনে।

বীরেনগী ম্যাহুদা শাবা হরাওক্লে. চিত্রাবু হল্লকপীনি হায়বহু অচুম্বা ওইরবোই-নীংই অহুগা হায়রকই,

— নুপীহুনা ভায়োব্রু ময়াম্দি নীংজরম্মাক্লেদা, ভাামোমু পঙহায় হেক হায়বীরেদা।

—অশেংবনিনে, হায়জিনবা নস্তে।

—করে, অদো রোংযা শুা অহাওবা অমা লৈরগা চাক অমুক্তা চাখিমজি।

—উম, চাকখি চামম্ননবু ইকপু ইকাইয়ে ঐদি, ঐ ঙা লৈরবে' পুংমু মরি মথার ভায়ে, ঐ অমুক হনথ্রগে।

—করে য়োৌবীয়ো।

বীরেন মুংঙাইবা রাখলগা লোম্মননা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে। অঙকপনি বীরেনগী খম্নোয়, মানা মুংশিজবা নুপীহু য়ানবা হোৎনবগী অয়াল লৈজত্রবী নুপীমচা অমবু কয়াদা থিনা-হুন্দুনা ঙাও-শকলিবা, লৈভোল শক্ল পান্দে মতাওম।

মতম থয়া লৈরগা তপ্পা তপ্পা চিত্রাগী নাকোং য়োরকখি পাও অহু। কত্তবা পাওদি থুনা শন্দোকখী। পাও অহু ভাবদা চিত্রাবখি মঙহৌদনা জ্ঞান য়াওদনা লৈম্মায়দা ভাখি, জ্ঞান ভারকপা মতমদগী

অসুম্না থনখি, ফরিঙ্গুম্বা শিরম্বা থোক্লবদি কম্নদা ফরম্বগদবা. অমুক হৌখিবা খদকামগী মায়হিং অহু করম্না কেকপা ঙমগনি। চিত্রা থোক্ন খেৎলা কপখি, বীরেন্দ্রবু ঙাক্লৌখি, তাংমৈ নহাকসে ওন্থোকনম্নু থমোয় কল্লিদকো, ঐবু ফনমক য়াম্না হুংশিবীদবা নৈবুবসু কবিগী-দমক অংপ্পা পাওথোকপীরিবা! নঙনা তৌবা খবক্তা এন থুং থং-জিন্নকদবসু নাত্তে, নহাক্সু নচল হৌরিরনিকো। করে নহাক্না ঐবু অঙম্না পাওথোক্লগা অপেনবা ওইরবদি মহুমক ঐ য়াম্না হংগেকো। চিত্রাবখি অমুকস্তু নিংশা থারা পোকচ, ফরিঙ্গুম্বা মাফম অদু মাগী মবুং মৌপাল্বা শিংবা তারক্লবদি বীরেনগী থুংনাংখিবা থোকচন্না হৌরনা হেন্না ঙাখি।

অঙকপনি হুংশিবা! মাবু শিনা খল্লবা মাওই ওইহনসু হুংশি-বগী মরাইনা অরাবা থাঙহন্নৌংদে। অমুকসু ঙাঙ্লোই, মহাক অখি খাইদগী তোনবা ঙাখল থনবা ঙাংপা মীশক্তি, করি ঙাখলদগী মহাক্না অহুম্না হায়রুবা। মসি শায়াবু হুংশিবা হেনখিবনা মাগী ওইরবা ফং-হৌরোইদ্রা খন্দুনা শঙহায় হায়খিবনি। অহুবু মানা অহুম্না হায়-ফমদি থোক্তে। মহুগী মতুংদা বীরেনসু ঙাক্কমহুগী মরাদা নীংঙম্লক্লবা কয়া পোক্লকাখি।

অমুম্না মতম কয়া হৌথরবা তুংদা মোংমা নিংথম থাগী অমুক অমদা চিত্রাবখি নখিগা মচেথোয়দা চৎলুসি হায়গুনা থোরকই। থোজালদা গারী তাইহুমা ফনা কুইনা লেপ্লবা মতুংদা ময় ল্যাক্তুনা খাম্লগা কাখৎলে গারীহুসু চিনবনা লেপকম ফাওবা নৈতে, মীনা কুক কুক ইরে। চিত্রাগী মমাংদা বীরেন লেপ্লম্মী। চিনবহু থাঙবা ঙম ঙম্না চিত্রানা, চিনবনা সিঁদোরে মাঙদা খিত্তা নৈখিল্লু হায়না ঙাক্লা

কল্পপ হাযক্লই। বীরেন্দ্রন মথোঙ কানশিনখ্রে, মাবু উবদা চিত্রাগী থম্মোযদা ভীং লাওবা অমা ফাওখি, খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংই, মতুং ওম্মোকপনা মশক থঙবা ঙমদে। নুপাক্সুগী চুবা ওইরপ লৈছনা য়েংলুই কোই কানখিবগী শংলি-শংলিবা অংদগী হেন্না উবা ফংদে। নুপাক্ষু ভোরংনবা শুট অমা শেংলি টুপীস্সু উম্মী, মশক খঙনবত্থদা অমুক য়েংলুক্রে। যনা শাংনা থোরক্লবা কান্দা নুপাক্ষনা তপ্প মখাক্ল লৈশিন্নক্লগা কোইনা হংলই -

—কদায় চংকদোইনো ?

নুপা নুগী মমায় হেক উফবদগী চিত্রা জ্ঞান য়াওদবগুম ইপঙ পাংথখ্রে, তক্লাহবনা থাঙকম থঙখিত্রে, মাক্স হাইগত্তুনা তপ্পা থুম্লকই,

—থবক অনা চংচক্লগে।

—থবক্তুবু কনাক্লদানো ?

পাংথুম পীদনা তুমিন্ন' লৈ, ঙাইহাক লৈরগা চিত্রানা,

—কুংঙ হাংকিনা ?

—( বীরেননা হৈনীংদনা ) হাংঙাইতেদা।

মথা তাংনা ঙাদ, তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। চিত্রাগী থম্মোয় ভনীক ভনীক থ ভই, হবাইবনস্সু লৈফম থঙদে। গারী থাকম য়োরংছনা চিত্রানা লৈজহোরগে হায়নক্লগা কুম্লক্লে, মনিং পাংনা চঙলক্লে। বীরেনস্সু কুম্লগা রিক্লে, অমা তোংছনা চংখ্রে, হন্না অমুক্তং য়েংলমই। মতু চিত্রাগী মফমদদি ওন্থ ক্লা মমল য়াম্মী। তুমিংতুমা মাগী রাথলইরাং লাংই। যুন থোবগা থোদোক্তুগী রারীষ্ঠু ডাইরিদা ইশিল্লি। মতু ফন কুইংফাও তুমিংতুদবু লাইনাং ওইছনা চাগনি থকনি হায়বা কাওনমথৈ মচি মচি খুদিংগী লেপতুনা রাথল থল্লি, মতুতনা মশাক্সু অনাবা ওইখি।

# তরুকশুবা মতাং

অয়ুক্কী পুং তরেৎলোম তাবা মতম্নি। ইঙা ইঙেল লংদাইনবা মোংজু পাম্বা ওইবনা অতিয়া মকোইদা লৈচিন নোংফাই থাংলি। কোরৌ হনবগী মঙালনা মালেম থক্তা মঙম শান্না য়ৈঙমদে। লিরি হুম্বা মালংনা কাইদ-কাইদা হুমলিবা, তাইবঙ পুক্লিং হুংঙোম্না তপ্না লাক্লি রথ যত্রা হুমিৎস্নু। মতমগী য়াওস তুংইন্না মীওইবগী রাথলস্নু তিল্লি, মতমগী ঈচেলদা। কনানা হরাও-হুংঙাই ঈথক ঈপোমদা তাওহুনা শান্নরি অরাবা মশক থঙদনা, কাওথোক্লি লোই-নাইবা পুন্সিনি হায়বা। হুংঙাইবগী নীল খোংবা মরকসিদা কনানা কপ্লি লেপ্লা লৈতনা, পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা কৌরি খুলাম তোইনা চংশ্রবা মতমবু হল্লকখো হায়না। ঙাইরি কংলবা পুন্সিনা লাকথিগনি হায়না অনৌবা য়েন্নিংখা, থঙদে কৈদৌঙৈ লাক্কদবা। নোংতম্বা মহাকপু হায়দবা ঙমদে ওন্থোক্লা তমথি হায়না, করিগীস্নু মী অমগা অমগা গুণ, শক্তি মান্নদনা শেমলকপা—। কনা অমনা হায়নৈ, মাগী মাগী মপাপ্না রাজবনি। মসিবু করম্না য়ানিংগনি। পঙলবা থমোয় পানবা জীব খুদিংমক নোংদম্বা মাগী চারনি। করিগী পাপকী লম্বীদা চিংশিনবিথিবা মহাক্না! অরাবা তারবা মতমদনা করিগী ওইহল্লিবা পাপ্তুনা মরাল?

নলিনিগী পুন্সিদা থেংনথিস্রি অরাবা, মায়থিগ্রিদি অমুক্তংস্নু হুংশি লানফমদা। চিত্রাবলিগী অরাবা মারী কয়া তাক্লু উরুরবস্নু

মৈশা অহুদি মাগী থম্মোয়দা লাংত্রি। অহেনবা পান্নবা তাইবগী চৎনবীনা মমি তাঈল্লি মাগী থম্মোয়দা অথোই-অহেন পাম্বগী উরিনা য়েৎনীংই অরাংবা উপান্দা লামথুনা, পুন্নীংই চুংশিবগী অচেৎপা লিপুন্না। নলিনি অমুকী থবক ইনথাং লোইশিল্লগা চিত্রাথোযদা লাকুনা চৎনবগী থোরাং লোইশিল্লি। সুনিলথোয়স্মু মতম চানা য়োরকুনা মখোয়বু ঙাইরি। ইন্দিরাগা অতোপ্পা লৈশাবী থরগা চঙলকুনা মখোয়বু থুনা লোইশিন্নবা হায়রি। মখোয় অনিস্মু থুনা মক্কি হোৎলনা মখোয় মরি মরি থোরকুনা গারীদা কাথৎথ্রে। চিত্রাদি পাক হেক কাথৎতে, মাগী অহানবা মীৎয়েংদা প্রিয়ানন্দগা মীৎচাননখি। চিত্রা শ্বাই লাওই, নন্দস্মু মমায় লুকথৈ। চিত্রা তপনা কাথৎতুনা ছিত্তা ফমথ্রে। নন্দনা ড্র,ইভর ওইহুনা জীপ অহু মথা পাংনা কন্না থোরক্লি। মরক মক্তা নলিগা সুনিলগা লোন্না লোন্না মীৎচান্নে। চিত্রাগা ইন্দিরাগা ফ্রুন্ট ছিত্তা ফম্মী। নন্দস্মু চিত্রাদা হাইকেৎ য়েংলকই মরক মবক্তা। মাগী মীৎয়েংথুগী মপ্যাদা ইন্দিরানা মঙোন্দা য়েংলম্বস্মু য়াওই, মথস্তা ইকাইবনা খাংফম খঙদে। চিত্রাদি মমায় অহু ইহাই হাইগত্তে। মাগী মায়থোংদা মতম্ চুপ্পা অরাবগী মমি তাবনা মতম খুদিংদা মমান্নবী ময়ামগী হরাও-তয়াম্বা নোক খেবদা য়াওনীংদে তুমিন্না অহুম পঙলৈদা লৈ। নন্দগী মীৎয়েংদা চিত্রা য়ান্না চিং-লেম্বী মোং-হাদবী অমগুম উরি, অহুমরুম্ম মাগী পামজবহুদা মথৌ হায়প্লি। নন্দস্মু মীনা হেক য়েংবদা য়াম্না চিং-লেম্মী। চুপা অমা ওইবগী করিস্মু অম্নাংপা লৈতে। প্রিয়ানন্দ রা কয়া ঙাজন্দে মরক

মরক্তা য়াম্না ভাংনা ভাংলকপগী হুদি ভাবদা য়াম্না মুংঙাই, শরুগা কজবনে ভৌথোরিকপনগা লেম্বনে, অহল-লমন মশক থঙনা চৎলি, ব্যবহার কায়দে, অঙাংশু য়াম্না লুনা ভৌই। মা হেক লৈরবদি মনাক্তা অঙাং ময়াম্না ইকোই কোইশিল্লি। নহা অহল খাক্তনা মাবু মুংশিদবা য়াওদে। মতম খুদিং মাগী অর্থনা থল্লবা মীৎয়েংনা অশা লৈত্রবী চিত্রাগী থম্মোয়বু ভক্তনা কায়হৌরি। গারীনা অহম লেপ্তনা লাক্লি, ভাম্না উরিবা চীংগী নাপোমদা মনা পুংলবা উচাল পাম্বীনা নেম্পক নেম্পক হৌরি। মালংগী শহুমদা লৈনা জগোয় শারি। শরকী চিদায়দা নোংবাল্লে পাম্বীশিংনা পরেং শানা শাৎলি, লৈকা কম্না কেল্লি লৈমায়থক্তা চোইনা চোইনা মালংগী শাকুদা, ভামলবা শঙাবুংদা শজিক চারি মনবা-মম্নাও কয়া. চীং-জিন লৌবুকী লৌ-লিংবী মুজাশিংগী থুলঙ ঈশৈনা খোম্বাং য়েনা ভারি না-পদা, ভাম্না খোংলি ফৌনারক্তা উথুম কৌবী চেক্লানা থম্মোয় হুবা পঙোম গুরদা, মালংগী ঈথক ঈপোমদা ভাংথক নাইনা জগোয় শারি ফৌনানা, পাৎকী ঙাসু থজোংনা হানৌলক্তা শান্নরি, হাংলবা অতিয়াদা পংতি নাইনা পাইরি উরোক পবেংনা, য়েংলুবা খুদিং মীৎকম হোংঙমদে। চিত্রাবলি পুম্নমকসি উরুরগা রাখলনা মঙ মঙলি। থংহৌদনা য়োরে লোক্তাক পাৎ। ঙসিগী খোঙচৎ অসিদা য়াওরিবা মী খুদিংমক লোক্তাকী নীংথিজরবা দৃশ্যবু উরুবদা মীৎকম হোংবা য়ানদে পুক্লিংদা মুংঙাইবগী ইহুন পী। মথং মথং গারীদগী কুমথরকই, খোইনা হায়নরুবা ভৌদনা মানা মানা য়েং-নীংবা মকমলোমদা মীৎয়েং থম্নরি। নলিনিগা সুনিলগদি হি

তোংহনা হৈত্রুক য়েনা মরক্তা লোক্তাকী ফজবা য়েংলি, লোয়ননা পুন্সিগী তংন-থানগুমসি হায়না লোক্তাক লৈমনা শাক্তি ওইহনা নুংশি রাবেপ্লগ্রে। থরা অমনা থরো থম্বাল হেক্তুনা হরাও-তয়াম্না নোক-খেরি। চিত্রাসু ঈমায় চোম্না শাংলিবা থরো থারিকথা-শিংহদা মোমোন নোক্লা য়েংলি। মহৈ মমৈ হি তোংহনা লোইনা চংনগ্রে। চিত্রাবলি মথন্তা ঙাইহৌরে, মথাম্না মাবু ফনা য়াম্না হাযরম্বনি অহবু মানা য়াদবদগী লৈহৌবনি। নলিনিনা ঈশিংগী ঈথক ঈপোমহ কিজহনা সুনিলকুমারগী লেংজুমদা পায়রি। সুনিলস্থ নলিনীগী মত্তৌদা নুংশিরহনা মাগী তনৌরবী খুৎশাশিংহ চেৎনা পাযবীবি। অহগা হায়রকই।

—নলিনি, লোক্তাকী দৃশ্য অসে ফজদ্রা? অহবু মসে ঐখোয়না কয়াম কুইনা নীংশিংগনি হায়বদি খঙবা ঙমদেবো।

—ঐদি পুন্সি চুপ্পা মসিগী ফজবসে কাওথোকপা ঙম্লোই।

—মহ হান্নমনবা ওইগনি, নহাক শোইদনা কাওখিনি। নীংথিরবা দৃশ্যসিবু ঐখোয়না কাওখিহগা ইরোইননা নঙনা ঐবু কাওথিনি মতম অমদা, ঐদি নুপী ওইবীশিংসে ওম্হোক্লা থাজদে।

—তামো, কায়নগনি কিবনা নুংশিববু মীরায়গদ্রা নুংশিনবা হায়বসে খম্মোয়নুংগী ওইবা শক্লাইদবা পোংশক্লি। ঐদি মসে থুংনবগীদস্থ থোইনা খন্দে। ঐনা পামজবদি কাওনদবা নীংশিংনবহনি। থুংনবা থুংনদবা হায়বহদি নঙগী ঐগী লাইবক্তা তম্লম্বনি। করিগুম্বা ঐখোয় অনি লাইবক লৈভহনা কায়নথিবা তারবদি তামোনা ঐবু য়াম্না থুনা কাওথিনি হায়বসে ঐদি থাজে।

—করিগী কাওরুগনি, ঐনা হয়েং শিরমদায় মতমদু য়ৌরবকাওবা নওবু নীংশিংহুনা শিগনি। অহুবু নলিনি, মীংকুপ অসিদা ঐগী থম্মোয়না নওবু চিংনবতনা কুপপ্রে ঐগা থম্মোয়বু লৈতাহন্ত্রে। হায়যু নহাক ঐগা কায়নবা পাম্নবরা ?

—তামোনা ঐবু লাম্না লোবীরে ঐদি অশেংবা মুংশিনবতবু পামজবনি, ঐখোয়গী চিত্রানা ওসি ওইরিবা মতোসে মুংশিববু থাজবদগীনি। মুংশিবসিদি অমরোমদা থাজদবনা হেন্না ফবজাংনি মুংশিনবদি নক্না তিন্নবা ফত্তে।

—( মুনিলনা ওক্না ) চিত্রাবলি করি তৌরবগে অমুক্তা হায়যু। ঐমু নহালমথৈ থল্লিবনি, মাগী মায়থোংসে মতম চুপ্পদা মুংঙাইবগী মমি তাদে, মাগী শম্নপপা রারী অমত্তা ঐবু তাহল্লু।

( নলিনি খায় লাওই, মথন্তা থল্লি, করিনো ঐনা হায়রুরিবসিদি হায়দবমু য়াররোই )।

—( মুনিলনা অমুক্কমু তকশিল্লকই ) করি তৌরে তুম্মিন্না লৈরবদি ?

—( নলিনিনা ঙাইহাক থল্লগা ) করি হায়নবু হায়গদবনো থওদে। মহাক ঐখোয় লৈকায়দগী মুপা অমগা মুংশিনরম্মী। নীনা থুগাইবীদগী তোকপ্রে। মহাক হৌজিক অতোপ্পগী আশা লৈত্রে।

—মুপাহুনদি মাবু… …।

—কাওপ্রে, অতোপ্পা অমগা মুংশিনপ্রে।

—মাবু কাওপ্রবা মী অহুবু মানা মুম নীংবগী মরমদি…।

—থওদে মাগী রাখলসে মওোন্দগী হেনবা অফবা মী কয়ানি, অহুবু মানা য়াবা লৈত্তে। মপুন্সি চুপপা মুম লৈরনি হায়। মুপাহুবু

মান্ন থম্মোয় শেংনা হুংশিন্নিবননি।

(অম্মুন্না নলিনা স্থনিলদা চিত্রাগী ন্নারী কয়া লিহুর্না তাহল্লে)।

(স্থনিলনা খর শাংনা হোন্নগা হায়রকই)

—ঐনা চিত্রাগী মপুন্সিবু হুংশি, অমম্মং থাগত্তবা ঙমদে, মহাক অশেংবা হুংশিববু মশক ভাকপা ঙম্মীনি। ঐখোয়গী প্রিয়ানন্দ-নম্মু মাবুতা হায়হুনা লৈবিবনি। ঐদি নঙোন্দা হায়হনগে নীংবনি, হান্নম্মু মশানা হায়রুরবনি অহুবু চিত্রানা য়াথিদমাল্লে।

—প্রিয়ানন্দ হাযববু কনানো?

—ঙসি ঐগা লাকমিন্নরিবা মুপাসিনে।

—হৈমা, অসিদি চিত্রাগা হুংশিনরম্বহুগা য়ান্না মান্নৈ। চিত্রানা নোংমা হায়খিবহু ওইরম্বা ভারে। তামো বিরেনগা মশক চপ মান্নবা মুপা অমা থেংনরুরে হায়বহু।

(অম্মুন্না মখোয় অনি মখোয়গীতা নত্তনা ন্নারী কয়া শারি। অশোমদা প্রিয়ানন্দনা চিত্রাবু কোইলৈ লৈহুনা য়েংলকই, চিত্রা ন্নাওবা উদবহুদা গান্নী থাম্নিবা অদোমদা লাক্লে, চঙশিল্লক্তুনা চিত্রাদা থম্বাল চবুল অমা পীরগা তপ্না হায়রকই)।

—হকচাং ঙমত্তরবা, নথস্তা তুমিন্না লৈরবদি, মখোয়স্মু লাকদবা ঙাইহাক ন্নাংলি অখাই ফাওবদং চত্তুনা লোত্তাকী দৃশ্য য়েংলুসিদনা?

—তামো ঐ চংচরোই, লম শাংনা লাকপনা কোকশি খন্না ঙাওরে। তামো চংপীরুরো।

—ঐবুদি ঙম্নাইনা চংলুরিবনি চত্রবন্নু য়ারে, কোক ঙাওরবদি

খ্যায়দদি হিদাকপু ফংলোই, লরাইদা ঈশিং থরা হাপসিরা ?
— হুম, হাপত্রবনু য়ারনিদা। তামো হুংশা মরক্তা চৎলুবগী রারম-
লগনি পোথাবীরো।

( প্রিয়ানন্দনা মনাক নকপা উপাল অমগী মথোঙদা তুমিন্না ফমহুনা লৈরি। চিত্রানু অয়েংবা অমদা অহুমক লৈরি। প্রিয়ানন্দ চিত্রাগী মফমদগী মায়থিরবা মীওই ওইরবনু চিত্রাগী শুমৎয়াই পুরিবী মায়থোংনা অমুক নৌনা ফোংদোক্লিংই পুক্লিংগী অশা···। অহুবু কোংদোকপা ভস্বগী শক্তি অহুদি মাঙগ্রে। চিত্রা থম্মোয়গী মৈচাক খাংবগী রাবনে, হুংশাগী মৈশানগা শাবনে নীংথিবরী মায়-থোংহু ভঙাং তঙাংলি, নাতোল নাকচি অনিদা হুমাং মরিক মরিক কারি, শজি মীত্তা ভমজবী মীৎস্নানা নন্দদা হাইফেৎ য়েংলকই। নন্দনা উপাল অহুগী মথোঙদা থদংং মেৎতুনা তুমিন্না ফংমলিবহু উবদা নীংশিংলকই, অহুডৈ বিরেনগা মাগা শাওনবদা মনাক্তগী চৎথোক্লগা তুমিন্না চিন্তা তৌহুনা ফম্বদো। হুমিৎ অদো চিত্রানা বিরেনবু থেমলমদনা তুমিন্না চঙলকথি। মীৎকুপ অহুদা নন্দবু বিরেন ওইরবোই নীংই। করিগুম্বা নন্দনা বিরেন ওইরম্লবা চিত্রাগী থম্মোয়না কয়াদা পেনগদবা, ভসিগী হুমিৎ অসিদা ···। নন্দনা চিংনা অমুকুং য়েংলম্লগা তপ্না মমায় লৈশিল্লকই। নন্দদনু য়েংথো-রকই অহুবু চিত্রানা লৈশিনথিবা মপা চানরুবদা মথন্তা ইকায়জে। ভসি ফাওবদা মানা ঐডোম্দা হুংশিবগী মীৎয়েং অমফাওবা য়েংলক্তি তুংলোমদগী চিত্রাগী মমান্নবী থরনা নক্লরকই।

—ঙসাইমথৈ চৎপা য়াওদে হায়বদি শোমদা য়াম্না চিকথবির ম্রি-
পোৎনিনা।

( চিত্রানা শাওনিংবগা ইকাইবগা পুন্দুনা )

—হেরা, নথোযসিমা, মী ভানি তুমিন লৈখুবা।

—অচুম্বদা ফাগী তৌববু করি ইকাইনিংঙাই লৈবগে ?

( নন্দদি হাম্না মপুক মাংবনিনা ইকায়বনা লৈফম খঙদে, খরগা ইকায় খিবনে, চিত্রাসু ইকায়বনা থাংফম খঙদে, মফম মতম য়েংদবি মমান্নবিশিংত্তবু শাওনিংই, অত্তবু থীনা হায়রুবা য়াদবনা তু-মিন্না লুকথত্তুনা থাংলে। মখোয়সু নন্দগা চিত্রাগগী মতৌদা ইকায়-রমাল্লে খন্দুনা অমুক মথা ভারকথিত্রে। ঙাইহাক লৈরগা মথং মথং লাক্লবে, নলিনিগা সুনিলগসু য়েরত্তুনা যুমলোমদা হন্নবা তৌরকলে লোক্তাক পাৎপু তুংওইনরমলগা লাক্লে। ময়াম অত্তুনা অমনা অমা হায, অমনা অমা হায় রারী শাত্তুনা রা রা লাক্লি, পুমনিল নিল্লি। অসুম লাকপনা লম্মাংদোং বজার য়েরক্লে, মহৈ মহৈ গারীদগী কুম-থনরক্তুনা মানা মানা পাম্বা পোৎ লৈনরি। চিত্রাদি গারীদগী কুম লকউ যাদ্রে, মাগী মতৌদা নলিনি থম্মোয় শোক্না তুংঙাইজদে। প্রি-য়ানন্দনা চিত্রাগীদমক পোমশাৎনরবা লৈহাও খরা লৈত্তুনা পুরকলি। ময়াম অত্তুনা হরাও সুঙাইবগী রাখলনা ভাওরি; চিত্রানা অরাবা রা-খলদা লুপলি কয়াদা খেৎনথ্রবা, নন্দ চিত্রাগী মনাক্তা চপ লেপ্ত্তুনা লৈরে, মথুত্তগী লৈত্থ পিবসু ঙমদরে, কনা কুইনা লৈরবা মতুংদা চিত্রানা মমায় অত্থ হাইগৎতুনা য়েংলকই। নন্দনা মনাক্তা লেপলমহু উবদা ইকায়রপ ভোনা—ভামো য়েবিরক্লেদনা। —নন্দনা মোমোন

নোল্লছুনা সে লৈহাওসে ফজমনথিছুনা লৈরকপনি । চিত্রানা লৈহাও অদু লৌরগা মনম নমলগা তপনা হায়রকই, মসিদি মনমবু ওথোক্লা নুংশিপ্রেনে। প্রিয়ানন্দগী মপুক্লিং থরা হরাওজে। ময়াম লাকুনা য়ুমগী মায়কৈ পাংলক্লে। অশুম্না মকম থুদিং কুমছুনা কল্লাদা নুংঙায মথোয় কাছুনা লাকপনা থঙহৌদনা য়োরক্লে নলিনিথোয়গী থোঙ্গাল. গারীত্তুদগী কুমথরকুনা মথোয় ময়াম ঙসিগী কায়ননবা বিদায় পীনরি। নন্দনা চিত্রাদা চিংনা অমুক্তং য়েংলমলগা গারী অদু থৌপ্রে। চিত্রাসু ময়ুমদা চংলকুনা মকি মরোল হোংদোক্লগা হিদান অছুদা মথোঙ য়াম্নছনা ফমলি।

( মপালদগী স্নাহলনা কৌরকই )

—ইচেয়ায়মা।

—( চিত্রানা হরাওনা ) স্নাহল, লাও চংলকউ। ( স্নাহল চংলকুনা চিত্রাগী মনাক্তা ফমলি )।

—নংবু ঙসি হুম্রি শুরে উদবা কদায় চৎলুরিবনো নঙবো? ঙাওশিল্লুকো। ( স্নাহলনা চিনবান্দদি মোমোন নোক্লছুনা মায়থোং-দদি অরাবগী মমি তারছুনা তুমিন্না অদুমক লৈ, চিত্রাগী রাহংগী পাওথুম পিদনা )

—নংবু নশা ঙমজবরো?

—ঙম্মী।

—তুমিন্না লৈরবদি কৈদোরবা? নহানমথৈনা কদায়দা চৎলুবা?

—নুংঙায়বা তম্বা চৎলুরিবনি ইচে, নীংতম্বা কংনবা।

—কদায়দা?

পুক্লিংনা য়োনিংবা মকমদা ।

—করিনোনে নঙনা ঙাংলিবছুবো ঐবু ভাব তাবা ঙমজ্রেনে।

—ঙসি খঙত্রবস্থ নোংমদি শোয়দনা খঙলকনি ইচে কনানা খঙবা ঙম্বা মীওয়বগী পুন্সি, ঙসি অম্সুম্না হিংলি, হয়েং করি ওয়গনি হায়বা খঙদে ঐখোয় পুন্সি চুপ্পা অম্সুম উনররোই অমুক উনবা ফংলরোই হায়বস্থ ভম্বা ঙমদে ।

—স্নাহল, নঙ রাঙাং অমা ত্তোই, হন্দক মরকসে মওং অমা ইত্তৌ ক্লোই। করিম্থ লৈত্রবি হুপিমচা অমগীদমক থম্মোয় অহুক পিক-খগস্থ লুপা মান্দে । লুপী হায়বসিদি তরারক ফংবনি পুনসিদি লৈবা ফংদবনি খংঙু, নংগা মাগা মরি লৈনরম্বস্থ নত্তে, সুপনঙগী নঙগী রাখল ফোংদোক্লুবনি অহুদা মানা য়ারক্তে মহুগীদমক নঙনা মীংরা কায়রবা মীশক অমা ওইগদবা নত্তে ।

—হ, হ, ইচে ঐ, মঙ্গুদা খোয়না লুনা খন্দো । মী হায়বসিদি ইচে মশাবু থক হন্দনা য়েংনদেকো, ইচেয়াইমনা লুপা পনবা য়াখিত্রি-বসিবু করি মরমগীনো ?

( চিত্রানা চিনবান্দা মোমোন নোক্লহুনা )

—নঙগা ঐগা খেংনবা লৈনে, নঙনা ঐগী ইত্তৌ তম্বিয়ু হায়দে, ঐদি ককাদা হেক্তা হায়দোকদবনি নঙনা ত্তৌরিবহু ঐ খঙই ।

( স্নাহলনা হুংশা থিনা হায়রকই )

—ইচেয়াইমা, নহাক য়ায়া পিকপা রাখল খললি, ঐদি নঙসে য়ায়া জ্ঞান লৈরবী। অমগুম খললি, নঙনা পাবুংদা হায়রবস্থ ঐবু নমথবদি ওয়রোই নঙনা ঐগী ইত্তেংহুম পাঙ্গদবনি। অম্সুম্না ঙাইহাক ঙাংরুবা

মতুংদা স্নাহল চৎপ্পে, চিত্রা মথন্তা রাখল ভৌই, চিত্রানা স্নাহলবু পোকমিন্নবা মৌপ্‌াঙ্মা মুংশি, স্নাহলম্ব চিত্রাবু মচেঙ্মা নীংঙ্কে মখোয় অনি করিমত্র কোয়নদে, চিত্রাগী রারি পুম্বা স্নাহলনা খঙই। স্নাহল পুন্সিগী অমুক্রম্ব য়াউরুজ্রিবা মুংশি লাকংদা মায়থীরবা মীওয়নি, মান্ন মুপী অমথক মুংশিরম্মী, চিত্রানা রারি পুম্বা হায়ভুনা চিত্রানা নোংমা রাকম অসি মুপীমচাতুদা কোংদোক্ল্ুবদা য়াম্না থীনা হায়রকই, চিত্রা য়াম্না ইকায়না হললকখি। চিত্রানা স্নাহলদা রাকম অহু তমত্ররম্ব, অমুক হন্না অসা থম্নুরম্ব হায়খি। মৌপ্‌াবু থেমজখি। চিত্রাবলি মশানা নীংবা কায়না লাকপন্না স্নাহলগী মতৌ রেংঙমখিদে, অহুবু উপাইদি লৈখিদে। স্নাহল য়াম্না থম্মোয় শেংবা অমদি পুকচেল চাওবা অঙাংনি, মাবু তাথীনা খনবা মীওয় অহু মানদি ইচম চম্না মুংশিনা অহুমক থল্লি, মঙোন্দা ফনা থীনা হায়রবম্ব নোক্নুা তাবা ওম্মী। মসিমক্কি মাগী পিথোরক্লবা খাইদগী চাওরবা মগুণ। লৈত লাইরনা নোংমতা মমান্নবা মীরক তিনবা ফংদে, নিংথিজবা কি অমত্তা শেৎপা ফংদে, মঙোন্দা মুংশি চাওবা অমদি নোন্নুকপা, মীভোন্দা কায়দবগী রাখল অমদি পোকপদগী লোয়নরক্লবনি। স্নাহলগী মরমদা চিত্রা রাখল তৌভুনা তুশিন্না কল্লি। চিত্রাগী মেন তাত্রবা চরাংনবা রাখল্লক্তা স্নাহলগীদমকম্ব রাদবা ওমদে। থর্ম্মোয় শোকপা মতাংদদি মুপাম্ব পি তাই। অহুবু, রিরেনদি করিঙম্বা মতমদা মাগী মীৎলুদগী অন্নাবগী পিন্নাং মরিক অমকাওবা শিম্বখিত্রি। মুপা খুদিংমক থম্মোয় কল্লি হায়বদি ন্নাদে। কনাগুম্বনা হায়গনি, মান্নবা পোন্ত্রি মামবগী মগুণ চেন্নি,

অহুবু মী থরনা ফত্রগা পুন্নমকন্মু ফরগ্নোই হায়বগী অরেগ্না লৈতে। মীওয়বগী শক কুচু থেন্নবগুম রাখলন্মু থরদি থৈরে। স্নাহল, মতম কয়া অন্নাবগী রাখলদা রানা লেন্নুরবগী তুংদা মাগী রাখল মতমগী ইহৌদা তিনথ্রে। মরৈবাক মজাত্তিবু সুংশিবগী রাখন্না মাগী থস্মোয়বু লাকশিনথিহনা অচেৎপা রাশকা লোয়নননা, ইদ্রিগী অপাম্বা মিহৌবা পুন্নমক থাদোক্তুনা থস্মোয়দগী রারেপ লৌথি। মতম থর লৈরগা নোংমগী মীচিক মীরাওথোল তাত্রবা শুক্লা মন্নবা নোংজুগী অহিং অমদা লাইর থাংপোকনুংদগী থোঙশানথ্রে। অহিং অহুগী থৌদোক পুম্বা চিত্রা ময়েক শেংনা উহৌই. মীপূম থুদিংমক নিত্রাগী তম্পাক্তা য়াত্তানথ্রবা ইচিক হুনবা অহিংহুদা চিত্রাবলিনা তুম্বা য়াত্রহুনা থোংনাওগী অহোবদা অমম্বা অহিংহুগী দৃশ্যবু মীৎ কুপতনা য়েংহুনা লৈরিভৈদা থোঙ্গালদা গারী অমা থৌজিন্নরগা থামথি। গারী অহুনা থামথিবা ঙায়হাক লৈরগা রাং চাওরবা সুপা অমা থোঙ্গাললোমদা থোকথি, মানা হেক থোকথিবগা গারী অহু থৌথ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা স্নাহল লৈরমত্রে হায়হুনা ইথোম্মুং অহু ইরাং লাঙই। চিত্রাগী মিংলুদগী অরেগ্না লৈতনা পিরাং শিম্বথি। অহুবু থৌদোক অহুদি কনাদম্মু হায়খিত্রে। চিত্রাগী থস্মোয় নোংমক্তম্মু সুংঙায়রা রাখল থনবা কংদনা রানা লেন্নি। বিরেন্দ্রদি মিকুপ অমত্তা অন্নাবা রাখল থন্দে সুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওথ্রে মাগী রাখল।

নোংমাইজিং হুমিৎনি, বিরেন্দ্র সুংথিল তুমলুবদগী হৌগত্তুনা মচিল তেংথোক্লগা চৌকি অমদা ফম্লহুনা বিজয়েন্তিদা হৈ পুংথোন্নকউ হায়হুনা কৌরি। বিজয়েন্তিনা কিহোম অথোকপা

মপুং থরা প্রেট অমদা হাপ্লহনা পুন্নকই। বিরেন্না কিহোম চাবা হৌই, সুরজনা বিরেনবু কোইবা চৎনবা হোৌবা লাকই। ঈরু অমুক্তা লুখোক্ল খিগে হায়রহনা পুক্সিরোমদা চৎখ্রে। বিরেন চৎপা খোৎপসি কয়া পামদে মপান থোক্কনদে, মাগীদমক থবক চৎপগী সুরজ হোৌবা লাক্লিবনি। বিরেন্না ঈরুজবা খোরকপত্থ চিত্রানা হৈই, বিরেনমসু মাবু উদবা নত্তে অত্থবু মতুং শথোক্লনা অত্থমক লৈখি। চিত্রা ভৌগদবা মথৌকাওবা কাওবমখে বিরেন্নু মীৎকুপ্তনা য়েংলি। মখুমদা চঞ্জলমদাইদা বিরেন্না চিত্রাদা হ ইকেৎ অমুক্তং য়েংলম্মী, মহু চিত্রাগী মফমদদি ওথোক্লা মমল য়াম্না থল্লি। চিত্রানা নীংশম-দবগী চৈনা কয়া খাংলক্লবগী তুংদা মানা রিরেন্না লংজখিবা মরাল অমদি মখোয়নিগী মরক্তা মরম চাদনা কায়নখিবা অসিনচিংবা কঁয়াসে বিরেনগী মফমদা নোংমা ফজনা ফোংদোক্লিংই। অত্থবু মহুগী তাঞ্জা ফংখিদ্রে, মহু পুম্বা মাগী ওইজবা তানবগীদি নত্তে, হায়জবগীসু খোয়না কান্নবা নত্তে, অশেংবত্থ খংহক্লিংবগী য়ানি।

নোংমা হুমিদাংয়াইরম অমদা মথুত্তা চে কলম পায়হনা য়াকম থরাসিংগী মরমদা ইবা হৌই। মতম কয়া চংনা ইহনা থম্লে, অত্থবু পিবা শমদহনা কুইনা অমুক লৈরে। নোংমা লৈকাইত্থগী পাখং মচা অমদা পীহনা বিরেনগী মথুৎ য়োইহনখ্রে। বিরেন্না হাংদোক্লগা য়েংই, অত্থগা হায়রকই— ঐদি মাবু কাওখিবা কুইরে, কায়নবা ওন্নবি হায়না বিদায় পিরক্লগা করিগী অমুক নৌনা নিংশিংলক্লিবা—! হৌজিক্তি মানা করিনু কান্নবা ফংলরোই, ওথোক্লা শাংনম্র ইরকদৌদা পাধা মত্তমবু শর্জত্রা? পাখং অত্থদি মখোয়গী

অকুপ্পা ময়োল খণ্ডবনা অহুম চংগ্রে। বিরেন চিঠি অহু থোয়না পানিংবা পোক্তে। চিত্রানদি কনাম্নু খণ্ডহল্লিংদবনিনা পাবা সোয়-বগা শেগাইহুনা হুন্দোকহল্লিংই। অহুবু রিরেন্না পাখিব্রা পাখিদ্রা অমদি কনাদা হায়দোকখিবগে হায়বদি খণ্ডব্রে মান্না। চিত্রাবলি মতম কুইনা পুরক্লবা অরাবগী পোৎলুম অমদি থাংথখিবগুম য়াংলে হায়ববু বিরেন্না করি খল্লমগনি অমদি কনাদা হায়দোক্লমগনি হায়বগী ইকায়জবনা মশা অহু ইহে হৈনিংদে, চাক ঈশীং চানিংদবা পোকই, করিঙুংগী শীক্লবা হায়না মথন্তা থল্লি, হুমিং নিনি হুন্নি চাক ঈশীং চাদ-থক্তবনা মশা অহু অনাবা ওইরে, ফমুংদগী হোগক্তে। নোংমা অয়ুক অমা মমানা কোবা ঙাংবা খুমদে হায়হুনা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা চিত্রাবলি জ্ঞান য়াওদনা উতুপ ভাবগুম ভাহুনা লৈরম্লে। শোরোনা মচাগী মতৌ উবদা সুংশা থীবনা ভোকম খণ্ডনা কোয়লাউ লাওই। ঙাইহাক্কী মতুংদা ইমুংহু মাইবা, ডাক্তর, অমদি মীরাম্না পিক থল্লি, শোরোনা সুংশা থীরহুনা কপ্লি, ডাক্তরনা হিদাক লাহুক কাপ্লবা মতুংদা চিত্রা য়াম্না ভগ্না মমীৎ পাংথোরকই, ফজনা জ্ঞান তারবা মতুংদা ভিল্লম্বা মীরামহু হল্লগ্রে, ডাক্তরগী মতেংনা মশা অহু খরমখৈদি শাফরবম্নু থম্মোয়গী লায়নাদি লাইয়েংবা মীশক থনবনা ডাক্তরনা পাক হেক ফহনবা ঙমদবনা চিত্রাবলি চান্না অনাবা হায়নহু ওইহুনা মতম কুইনা নারে, করিমত্তা চাও, থক্কউ হায়বা য়াদে। মশা অহু সরাতনা লৈত্তেং ওয়রে, শকফম পুম্না কায়গ্রে। অঙাওবিগুম মচিন্দা মুক্লম মুক্লম শোল্লি। জ্ঞান তারকপা মতমদা নলিনিদা ভত্তনা হায় বিরেন্দ্রবু অমুক্তং উরবদি শিরবম্নু পোল্লনি,

মাগী কোটৌ অমত্তা লৌরকউ। নলিনিনা ওকমথৈ হোংবৈ অছুবু বিরেন্দ্রনা কোটৌ অছু পিয়ু য়াখিদবনা উপায় লৈখিত্রে। চিত্রাগী মনাক্তা লাক্লগা মাগী মতৌ উরগা পওকপতা কম্নি। মাগী মনাক্তা লাকপা মী খুদিংমক চিত্রাগী মংভোদা পওকপতা কপনৈ। অমস্নোমদা চিত্রা কমশেমছুনা নারে হায়বা পাও তাবদা পেম্নবা মীস্থ য়াওদবা মত্তে। চিত্রানা মতম অমদা হায়খিবা লাংখিবা য়াশিংছু নিংশিংলগা নলিনি অবাবা থাংবা ওখদে। নোংমা মামা মতম কুইনা লোত্তুনা থমম্নবা পোং অমা পুখোক্তুনা মানা শিজিন্নবা বিরেন্দ্রগী মখুং য়োকনবিখো হায়খিবা। ঐনা মাগা কোইনদবা মুরজদা নত্রবদি পিবা মুংঙাইতছুনা মুরজদা, বিরেনদা পিবিখো হায়না পিখিবা শোংশক অছু রুমাল অমনা য়োমলছুনা চেথাও অমদা অমুক হাপচিন্নি। অমুম থমুরগা নলিনি য়াম্না মুংঙাইরমদে।

বিরেন্দ্রবু চিত্রানা থম্মোয় শেংনা মুংশিজৈ হায়বসে মুরজনমু থওই. মানমু বিরেন্দ্রদা তোইনা হায়খিবনি, চিত্রাগী ময়াল লৈত্তে হায়না। অছুবু, বিরেনা য়াখিদবনা উপায় লৈখিদে। মুরজনা পোং অছু করিনো হায়না হংই; নলিনিনা রুমালনি হায়না ৎস্মী মাম্ন হাংদোক্তুনা য়েংলুদবনা করিনো হায়বা থওদে। বিরেনগা থেংনদবনা কন কুইনা মুরজগী মথুত্তা লৈরম্মী। উনবা তাক্লাম্ন য়াওই অছুবু মীয়াম মমাং ওইবনা পিবা য়াদবা মতাং হেক থোকই। বিরেনম্ন হলক ময়ক ময়ুমদা হৈরে লৈত্তে, মখোয়গী মমাগী মপামদা থম্না লৈ, নোংমা কাদোক লাকপচদি হেক্তা থেংনহৌদে। অতম্না থা অনিস্নোম হৌরে, ওসি কাওবা মুরজনা পোং অছু করিনো হায়বা থত্তে।

চিত্রাবলি মাইবা ডাক্তর কয়ানা কয়া য়েংবগী অনাবা থয়দি করে, হৌগং কাংথংপা থয় থয়া ওয়লে। নতিনিগী মচিন্দগী মাগী মুঙোসপোং অছু বিয়েনগী মথুং মৌক্তি হায়বা তারে, পিত্রবঙু থরে; কোয় মাগী মুহোংবগী পোংপাং ওইনা পিয়বা হায়বছনি। অছুবু পুর্ণিত্তুমকী ঙুমিদাংদা মুয়ঙনা বিয়েনবু উনবা চৎথে। বিয়েন লৈয়মছুনা পোয়ক্লে, নখিদা বিয়েনগা থেংনয়ে তাইহাক থাগী শাযে, মুয়ঙনা হায়য়কই,

—বিয়েন, ঐ নঙোন্দা না অমা হায়গে লাকপনি, অছবু নঙগী খায়দাসিদা হায়বা ওয়ক্তে। (বিয়েনা কয়েয়না থুমলকই)

—করি হানো হায়নিংবা লৈয়বদি হায়দোকপা কৈনা,

—হাকছুদি হায়য়য়োই সে, সিমক্তদি লৌশিল্লু, মানা য়াম্না চমা শিয়কপনি।

—করি লোৎমো?

—হকে, চৎজি রুমাল ওইয়মানে।

—ঐ লৌয়য়োঠ মাগী মপোং, ঐবু মায়ৌগছু সুয়ঙ, ঐ চৎথ্রগে।

—কৈদোঝগে সিদদি লৌশিল্লু য়াম্না তুংতাইয়য়োই, ঐনা করি হায়মা থুমল্লনি।

—শিজে হায়না হেক্তা হায়শিল্লু।

—এ, মছদি ঐ ওখোক য়াম্না শিংবা অচাংবি থাং থাংকী বা হংলক্কনি, নঙনা পাঠ্রবু সেগাইদোয়া মৈ থাহোক্তবিয়েয়ন তোল্লোপো।

—সুয়ঙ! ঐবু মায়োগছু. ঐগী থং তাবা [illegible] [illegible] [illegible]

হায়বসে নওন্থ থওলিবনি, ঐ মহ্ লৌয়রোই, শেগাইবন্থ থুংওাইতে দোষ পুনি।

—মতম অমদদি নওনা ঐডোম্না য়াম্না নোঙখিবনি, অহুবু ওসিদি নওনা ঐগী বা ভাক্রে, কৈ কৈন্থ কায়দে, করে হনগ্রগে Good Bye।

( বিরেন্না থুরজদা য়োংলগা নোংকহৌই, অডগা মথন্তা শোলহৌই, ঐনা নহাক পিখিবা বিদায়গী চিঠিদুকু পাদবা জাংলা, অমুক ইনৌ নৌনা থুদোলপোৎ পিরক্লিবসিবো। )

তশেংবমকন্থ চিত্রানা বিরেনগী বিদায় অত্ত পাবদি লাইরছনা থওবকাওবা থওদে, করিগুম্বা থওলম্বা থোক্রবদি মাগী থুদোল অহু পিরমলোই, মানা কম্না ওমত্রিবৈগী মগুং ওইবনা বাকম অহু ভারবদি মহাক থুংওাইররোই হায়ছনা নপিনিনা পারগা শেগাইছনা, মাওহনগ্রবনি।

হৌজিক চিত্রা নাবা করে রথ যাত্রাগী অরোইবা থুমিংনি, চিত্রানা মশা থগ্না কনবা উবদা নপিনিনা কুমৈ য়েংলুসি হায়না হৌরৈ, চিত্রানা চৎলোইদবগী কনা কয়া হোৎনৈ। ময়ামগী কুমৈ য়েংলগা নশা অহু কনগদৌরিবনি ইমুংদা থুম নৈশিন্দুনা লৈরবদি রাখলন্থ কররোই, নশান্থ থুংওাইররোই, জগৎ বন্ধু থুক্রমনিংজ্রা নওবো। লাকও চৎসি হায়ছনা মখোয়নি থোবমিন্নরে। তাইহাক কুমৈ য়েংলগা অথায় কাওবা থুম চৎলুসি হায়ছনা মমায়বী ময়ামগা লোয়ননা মথা পাংনা লাক্লি। বিরেনন্থ মমাম্বা থরগা কায়দা কোয়রকবদগী অবাং পাংনা হাইগৎলকই। চিত্রানা বিরেনবু

পাক মশক ত্যাকশিনবা ওমদে, মমীৎ অহু মশেন ময়াংই। বিয়েমা চিত্রাবু উবদা অকংবা মীনোক অমা তম্লকই, মাগী মীনোকী অর্থদি চিত্রানা খওদে, অহুবু ইকাইখিবনা মখোও অহু খাংবা থোক্তে, পওলোদা লৌশিনহুনা তুপদোয়ে। মায়খোং অহু ইকাইবনা খংতাং তাংশিল্লি। নলিনিনা চিত্রাদা য়েংলকই, চিত্রানা নলিনিদা বলিনি, ঐ য়াম্না চোকথরে চৎলসি, নলিনিস্ন চৎলসি হায়হুনা লাক্লে, থোজাল ময়াদা সুরজপা থেংনয়ে। সুরজনা য়াম্না হৈতন শিংওমদনা হায়রকই,

চিত্রাবলি, উপায় লৈত্রে নওগী পোং অহু লৌহৌত্রে।

( চিত্রাবলি নোং মংদবা অয়ুক্তা থওহৌদনা ব্রজ তারকুনা মতোন্দা পানবওম থস্নোয় অহু ম:চেৎ কয়া থোক্লা চিংথায়থরে, পিয়াং ইরা হৌরহুনা অশাবা মুস্তিঙ্গম তুমিন্না লেপতুনা লৈব্রে। সুরজনা মথা তারকই, য়াম্না চাওথোকখে ঐ কাওবা ইকাইবা নওদে, থস্নুয়হু ইচলসিদি মতোন্দগী হেনবা অমা য়েংলগা লোয়রে, ঐস্নু কনা কম্না হোৎনবনি, অমুম্না সুরজনা চিত্রাদা, বিয়েম্না হায়রকপা য়া থুদিংমক তত্রে, চিত্রাগী মপুক্লিং পেনবা হুংতাইতবা তোক্লহু হায়না কয়াম্নু হায়রে। চিত্রাবলি, য়া মচেৎ অমত্তা তাংদনা কুইনা তুমিন্না লৈরবা মতুংদা য়াম্না তপনা থোন নিক্লা হায়রকই. )

—কয়ে তাবো, মসি পুম্বা ঐগী লাইৎক্তা তম্লবনি কম্নাদম্নু থায়োনিংতাই লৈতে।

(প্রেমবিহ্বলা পোৎয়োব অহু পিরকই, চিত্রানা লৌবা ওমত্রে।

ইকাইবনা। নলিনিনা লৌত্থনা অমুক চংমিন্নরক্লে, মুরজন্মু চংশ্লে। তাঙাসিদা নলিনিনা মৈ চাক্লিংঙদা ইকং লংশিনবগুম্না বিরেম্না পিরকপা বিদায়গী ৱারোল পুম্বা তমত্থনা চিত্রাবু তাহল্লে। চিত্রাবলি, ইকাইজবদা লেপ্পা ফাওবা ঙমত্রে, মখোঙ থাংবগু থোক্কে, মকোক অত্থু হায়রুম খঙদনা চাওগ্রে। নলিনিনা শমত্থনা মযুম কাওবা থিল্লগা মাম্নু চংগ্রে। নলিনি চংগ্রবা মতুংদা চিত্রানা মরাইবক থীরবা রুমাল অত্থু তপ্পা হাংদোক্থনা রেংই, ইকাই কায়দনা লৈরম্মী। নিংথীজরবা খুদোপ অত্থু, অশংবা তম্ফা অত্থনা ইরং লংনা মঙোম্দা য়েংলি। খন্নু খন্নুরগা ইকাইবনা খাঙবা ঙমদরে, মানা ভৌরুবা পুম্বা ওইজবা তানবা ওয়না থোকগ্রেদকো হায়না। রুমাল অত্থু কুপ্পা সেগায়ত্থনা মৈ থাদোকলি, খুদোপ অত্থুদি মতম অমদা শোয়রদনা পিগে খল্লি, ঙসিমক লৌবিত্রবন্নু। চিত্রাবলি ইকাইবনা বিরেনবু অমুক হন্না উনবা ঙমলরোয় হায়না খল্লি। মাগা উনরুবা মীকুপতা ইকাইবগী চৈনা অত্থু খাঙগদোবগী শরুক শিথিবনা হেন্না কৈ হায়না খল্লি। চিন্নবা ফা অত্থদা মথন্তা রাথল তৌত্থনা ফমলি। শোরোনা হুমিদাংগী চাক ঈশিং লোয়-রত্থনা মচানুপীবু চাক চাররো হায়না কোরকই। চিত্রাবলি মশা হুংঙাইতে হায়ত্থনা চাক ইচা চাদে।

লেরলি প্যাল্লিবা মথ্‌ায় পানবা জীব খুদিংমক তুম্নগ্রবা মতম্নি। অদুবু চিত্রাবলিদি তুম্বা য়াত্রত্থনা মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা অহিং অত্থদা মপান্দা থোরকলে, মুমাঙ মতোনগী মালিকা পাম্বী অত্থগী মখোঙদা লেপলত্থনা চিক্সা রাথল তৌরি। মপুঙ ফাত্রিবা

পানথংলকপগী থাজ মওান্না মন্নি মন্নি ঙান্নি, চিত্রাগী মমীৎ অত্ত অয়েংবা অমদা অম্মুম কুপতনা য়েংই, কনাবুম্মু কিক্লদে, ঙাইহাক লেপ্লগা ভপ্পা কমথরকই, অহিংগী লিক্লা তারকুনা মালিকা অত্থদগী মচুম পোপ পোপ তারকই, লিক্লাত্থগা ইরোইননা চিত্রাবলিগী মীৎলুদগী লুরবা পিরাং মরিক মরিক শিন্থরকই। থম্মোয়গী মৈচাক থাংবদা কনাবুম্মু কিবা তৌদে, অকি তুজুং ফাওদে, অতোপ্পা রাখল অমত্তা থল্দনা নিঙাইদনা কমলি। মহাক হিংনিংবগী আশা ফাওদে ইকাইবগী অকনবা সাফুনা নৈহৎপিরমলবা পুন্সিসে ঙসিগী অহিং অসিমক্তদা সংসার রাংমা লানথ্রসিরা হায়না থল্লি। মচুবা মেৎলত্থনা মুরুক্লনা কমলত্থনা রাখল তৌই। ঐবু তাইবংপানসিদা অমুক হন্না মায় অসি উত্তুনা চৎপা ঙমথিগত্রা, হিংলুত্থনা করিবু কায়থিনি। অম্মুমনা চিক্লা রাখল তৌরম্বদগী থঙহৌদনা মাগী য়েৎথংবা লেংজুমদা কনাগুম্বা অমগী মোল্লবা মথুৎ অমনা ভপ্পা পায়রকপগুম তৌই, অত্থগা অম্মুম্না হায়রকই,

চিত্রাবলি, নহাক্কীদমক ঙসিদগী হৌনা ঐ ননাক্তা লাক্লবনি। চিত্রানা মমায় অত্থ লৈথোক্লরকই। বিরেন্দ্রনা লংলবা য়াতোন্দু উৎলত্থনা মোমোন নোক্লা মনাক্তা লেপলম্বত্থ উবদা চিত্রাবলিগী মীৎলুদগী পিরাং থিংঙমদে, অত্থবু মুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম অমদি হৌরকথি, চিনবান্দা মোমোন নোকচখি অত্থগা হায়রকথি।

—তামো! নঙনা ঐবু অম্মুম্না কয়াম কুইনা রাহনথিনি?

( বিরেন্দ্রনা ভপ্পা কমথরগা হায়রকই )

—ঙসিদগী নঙগী অরাবা পুম্বা থাদোক্লো, ঐগী পুন্সিচুপা নঙগীদমক

লেপ্পবনি অহুনা ননাক্তা লাক্লিবসিনি। অসি হায়হুনা বিরেন্না মোন্নবা মথুৎমা মাগী নীংথিরবী মীৎস্নাদগী তারক্লিবা পিরাংশিংহু তথোকপীরহুনা, অহুকন্থ হায়রকই, অহুক নীংথিরবী নঙগী মায়খোংদা অরাবগী মমি তাবদি পকচদে, কপকন্থুসে, ঐনা নঙগী নভৌ য়েংনিংহুনা লক্লথিবনি, হৌজিক্তি নঙগী পুকচেল খঙলবনিনা ঐসে নঙগীতা ওইরগনি নঙবু ঐগী থরায়দগীস্থ হেন্না হুংশিজরে। বিরেনগী রাহৈ অহু তারগা চিত্রানা মপুক্লীং ইনৌদা নৌজহুনা ওইনহুনা কপচরি, অহুগা বিরেন্দ্রগী মখোঙ অহুদা কোন্নহুনা হায়রকই,

—তামো, ঐবু অমুক রাহনবীরর্গন্থ নঙগী মৈচাক খাংবসে ঐ হায়কম খঙদনা রায়। চিত্রাবলিগী মভৌদা বিরেন্দ্রনা হুংশিনা হায়রকই,

—অঙাওবী করিগী কপ্লিবনো ঐনা নঙবু মপোকসিমগী থাদোকলোই, নঙনা অশুন্না কপ্পন্ননি খন্দুনা ঐনা ননাক্তা চেল্লক্লিবনি। খঙহৌদনা নোং চুথরকলি মখোয় অনীমক চোৎমীন্নথি, বিরেন ফুন্নীৎকা অমত্তা লিৎলক্তে থুদৈ অরাংবা অমা লোঙ্গি ওইনা শেৎলি। বিরেন্না চিত্রাদা য়েংলগা হায়রকই,

— য়াম্না ঈংলে কি অমত্তা পীযুবা। চিত্রানা বিরেন্দ্রবু ইমুংদা পুশিন্দুনা কনহল্লে, শামতুগী ফিবোং অমা পীহুনা ইলহল্লে। বিরেন্দ্রনা মোমোন নোক্লহুনা চিত্রাদা —

—চিত্রাবলি, নঙনা স্থরজদা পীরকপহু শুথোরক্লো পুশ্রপে। চিত্রানা কপ্পীং কপ্পীং তৌরহুনা খোন নীক্লা হায়বকই,

— নহাক্না লংনবিরবা কুমান্দুমি শের্থারবে। (বিরেজা মীংঙৈরবা)

—মওম্ম পুকচেল লেপ্তেদা, থুনমকম্ম মেপ্পায়দা। চিত্রানা খুদোপ অহু পুথোরকুনা বিরেনমী ওইথংবা কুনিংথোদা শিজিমী অঙ্গুগা,

—ম:স ঐহাক্কি থন্নুনা নীংবিনা থম্বিমুকো, ঐ শিগ্রবম্ম পেরমি ঐদি নঙবু খুংনবগীদমক থন্দে হুংশিবগীদমক হুংশিক্কিবনি থম্মোয় শেংনা, ঙসিগী হুমীৎ অসে পুক্তিদা তানবা কংঙমজবা ময়ল য়াম্নবা হুংশিরবা নীংশিং হুমীৎ অইনা লৈহোরনি ঐগী পুন্সিনা হিংলিঙৈ, রাহৈসিগা লোয়ননা মতম অমদা মাংকা থেক- শিনা বিরেনগী অরেকপা মমি অহু লেংহলি, বিরেনগনা চিত্রাবু খংহুং হুংশিরকপগুম তোঁই, চিত্রাগী ঙাক্লোনবী কারথোংদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংলি, চিত্রানা অমুক মথা তারকই, নহাকী কোংকৈ পীযু হায়বদা নহাক্না লংনহুনা পীবিখিলে। পীখিদবা অরবম্ম মসিমি ঐগী ঈশ্বর, মসিনি ঐগী থরায়। বিরেনা চিত্রাবু হুংশিন্না থেবী, হুংশিরবা রাহৈ করাগী লোয়ননা।

—করে ঙসিদি মক্তমম্ম থেঙলে ঐ চৎপ্রগে, অমুক হয়া কমগম্ম ঐ নঙোন্দা সানগ্রে ইন্দ্রাস অম্ম-নঙনা তাকপীহু হুংশি হৈবী থো- জালগী মপু ওইরিবী ঐগী চিত্রা! অন্নুমা বিরেন মা অহনগী ভপা মপান থোরকই, চিত্রানা চংখিনহনা নীংঙমদনা লেংহনা লৈহোই। থোঙাল লোকনা মিংরম্ম নপুং [illegible] রকই, চিত্রাম্ম নপুং মচাম্ম হৈখিরকপা তপা হায়রিবী, বিরেনগনা, চিত্রাগী নীংথেংগী রাংমা লানগ্রবা। চিত্রানা মপা [illegible] [illegible] লেংলকই,

মহোশানি. খোইমুশিংনা বসন্তগী অনৌবা য়েন্নীং মরক্তা ফুগায়না শাংগী লৈবাং কয়াবু উবঁদা করম্বা খোইমুনা লৈহি চুপ্নীংদে হায়দুনা প্নাইখিনি ? নুংশি হৈত্রবা খোইমুগী মপোক্নি।

মখোক কারকপগী ফজবগুনা মপুং ওইরিবী চিত্রাগী থম্মোয় লৈয়োম্নুংদা তমখিরবা মহু কল্লবা নুংশিবগী মহীক্না চীকথংপিরম্লে। নৌরিবী লৈয়োল, অমুক চোংহনবা ওন্নরোই বসন্ত কয়া লাক্লুনস্রু। চিত্রাসালি নীংবা কায়খিবদগী অতোপ্পা আশা থমজ্রে। বিরেনগী মফমদস্তু ইচম চম্বা রাখল অহুমক থম্মী। মহাক্না অচম্বা পুন্সি অমগী লম্বী থিরি। করিগুম্বা মতমদা নুংঙাইবা রাখলস্তু থজ্রে, নুংঙাইতবস্তু তৌজ্রে, "সুম পঙলৈ লৈবা হায়বহু তারে। মরক মরক্তা চখোক চংশিন তৌবদা বিরেনবু থেংনৈ অহুবু মমিত্তা ময়েংনৈ কৌনবস্তু তৌদে, ইচম চম্না কৌনিংই। অহুবু মানা খুম্লক্তবদি অমুকস্তু ইকাইবা নংগদবহু কিবদগী কৌবা ওমজ্রে। মাগী মফমদা হায়নীংবা চমখোক্নীংবদি লৈখি। অহুবু, নীংজবতা মওায়রে থবক ওইনা পাঙখোক্লবগী খৌনাহুদি লৈজ্রে।

অচম্বা পুন্সি ওইনা লৈরগে হায়নদি থম্লি পুক্নীংনা, অহুবু বিরেনবু উরুবা হুমিৎ অহুমদি চিত্রাবলি চাগনি থকনি হায়বা কাওই। চিত্রাবলিগী মহোশাগা মান্নদবা অহোংবা রাখল, মতম চুপ্পা হৈনীংদনা উবা পুম্নমকশিনা মরম ওইদুনা ইমুংগী মীশিংনা করিগুম্বদস্তু মানা নুংঙাইতনবা রা থক হায়দে। মতম খুদিং মানা শাবহুত্তা তৌই। ওসি চিত্রাবলি য়াম্না নু-নাম্না ইন্দিরাখোইদা চংকদবগী লোইশিল্লি। ইন্দিরানা মাগী অঙাং ওইরিবৈদগী

সুংশিনয়কপা ডাক্তর গোপেন্দ্রগা লুহোংনবগী হৈজিংপোৎ পুথ্রদনা হুমিংনি। চিঞ্জানা লুনা চান্না তিন্নজবী ওইবনা রান্নী য়াতায় শাগদবগী ইন্দিরাখোইদা লাকপনি। ইন্দিরাগী অউনপোৎ অঙক-পনি ঈনাক খুনবা অচৌ অশাংগী হৌনবা অনীনা খুজিং ওই, লুহোংগদবা য়ান্না রাংলিঙৈদগী অউনপোৎ লৈবা হৌরবনি। অরাং শঙ্গায় অহু মাগী অউনপোত্তনা পীক থল্লি। ইন্দিরা মাগী তুংশি-জবা মফমগা ওইবনে অহল মশেলগা য়ানবনে মাগী রাথল কুয়াদা হরাওজে। ডাক্তর গোপেন্দ্র মশানা মতীক চাবা মীথোয় মীহেনবা ওইরবস্থ মশাবু অরাংবা থাক্তা থাঙ্গৎচদে। মীয়ামগী সেবাদা মপুক্লীং চঙই, মী খুদীংমকপু মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংই। মী খুদাংনস্থ মাবু তুংশি। মাগী মীতুংশি খঙবা, অচৌ পিশক থায়দবা, পুকচেল শেংবা, থৌজাল হৈবগী গুণ, মীয়ামদগী তোপতোপ্পী। মপাবুংনা শক লৈবগা মশানা অচৌবা মীওই ওইবগা, অচৌ অচৌবা ডাক্তর অমদি অচৌবা অফিসারশিংনা লুহোংগদবা থামুক রাংলিঙৈদগী হৌনা ইমুং মাঙ্গোল পিক থল্লি।

ঈনাক খুনবা অচৌবা মশেল ওইবনা অশোমদস্থ অসিমত্তায় অমনা অমদগী হেন্দে। ইন্দিরাস্থ শক্তা চুদা চঙখোল্লবী, মোং হাদবী, ঈং ওগ্নিনী। লৈহাও লৈরেনবু ওমজবী তওাং তওাংনা তৌরবী কুচুনি, ফিজম মূখ্যিদা য়েংলুরবস্থ অহুম মফজে। মাগী মশক য়েংবদা খঙ্গোক্লিংঙাই করিমত্তা লৈতে। ঙাংথোক শক্তো-রকপদস্থ ঙাবা য়ান্না তুংঙাই মতম'পুম্বদা নীংথিরবী চিনবান্দুনা মোমোক্তা নোকুনা লৈ। মমীৎ অহুস্থ খুরপা তরু তরু য়ান্না তুংশি।

থোরবা ওকশমত্তুদা অচৌবা স্নাগী লিকফাংনা ইরং লংনা থাদি, তবোপ তবোপ্লবা মপাম্বোমত্তুদা নীংথিজবা পাম্বোমফাবী, থোং নোরবা ঙোরবা থুংচাশিংদা লংলবা থুম্মোপ, স্নাগী নৈদভেং, পকপা য়াবা মফম থুদোংমক অমত্তা হাওদে। ফজবগী মথক্তা নৈতেং অচুনগু হেন্না মঙাল নাইহল্লি। ইন্দিরা সনা-লুপাগী নৈতেংবু থোইনা পামদ্রিদি নত্তে। হান্নদি নৈজরবস্থ অম্নুম্না থক শিদে, অচুবু লুহোংলমদাই ওইবসিদা মমানা শিজিনবীবনি। ইন্দিরা মাগী পুগাবা ফিরোলশিংহু শেম শাহুনা নৈরিঙৈদা চিত্রাবলি চঙলকই। ইন্দিরাগী মতৌদা নোক্লীংবোই হরাওবোই তৌহুনা তুংলোমদগী নক্লকট,

—থরায়না তাজবা মফম্নিনা য়াম্না পুরগে থল্লবোইদা? (ইন্দিরানা চিত্রাগী রাঙাওত্তুদা ইকায়বোই নোক্লীংবোই তৌহুনা)।

—হোয়নে, য়াম্না পুগদোরিবনিনে, নঙবু করি পাংগদোরিবনো?

—লায়রবনিনা করিবু পাংনি, ঈশিং থক্লবা তুম্বাগী পাত্র অমা পাংবা হায়বত্তুনি। (মাগী রাতাত্তুদা মথোয় অনিমক নোকমিন্নৈ। চিত্রা, লাকপগা ফমত্তুনা নৈথোক্তে, মাস্থু ইন্দিরাগী মতেং পাংহুনা ফিরোল লোইশিনবা য়াওরি)।

—চিত্রা, নঙ তুংথিল ওইনা চংলো ওসিদি চাক চামীন্নরসি, তাম্মো লাক্লগা থিনহনগে, নত্রগনা লুহোংবা হুমিত্তুফাওবা ঐগা নৈমিন্নরসি, য়ুমদা পাও পীহল্লুগে। (চিত্রা, হোয়স্থ হায়দে মাইস্থ হাযদে, তুমিন্না অচুম নৈ। লুহোংবা হুমিত্তুফাও নৈবস্থ পামদে, প্রিয়ানন্দবু পিলহনবস্থ পামদে, হৌজিকমক

ময়ুমদা চৎনীংই। অদুবু হায়দোকপদি ঙমদ্রে। ইন্দিরানা রাল্লী মখা শমথরকই )।

—ঐখোয় ভামোসে হন্দক পাবুংখোইনা ঃ ুপী অমা হায়দুনা লুহোং-বীরনি হায়না ত্তোরম্বনি ভামোনা মতম খরা লৈখিনি হায়না য়াদবদগী ত্তোকপ্রবনি। ভামোনা নঙবু য়া়া মুংশিজবনি। চিত্রা, নঙসে য়াম্না থম্মোয় কল্লি। ঃঙবু ঐগী ইনম্মা ওইনা কংজরবদি কয়াদা মুংঙাইগদবা।

—ইন্দিরা, ভামোনা ঐবু মুংশিবীবা, ঐম্ন খঙই ঐগীদি লাইবক ফবনি, অদুদা, ঐদি ভামোগী ওইবদা মতীকম্ন চাদে।

—খঙজরে ইবেম্মা, অদোমদা পুথোক্ত্রবম্ন। নঙসে ওম্বে ক্লা চাওথোকপ্রে।

—হোয়নে হোয়নে, ঐনদি য়াম্না ফরবনিনা চাংথোক্লিবনিদনা।
( রাইহেসিগা লোয়ননা চিত্রা়খর মপী অমতং শ.ংনা হোন্দোক্লগা )

—ইন্দিরা ! ভামোনা ঐবু মুংশিবীবগুম, ঐনম্ন থম্মোয় শেংনা-মুংশি। অদুবু ঐদি হন্দক মপোকী ওইনা লুহোংলরোই হায়না লেপ্লে। নহাক্তি লাইবক ফবিনি, নথ্‌ায়না পামজবা মতীক চারবা বর অমা ফংলে। পুন্সিগী ভৎন-থাম্নদনা মুংঙাইনা পামবা ঈশ্বরনা পীনবীসন্নু, ( চিত্রাগী ব্লাইহেত্নদা ইন্দিরা মপুক্লীং মুংশিবগুম ত্তোই, মীৎলুদগী পিরাং মরিক ম রিক লৈমায়দা পোপ পোপ তাখি। চিত্রান্নু ইন্দিরাদা য়েংলগা কল্লী। অন্নুম্না ঙাইহাক ক্ষোংদোক্লরবা তুংদা ইন্দিরাগী মমানা চাক চানবা মথোর অমীবু ক্ষোরক্লুনা চঙমিল্লখ্রে )।

চিত্রাম্নু থবক ইনথাং নোম্বা য়াওরব্দগী মতম থেংংলে হায়দুনা চংনবা তৌরে। ইন্দিরানদি মানা লুহোংবা কুমিং কাওবা লৈহন নীংবনি, অদুবু চিত্রানা য়াদ্রে। মতম থেংংলে নথন্না ফুংজাইরোই তামোবু থিলহনগে হায়দুনা ইন্দিরানা নন্দবু কৌবা চংখ্রে। চিত্রা, নন্দনা থিনগনি খনবদা য়াম্না হৈনরোইদবগী রাখল অমা কাওই। অদুবু থিন্দবা তারগদি য়াম্না থেঙলগনি খল্লি। নন্দনা চিত্রাবু থিন্নবা গেরেজদগী কারদু খোদোরক্লে। ইন্দিরাবু বিদায় পীরম্লগা চিত্রা গাড়ীদা কাখংলে, কার অদু তপ্না খোংব্রে। নন্দগা চিত্রাগা পাক হেক কৌনবা ভম্দে, অমনা অমদা মোমোন নোক্না য়েংনৈ। কনাগুম্বা অতোপ্পগী মীৎযেংদদি মখোয় অনিগী মভৌদু শোয়দনা কন্নকনি। অদুবু ম.খা অনিগী মীৎয়েংগী অর্থদি খেন্নৈ। নন্দনা চিত্রাবু ফুংশি, অদুম ওইনমক চিত্রানা মাগী রাখলগী লংলাদু থদং-পিখিবনিনা প ঙল খোক্তে। থম্মোয়ফুংগী হায়নীংবা রাহৈ কয়ানি, রাহৈশিং অদু থম্মোয়ফুংদা অদুম্মক কংহুনা মাওবা তাখি। চিত্রা মথন্তা ইকায়জবনা থাওকম শওরে, ইচম চম্না বারী শাগে খল্লি, অদুবু ভাংথোকপা ভমদে। নন্দনা চিত্রাদা হাইকেৎ য়েংলগা চিং-লেম্নবা মীনোক অমগা লোয়ননা,

—য়াম্না হৈনত্রবরা চিত্রা? (চিত্রাবনি অধুকা হেম্না ইকায়জখ্রে, পাওথুম পীবা ভমদনা তুমীন্না লুকথদুনা লৈখ্রে। নন্দনা অমুকমু ৱথা ওারকই) ঐগী লাকম্নিরবসিদা কনাগুম্বনা শেরান্নবা র.খল থনখিনি হায়না চিংনরিব্রা? (চিত্রা ইকায়বনা থাওকম শগ্রে, রাহৈ মচেৎ অম ফাওবা থুম্বা ভমদে, মাগী মতৌদা প্রিয়ানন্দমু

ইকায়রে। মানা ঐবু ওন্থোক্না তাথীনম্মু, খনগ্রবোয়ে হায়না। হায়ম্মু চিত্রাগী মকমদগী মায়থীরবা মীওইগা ওইবনে, নন্দা রা মখা তারকখিদ্রে ভূমিন্না লৈদ্রে। মথন্তা ইকায়বনা লৈকম খঙদ্রে। চিত্রাবলিম্মু ইকায়বগা তুংগাইতবগা পুন্দুনা নীংথিরবী মায়থোংছু মীৎকুপ অমুদা খংমক মকশিনদ্রে। নন্দনা ব্রারৌরে হায়কা মান্নু খঙই, মছুদনা হেন্না অন্নাংগী মশক ওইদ্রে। মানা ঐবু মচন অমগুম খল্লম্বা তারবদি, ঐসে কয়াদা থম্মোয় পীকপী হায়বছু ওইরবা! চিত্রাবলি মাগী থম্মোয়দা ইচম চম্না মবুং অমগুম খনবা মীশক অতুগী মকমদা অম্মুক ইকায়রিবসিবু করিগীনো, মপুক্কীংদা অমুকম্মু খল্লি, ঐসে কয়াদা ভমথিরবী হায়বছু ওইরে। মানা ঐবু লম্বী লমথাঙদা থেংনবদা অমুক হন্না কৌরকখিগত্রা? মানা ঐবু কয়াদা লান্না লৌরমগদবা অমদি কয়াদা ইকায়রমগদবা। পুন্নমকসি খনবদা চিত্রাগী ব্রাখল অছু শুত্রংদা তাওদ্রে। নন্দম্মু গাড়ী থৌরিবছু ব্রাথন্দি মছুদা থমদে, মমায় অছু হুমাং মরীক মরীক কায়, মুম লাকপনা চিত্রাথোয়গী লৈরক মচীন য়ৌরছুনা গারী থাদ্রে। গাড়ী থাম্নবছুতদা চিত্রা জ্ঞান খংতা তারকই, নন্দনা চিত্রাদা য়েংলকই ব্রাদি ভাংদে। চিত্রাবলি ইকায়রপ ভৌনা ভগ্না কুমথরকই লৈহৌ-রগে হায়বকাও ভমদনা ভুমীন্না অছুম লেপ্তুনা লৈরে।

( গাড়ী মমায় লৈথোক্লগা নন্দনা হায়রকই )।

অমুক চৎপ্রগে লুহোংবা শুভা লাকউ। অসি হায়রক্লগা গাড়ী অছু হৌদ্রে। চিত্রানা করিম্মু হায়বা ভমহৌদনা চৎক্লিবছুরা মীথ

কুপ্তনা য়েংহুনা লৈহোরে। গাস্তী অহু মাগী মীৎয়েংদগী কনা
ভামগ্রে, অহুকাওবা অহুম্মক লেপ্তুনা লৈহোরে।

বিরেন অরাংলোমদগী খোঙনা মথা পাংনা লাকই, গারীদগী
কুম্নকপহু থাপ্না উহৌই, শুম লাকপনা চিত্রাগী মনাক কনা নকশিল-
ক্লে, অহু কাওবা মাগী মীৎয়েংহু চৎখিবা গারী অহুদা থম্লি, কনাবুম
উরুদে। চিত্রাগী মতৌদা বিরেন্দ্র খোইরাং খোইশাওনৈ। বিরেন্না
মমীৎ অহু শুক্তোক্তুনা য়েংলকই। মাগী মীৎয়েংগা চিত্রাগীগা মীৎ-
চানখি, মীৎয়েং অহুগী মমাংদা চিত্রাবলি খাওবা ঙমখিদে মক্তোক
উরু উরু ঙাওই, মশম অহু হাইবগুম তৌই, তপ্না মমায় লৈশিল্লকই।
বিরেনগী মফমদা হন্না হন্না মায়থারবী চিত্রানা করম্না খাঙবা ঙমগনি,
অহুক কল্লবা মীৎয়েংহুগী মীৎমাঙদা। চিত্রা তপ্না মখোঙ থাংহুনা
চংলক্লে। কমুও মরায়দা লোংনা হিপ্পহুনা বিরেন্দ্রনা করি থল্লমগদবা;
মানা ঐবু শোয়দনা শেরাম্নবা লৌরম্নগনি, অহুবু ঈশ্বরনদি শোয়দনা
শঙবীরমগনি। অমরোমদা নম্দনা ইকায়রমগদবা অমদি মাবু করিনি
হায়না হায়রমগদবা খম্নুরগা হুংঙইরক্তে। অমুকম্নু হুংশিরকই মাগী
মোং হাদবা চিংলেম্বা মতৌ, শক্তম চুদা বিরেন্দ্রগা খেন্নদবা। চিত্রা
মথম্ভগী থম্মোয়বু িম্দা তৌরকই, নম্দগা অমুক হন্না উনগদবসিবু ..।
ঙস্নিগী মতৌসিবু করি মতৌনো মহৌশাদি ইচম চম্না কৌন
শাঙনরুরবনি। ঙসিমা করিগীদমক ইকায়খিবা। চিত্রাবলি মীৎলু-
প্নগী নীংঙমদবা পিরাং শিহুরকই। বিরেনগী মীৎয়েংহু নীংশিং-
লগা থম্মোয় পুবা ঙমদে। চহুবী শেংলবী মাগী থম্মোয়নি, বিরেন্দ্রনা
আম্না লৌগ্রবয়া হায়না চিংনজে। ঙসি কাওবদা মাগী মমাঙদা

কনক্ খোক্সা থবক অমত্তা ভৌজরোই থজবনি, অহুবু করিগু লৈব্রবা পীব্রবা খোদোক মচা অমনা চিত্রাবু পাপ ওইহল্লে। মুমীৎতুগী অহিংদু রাখল্লা তুন্বা রাখিদে। ভিংথংগী মোম্পাক্তা হিন্নগা অম্বা ওইখ্রে। অসুন্না নোংম-নোংমা হৌখ্রে। চিত্রাবনিগী রাখলসু অন্না ঈপাক্তা লুপ্নি। নোংমা বিজয়েন্তি লাকুনা মথোন্না অনি অন্না হুংঙাইগী রারী শাম্নে। মানা বিজয়ন্তিবু কয়াদা হুংশিন্নবা, বিজয়েন্তিগী মায়থোংদা মীৎ কুপ্তনা য়েংলি, মীৎম্না অনিহু পিরাংগী ঈন্না হৌরকই। মাগী পুলিগী রারী কয়া লীহন্না তাহনগে থল্লি। অহুবু করম্না লীরুগনি, মানা করি থনখিনি। সুম রারী শারম্বদগী চিত্রানা বিজয়েন্তিদা লক্লরকই,

—বিজে, নঙগী রস গুনা চাগদবা করাম রাংলি ?

—করি হায়রিনো অহুদি ? ( বিজয়েন্তিনা ঙক্সা হংলকই ),

—অহুবুরো, নঙগী হৈজিংপোংকী গুনা।

—ও, অহুদি রাম রাংলিদা, ইচেম্মা,

—ঐনা হায়বদি ঐনা শিত্রিভৈদা ওইরবদি নঙগীদমক ঐনা ঙম্বা পোংপাং অমদি শোয়দনা পীরকনি।

—করিগী শিদোরিবা ? মতম রাংলিনা, ইচেম্মগী লুহোংবা ওম্বোক্সা য়েংনিংই ঐদি, ইচেম্মনা শিপ্রবদি মী রাম্না রানগনি, ঐন্সু থম্মোয় শোক্সা হুংঙাইরোই।

—ঐনা শিখিবদা অহুম্না থম্মোয় শোক্সা হুংঙাইরোইদবা মীশক অমত্তং লৈরম্নবদি, ঐ শিবগী আশা লৈরম্নোই। নঙ থাজরমদবা রাই, অহুবু মতম অমদা শোয়দনা থজলকনি।

( বিজেয়ন্তিনা চিত্রাদা মুম্না য়েংহনা লৈ, চিত্রানা মথা তারকই ),
—ঐনা নঙবু ইনাও অমগুম কয়াদা হুংশিজবা, ঐনা করিগুম্বদা নঙগীদমক্তি হায়না পীরকপা পোৎ থুদীংমক নঙনা মমল বৈত্তে থন্দুনা লৎনগন্থুকো বিজে।

( রাহৈশিগা লোয়ননা চিত্রাবলিগী মীৎলুদা পিগী ইরা হোরকই, থিংঙমত্রবা পিরাংনা লৈমায়দা তাখি। ইকায় হুংশি য়াম্নবা মীনোক অমম্থ নোকই, অন্থগা হায়রকই. )
—হন্দক্কী চহী হোবগী নঙগী থুদোলপোৎ পীরকনি, কনাদম্থ হায়দোকহুকো, নঙ। ঐগী ইজ্জৎকিদমক থরা থনবীয়ু। অন্থগা নঙনা ঐবু অরানবা রাথন্দা পুগন্থ, ঐনা ইচম চম্না থল্লি মী থুদীংমকপু।

অস্থুম্না ঙাইহাক রারী শারবা মতুংদা বিজয়েন্তি চৎখ্রে। চিত্রানা মাগী হুংশিজবা বিরেন্দ্রগী মচলহুপীদা করি পীসিগে হায়না রাথল তৌহৌই। চিত্রা কদোমদগীনো থঙদে, মীৎলু অনীথু পিতনা থুম্মৎখ্রে, থল্লম্বা রাথল পুম্বা অরেম্বদা তিনখ্রে। মচেৎ তারবা থম্মোয়গী নীংশিংবা মরক্তা অমমমজা ওইনা নীংশিংলকই, হোপ্রবা থোদোক্তুনী রারী ...।

চিত্রাখোইগী ইখোল হৈপাল লৈপাম্না ইকোয় কোয়না হোই, হৈপাল থুদীংমক চরোং চুম্না পাল্লি। নোংমা চিত্রানা মখোয়গী অঙাং অম্ম থাহনা খাও অমদা হৈ হাপ্রহনা থিলহল্লুই, বিজেয়ন্তিনা হৈ অন্থ হরাওনা লোহোই। মহ্নগী মতুং হুমীৎ থরা লৈরগা চিত্রাগী নাকোংদা বিরেনখোইগী ইহুংনা মাবু য়াম্না থীনা

ইকায়থি। মানা ইচম চয়া পীখিবত্থু মখোয়না সেরাম্নমা লৌখি। মথং মথং ভাংনরকপনা চিত্রাগী মমা সোরোগী নাকোং অমুক য়ৌরে, চিত্রাবু কযামা চৈ-থাংত্থনা ভাংলে।

খল্লু খল্লুরগা ইকায়বগী চৈনা থাংবা ভমখিদে। অহুপুম্নবা ইকায়বগী থাংভমখিদ্রবা চৈনাহু ংসি লৌনা নীংশিংলাক্লে। খোঁদোক অত্থগী মারীনা মাগী আশা ক'যপ্রে, বিজেন্তিদা করিমত্তা পীবা ভল্লোইদৌরে, তুমিন্না লৈথোকপম্ম ইকায়বে। অমুবম্ম খল্লি হন-দকমুক্তা ইকায়বা ফংলবদি ঐ শিখিবনা হেন্না ফবে। মতম চানা মাগী লুহোংবদা ওইনা পীরগ হায়না লেপ্লে।

স্কুমিৎ খরা হৌখ্রে। বীরেন্দ্রগা শায়াগা মুংভাইববা রাখলগা লোয়ননা তুংগী ওইরক্কদবা মব নিগী পুক্সিগী মুংভাইরবা মঙ কয়া মঙত্থনা তুংগী ফিরেপ তাল্লি। চিত্রানা নোংমা পোৎ খরা লৈরুগে হ য়ত্থনা বাজারদা চৎলি। প্রতাপ সিকিজ মপাদা বীরেনগা থেংনৈ। বীরেনবু উবদা চিত্রা হায়কেং ইকায়খি, মমায় লুকথত্থনা লাক্লে। শায়াগা বীরেনগা তুকান অমদা চঙত্থনা ছাবি লৈগদবগী য়েংলি। তুংলোমদগী চিত্রা চঙলকই, মহাক্না মখোয়বু উদে। তুকান্দগী অত্থনা মখল মথলগী ছারি পুখোক্তুনা মখোয় অনিবু য়েংহল্লি।

( বীরেন্না মোমোন নোক্লত্থনা )

—করম্বা ফিনো নঙনা পামলিববো, বরি মচুনো ?

—থঙদে করি মচুনো, ভামোনা পাম্বা অমা হেক্তা লৈসি।

—পাম্বী পায়রেত্রি হায়রোইদ্রবা ?

—হায়জরোইয়ে নহাক্না পাম্নগা লোইরে, ভামোনা পাম্বা খুদিংমক ঐগীস্নুনি।

—(কোফি মচুগী ছারি অদু পায়রদুনা,) মসিদুম য়াম্না ফজেনে, পামত্রা য়েংউ নঙোন্দবু য়াম্না পকচগনি।

—হোয়নে, ভামোনবু পামলবদি ঐস্নু পামলে, অদুদা য়াম্না পকচগনি হায়বা অমা য়াওবদুদা শেংকদববু ইকায়নে।

( মখোয় অনি নোকমিন্নৈ )

চিত্রা অস্নুম চংলকপনা বীরেন্দ্রগী মনাক্তা লেপ্লরে। বীরেন্দ্রি হায়বা খঙলকপদগী ইকায়বনা খাঙফম খংদ্রে। বীরেনস্নু মবু উখ্রে। চঙশিনসি কদায়, হন্দোকসি কদায় জ্ঞান তাদনা ঙাইহাক লেপ্লে। মখোঙ অদু তপ্ন তপ্না থংদোরকই, নাতোন নাকচি অনিদু হুমাং মরিক মরিক কারকই, মমায় অদু ঈচপমুক ঙাংশিল্লি।

বীরেন্দি চিত্রাবু থওইরুদনা ফি মমল কন্না ঙাংনরি। চিত্রাগী মফাংলবা রাখন্না অহাংবদা তিনখ্রি। মখোঙ থাংলি হায়বদু মঙাই, মমিং অদু অয়েংবা অমদা অদুম য়েংদুনা জ্ঞান য়াওদ্রবা মীগুম তুমিন্না লাক্লি, মানা লৈগদবা পোং খরা লৈবা লোইরগা সাইকল থোদুনা ময়ুম্নোমদা লাক্লে। অদুক য়াম্ন চংলিবা মীয়ামদা থোইনা উরুদে, মাগী মমিত্তা তুকান মফুংদা লৈহৌবা বীরেনগা শাশাগগী ময়েক শেংলবা শত্তমচনা মমাংদা কাতু-কারল চৎপগুম উরি। লূরবা মিৎস্না অনিদু পিতনা থুমহৎখিবনা বরিমত্তা উদ্রে। সাইকল অদুনা করিগুম্বা পোৎ ভমদা খেংলুবগুম মমায় ফেরে, ফেরে হায়রকই, খঙয়েং য়েংই, মমাংদা মীয়ায় হেক্সিল্লবী অহল ওইরপ তৌরবী হুপী

অমা উপপ্রাক শিংনা তুত্নুনা লৈরম্লে। চিত্রানা সাইকলদগী কুম্লগা সুংশা থিনা চেনশিন্দুনা অহল অত্নবু হোগংপী। অহল অদুনা চিত্রাদা য়েংলগা,

—করম্বা লৈশাবীনো নঙবো, নমাঙদা মী ইচাও চাওনা চংলিবদু উদ্রা? মী চিনবম্মু নত্তে, নমায় অত্নক য়াম্না থক্লিবা করিগীনো? খূ অসি হুবাংলেনেসে, অসি হায়ত্নুনা হৌগংকে তৌই অত্নগা ইস! খোঙ তেক্লেদনা ঐদি, করম তৌনি ঐদি।

( চিত্রানা ইকায় সুংশি য়াম্লনা )

—রারৌবীগনু ইমা, ঐ উজহৌদত্নুনা শোয়থিবনি।

অহল অত্নসু মখোঙ সেক্ল-সেক্লা চংথ্রে। চিত্রাসু সাইকল থৌত্নুনা লাক্লে, মপুক্লিংদা থল্লি ওন্থোক্লা ইকায়থ্রেদা, ঙসিগী মতোংসে ঐসে ওন্থোকপা থবক ঙাক্তা তৌরুইদা। থন্না থন্না লাকপনা মযুম য়ৌরে তৌগদবা থবক ইনখাং লোইশিল্লি।

সুমিদাংরাইরমগী কোরৌনা চীংয়া পক্লা ঙাল্লি, নোংথি-নোংমংবা অতিয়া মকোয়দা নোংজাবীনা মপৈ মপৈ শন্দোরক্লি। চিত্রাবলি মমায় অত্নু নোংচুপ ওন্না মাগী মীৎয়েং অত্নু য়াম্না তাম্না য়েংলি। শয়াবু নীংশিংলকই, থম্মোয়দা থল্লি, কয়াদা মরাইবক ফঙবা মহাক্কী মপোক্লো, মাবু তামোনা কয়াদা লুনা সুংশিনা থল্লিবা, ঐগী থম্মোয়না কয়াদা কল্লকথ্রবা মাগী পুন্সিবু। অসুম্না সুংশি থৌজালগী মীৎয়েং ফংলবা থম্মোয়না কয়াদা সুংঙাইনা পুন্সি লেনগদবা। সুংঙাইসনু, অরাবা মশক খঙদবা ওইরসনু, মসি মাগী মাগী লাইবক্তা তম্লম্বনি, মসিগী করিসু মিহৌফম লৈতে। নোংদম্বনা ঐবু মপোক থীন

শেন্নম্বনা ঐনা রাবনি। অমুকস্থ খল্লি, তাম্মো নহাক অসে ওম্মোক্লা কজদেকো, মতম অমদা নহাক্লা ঐবু কয়াদা নুংশিবীরম্বা, কাওমম্ননস্থ কাওব্রেদদো।

অদুবু মানা ঐবু মপোক অসিমগী কাওরবস্থ ঐগী থম্মোয়না মাবু কয়াদা নীংজবা হায়বসিমওংদি খওহঞ্জনিংবনি অদুবু মতুগী উপায় লৈখিদ্রে। অমুকস্থ খল্লি, ঐঙোন্দগী হেন্না থম্মোয় প্লিকপা জীব অনমুক লৈরম্লরোই। করিগীস্থ অসিগুম্বা রাখল খল্লিবা অসে মশাগী ওইজবা তানবনি। অমুক হন্না খল্লরোই, মসিনা করি অমুক কান্ন-খিনি, থম্মোয় লাইমন ওইডুনা পুন্সি মন্নবনি। কাংবা, কান্নদবা হায়বসিনা করি? মসে নুংশিবগীদমক পুন্নমক থাংবা তাবনি।

বীরেনা চিত্রাগী নৌনা চোংখৎলকপা পুন্সিগী মঙ্গোল মরূ ফংনা থুদেকপিরমলে মসিগীদমক করিনা লমন থুমগনি। মতম চুপ্পদা মাবু নীংশিংজবা, মাবু য়াইফনবা খনবা, মসিনি লমন। মতাংসিদা চিত্রানা সনাহলগী রা নীংশিংলকই, ' ইচেয়াইমা, মীওইবা ঐখোয়না তৌগদবদি, কল্লক মিহৌবা অমদি অপাম্বনা ইশাবু লাকশিনহন্দবা, কাহেন্না ওইজবা পামদনবা, মীবু হুন্থনা য়েংদবা, খকসি থাস্রি খঙনবা, ইশানা ইশাবু লাকশিনগদবনি। মসিদগী হেন্না চাওবা ধর্ম্ম লৈত্রবনি।" চিত্রানা সনাহলবু নুংশিরকই, মপুক্লিংদা খল্লি, সনাহল নঙমুক পুকচেল চাওবা, নঙমুক নুংশি হৈবা, কনাবু লৈ-রমখিনি তাইবঙসিদা।

মীনা থীনা হায়রবস্থ নোত্তুনা তাবা ঙম্বা নঙগী থম্মোয়নি, নোংমতস্থ অশাওবগী ফিভম অমত্তা উৎলমদে। মতম কুইরে নঙকু

উখিদবা। সনাহলনা চিত্রাবু কয়াদা নীংজবা, নোংমা হুংদাং অমা চাক চামিন্নবদা চিত্রানা হকচাং হুংঙাইতে হায়তুনা চাক চাবা য়াও-দবদা, চিত্রা য়াওদে হায়তুনা চরা হেন্দুনা তুমখি। পুন্নমকসি নীংশিংলগা চিত্রানা হিক হিক কপ্পি। মানা হুংশিজরম্বী হুপীতুবু শাওনিংই। নংনমিকো সনাহলগী পুম্সিবু মফম খঙদনা …… । সনাহল মীগী ফংবা খনবদা মপুম্সিবু মমল লৈতনা লৌবা মীনি। পীক্লিবৈদগী হৌনা হুংশি চাওবা, মীয়াম্বু হুংশিবগী তোপ তোপ্পা গুণ অমা লোয়নরকই। মানা য়ুম থাদোকখ্রবা মতুংদা, মতম চুপ্পদা লাংতুনতা লৈরম্বা ইঙ্খোন্নুং, ঙসিদি কয়াদা অরাবগী মশক ওইরবা। চিত্রানমিনা সনাহলবু নীংশিংলগা থোইনা হেন্না মৈচাক হেল্লি। নাকল অনিদগী চাক্লকপা মচিন তুম্নবা মৈরানা ইন্দ্রি লকাহুংদা প্রলয়গী মৈচাক চাক্লক্লে। মীংম্মা অনিদা পিরাং ঈহৌরতুনা কয়াদা খম্মোয় কায়না লেপ্লি। ইমুংলোমদা অমুক চঙলক্তুনা থবক লোই-শিল্লি হুমিং তাখিতুনা হুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা লোয়রতুনা তুম্নখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা চিত্রানা লৈ মখোঙ ঈশিং চাইরিবৈদা থোঙ্গালদা গারী থৌঙ্গিল্লকপগী মখোল তাখি, চিত্রানা য়েংথোরকপদা প্রশান্তা গারীদগী কুমথরকই। চিত্রানা হরাওনা কৌই,

— তামো লাকপিরিব্রা ? পাবুংতোনগী হকচাং থরা হুংঙাইহৌরব্রা ?

( প্রশান্তানা হুংঙাইতনা খুম্নকই )

— অনাবা হুংঙাইতে হায়তুনা নঙবু আদা সেবা সেবীগীদমক লৌবা লাক্লিবনি, ইমাম্বু মশা ইশোন শোন্দুনা লৈরে।

চিত্রা হোয়-মাই করিমত্তা হায়দে, ফিদা পুথোক্তুনা প্রশান্তবু ফমহল্লি। মপুক্লিংদা পাবুংতোন অনাবা হুংঙাইতে হায়বহৃদা হুংশা থিবা পোকই। মমাস্থু থোক্লক্তুনা প্রশান্তগা ব্বারী শারি। সোরোনা চিত্রাবু চৎনবা হায়রকই। চিত্রা মফি মরোল হোংহুনা চৎনবা খোরক্লে। সোরোনা চৎলো, চৎলো ঐস্থু হয়েংলা হংিংলা লাক্কে হায়হুনা লৈহোরে। গারী মহুংদা চিত্রানা রাখল তৌই, প্যাবুংতোনগী মচাহুপা নত্রগা মচাহুপী ওইরবস্থু অমত্তং ফংজরবদি কয়াদা হুংঙাই-গদবনো। অহুবু ঈশ্বরনা পীবিত্রে, চিত্রাবলিনা ঈশ্বরবু ব্লারৌই। কনাগুম্বা শেৎপা-চাবা নীংবা থুংদবা লায়রবা নিপা অমনা অঙাং মশিং খঙদনা পোক্তুনা শেম্বীবা ঙমদহুনা মমল য়াম্লবা মীওইবগী পুন্সিদা মমল লৈহন্দনা অরেম্বদা মাঙলি। অদুগা কনাগুম্বা ঈনাক কৈরাক থুনবা মীওই অমদনা মমিত্তা মচা অমফাওবা উহনর্বাদনা কয়াদা নীংবা কারনা চাক্লা খাঙলিবা।

পার্ব্বতি, চিত্রাগী মমা সোরোগী মনাওনুপীনি। য়াম্না নৌনা হুংশিননা প্রকাসতা লুহোংখিবনি। প্রকাস অচৌবা ঠিকাদারনি। অহুবু মরাইবক থিবনা ঙসি ফাওবদা মমিত্তা মচা উত্রি, মাগী অহল লমন্নস্থু মথস্তা পোক্লম্বনি। প্রকাস অমদি পার্ব্বতিগী রাখন্দি মচা লৈতবগীদমক করিমত্তা অন্নাবা লৈতে, প্রশান্তবু অপোকপা মচামক্লি থল্লি। প্রশান্তবু মখোয়না হুংশিজবদি অপোকপা মচানা কৈদৌনি। প্রশান্তনস্থু মথোয়বু অপোকপা অপোকপীগুম্না হুংশিজৈ, মচা অমনা মপা মমাদা চংকদবা ব্যবহার অহু ঙাক্লা ওহ্মোক্লা কিনা চৎলি। প্রশান্তা ওক্তবা, লম হেনবা শঙ্গ তোদে। য়াম্না চীং-লেম্মী, জ্ঞান

তাই। মশকস্থু মপা লৈতনা ফজৈ। বি, এ, সি পাস তৌরবা মতুংদা মপাবুংগী থবক্তা মতেং পাংলিবনি।

চিত্রাবলি মফমত্থু হেক য়ৌরগা পম্বদনা ফি হোংদোক্লগা মপাবুংগী মনাক্তা ফমদুনা শেবা তৌরি। প্রশান্তা হন্দক মপাবুংনা ঙমদত্থুনা লৈবসিদা থম্মোয় শোক্লা ঙুংঙাইতে, অনা লাইকল্লবদা ভূনদবগা, চাদবগা তৌত্থুনা মশা অত্থু ময়েং গুক-গ্রক তারে। মচাগী মতৌদা পার্ব্বতিনা থোইনা তেন্না রাখে। প্রকাস মশা অত্থু ফত্তবনা ঙসি হয়েং খঙদে হায়দুনা প্রশান্তগী মিংদা মাগী লৈজবা সম্পত্তি পুম্বা লোইনা পানশিনবীরল্লবনি, মচাবু মনাক্তগী ঙাইঙাক্তা চং-থোকহল্লিংদে। পার্ব্বতিনা মপুরোইবগী থুয়াদা থম্মোয় শোক্লা নীংবা কায়না ফম্লি। কনাদা থম্মোয় কায়নবগী মতৌনো। হে ঈশ্বর অত্থুক নৌরিবী পার্ব্বতি মমিত্তা নচা অমা উহনবস্থু নত্তা, প্রকাসনা সংসার থাদোকখ্রবদা মানা কয়াদা রানা লেলহোগদবা! ফনা ঙুংঙাই য়াইফনস্থু ওইসত্থু, মপুরোইবনা মীরাইবিরবী অমদি লুগ্না ওইহৌরবী ঙুপীশিংনা করিদা ঙুংঙাইকম লৈরি। প্রকাসনা অরোইবা ওইনা মমিৎ অত্থু অমুক্তং তপ্পা পাংথোক্লগা, পার্ব্বতি অমদি প্রশান্তবু কৌরগা মথুং অত্থু তপ্পা তিংথোক্লগা কংলবা থুংশা অত্থুনা প্রশান্তগী মথুং পায়রত্থুনা অস্থুম্না হায়রকই,

—ইপাগী প্রশান্তা, নমাসে মরাইবক থারবনি, নমাবু মীরাইগত্থু, ইপানা অরোইবা ওইনা নঙোন্দা শিন্নরম্লবনি।

—পাবুং নচানা পুন্নমক ঙাকচগমি।

প্রশান্তগী থম্মোয় অত্থু কায়থিবগুম তৌই, মীংলুদা থিংঙমদ্রবা

পিরাং শিন্থরকই। পার্ব্বতিনা মপুরোইবগী মখোঙ কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পি। মিৎকুপ অতুদা প্রকাস লৈয়েং ফাজিনখিবগুম তৌই, রা ঙাংবা থোকখিদরে, মমিৎ অতুনা পার্ব্বতিদা চিংনা য়েংলি। চিনবান থোক্লা হায়বা ঙমদ্রবস্থ থম্মাদদি অসুম্না হায়নিংলি, "করিগী কপ্পি পার্ব্বতি, মীওইবা ঐখোয়সে অকোন অহনগী রাদনি, খুদিংমক নোংমদি পন্থুং অতুদা পুল্লুগদৌরিবনি।" প্রকাস য়াম্না রানা মমিৎ অতু তপ্না উইশিনগ্রে, শ্বর হানখিদ্রে। মিৎকুপ অতুদা ইমুং অতু তরাবগী মীকুপখোন্তনা পুন্নিল নিলখ্রে।

নোংম-নোংমা হৌখিবনা বর্ম্মনচিংবা লোইখ্রে। পার্ব্বতিনা চিত্রাবু মখোয়দা থম্লগে হায়তুনা মমাদা হায়রে। মমানা চাম্নরা হেক লৈহনবদি হুংখহতে মতম থরা লৈহোরো হায়তুনা চিত্রা লৈহোরে। প্রশান্তনা চিত্রাবু পোকমিন্নবা মচলগুম্না য়াম্না নুনা থম্মী। চিত্রানস্থ মবুংমক্লি শল্লি। চিত্রা ময়ুমদা লৈরিবৈদা মচি খুদিংগী চপ-চপ লেপতুনা রাখল তৌবতু সিদদদি থরা ফরে, অতুবু চাম্নরা কাওখিবদি নত্তে। প্রশান্তা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা ঠিকা তৌরবস্থ, মহাক ঈশৈ নোংমাই পামজবনা ঈশৈস্থ তৌই, মথরায় য়াওজবগী মতিক অফ ওনা কলাকার অমা ওইজবা ফংলে, মীয়াম্না মাগী ঈশৈবু পামৈ। চিত্রাস্থ অভাং ওইরিবৈদগী হৌনা ঈশৈবু থরায় য়াওনা পামজবনা প্রশান্তনা ঈশৈ ঔরাইবা খুদিংগী মুন্না তাই। চিত্রাবু মদোমচা পার্ব্বতিনা করিগুম্বা অমোৎপা থবক অমত্তা পায়হন্দে। ওস্থোক্লা হুংঙাইনা অহাওবতা চা, ফজবতা শেংহন্দুনা থম্মী।

প্রিয়ানন্দ মোইরাংদা থবক পুত্থনা লৈবা চহি অমা কারক্লে, ছুটি লৈবা মতমদা মমুমদা চৎলি। নন্দগা, প্রশান্তগা য়াম্না হুংশিননা লুনা তিন্নৈ।

নোংমা অয়ুক অমা প্রিয়ানন্দ লাকই। মহাক মতম থরা ছুটি লৌত্থনা মমুমদা লৈরুবনা প্রশান্তবু উননিংথনা লাকপনি। চিত্রাবলি মাঙোলদা ফক অমদা কয়ত্থনা লৈরম্মী। গারী মথোল তাবত্থদা গেটলোমদা য়েংথোরকই, প্রিয়ানন্দবু উবদা হায়কম থগুদনা গুক-চানখ্রে। প্রিয়ানন্দসু চিত্রাবু উবদা গুকপনা থম থেংখ্রে। মাগী রাথলদা চিত্রাবলি, প্রশান্তগা লুহোংলে হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপলে, ইকায়বনা তৌকম থগুদনা লেপতুনা লৈরে। চিত্রানা নন্দবু পাক হেক কৌবা গুমদে, নোকমি-নোকমি তৌত্থনা য়েংলি, ওন্থোক্লনসু ইকায় থিগনখ্রবা হায়বত্থনি।

( নন্দনা য়াম্না ইকায়না )

—প্রশান্তা বাবু লৈবিব্রা ?

—( চিত্রানা নোকমি-নোকমি তৌরত্থনা ) লৈ, কৌথোকচরক্কে।

( ইমুংদা চগুত্থনা প্রশান্তদা মী লাকই হায়রুরে )

নন্দবু উবদা প্রশান্তনা,

—গুড মোর্নিং নন্দ সাহেব !

( নন্দসু মোমোম নোক্লা গুড মোর্নিং হায়না মথুৎ লৌরৈ )

— লেংশিনবীরকউ।

( প্রিয়ানন্দ প্রশান্তভগী কাদা চগুত্থনা সোফা অমদা ফম্লি )

—মেম্মা, কোফি অনিথক্কা চানবগা শেম্লকউ।

(নন্দনা প্ৰশান্তদা ওক্লা য়েংই, ভাইহাক লৈরগা চিত্ৰানা কোফি অনিগা, ওম্লেট অনিগা পুথৰকই অতগা মাইদ টেবল মথক্তা থম্লগা )

—তামো, কোফি যানবীয়ু, হৌরম্লগা ইমুংদা চঙগে।

—প্ৰশান্তা বাবু, ব্ৰা অমত্তা হংলগে ?

—হায়বীয়ু।

—চিত্ৰাসিবু মফমসিদা কমদোনা ?

—ইমাগী মচে, ইমাহন্না পোকপনি, হন্দক পাবুং লৈখিদবতুদা মতম খরা অসিদা থম্বনি। কমদৌনা খঙবিরমলিবনো ?

—ঐগী ইচনুপাগা তিন্নহনা ঐ-খায়দা য়াম্না তোয়না লাক্লম্মা। ঐখোয়গীস্মু মখোয়দা চৎলি, হৌজিক্তি ইচনুপীতু লুহোংগে।

—অতৈ লয়রি ওসিদি ঐখোয়দা চাক চাগসি।

—হুম, বোম্না নোংমা চারগে।

—কোমস্মু চানি ওসিস্মু চাদবা য়াদ, চাক ভাইবা ওইনা অথায় ফাওবদং চৎলুসি।

( চিত্ৰানা থোংনাউগী অহোবগী মখোয়না চৎখ্ৰিবতু য়েংহৌই। থোঙ্গাল য়োৰমদাইদা প্ৰশান্তনা বরিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম খোঙথাং লেপ্লি, মমায় লৈশিল্লক্তু। কোরকই )

—মেম্মা চাক থরা থোইয়ু, য়েঙ্গা হাওহল্লম্মু।

চিত্ৰানা চাকশঙদা চঙহনা,

—ইন্দোমচা, তামোনা মী চাক চাগদৌরি য়েঙ্গাং হাওহল্লম্মু হায়রে।

—হোয়-হোয় করিবু থোংশিগেনে ?

খঙদে হাওগদবা অমা হেক্তা থোংবীরু হায়রগ্নগা চিত্রাবলি ঈশৈ ময়েক য়েংহুন্না ফম্লি। ঙসিদি চিত্রা, নর্ন্দবু উরুবদগী বীরেনবু মীংশিংলক্তুনা থম্মোয়দা মৈশা পিবগুম তৌই। অমুকন্থু থল্লি ঐনা যুমসিদা হান্না লৈরম্বা হায়র্বহু থোকই, মাবু হরাও হরাও কৌথা ঙমখিদে, ঐবু করি থল্লমগনি। ঐসে ওম্বোক্রা পাঙদেদকো, মতুংসিদদি ঐ মঙোন্দা ইকায়বা থমলরোই ইচম চমথোক্রগে। চিত্রাবলি ময়ুমদা অমুক হল্লরোই হায়না থল্লে। মফম অসিদা অশুম্বক পুন্সি লেল্লগে, ময়ুমদা লৈরগা নকুবনিনা তোয়না মপাও তারগা থম্মোয়গী অরাবা হেনগৎলি। মফমসিদদি কন.গুম্বী অমত্ত-নম্থু মাগী ন্নারা হৌদোরক্তে। মরক-মরক্তা প্রশান্তগী ঈশৈদা পিরাং শিন্থবা য়াওই। মীৎকুপ অমত্তা মথন্তা রাখল থন্নবগী মতম ফংদে। মন্দোমচানা কয় দা লুনা মুংশিনা থমজবা। প্রশান্তগী ঈশৈ তম্বা ছাত্রশিংনা নোং হেক চানবগা অরাং থংবা কাহু পিক হেক্তা থল্লি। প্রশান্তনা চিত্রাবু মরক-মরক্তা অহরাইগী লৈশাবীশিংগা লোয়নননা লম কোয়বা হেক-হেক পুবি। চিত্রা অশুম ফমলহৃদগী ময়ুমদা খঙচৎ চৎনিংলকপগী রাখল অমা ফাওরকই। হৌজিক্তা ময়ুমদা হল্লরোই হায়না থল্লম্বহনা খুদক অসিদা করিগী অমুক চৎনিংলক-লিবা? অহুবু চিত্রানা মাগী রাখল অহু নমথনবা হোৎনৈ।

পার্ব্বতিনা মাবু কয়াদা মুংশিনা থমলিবসি থম্বরুরগা মন্দোমনাবু মুংশিবা পোক্লকই। চিত্রাবলিনা পার্ব্বতিবু অপোকপী মমাগুম থল্লি। ভাইহাক লৈরগা প্রশান্তগা প্রিয়ানন্দগা চঙলক্লু, প্রশান্তনা মমাদা চাক লোয়রবরা হায়দা চঙলক্তুনা হংই। পার্ব্বতিনা চাক

থিরে। নন্দগা প্রশান্তগা কৌশিল্যনা পিজরে, অরাং-অপা হংচনা মখোয়গী মনাক্তা কল্লি। নন্দনা ইকায়খনা শিল্লি মাল্লি চাল্লি।

—করি হাল্লকখোগে ইবুংঙো ? হাওত্রবরা করিনো ইচা চাদেনে। করিমত্তা কোয়গনু নয়ুমগুম্না থল্লু।

—য়াম্না হাওত্রে, ইমাগী ভসিগী য়েল্লাংসিদি চাক ওক্কবগী য়েল্লাং খুথোংনি, অসুক হাওবদি অমুক্তবু চাজত্রি। ( নন্দনা মোমোন নোক্না হায়রকপনি )

—চাবদি করিমত্তা চাদে, নঙনা পঙহায়দা হেক হায়জিনবসিনা, করিনো অমত্তদি হায়রকউদনা, অভাওবসি হাপপুরা?

—লৈরি ইমা, লোয়না ওক্রে।

—ইবুংঙোদি ইচিন-ইনাও কয়া গুই ?

—ইনাও অমগা ঐগদনি।

—নচিন-ননাও নখোয় অনিদি শুরিদনা, ঐখোয়গীদি মথন্তনিনা ওন্থোক্না পুংঙাইখিত্রে, থয়া ভোয়না চংথোরকউ।

—লাকচগনি ইমা, হন্দক থবক থরা লৈবনা ভোয়না লাকপা ভমত্রে। ( রারী শানা শানা চাকা লোইরে (

—ভসিদি ছুটি হুমিংনিনা শুম লৈথোক্লো, হুংথিল থবক অমা চং-লুসি।

( ভাইহাক রারী শারগা মখোয় অনি কমুংদা হিপত্রে।

চিত্রাবলি কনা কুইরক্লে মঙমসিদা লৈরকপা, অহুবু নোংমতা কাওবা মমান্নবী অমগী ময়ুমদা চংলুদে, মখোয়দি লাকই অহুবু মানা চংলুদবনিনা থরা লংত্রে। নোং ভানিরদগী হুমিং অবকাও

য়ু অহৃগী অংকাংবা হৌরিবা হৈপাল-লৈপাল অম্ব ংেংত্থনা মতম লেনবা অমদি ঈশৈ ত বা নত্তুনা অতৈ থবক লৈতে চিত্রা ময়ুমদা মুক হল্লরোই হায়না খল্লি, ময়ুম সুংশিদবগী রাফমদি নত্তে। মাগী চান্নজরম্বী নলিনীবু নোংমত্তা সুংশিদবা তৌদে। মাগীদমক র জরবী পলেম-পম্বোবুসু উক্তনিংই। অত্তবু মাদি মকম অত্থদা নোংমা ফানা লৈনিংঙদবা অমা পোক্লি। সুংশিজবা মীশক অত্তবু তোইনা উনিংবা অমদি মপাও ভানিংবনি. মাদি বীরেন্দ্রগা মায়োক্লফাও ভমলরোই হায়না খল্লে। মসি সুংশিদবগী নত্তে. সুংশিবা হেনথিবনা ইকায় ইকি রাংমা লাম্না মংোন্দা হায়জরুবা কন্না, হন্না হন্না মান্নথিবা ফং-খিদনা মাগী পাঙ্গল থৌনা পুম্বা মাঙথিবনি। ঙসি নন্দনা বীরেনগী নাংশিং মগি ওইনা মমাংদা লেপ্লরবদা, হৌগ্রবা পুক্তিবু সুংশিরকই। রাংৌবা গুংভাইতবা কংাগী ভেজিন্না থম্মোয় থুম্না পাল্লরে, ফংথিবা চৈনা খুদিংমক ঙংিদা থোক্লবগুম কয়াদা রারবা।

প্রশান্তা ঙাইহাক হিপ্পগা চিত্রাবু কৌরকই,

— মেম্মা. ঈশিং খরা পুরকউ।

( চিত্রানা ঈশিং পীররে, প্রশান্তনা নন্দবু হৌদোক্তুনা মান্ন মিৎ চামথোকহল্লে। চিত্রানা হৈনৌ অমুনবা মন্নুং খরা প্লেট অমদা হাপ্পগা টেবল মথক্তা থম্মী )

প্রশান্তনা হৈ চানা চানা হায়রকই,

— কৈদৌঙৈনোমা ইম্ফালদা চৎলুসি, ঐ নঙ লাকপা ভাইরম্মিবনি।

— খরা তপ্পা চৎসি ঐগী ৎবক খরা লৈরি।

— অম্ব ঐ হয়েং চৎলুরগে. নেংমা নঙগা অমুক চৎপা হায়বত্থনি।

— হোয় অহুমা তৌরসি।

চিত্রানা প্রশান্তদা,

— তামো ঐস্থু য়াওগে।

— নও চৎনিংব্রনে ?

— ইমাখোয় উজনিংই।

— নওবু লৈহৌগেদি হায়রোইদনা ?

— হুম, লৈহৌজরোই।

— হয়েংমুক চৎপদা য়াওরোদা, ঐনা লৈগদৌরিবা পোৎশিং অহু নও ইকায়নি হায়রগা, প্রশান্তা পুথিরোমদ চৎখ্রে।

নন্দনা চিত্রাদা য়েংলগা,

— সিদা লৈবসিবু হুংঙাইব্রনে ?

— তামো, ঐগী মোত্তি য়ামা হুংঙাই হায়বা য়াই, য়ুমদা হুংচৎ চৎনিংব্রে।

প্রিয়ানন্দনা ঙাইহাক রাখল তৌই, অদুগা হায়রকই,

— করিগীনো ইস্কালদা অতুক য়ামা চৎনিংদ্রিবদি ?

— করিস্থু তৌদে, অস্কবু বরিগীনো থঙে, ঐনা লৈরিবা লৈকাই অতুদা হুংলৈ লৈনিংদে।

নন্দনা মোমোন নোক্লগা,

— ও, ভাব তাক্লরে।

চিত্রাবনি হায়রপ ইকায়, অস্থুমা ঙাইহাক রারী শারবা মতুংদা নন্দগা প্রশান্তগা থোকখ্রে। চিত্রানা মখোয় অনিবু য়েংহোই, ঙাইহাক লেপ্লবা মতুংদা তপ্পা মমায় লৈশিল্লকুনা ইমুংদা চঙখ্রে।

# নীপালশুবা মতাং

হুংঙাইবা মঙ মঙলবদি য়াহৌরকপদা হকচাং তেকখৎলি, রাখল হুংঙাই, মংগী রাথম্মা নোংমঙ্গমা পুন্নিং হুংঙাই। নন্দনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা অয়ুকী মায়-মীৎ তাথোক্লগা তারেল অমনা তৈথোক্লি। মথক্তা লৈগা হায়বসিম্মু য়াম্না তনবজাংনি। প্রিয়ানন্দ, তারেল অদু ফিয়াম্দা য়ানশিল্লগা, ব্রেক ফার্স্‌কীদমক শঙ্গোম লোল্লি। অমুক হৌগৎতুনা শমজেৎ হাংলি, মিংশেল য়েংই। মঙগী রা নীংশিংলকই, মোইরাং কৈংথম্দা চংতুনা চিত্রানা মাঙ থারগা, মানা খাও অমা পায়রদুনা চিত্রাগী মতুংদা চংপা, অচৌবা ঙা অমা লৈমিন্নবা, ঙাদু পুদুনা চংলগা চিত্রানা চাক থোংবা মানা ঙা শেম্বা, কার তোংদুনা অঙম্বা চীংথক্তা কামিন্নবা লম কয়া কোয়-মিন্নবা, ফজরবা মকম কয়াদা চংতুনা হুংশি রারী শাখিবা, মথং মথং নীংশিংলকই।

অয়ুক্তদা চিত্রানা তেংটিদা ঈশিং য়াগদবগী থে রকই, স্নাবুল অমগা পিথ্‌াই বার্টিন অমগা পুরদুনা ঙন্তানা ঈরুজথেংকুনা চন্দন শিরি মংতক অমা হাপ্পি, মুগাফনেক অমাদ মুগাগী ইম্নফি শেৎ-ইন্দুনা তোটি মথোঙতাংনা লাকই। মীম্মু ওস্থোক্লা চিল্লি, হৌজিক হো-রেনগী নত্তে। ঈশিং য়াগদৌরিবা মকম অদুগী হেক মায়োক্লনা প্রিয়ানন্দগী কাটর লৈরে। চিত্রানা মৌনহা অমদা ইনম্মা স্নাবুল খমজরমগে, ঈশিং য়াবিরম্মু হায়দুনা পাত্র অদু থনম্লগা নন্দগী কাটররোমদা লাক্লে। চিত্রানা নন্দবু ইচম চম্না মবুং হমগুম খ.ক্লি,

আদদি কোইনরম্বনি স্নিদদি ঙাইহাক লৈতনা উনবা অমদি রা ঙাংনবনা ইকায়রম্বতু ফগ্রে। যুমদগীদি নন্দগী মনাক্তা চঙলাক খন্দবনি অদুবু ঙাশিং য়াগদবা মী যামনথিবনা ঙাইবা ভনবদগী চঙলকপনি। মী য়াম্না লৈরম্লবস্তু খঙনা-চান্নবা অমত্তা য়াওদে। ফনা কুইনা লৈরক্লবনি অদুবু চথোক্তবনা অমদি মপাল থোক্তবনা খঙনদবনি।

নন্দনা চিত্রা লাকপা উদে। চিত্রাস্তু মী লৈতমা ল্ল হায়তুনা কোযেং য়েংই। নন্দনা শঙ্গোম পাথবকা উদবমথে রাখল্লা উংতুনা লৈরম্বতুদা চিত্রা য়াম্না নোক্লিংই অদুবু নোকথোকপদি তৌদে। মরমদি মাগীতু অরবা রাখল ওইরমগড্রা খনবদগী। ফনা কু'না লেপতুনা লৈরে. হল্লসিরা খল্লি, লাকই হাযবসিদংদি খঙহল্লম্বা ফৈ, শঙ্গোমসিস্তু লোইনা পাথ খিবা তারে হায়দুনা,

—তামো করি রাখম্লো অদুক লুনা খনবারিদুবো ?

( প্রিয়ানন্দ খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকই। চিত্রা লৈরম্বা উবদা মঙতু মঙকাওনরগড্রা হ্নয়না গুংঙাইবা ফাওই ) চিত্রাদা য়েংলগা,

—করি থবকিনো ? লাকথোক্তনা, চঙলকউ।

—ঙশিং শোকপা লাকপনে, মী চিনমনখিতুনা ঙাইবা তন্দুনা চঙ-লকপনি।

—হোয়নে অদু নল্লবদি নহাক লাকনি হায়বা খাঙদে।

( চিত্রানা নন্দদা য়েংই )

—করি চানি শঙ্গোম থকখিসি।

( কেটলি অদুদা য়েংলুবদা শঙ্গোমদু লোইল্লা পাথরম্লে ঙ্গৈপকী

মৈশ্ব মুংদান্নে। চিত্রাগী মমাংদা ইকায়বনা লৈফম থগুদে )

চিত্রানা মোমোন নোক্সহুনা,

—করি রাখম্নো অহুক লুনা খনবীরম্নিবহুবো ?

নন্দনা রা শেম্নগা খুমলকই,

—হেরা করিম্নু খন্দেদা, মগুদা ইমাখোয় উরম্মী, অহুদা ভুংগাই-তহুনা অম্নুম খল্লিগুদা মৈ মুংপগা অমত্তা উহৌদ্রে।

( রাহৈসিগা লোয়নননা নন্দনা খল্লি, গুসিদি ইখুংমক্সা, সেবা তৌজবা তারেদো। শক্লোম কপ অনী শ্রেমলে, লফোই লফা অচৌবা অমগা য়েরুম অক্লুৎপা খরগা, প্লেট অমদা হাপ্লহুনা পুখোবরুগা মখোয় অনী চামিন্নে )

- ক্ষয়াম কুইরুগা ইম্মালদা চুংকদোব্রি ?

—ঐনা নুহাল হায়্নশিবহুদি, মকম্মসিদা অম্বুম শিরুসি হায়্নবা।

—অহুবু ওইবা রাব্রনে ?

—অশেংবনি তামো, ঐ যুমদা পুংচৎ চৎনিংদ্রেরী

নন্দনা মাগী থম্মোয়গী থাকম কয়া ক্লোংজনিংই অহুবু অহানবা ভুংশি শৈহৌদা মায়থিথিবনা করম্না অমুক নৌহোনা হায়রুগনি। হায়দোকপা গুমত্রবম্নু মানা চিত্রাবুদি থম্মোয় শেংনা ভুংশি। চিত্রানা মাগী ভুংগী আশা ওইরি। চিত্রানম্নু মাবু ভুংশিদবদি নত্তে। অহুবু খেম্নবদি লৈ অনীহুগী মরক্তা। চিত্রাগী রাখন্দদি নন্দনা মাবু মচল অমগুম খন্নম্নানি হায়না খল্লি।

( প্রিয়ানন্দনা ভাইহাক রাখল তৌরুরম্মী )

—ঐহু মকমসিদা লাকপা নৌগ্নিবৈদা য়ায়া হৈনরবদে, হৌজিক্তি হৈনরে, য়ুমদা মুংচং চৎনিংঙ্গে।

চিত্রানা হায়কেৎ য়েংলগা )

—চায়না য়ুম কাওথোকপস্থু ফত্তে। তামো, য়ুম মুংশিগত্রবদি তোরক্ক খৎনৈ হায়বনিকো।

( নন্দনা চিত্রাদা য়েংলগা নোক্লকই। চিত্রাস্থু মোমোন নোক্লা লুকথে। নন্দনা য়া অমদা পুথোক্লগা )

—মথোয় তামো লৈহৌবরা ?

—লৈহৌই, কয়া ঈশৈ ওরাইহৌই।

—ঐস্থু ঈশৈ মরেক থিচকে খল্লবনি।

—হোয়নে, তামোগী ঈশৈ মরেক য়ায়া ফজে। হন্দক ঐথোয় তামোনা শকথিবা—পুন্সিগী চুংশি শৈহৌদা "ঐনা য়েকথিবা নওগী শক্তম ওন্সিন্থু মসি শাথদরি" হায়বহু য়ায়া ফজেনে।

—মথোয় তামোনা ঈশৈ শকপা হৈবননি ?

—শকপা হৈবনা ওইরবস্থু য়াই, ঈশৈশি মরেকস্থু ওহোকা থম্মোয় ছুই।

—হোয়নে মীনদি থাগৎপীরনা নওনা হেক থাগৎপসিনা।

—থাগৎপা নত্তেয়ে, অশেংবহু হায়বনি।

—মথোয় তামোদো ঐ চুংথিল লাকানি থরা হায়মু, চাক থোক-দোৌরিবসি থনবদা হেয়া ভরগ্রে ঐদি।

—তন্দনবা চাক থোংবী থয়বা তৌগো।

—অঙ্গনা হেয়া লুরিবনিনে, মী লৈত্রবনে, লেপ্সাজি ১চা অমা চুমিৎ

ঙয়ানিবুক লৈয়রে, থোংবা থাকপন্ন হৈরে, মথুকন্থ লেংলে, মা লৈরিবৈদো পোৎ য়াওবনা। নোংমদি ঐনা তুমলিবৈদা ঐগী রেকগী পৈশা লৌরম্মী। ময়াইবনা থিরিবন্থ ঐনা হেক মীৎকপ থোরকপদা থেংনরুরে, ঐন্থ শাওহনা থয়া ভাং-শকলুরে। মথংগী অমুক্তা থোকখিবদগী হন্নক্তে, ঐনন্থ কৌরক্তে।

( চিত্রানা মোমোন নোক্লহনা )

—ঐনা হায়বদি অহু নত্তেয়ে, করি হায়নি ··· উম, চাক থোংনবা ইনম্মদো থন্নসি হায়বা।

—ও, অহু ওইরে, মহুদি ঐ থমগে থদ্রে, থন্নম্মী অমথক। অহুবু মানা ঐবু নীংবা কায়রবা আশা লৈত্রবা মীওই অমা ওইহনবিরম্রে।

( চিত্রা শককম থঙহন হজিন্নি অহুগা হায়রকই )

—মীশকতুবু কনানো? ঐনা তামোবু ইবুং অমগুম থম্মোয় লেংনা হুংশিজে, ঐনা তদা তামোগী মত্তেং শোইদনা পাংগনি। মী-শকতু অমুক্তা হায়বীমু, মহাকপু দুহোংঙবা?

—হোংত্রি, নঙনা থঙলগা করিবু কায়গনি।

—কায়বত্তা য়েংহনা থবক তৌগত্রা? কায়বা লৈত্রবদি থঙবা য়াদবয়া?

—মীশকু থঙলগা নঙনা ঐবু হম্বা মীৎয়েংনা য়েংলোইত্রা?

( চিত্রানা ওক্না য়েংই )

—নহ লোইয়বা ঐগী ইত্তেং পাংগত্রা?

—অশেংবনি, লোইদনা তামোগী মত্তেং পাংগনি ইথায়না থুগ্রেহু।

( নন্দনা চিত্রাগী মারথোংদা মাং কুত্তুনা য়েংদুনা হায়রকই )

—মতমকত্তুনা লৈরগে, ডাসিদি য়োরো, কৌম্না নোংমা হায়রগে।

( চিত্রানা নন্দনী ঙক্লা য়েংলি, নন্দনা তুমিন্না লুকথরগা ইকাইরবা থাত্তলি )

ডাইরাক লেপ্লগা চিত্রা তপ্না থোরক্লে। ঈশিং পুথুনা মমুমদা লাক্লে। নন্দনা চিত্রানা চংথিবথু লাপ্পা য়েংহৌরি। চিক্লবা কাহদা মথন্তা ইকায়ক্কবনা হুমাং অনম্বা কায়, করিগীনো থগুদে, মীনা ইকায়রিবগী মরম অতু চিত্রানা থগুলমগত্রা ? মঙগী মাবু মথং মথং নীংশিংলকই। মনায় অতু হঙ্গংনা য়েংথংলকই, মমাংদা লৈরিবা হকচাং চনবা মিংশেল অদুদা ডারিবা মমি অতুনা মাবু য়েংহনা লৈরম্মী। তপ্না মমায় লৈশিল্লকই, করি য়েঙ্গাং থোংসিগে থল্লকই। চিত্রাম্বু চংনা চংনা রাথল থল্লি, তামোংগী ডাসিগী রীতাংশিং অতু…। মীশক অতু হায়দোক্তি বনা করিগীনো ? অমুম্না থম্ম থন্না চিত্রাবালি মযুম য়োরক্লে, ঈশিং অতু থনম্লগা পুথি মপানগী লৈহাও পাম্বী অতুগী মখোংদা ফম্লতুনা, অতুঙৈগী হৌধরবা পুক্তিগী চেনা কয়া ফাকতুনা কাংডমদ্রবা থোদোক কয়াবু নীংশিংলুরি।

মতম অমুক কুইনা চিত্রাবালি মীগী মযুমদা নিঙাইদনা লৈরক্লি। যুমগী রাথল থন্দবদি নত্তে, মরাল লৈরবী মীশক অমগুম মকম অতুবু কিক্লে। তাম্নরবা লমসিদা কনাম্বু উদনা কয়াদা রানা লেপ্লি। করিগুম্বা হমুং অসিদগুম্ব প্রশান্ত লৈরমদবা থোক্লবা মকম অসিদনা হেন্না চিত্রাগী মৈচাক থাংডমলোইদে। অচিকপা মী য়ামদ্রবা চিক্লবা কানুংদা মাগী থম্মোয়দগী শন্দোকলগা রাথল কয়ানা মৈরা থোক্লা

চাকথেকখিনি মাগী মরুভূমিগী লৈকংলাগুম আশা লৈত্রবা ময়োল কংলবা পুন্সি … ।

প্রশান্তগী ঈশৈনা, মাগী হকচাংদগী মপাল থোক্লিংলুরবা থরায় চেক্লাবু ফাজিনখিবনি। চিত্রাবলিনা বীরেন্দ্রখোয়গী ইমুংগী মীশিংবু মথং মথং নীংশিংলকই।

স্নারৈনা মাবু পামদে, মমৌ ওইনিংদে হায়বগী পাউ ফংলবদা মানা কয়া রাখিবা, মাবু উরগা কয়াদা কিনা চৎচখিবা, করি হায়রকদগে খন্দুনা মমায় ফাওবা হঙৎনা চৎচখিদে। স্নারৈনা মাবু অসুপকী মতিক য়াদবগী পাউ কয়া কয়া ফংলবদা কয়ামা কপখিবা। অদুবু চিত্রানদি নোংমতম্ম মখোয়বু হুংশিদবগী রাখল খলখিদে। বীরেন্দ্রনা মাবু হুংশিবীরিভে তেল্লবা মতম থরতুদা কয়াদা হুংঙাইনা লেনখিবা। হৌজিক্তি অসুম পংহিং হিংবা হায়বস্থ ওইরে। বীরেন্দি ঙসি ফাওবদা মশাদা চৈথেং ফংত্রিবনা হুংঙইরবা রাংলগী ঈপাক্তা তাওহনা শান্নরি। কয়াদা খেন্নথ্রবা অনিগী পুন্সি ময়েন … ।

চিত্রাবলি অরাবা কয়া নংহনসু, ইকায়বগী চৈথেং কয়া ফংহনসু চোকথবা লৈতনা খল্লি বীরেন্দ্রগী হুংঙাই য়াইকনবগীদমক। চিত্রাবলি মশাগী ফনবতা থনবা মীওই ওইরম্লবদি, বীরেন্দ্রগা কায়নরম্লোই। অফবা মীনা অফবা রাখল খল্লি। মাগী মপুন্সিদা শেম শাহনা মীগী মাঙনবা ফত্তবা রা অমত্তসু হায়খিত্রি। বীরেনগা নক্লরিঙেদা মখোয়বু কল্লকপা মীনা হায়রকপা অরানবা পাউ খুদিংমক চিত্রানা অফকতা ঙাক্তা খল্লি; অচুম্বতা ওইরবোই মীংই। মা অমমা মী অমিগী খম্মোয় কায়নহল্লোই হায়না খনখি। অদুবু নমৈদা

অয়ানবশিংহ্র খঙলর তদা নীংঙমদবগী মৈচাক্লা চাক্লকুনা পিরোইনরা। লেনবনি। নীংথিরবী মায়থোংড ইংফি অমনা খুমহৃনা মীংসা অনীবা লুরবা লাইজদা-য়েংলি।

প্রশান্তগী মরমদা অমুক খনবা হোরকই। ওসি খাওবদা মাগী মায়থোংদা অশাওবগী মমি অমতা ভাত্রি। পার্ব্বতিনা শাওনিংবা হুমিত্তা ফনা ওাংমরহ্ন লোক্কুনা তাই। মহাক্না চিত্রাবু পোকমিন্নবা মচানুপ্না কয়াদা লুনা তৌবিরা। চিত্রানা মাবু মবুং মমা ওইনা ফংলিবসি কয়াদা লাইবক কপ্রবা! চিত্রা হিংবগী আশা লৈরমবনি। অহুবু হৌজিকসু ক্লাওবদি হমদবনা থরদি মরারি, চিত্রাবলিনা মওল মওল খল্লি. মম্মাবু নীংশিংলুরগা কয়াদা লুংশিরকই। নক্লা লৈমিন্নরিদৈদদি মাগীদমক কনবা ওাংবদা, চিত্রানা মাগী অনীংবদা অপনবা পীরকনি হায়রহৃনা চিন্দা পাউদানহনা খৎনথিবকাও খাওই। যোরোনা চিত্র বু য়াম্না লুনা তৌই, রাগনি হায়রহনা থবক অমত্তা তৌহন্দে। মতুমক্লা চিত্রাবু জ্ঞান তাদবী অমা ওইহনবদি ওমদে। মাদি মশানা থবক তৌবদা চওখোল্লি মচু তাই. সোরোনা মচাহুপীবু মীগী মথুমদা লৈথিবহৃদা রারম্লগনি হ রুনা লুংশা থিজে। অহুবু সিদসু মদোম্চানা মচা নিঙোলওম্না কয়াদা লুনা তৌরিবা। চিত্রানা মহৌশাগুম ঝগুবনা থবক তৌবদা হৈঙম শিংঙমদে। অহুবু মাদি থবক তৌবদা মী খক ওাইদে।

পার্ব্বতিনা চাক লেয়রহৃনা মচাশিংবু কৌরকই। চিত্রাবলি ... অহু থাবোক্কুনা চঙলক্লে। পাক তিনা মচিন মোপ্পাগী প্রথম ... চাক খিজিন্নহনা. সিরি নুমোর অনী ... ... ঐ

করিমত্ম চানিংদে। প্রশান্তনা মমাবু চানবা হায়, অহুবু পার্ব্বতিনা য়াদবদগী মখোয় চাবা তৌরে। অরাং-অশা হাপ্রঞ্জা, পার্ব্বতিনা মপুরোইবগী চাক চাকম অহু ইহাং য়াংনা লৈরিবহুদা য়েংই, মাগী থম্মোয় অহু মচেৎ কয়া খোক্লা কায়খিবগুম তৌই। মপি ঈরা হৌরহুনা প্রশান্তদা হুংশিনা য়েংলি। মপুক্লিংদা থক্লি, ইমাগী ইবুংঙো, ইমাদা নত্তনা নঙস্থু নরাইবক থিবা য়াওরেদো। নপাবুং লৈরিবৈদদি অঙাংগী মতৌগুম্না লৈজরম্বা ইচানি, হৌজিক্তি ইমুং-সিগী অচৌবা ভার খুদিংমক ইচাগী মথক্তা পুম্নমক নম্নবনি। পার্ব্বতি য়াথল মওল মওল থক্লি, মীংলুদগী শিরাং মরি-মরি শিম্থরকই। অম্মুম্না অহিং-হুংথিল কয়াদা মপুরোইবা অমদি মচাশীদমক থবনদা কয়া কয়া কপখ্রি। প্রশান্তনা মমাদা ঙক্লা য়েংলহুনা,

—করি তৌরে ইমা, হকচাং ঙমদবরা ?

—ঙম্মী, কৈম্থু তৌদেদা, কোকসি থরা চিকই।

(করিস্থু তৌদে হায়জরবস্থু মমাগী মায়প্লোংদা ভারিবা অরাবা অত্তগী অর্থ প্রশান্তনা খঙদবা নত্তে। অহুবু খঙহুনা কৈদৌনি মমাবু থরা থেমজবা নত্তনা, মাস্থু থোইনহুম হুংঙাইত্রিবনি)

পার্ব্বতিদা য়েংলহুনা,

—হৌপ্রবশীদমক থোইনা য়াবীরুরগগু ইমা, পাবুংগী সেবা মতম কুইনা তৌজবা কংত্রিবসি ঐ খোয়না লাইবক থিরুনি। পাবুংদি মরাইবক কপ্রবনি সংসারগী অরা-হুংঙাই পূম্বা থাদোকপ্রবনি। ঐগোর খুদিংমক অহান-অকোনগী য়াদনি পুম্নমক পনথুং অহুদা পুম্নগদৌরিবনি। ইমাগী হকচাং য়াম্না শোক্লা ঙরে, ইমাগী অরাবা

শককমচু ঐ য়েংবা গুংডাইজদে, মতু সিদদি নচা ঐ অমা লৈরি হায়না থনবিহুনা অরাবা রাথল থনবিরগনু।

( পার্ব্বতি মচাগী রাইহৈদনা হেন্না মপুক্কিং গুংশিরহুনা )

—ইমাগী ইবুংঙো নহাকীদমক ইমানা রাদবা ঙমদেনে, অনী শুনা পোকচবসু নত্তা, নথত্তনি। করিসু থঙজিবা ইচাদা ইমুংসিগী ভার থুদিংমক ননশিমবিরে, অতুগীসু মথক্তা নমান্নবশিংগা নিঙাই শংদানরক্লবদা নঙগীনি হায়বা কনা লৈতে, পুম্নমকসি থল্লুবদা ইমাগী পম্মোয়সে কায়রবনিনে।

( চিত্রাবলি মদোমচাগী রাইহে থুদিংমকী চৈনা মহোন্দসু ফাওই, অদুবু করিসু হায়বা ঙমদনা কপ্পি )

পার্ব্বতিনা মথা তারকই,

—ইমানা নঙোন্দা হায়গদবদি, নমান্নশিংগা গুংঙাইনদবা থমগনু, মতম অসে য়াম্না কত্তবনি, ঙাংবা শকপা হৈগদবনি।

(অমুম্না পার্ব্বতিনা মচাদা অকবা পাউতাক কয়া পিরি। প্রশ্ন তসু মমানা হায়রিবশিংহু পুক্কিং চংনা তারি )

পার্ব্বতিনা চিত্রাদা য়েংলগা,

—চিত্রাবলি, করিগী কপ্পিবনো কপকসু ইচাসিদি, নঙ লৈবনা ইমানা থরা পোথারিবনি, নঙনা চৎরবদি ঐ লৈকম থঙলোই-দৌরিবনি। নবুংসিনা মথত্তা ওইবনা ইমাদি ওহোল্লা কারবনি। ইচেমদি নঙবু আদা থল্লগে হায়না পাউ চেন্নকই, অসোমদসু নথত্তা ঙাইবনিনা, অঙাংশিং লৈ হায়রবু। অদুবু মতম থরদি সিদা লৈখো।

—অঙাং অমসু য়োকনি, ঐনা হয়েং শিরমদাইদা ঐবু থাকপিনবা, ঐগী সেবা তৌবিনবা।

—হোয়নে, হোয়নে য়োকওনে, হৌজিক্তগী শিরমদাইগী রাখল থল্লবরা ?

( সোরোনা নোরু-নোক্লা হায়খিবসি চিত্রাসু লংলবা য়াত্তোনদু ভুংলদুনা নোকখি )

চিত্রানা শকফম খঙহন হল্লিগা হায়রকখি,

—ঐবু কয়াম কুইনা পুস্নিখিদোবা, শিগদবা কুইত্রবা ঐবো।

পুম্নমকসি নীংশিংলগা কপ্লিংলকই। মচাগী পুক্নিবু অসুম মফম খঙদনা মাঙলগন্না হায়না মিপাইজে। মশাগা ফত্তবনিনা পুক্লিগনি হায়বসু নীংদে। মপাবুং মধুসু মচাগীদমক য়াদবা ঙমদে চিত্রাবলি থোইদোক্লা অহনশিংবু কিনা চংচৈ। লুনা তৌবগী মতিক কেথোক্তে। মধুচন্দ্র, য়া। চম্বা শিন্নীনি। মতমগী ঈরাং করিমত্তা খঙদে। মতম কুইনা মচাবু উদবত্তুদা সোরোদা য়েংলগা হায়রকই,

—ইবেম্মচু মতম কুইরে উদবা নোংমা চংলগা লৌরুরো, ইচা লৈত-নমে ত্রাম্না হুংঙাইত্তে।

—খঙত্রে করিবু হায়গদবনো, মন্দোমচানসু মতম থরদি আদা থম-ল্লিংলি, মখানসু শিদা লৈববুদি আদনা-হৈনিংবা উই, ঐদি মানা লৈনিংবা ম ফমদা লৈজবসনু হায়না থল্লবনি।

—ইচাদো কুইরে উদবা, মঙদসু তোয়না উই, .মগ্গা ঙমত্রবরা খঙদে, নোংমদি চংলুবা তারিয়ে।. তুরেলগী ঈশিংনা হকৎনা চেকবগুম

মানা ঐখোয়বু কাওপ্রবস্থ ঐখোয়দি ইচা কৌবনিদা থুংশিনবা ঙমদেদো।

—হোয়, হোয় কৈদৌঙৈনোমা মাইপাবুংনা চংপিরুরো, হকচাং থরা কল্লগা চংপিবনদি ফবনি।

—হকচাংগী হায়রুরবদি হন্দক মরকসে ইশোন শেংইং, ইচা উনিং-বগী রানি।

অম্বুম্না মখোয় অনি রারী শাহুনা ফম্নি। ঙসিদা নত্তনা মতম খুদিং মধুচন্দ্র অমদি সোরোনা চিত্রাগী মরমদা রারী শাহুনতা লৈ। মচাশিংবু মপা-মমা ওইবনা নীংজবদি করি অমুক হায়গনি, করিগুম্বা নীংলমদবা তারবদি মখোয়বু চাওননবা য়োক্লকপা অমদি মহৈ-মশিং তমহন্দুদা মী ওইনবা শেম্নমলোই। অঙাওবমকস্থ মচা থুংশিবা থঙই। পিশক পিক্লিদৈদগী রানা চাওনবা য়োক্লকলগা চাওরক্লবা মতমদা মপা-মমা ওইবশিংনা মচাগী থুংঙাইরবা কুম্মে য়েংহুন্না পেন-থোকলি। মীওইবগী পুন্সি পিক্লবা রাখলগী মৈরা অমগী মঙান্দা হিংবনি।

চিত্রাবলিনা বীরেন্দ্রবু থম্মোয়দগী লাপথোকপা ঙমত্রবস্থ মহুদা মাগী তুংগী আশা থম্বদি ভৌক্রে। লমদমত্থগী চল্লবা রাখন্দা পুক্লিং মলুপথে। মহুনস্থ মঙোন্দা হেন্না হৈনজে। লমদমত্থগী ফজরবা দৃশ্য কল্লাবু শিংথাহুনা অমদি মাগী পুন্সিগী রারী কয়া ইহুনা কোংথ্রে। ঈশৈগী ময়েক কয়াক্ষ ইহুনা প্রশান্তবু শকহল্লি। চিত্রানা লৈরিক্লা ইমুং অহুনা ঈনাকথুনবা ইমুং ওইবনা মাবু মতম অয়ান্দা থবক অমত্তা নোমহন্সে, ঈশৈ ময়েক ইবা অমদি রারী মচা কয়া

থিত্তুনা মতম লৈদ্রি। অমুক্তমা প্রশান্তনা অঁপে হুরাইবহ পুক্সিং চত্তনা তাই। মতম থরা চাদ-থক্তুনা কংথক্রবা থোরক্রং অনীহু হৌজিক্তি মপুং ফারবা পুর্ণিমাগী থাজক্তম করাদা মীপথিরে। মাগী শুক্লপক্ষায় পুরিবী নীংথিরবী মায়থোংতুনা প্রিয়ানন্দগী থম্মোয়বু অঁরা চুংথাইশ্লোকরবাক্লোথনা পোন্থাকম থত্তদনা ককথাওনহল্লি।

নন্দ, চিত্রাগী মফমদগী মায়থিথিবা লৈরবন্থ, নীংথিরবী মায়থোংগী মৈমোন নোকলা মীনোক অমনা হৌথিবা পুম্বা কাওথোকতুনা চিত্রাবু থঁরাথ হক্চাং শ্লাওনা চুংশিজ্জে, লোয়মনা পাথজে। নক্কবনা তেংউনা ত্রিমা-তোংনবনা হেন্না থেংইরাংই অক্কবু, ওদি কাওবদি করিম্ন থাববা ওমদনা লৈরম্নি।

প্রিয়ানন্দ হৌজিক হৌজিক মতিক চারবা, অপাগী ফিরেপ চানা লৈগা ওম্রবা মীওইনি। মতাংসিদা পুক্সিগী চুংথাইবা অমদি পুক্সিগী অর্থ থওনা লৈবা শু.রবা মতম্নি। মাগীদমক অহনশিংনা অকবা চুপী কয়া হাররুরে অস্থবু মাদা য়াবা লৈতে। ওইরোইদবা মত মওংতুনা চিত্রাদা মাগী পুক্সিং লুপ্নি।

প্রশান্তা অমদি পার্বতিমা চিত্রাবু মঙোন্দা পীনিই। মন্দ হিরম খুদিংদা থোইদোক হেন্দোক্না মতিক চারবা মীনি। অকববু পাথদবা থনাম্ন লৈবা নত্তে। খুগসিদদি চুংশিবসীদমক কথোকপদি চান্নদা অমত্তনি। নক্তমসিগী মীশিংনা অথোই অহেত্তবু পামম্নে। মশিংগী মঙুংদা প্রশান্তমু, মচানুপাবু অকথা মতিক চাবা মীওইদা থাজনিংই। চিত্রাগী য়াথলি থমুদে। চিত্রামন থওবং মতম খুদিং প্রশান্তগা, পার্বতিগনা মন্নবু থাগথলি, মাগী থমদা ওয়না লৌরী

শাই। অদুবু অরাবদি মতম খুদিং মাগী ফনবতা খল্লবী মপোমচা অ মদি মাবু নুনা ভোজবা তুংশিজরবা মবুং প্রশান্তগী নীংবা থুংহন-বদি চিত্রানা ওয়োইদৌরি। করি উপায়দি লৈরি, মাগী থম্মোয়মদা লেপখিবা রাখলগী ফিরেপ অদুদি হোংবা লৈত্রি। পুন্সিগী নীংবা কায়খিবা খোঙকম অসিনা মাবু আশা লৈহন্দ্রে। মাগী থৌওং অসিনা কয়াদা চাওনা তাক্লি, অশেংবা তুংশিবগী মশক!

নন্দনা খল্লি নোংমদি শোইনা চিত্রানা মাবু তুংশিবীরকনি হায়না। মফমসিদা লৈরকঙৈগী চিত্রাগী ভমখিরবা রাখলগী লায়না অদু থরদি ফরে। পার্ব্বতিনা খল্লি, চিত্রাবু প্রিয়ানন্দদা লুহোং-বিরগা মফম অসিদা লুম থম্লগে হায়না। প্রশান্তনু মথন্তনি, চিত্রা লৈবনা মমা-মচাগী পোখাকম ওইরিবনি। মরক মরক্তা চিত্রানা ফাগী ভোবদা মথোয় অনীনা পুক্লি পায়দুনা নোকই। চিত্রা য়া কয়া ঙাংগদে অদুবু ফাগীকা ভোরক্লবদি য়াম্না নোক্লিংই, ঙাংবা শকপঙ্ক য়াম্না রাশি চেন্নি। মানা ঙাংথোরকপদা মীনা ইতাদা তানিংই, ইনুংদা তুংশি। অদুবু বীরেন্দ্রগী মফমদদি পুন্নমক তা-য়োম্নবগুম থোকপ্রমাল্লে। মতম অম্মুক কুইবসে নোংমতা কাওবা নীংশিংলকখিদ্রে।

বীরেন লম লাপ্না থবক ভোবনা চৎথোক-চৎশিন য়ায় হায়দুনা কাটরদা লৈদ্রে। মশানা থোং-থাকুনা চাজে। শয়াদা মমান্নবী-শিংনা লরে; চাক থয়া থোংবিরুচো হায়না। বীরেনগী মভৌদা শয়ানমু তুংশিজে। পুম্না থবক ভৌমিন্নবগী হৌনবা মথোয় অনীগী মন্নিন্নু নোংম-নোংমগী ময়া চেৎশিন্নকই। বীরেনথোয়গী ইমুংনা

শয়াখোয়গী ইমুংগী য়ুম্বাল কৈবাল চপ-চানা খঙই। বীরেনগী মচনশিং ভোয়না শয়াখোয়দা চৎলি, চিত্রানা মখোয়বু গুংশিজৈ হায়বদি মখোয়সু খঙই। অদুবু চমলবী লায়রবী চিত্রাবু মখোয়গী ইমুংগী মৌ ওইনিংদে। করিগীনো মীওইবনা অহেনবা অসুকয়াম পামলিবা, মশাগী অশোয়বদি মমিৎ তাংশিন্নে। মখোয়না ভৌরিবা খুদিংমক চিত্রাসু খঙই। মানা কনাদসু য়ারোদে, মথন্তগী পুন্সিবু নিন্দা ভৌবা নত্তনা।

শয়ানা বীরেনবু চিত্রাগী মরিদা চীংনৈ। অদুবু বীরেন্না শয়াদা চীংনদনবা চিত্রাবু ওহে্‌কপা মওংদা হুন্দুনা ডাংই। মযুমদা হল-ক্লবা মতমদা অমুক গুংঙাইরক্লবা য়াওই, মদু শয়াবু লৌরবকান্দা চমখোকনি থল্লি। চিত্রাবু গুংশিরকপা মতাং য়াওই, মদুনা মাগী খম্নোয়বু লাকশিনবদি ঙমদে। চিত্রানা মাবু গুংশি হায়বসু খঙই। অদুবু খঙদুনবু কৈদৌনি শয়াগী লীচিংনা কনখিবনা পুন্নমক অরেম-নি। উন্নখিবসু কুইরে, বীরেন্না চিত্রাবু পুমকাও কাওথ্রে হায়বা য়ারে। মাসু কাটরদা লৈরে, চিত্রাসু মোইরাংদা লৈথ্রে। চিত্রাগী মফমদদি নক্লবসু, লাপ্লবসু আন্ধানি।

ঙসিদি চিত্রাবলি য়াম্না রাখল গুংঙাইবগী মওং মাল্লি, প্রশান্তগী ঈশৈ ভৌফমকা অদুদা মে.রা অমদা কন্নদুনা ঈশৈ শংদুনা লৈ। টৈবল মথক্তা খিল্লিবা ফোটো অনীদুদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংই। নন্দগী ফ্রেম চনব্ব ফোটোগু লৌদুনা অমুক য়েংই, ফোটো অদুনসু নোকখি নোকখি শৌরদুনা মঙোন্দা য়েংলি। মাসু মীৎ কুপ্তুনা নন্দগী অশেংবা মশক ভাক্লবা মমি অদুদা য়েংলি। ওহোক্লসু মান্নৈ

বীরেন্দ্রগী শক্তমগা। মীৎকুপ অচুদা মনবু বীরেন্নি হায়না খল্লুই, নীংশিংলকই অচুৱৈগী রারী, নীংগুমদবগী মৈশা কয়া ফাওরকই থম্মোয়দা, মীৎস্না অনীদগী পিরাং শিস্থরকই। পিরাং মরিকশিং অচুনা মিংশেল মথক্তুদা পোপ, পোপ তারকই। ওম্মোরুস্থ মাল্লবে, করিগুম্বা ফোটো অমি বীরেন্দ্রনা উবা তারবদি মথন্তা ঙকচনি। মাগী ফোটোগা খম্নীনবদা মশানা মশাবু মশক খঙলোই। চিত্রানা ফোটো অচু বীরেন্নি হায়না অশুম্না শোন্দোকখি,

—করিগুম্না নঙনা নরোল থোক্লম্লবদি ঐনা কয়াদা মুংঙাইগদবা, নঙনা লোম্মোক্তবা ওইবনা ঐনা কয়াদা রারবা।

ওসাইমথৈ প্রেয়ানন্দা চিত্রাগী মতৌ য়েংচুনা চঙশিনবস্থ ইকায় হন্দোক্লপস্থ য়াদা লৈরম্বনি। চিত্রাগী থাজত্রবা মতৌদা ঙকচানখি। কনা কুইনা লৈরবা তুংদা, চিত্রা মমার লৈথোরকই। নন্দনা হায়রপ ইকায়বগী মওংদা লেপচুনা লৈরম্বা উবদা চিত্রা ইকায়বনা থাঙকম খঙদে। মথন্তা খল্লি, ওসিগীসিবু করি মতৌনো, মঙলা তাইবংলা? নন্দদা হায়ফেৎ য়েংলকই, নন্দনস্থ য়েংলকই, মীৎচায়ে। কৌনবদি ওয়দে, 'অঙকপনি মীওইবা নহাল মথেদি ইচম ইম্না দ্রো, দ্রা কৌনা ঙাংদবনি'। ওসিদি কয়াদা ইকায়নরিবা, নন্দনা ইকায়না হায়রকই,

—নথোয় তামো লৈব্রা?

— লৈতে, ইমাগা ইম্ফাল চৎখি, শোমদা লেংশিনখীরকউ।

( তপ্পা সোক্না অমম্বা কমথৈ। নন্দগা চিত্রাগা হন্দক্তি থরস্থ ইকায়নরবনি। নন্দগী মমানা পার্ব্বতিদা চিত্রাবু মমৌ ওইরগে

হায়না, মখোয় অনী তাই-শেন ওইনসি, তুং ফাওবা কায়নদবা হায়নপ্ৰবনি, মরম অসিনা নন্দা চিত্ৰাখোয়দা তোয়না লাকথিত্ৰবনি ইকায়হনা )

নন্দনা ৱারী হৌরকই,

—ঐশু য়ুমদা তশব থিনবা চৎলুবনি।

( মখা তানা তাংবা তমদে, তুমিন্না লৈব্রে। চিত্রানা নন্দগী মনাক্তগী পোৎতু য়েংই ) অহুগা হায়রকই,

—তামো পুরক্লিবহুবু করিনো ?

—নওনা পামগত্রা খওদে নওগীদমক লকজরি বোক্স অমথক লৈরকপনি।

( চিত্রাদা পি, চিত্রা মোমোন নোক্লা লৌরহনা )

—তামোনা ঐগীদমক লৈবিরকপবু করিগী পাক্লোইদৌরিবনো ?

—সে, সিনা কাশ্মীরগী ফুল গন্নানি।

—অস, তামো শেল য়াম্না তিংলম্লনিবো।

—তিংদেদা, নওগীদমক ঐনা সিথক্তং লৈরকপবু করিগী অহুন্না হায়রিবনো ?

—মসিগী গন্নাসিদি ওস্থোক্লা কজপ্রেদা উনা শাবা ওইরমাক্লে, কয়া কজনা হক্তুনা শারিবনো। তামো কশ্মীরমখো।

( চিত্রানা সেম, অঙ্গুর অমদি বিসকুট পুখোরক্তুনা চামিন্নৈ। প্রিয়ানন্দদি ইচা চাদে )

—তামো চাত্রবদি কৈদৌরে ?

—তসিদি করিমত্তা চানিংদে, হরাও হুংওাইমল্লবদি পি তাই

হায়বহনি, ঙসিদি ঐগী ৱাখলসে কদোমদগীনো খঙদে, য়ামা হরাও থুংঙাইবা অমা ফাওই। পুলিদা ত · বা কংলরোইদবা মমল য়াম্নবা পোৎশক অমা ফংবদগীসু হেন্না হরাওই। মসিদা লুপশিনখিবনা করিমত্তা চানিংবা পোক্তে।

( নন্দগী ৱাহৈহু তারুবদগী চিত্রা মথন্তা ইকায়জবগী মওংদা মমাম্ন অহু লুকথহনা লৈপ্রে। ঙাইহাক্তি কা অহু ইচিক-চিকই )

নন্দনা ঙাইহাক লৈরগা অম্মা হায়ম্নকই,

—নখোয় তামোগা, ইমাগদি ঙসি অহুম লাকদবা নত্রা ?

—হোয়, হল্লকনি।

—অহুদি ঐ অমুক হনগ্রগে।

—ফনি য়োবিরো।

নন্দ চৎখ্রে। চিত্রানা থোঙজিন ময়াদা লেপতুনা য়েংহৌই, নন্দনা মাগী মীৎয়েংগী ৱাংমা লাম্না চৎথ্রবদা তপ্না মমায় লৈশিল্লকই। ঙাইহাক্তুং অসিদা চিত্রা অশেংবা মথুমহু থুংশিরকই। মোরা অমদা তপ্না ফম্লগা মথাদাং মেৎলহনা তুমিম্না ফম্রি। য়ুম্নদা চৎলসিরা হাম্ননা থল্লি, হয়েংমক তামোবু থিলহৎসিরা। অহৌবু য়ুম য়োরগা নক্লবনিনা পুম্নমক তাগদবা, উগদবহু থল্লুবদা অমুকম্মু চৎনিংদে। অম্মুক থুংঙাই-য়াইফনা অরাবা খঙদনা মনীং তম্না লৈরক্লবনি। অত্থবু মাগী থম্মোয়দা হকখিবা মুৎঙমত্রবা দাক অহুদি মমি শাম-খিবা লৈতে।

পুন্সিদা অরাবগী লাম্হেং কয়া মায়োক্লরবা অমদি হম্না হম্না অরাবা তারবা, অরাবা মশক খঙলবতদা পুন্সিবু মশক ফজহল্লি। মপুক্লিংদা

শ্বাল্লি ঐগী পুন্সিগী অর্থ করিনো, মসিগী পুন্সি-মরেল অসিবু পুন্সি পোলোই কাওবা অমুম্না লেনবা ঙমখিগদ্রা ? অদুবু মতম খরদি ছিংখিবা তাই, মাগী য়াইফবত্তবু ঈশ্বরদগী নীজদুনা। মীৎকুপ অসিদা নন্দবু নুংশিরগই, শক মান্নবগী নুংশিবত্তা নত্তুনা মরক-মরক্তা চিত্রানা নন্দবু নুংশিরকপা য়াওই, মাগী ইকায থিগনবা অমদি পুক-চেল শেংবা মত্তোনা। অদুবু মত্তোন্দা তুং কোইনা নুংশিবদি ঙমখিদে। নাম্থোকএবা ঙা চাওই হায়বশুম, কায়নপ্রবা নুংশিবগী মগুণ চাওই, খুংনবদগীসু হেন্না কল্লকই। চিত্রা রাখল খন্দুনা অমুম ফমলি। নুমিৎ অমুম-চমুম থেংজিল্লকই, নুংশা থিবসু শুম হেনগৎলকই, করি করম্বা খুদোং চাবা লৈরবনো হায়না মিপাইবা পোক্কই।

করিগুম্বা তামোগা, ইন্দোমচাগনা ঙসি হল্লক্কবা থোক্লবদি কনাদা অহিংসিনা কনাগা লৈমিন্নগনি ? প্রিয়ানন্দদা হায়জরুগদ-বসু ইকায়, করম্না হ য়রুগনি, মহাক পাথংনি। ঐহাকসু লৈশাবীনি, করিসু থোক্লদবা লমলানবনি। ঐখোয়না ইচম চমজরবসু কনাগুম্বগী মীৎয়েংদা লাম্না লোগনি। ঙসুম থেংজিল্লকপসিদা চিত্রা য়াম্না নুংশা থিরক্লে। নুমিৎসু মথুন চঙখ্রে। মগুল মগুল খল্লি, লৈকাই-দিনা মাগী অশেংবা মরম ওইরমলবদি করিসু কিনিঙাই লৈতবনি, মুক্লসা-মুমদোম্পোক ওইবনে নরা তিন্নবী মমান্নবী অমত্তুসু লৈত্তে। লৈরবসু মীগী মচা লৈশাব বু কন না থারকনি। অমুকসু খল্লি করম্বা খুদোং চাদবা থোক্লবা জাংনো ? ইথত্তা লৈহৌই হায়বা মখোয়সু খঙলিবনি। পূম্নম মতম লবদা চিত্রাবলি উপাই লৈত্তদুনা নন্দদা

হায়হৌদনা করনি খল্লে, মখোয় লাক্তি ফাওবা মথন্তা লৈবা হুংঙাই-ভহুনা থোঙ অহু ভাশিল্লগা থোরক্লে। চিত্রাবলি চৎপোই চেনবোই তৌহুনা লাকপনা নন্দগী মনাক য়ৌরে। নন্দ আরাম চৌকি অমদা ফমলহুনা লৈরম্মী। মী লাকপগী শহুম কংবদা লৈহুনা য়েংলকই, চিত্রানা থোঙজিল ময়াদা লেপতুনা লৈরম্বা উবদা য়াম্না ওক্না,

— চিত্রাবলি নত্রা ?

( চিত্রানা য়াম্না ইকায়না )

—মানি ভামো।

— করি তৌরে অমম্বসিদা নথন্তা লাক্লিবদি, নখোয় ভামোখোয় লাক্তরত্রা ?

—হোয় লাক্তরে, ইথন্তা লৈবা হুংঙাইভহুনা ভামোবু কৌবা লাব-চবনি, মখোয় লাক্তি ফাওবা ঙাইহাক্তা লৈমিল্লসি হায়দুনা।

— করম্বা খুদোং চাদবা লৈরবজাৎনো ? নঙ নথন্তা লৈ়ংতৌই হায়-বদি মখোয়স্তু খঙলিবনি।

—খঙদে ঐস্তু খল্লম্লিবনি, করিগুম্বা হৃক্তব ভারবদি তামো ঐখোয়দা ওসিদি লেকপিবা তারি।

প্রিয়ানন্দনা চিত্রাদা য়েংলকই অহুগা হায়রকই,

—লাকপস্তু য়াইদা, করে চংলসি।

নন্দ থোঙ অহু শো লোল্লগা মখোয় অনী লাকমিল্লরে। প্রিয়ানন্দ মখুৎ য়েত্তা য়োংকী মরূ পানবা চৈ অমা পায়, ওইদা তোর্সলাইট অমা পায়হুনা লাক্লে। অমত্তা ভাংনদে তুমিন-তুমিন লাকই, চিত্রানা মাঙ থাই।

অসোমদস্মু পার্ব্বতি অমদি প্রশান্তনা নুংশা থিবনা লৈবা ঙংত্রে, করি থোক্লমগবা খনবদা। পার্ব্বতিদি পাখৎতুনা কপ্পবনি ইচা লৈশাবীতুবু মথন্তা করম্না কনাগা লৈরমগনি। কনাস্মু খঙনবা লৈবস্মু নত্তে, লমহুগী মীশিংনা ফত্তবনে, খন্নু খম্নুরগা লৈকম খঙত্রে। প্রশান্তস্মু না অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না লৈ। মখোয়না ঙসাই লাক-পদগী চিত্রাখোয়দা চঙলুবদা মতম থেংদোকখিবনি। চহি অমগী মনুংদা নোংম-ফাদোক্তা লাকপনা পাক হেক হনবা য়াদহুনা রারী রাতাই শাহুনা ঙাইহাক লৈথোক্লে, খাইরম্বন্দগী পোৎ খরা লৈরি-বৈংদা মতম খরস্মু হাংখ্রে। য়ুমদা চৎলসি হায়হুনা গারি খৌরকপদা পুঙ মরি তাখ্রে। লম্বীদা গারি য়াদহুনা ঙাইহাকস্মু অমুক পল্লে। য়াদ- য়াদা লাকপনা নম্বোল বাজার য়োরমদাইদা গারী অহু থোবা শুকয়া য়াত্রে। গারি অতৈস্মু লোইখিহুনা মখোয় অনিস্মু লেকফম, চাকম লৈতবগী য়াবনে, য়ুমগী থর্নবদা রাবনে, নম্বোল কৈথেল্লোমদা খোঙনা লাকমিন্নরে। লাইবক ফহুনা প্রশান্তগা নুনা তিন্নরকপা মমান্নবা অমা থেংনহুনা মখোয়দা লেকথ্রো হায়হুনা চঙলক্লে, পার্ব্ব-তিদি লৈকম খঙদে চিত্রাগীদমক খনবদা।

প্রশান্তা হন্নক্তরে হায়বসি মখোয়গী মমাঙদা লৈবা মুহেন্না খঙই, মাদি ঙসাই অমুক্তগী কুপশেন শেম্নহুনা লৈরবনি, মুহেন্না চিত্রাবু পামই। মুহেন মী ফত্তবা হুরান চিস্থিদা লৈকাইসিদা মমিং চৎলবা নিপানি। মশক অহু হেক য়েংবদা কিবা পোকই, কুচুস্মু সিনি হায়নিংঙাই লৈত্তনা মুই, মশম অহু থোইতক তৌরদনা অরাইদা চপ-চানা য়ুংনা হোই, মমীৎ অহু ইলাও লাঙনা চোংথোকুনা পান্নি,

চৌঞ্রবা য়ামাঙগী ময়া অমত্থু মীনা থু দব পিখিহনা ইহো হোনা লৈ। মাগী মশাদা লোৎখপা য়াবা মচেৎ ভ মত্তা য়াওদে। মহাক অসে করম্বা মীদুংশি খঙদবা ঈশ্বরনা য়েংশিনহৌত্রবা, করম্বা পুংকর্মদা পোকখিবনো খঙদে।

চিত্রানা নন্দবু কৌবা চংখিবসে মহাক উহৌদে। মতম অহুদা মহাক মমান্নবা অমা কৌবা চংলুই। মাগী রাখন্দা চিত্রাবলি ইমুংদা লৈ হায়না খল্লি চিত্রাগী তুমফম কাদা চঙহুনা কাচিল অমদা তুমিন্না লৈশিন্দুনা লৈরে। মমান্নবা অমহুনা প্রশান্তগী য়োংকী টেজরি অহুগী শো থিরম্মী। থিবা খঙদ্রহুনা করম্না ফক্কায়গদগে হায়না রাখল তৌরি। মখোম্ন অনীমক মশা অহু নেশানা হাইরং-তুরংই।

মতম অহুদা প্রিয়ানন্দগা চিত্রাগা প্রশান্ত খায়গী য়ুম য়ৌরক্লে। অহুগা প্রিয়ানন্দনা চঙলক্কুনা প্রশান্তগী ফমুংদা ফম্লি হুমিৎ অহু মৈন্দু লাক্কে টেবল লেম্প অমা থ ম্লি। চিত্রানা চাকশঙদা চঙহুনা মৈ থাগৎতুনা চাক থোংগদবগী হোৎনরি। নন্দনা হুপা অনীহুনা তৌরিবহুগী মখোল হায়ফেৎ তাই অহুবু চিত্রা ওইরবোই নীংহুনা তুমিন্না লৈ। চিত্রাগী কাদা লৈরিবা মুহেন্না কা অহুগী মন্নুংদা কোয়চৎ চংতুনা লৈনা য়েংই, অমুক চঙশিল্লক্কুনা কমুং অহুদা ফম্মী, মৈখেৎ খেৎতুনা মৈ চুখৎলি। ফক্লাংদা থেংলিবা লাইশিংত্তদা অমুক য়েংই, চিত্রাগী ফোটো অহুদা অমুক য়েংই, হুংঙাইবা র.খল ভাক্তা খল্লি।

চিত্রা মৈ থাগৎলম্নগা কা অহু মৈ চুখৎকদবগী লাকই। মী ল্যাকপগী শহুম ফংবদা হুপা অমহুনা মরুম অমদা লৈশিল্লি, মানা-

চঙ্গলকপদা শো পিয়ু হায়গে খল্লি। চিত্রা মাগী কা অত্থু মৈ ঙাল্ল-স্বত্থুদা ঙকই, মপুক্লিংদা খল্লি কা থংনবসিদা নন্দনা চুখৎপিবা ওইর-মাল্লে হায়না। চিত্রানা কা অত্থুদা খোঙ থাংজিল্লগে হ.য়না পর্দার অত্থু হায়দোকল্লুবদা নুপা অমা ফম্লস্বত্থু উবদা খোঙথাং চপ লেপ্পি. অকি তুজুংবা ফাওই।

মী লাকপগী শত্থুম ফংবদা নুপাত্থুনা লৈনা য়েংলকই, চিত্রাবু উবদা ময়া অহোবত্থু হিগৎলত্থুনা নোক্লকই। মাবু উবদা চিত্রাবলি খায় লাওই, খঙহৌদনা ইমা হায়না লাওরকই। নন্দনা পাখৎনা চৈ অত্থু তাপ পায়ত্থুনা চেল্লকই, তোসলাইট অত্থু কাপ্লকই। নুপাত্থুবু উবদা,

—নহাক মফমসিদা করি তৌরম্লিবনো?

—নহাক্তি?

( নন্দনা অশাওবগী মীৎয়েং অমগা লোয়নননা )

—নথরায় মাঙনিংস্রবদি খুনা চৎঞ্জো।

(চিত্রানা নন্দগী মতুংদা কিনা লেপ্পি )

নুপাত্থুনা থাঙ শৎলগা, মুক্রত্থুনা চঙশিল্লকই। নন্দস্থু মীৎকুপ নাত্থুম শিংনা লেপ্পি. অশাওবনা লাহৎখিত্থুনা নন্দনা মখুত্তগী খুৎলায় অত্থুনা মুহেনগী মকোক তম্না হাইথরকই, মর.ইবক ফত্থুনা মকোক্তদি পালহৌত্রে য়েথংবা লেংজুমদা পাল্লে। নামনখিত্থুনা মখুত্তগী থাঙ অত্থু লৈমায়দা তাপ্রে। নুপা অমত্থুনা তুংলোমদগী চোংশিল্লত্থুনা নন্দবু নমথুরে, ফনা কুইনা লাক্ল-ফানরে। চিত্রা চেনশিনখিত্থুনা প্রশান্তগী লুখুমদা ঙারিবা হে কি ষ্টিক অত্থু পায়ত্থুনা নুপা অত্থুগী

মকোক্তা থাররে, হক্তিন-হক্তিন খাবনা তুপাহু শাখিনা শোক্তুনা চেনখ্রে। মুহেন মথক্তা ময়ম্লাই ওইনা লৈহৌরে। চিত্রাবলি নন্দবু শোকনি হায়না য়ারম্বহ, নন্দনা লাকচরবহুদদি মাম্বু য়াওনা মখোয় অনী চঙজুনা ফুরে। চৈনা খাঙবা ঙমক্রহুনা মুহেন হাইরং তুরং চেনখ্রে নন্দনা অখায় ফাওবা তায়রুরগা, চক্তকুম্ন থোঙ অহু লোনশিন্লে। মাম্বু মখোয়গা লাক্ল-ফানবদা থোঙজিন্দা য়েংশিন-হুনা মরাইবক অহু খরা শোক্লে। য়েংথংবা খুদাং অহুম্বু ময়ানা চিক্লম্বগী য়াখুল অহুদা ঈনা পুমঙাং ঙাংলে, খুদম্বু খয়া তংলে।

চিত্রানা হায়রকই,

—তামো কদায়-কদায় শোক্লে ?

—থোইনা শোক্কেদ্রা।

(লাইবক্তী ঈহু উবদা চিত্রানা পাখন্না)

—ইস ! ওহ্নোক্লা থীনা শোক্লে কমদৌনি, তামো সিদা তপ্না ফম্বীয়ু।

—য়ারনিদা থীনা শোকপা নত্তে হুংশা থিরুগনু।

( নন্দ ফম্মী, চিত্রানা অশোকপা মফমশিংহু ফি অমোনবা অমনা পায়হুনা নপথোকই অহুগা য়াখুল অহুদা য়েংলগা )

—ইস ! ওহ্নোক্লা থিনম্ম চিক্লমখ্রেদা হু কারনিদো।

অসি হায়হুনা লশিংদা হিদাক হৈহনা হাপ্লি অহুগা তামো অমুক্তা হিপথবিয়ু হায়রহুনা নন্দবু হিপহল্লা লাইবক্তী অশোকপহু হিদাক হাপ্লগা বেগেজ অহু য়েংশিনবী। প্রিয়ানন্দ মীৎকুপ অহুদা অশোকপগী থৈম্ম অহু কাওখিগুম্মী, তাইবংপানবমী

ফজবা-মুংঙাইবা পুন্নমক মকম তমিদা লোৎতুনা মৈরঘগুম্মী। চিত্রাগী মায়খোংদা হঙ্গৎবা য়েংলকই, চিত্রনম্মু মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই,

—ঐগী ইরমগীদমক ঙামোনা অসিগুম্নবা দসা অসি তাম্লিবনি।

নন্দনা চিত্রাদা য়েংলগা তপ্না হায়রকই,

—অতুগীদমক অহুক লুনা খল্লিবা কবিগীনো? মীওইবা খুদিংমক মতেং পা নগদবনি, মতেং পাংনত্রবদি করম্না হিংবা ঙম্নমগনি, নঙোন্দগী ঐনা মতেং লৌবা মতমম্মু লাকখিগনি।

( চিত্রানা মপুক্লিং মুংশিনা প্রিয়ানন্দদা য়েংলি, মীৎলুদা পিরাং ঈরা হৌরম্বুনা )

নন্দনম্মু চিত্র দা মুংশিনা যেংলগা হাযবকই,

—লমসিগী মী ওন্থোক্লা কত্তে, মুহেন হায়বা মুপাদো ঐনদি ইচম চম্না অহুমক খল্লি। অহুবু মাগী রাঙাং-শাঙাং অমদি মীৎয়েং ঐ ওন্থোক্লা হৈনদে। মানা ঐবু মুংঙাইতবগী মওং অমা ইত্তৌদা তৌই, মসি কবিগীনো খঙদে।

নন্দগী রাহৈত্তুদা চিত্রানা হায়রকই,

—মী ফত্তবা হায়বসিদি মতম পুম্না ফত্তবা রাখন্দা খল্লি, ঙামোবু মানা কল্লতুনা তৌরিবনি। ঙসি থোকখিবা দসা অসিদগী ঙামোনা ঐগী পুক্লিবু কনবীরে, মতম পুম্বদা ঙাম্মোগী লমন তোম্লবীনি, করম্না মতমদবু শিংবা ঙমগদৌরিবনো খঙদে।

—করিগী লমম্নো অহুম্না ফত্তবা রাখল খনগদ্রু ঐনা রুঙগীদমক

মসিমখক পাওথোকপা ওমলিবসে ঐগী কয়াদা দুংওাইরবা। ফরে খল্লুরগনু চাক্তুম থোংনবা তৌরুরো।

—ইথস্তা চাকশঙদা থোংবদি কি, ষ্টোপ পুরক্লগা সিদা থোংগে।

( চিত্রা চঙখিগে তৌই )

—চাকশঙদা অঙুম থোংঙু কিরগা ঐ ঙাইবিগে।

—য়ানিদা তামো শুম পোথাবীয়ু।

( প্রিয়ানন্দনা য়াদবদগী চিত্রা চাকশঙদা চাক থোংলি। নন্দনা মোরা অমদা ফম্লহনা চিত্রানা চাক থোংবা ঙাইরি )

—করি য়েঙ্গাং চাসিগে তামো ?

—অমা হেক্তা য়াইদা নঙনা চানিংবা খল্লগা থোংঙু। ইরোনবতম চাসিরা ? কুইহরেদা চাদবা, য়ুমদা লৈরিঙৈদা ইমাদা ইরোনবা হাপ্লকই হায়রহনা শাওখিবহ, হৌজিক্তি অথোংবা চামন্দুনা ক্ষিরে।

—য়াইনে, তামোনবু চানিংলবদি পিজরগা লোইরে।

( চিত্রানা ইরোনবা ঙাক্তা চারবদি পুক থনবা ঙম্লোই অমদি করি থোংশিগে খল্লি। ঈশাইফুদা য়োক্লিবা ঙাক্রাহু অচৌবা অনীথক ফারগা ফজনা তাওথোক্লগা থোংলে। চাক লোইরহনা পুথম অমমমৃদা থিরে। নন্দমা চাকলুক মপান্দা ফমহনা চাক চাবা হৌব্রে ) চিত্রাদা,

—নঙনু চামিন্নরসিদনা ?

( মথোর অনি চানিন্নয়ে, চাবা-থকপা লোইরহনা লম-তু লোই-শিন্নগা মথোর অনী প্রশান্তগী ভূম্বম কাদা লাকমিন্নয়ে। ফনা

কুইনা য়াম্না শাতুনা কয়ে, চিত্রাবশি তুম্মিংবনা মমীৎ অহু ইভাং ভাংলে, হকামস্থ তোয়না চল্লক্লে, ফনা থেংশিল্লক্লে তুম্বা চগুবস্থ ইকায়, কম্বস্থ ভমসিল্লক্তে )

মাগী মতোদা প্রিয়ানন্দনা,

—তুমলুরোদনা ফনা থেভক্লে।

( চিত্রানা ইকায়না খুমলকই )

—য়াইদ্দা তুম্মিংত্রিদা।

—চৎলো তুমলুরোবে, তুম্মিংত্রিদি হায়, মীৎতুদি ফনা তুকথনা উরে, নগুবু হংতিগী অম্বুক থেংলফাও তুমদব্রনে ? চৎলো-চৎলো হয়েং য়াহৌ থেঙনি।

( নন্দনা ফাগী ওইনা হায়রকপনি। চিত্রাবশি অমুক্তা হেম্না ইকায়, হায়ফেৎ নোক্লগা তপ্না হৌগৎলি )

তামোম্ব তুম্বীরে হায়রমলগা মাগী কাদা চগুতুনা কমুং ময়ায়দা লোংনা হিপথ্রে। প্রিয়ানন্দনা খলহৌই, মহাক্না ঐবু করাদা কজনা সেবা তৌরিবা, ঐম্বু ফনা থিনদি শোকপনি অদুবু মাগী সেবা অসিনা পেল্লে, ঈশাদা অনাবা কাওক্লে, মক্কে ঐগী পুক্নিদা খাইদগী মমল য়ামলবা মথেল অমনি। কমুংদা কাখৎতুনা হিপ্পগা অমুক য়াখল ভোই। ভাইহাক্তি করি-করিনো খন্না খল্লম্মী অদুবু কুইনা খনবদি ভমখিত্রে। নিত্রা লাইরেম্বীনা মখোয় অনীমকপু ভমম্রে।

মথংগী অমুক্তা চিত্রা থেংনা তুম্বনা মিকপ থোক্তুনা ফনা থেংলফাও হৌগত্তরে। প্রিয়ানন্দ হৌগৎতুনা মায়-মিৎ শেংজোকপা লোইরতুনা সোক্না অমদা কমলগা ভর্নেল অমা য়েংলি। চিত্রাবু

হৌদোকলিরা থল্লি অহুবু থেঙনা তুম্বনি থন্দুনা হৌদোকপিত্রে। ফনা য়াম্না থেঙজিল্লক্লে, হৌদোকপিরম্লগা চৎলগে থন্দুনা চিত্রাবু হৌদোক্লে। চিত্রা হুংঙাইরবা মত্ত অমা মঙলম্বদগী নম্দনা হৌদো-রকপত্বদা মত্ত কায়রত্বমা হৌগৎলক্লে, ইকায়বোই করিবোই।

—তামো কয়াম কুইবীরে হৌগৎপিবা ?

—কুইত্রিদা, কিররোইদনা অমুক চৎপ্রগে ?

( চিত্রানা মোমোন নোল্লত্বমা )

—মঙ মঙত্বনা হুম তুমশিনবদগী থেংদোকপ্রে, ওস্থোক্লা ইকায়রে, ঙাইহাক্তা ফম্বিরমখো, ঐ মায়-মিৎ অমুক্তা শেংদোকচরুগে।

( ঙাইহাক লৈরগা চিত্রানা শঙ্গোম কপ অনিগা চানবগা পুত্বনা থোরকই। মনাক্তা লৈরম্বা মোরা অমদা ফল্লত্বমা মখোঃ অনী চাবা থকপা লোইরে। মতম অসিদা থোঙাল্লোমদা প্রশান্তগা পার্ব্বতিনা চঙলকই, চিত্রানা চেম্থোরক্তুনা পোৎ-চৈ পৈক্লে। প্রিয়ানন্দসু মপান্দা থোরক্তুনা হয়াও হুংঙাইবা ফোংদোকনে )

পার্ব্বতিনা,

— ইবুংঙো লৈরম্লিদনা, ঙরাং নম্বোলদা শারি য়াদত্বনা অহিং লেক-লক্লে, নচন মথক্তা লৈরমগনি থনবদা হুংশা থিবনা লৈবা ঙমদে।

প্রিয়ানন্দনা থোকপ্রিবা থৌদোক্তুগী মরিদা শুগাইনা লীত্বনা তাহল্লে। রারীশিং অহু তাবদগী প্রশান্ত শাওথনা মৈ হৌত্বনা থাম্মরাদনা মথক্তা থোকক্লে।

মুহেন মাপ্পী মমাঙ্গদা থরগী রারী শাত্বনা থোংনাং পাম্বী অমগী মথোঙদা ফমলি। অদোমনা হৌদোরকই, ঙরাংগী থৌদোক্তুগী মরিদা

প্রশান্ত লাক্লবদি খুদোং চারোইকো। মুহেন্না য়ামাঙগী ময়া অহো-বত্থ হিগৎলত্থনা হায়রকই,

—প্রশান্ত, প্রশান্ত মানা ঐখোয়দা করি তৌরগদৌরিবনো। মাগুম্বা অয়োকপা মচাবু কোক হেক হাত্তোক্লগা লোইরে। মাবু লৈকাই-সিগী নহারোলশিংনা অম্মুকয়াম কিমরিবসি করিগীনো? মা মঙাইরেনে খাইদা কাওরিবা ইম্ফাল মচা খরা ভিরেদনা, মাবু ঐখোয়না ফুবা, হাৎপা তৌবদা কনাননা লমন খুম্বিরকদৌরিবা। মচনুপী অসি প্রিয়ানন্দ হায়বসিদা পিগদবগী কন্না লাক্লরি। খাইদগী ফত্রিবদি প্রিয়ানন্দনি, মানি হান্না লোইশিনগদবা। অমনা অমুক হায়রকই,

—চিত্রা হায়বীশিম্মু মহা ওক্তবিনি করিম্মু খোক্লদবা পাখং অসিগা লৈমিন্নরদনা, ওক্তবীনি হায়না শন্দোকসিরা?

ঙসাইমখৈ খোংনাং মরুমদা মখোয়গী য়ারী তারম্বা প্রপান্ত অকোনবগী য়াহৈত্থদা তাবা ঙমলক্ত্থনা চোংশিন্দুনা ঙাংলিবা মুপা অত্থ মচিনবানগা পান্নবা কাওশিন্নকই, মচিন অত্থ কায়ত্থনা ঈনা পুক্লাং ঙাংই। মখোয় অহুমগা প্রশান্তগা কন্না ফুনরক্লে। প্রশান্তনা ফুবা নত্তনা মখোয়না করিম্মু তৌবা ঙমদে। মরমদি প্রশান্ত ফুনবদা য়ান্না হৈ-শিংই, মশা-মউ কৈ, মপাক্কল কল্লি, অত্থগীম্মু মখক্তা মানা ইম্ফালদা লাইরিক তমলিঙৈদা করাত্তি মুলদা ফুনবা তমলকই। মখোয় অহুম্মক শাথিনা শোক্লে, চেন্নসি হায়না ঈজিং শৌরৈ। চেন্নগে হায়না হেক লৈখোক্লকপদা, প্রিয়ানন্দনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌক্লবদগী মখোয় পুলিসনা ইকোয় কোয়শিন্নকলে। মত্থ উবা

মুংহন চেনগে তৌই, প্রশান্তনা লোংনা কাওনক্তুনা পুলিসকী মমাংদা পদ্রাক লাওনা তাই। পুলিসনা মখোয় অতুম্মক ভরাংগী থৌদোক অতগী মরিদা মরাল লৈরবা মীওই ভক্তেনি হায়দুনা ফাদুনা পুখ্রে।

প্রশান্ত অমদি প্রিয়ানন্দনা মখোয়বু মতিক চাবা চৈরাক পিনবস্তু হায়খ্রে। মখোয় অনি রারী শাদুনা, নোক-খেদুনা য়ুম-লেনদা হল্লক্রে।

---

# অরোইবা শরুক

তয়ুক অডনবনি, চিত্রা মাগী ক্রেগদবা মখৌ লোইরগা প্রশান্তনা থাবা লৈশিংত ঈশিং চাইরি। তন্দক মরকসি মাগী রাখল ইঙ্গুং মুংঙাইতে থদক তৌবদা ইহৈ-হৈনিংদে। অদুবু ভসি ময়ুমদা চৎতুনা কুইনা উনফবা মমান্নবী কয়া উনরগনি খনবদা মুংঙাইবা পোকই। বীরেন্দ্রগী অরা-মুংঙাইগী পাওস্তু তারকনি নীংই। অমুকস্তু খল্লি, ভসি চৎপসিদা লৈহৌসিরা হায়না, অদুবু মানা লৈহৌবা তারবদি পার্ব্বতিনা মুংঙাইরোইদবহু খনবদা অমুক লৈহৌ-নীংদে। পার্ব্বতিনা চিত্রাবু কয়াদা লুনা তৌবা, চিত্রাগী অপাম্বা খুদিংমক থুংহল্লি। অদুবু অস্তুক মুংঙাইবা পুন্সি অমদি মসিদগী হেন্না মুংঙাইরবা অনৌবা পুন্সি অমা লাক্রবস্তু চিত্রাগী থম্মোয়দা করিগুম্বা অরাংপা অমদি অতুমক লোয়নরগনি।

কনাগুম্বনা হায়নৈ, তুংশিন মীশক অদুনা থওইবীন্দ্রবদা মাগীদমক অস্তুম খন্দুনা ইশানা ইশাগী পুন্সিবু মাঙহনবা চুমদে,

মতুদগী অহেনবা থিগদবনি। অতুবু মসি পুম্বা চিত্রাদদি তায়োন্নবনি। মানা খল্লি, মতু করম্না ওইবা য়াগনি মতুদি অসেংবা সুংশিবা নত্তে, ভাইহাকী শাশিন্নবনি, অসেংবা সুংশিবদি তত্তুনা নীংশিংহল্লি মহাকপু। মাগী নীংশিংবা হৈবা থম্মোয়না তত্তুনা কপহল্লি। অতুবু হৌজিক্তি চিত্রা অপাম নিহোৌবগী রাখল পুম্বা থাদোক্লগে খল্লে।

লৈ ঈশিং চাইবা লোইরতুনা চিত্রাবলি বাথ রুমদা চঙতুনা ঈরু মায়থজতুনা চৎনবা থৌরাং লোইশিনবা হোরে। অয়ুক্কী পুং নিপাল্লোম তারে। প্রশান্তদি ভসাই সোরোক্লোমদা থোকখিবদগী হল্লকত্রি। চিত্রানা পঙলোইদা লোইসিল্লি। পার্ব্বতিনা চাক লোইরতুনা চিত্রাবু পিজরে। ভাইহাক লৈরগা প্রশান্তগা প্রিয়ানন্দগা লাক্লে, গারী মখোল তাবদ চিত্রানা মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংই, মখোয় অনি লাকপা উবদা হরাওই। প্রশান্তনা চিত্রাদা থুনা থৌরাং লোইশিন্নবা হায়রম্লগা মখোয় অনি চাকশঙদা চঙপ্লে, চাবা থকপা লোইরতুনা চৎনবা থোরক্লে। পার্ব্বতিনা মচাশিংদা মতম ফত্তবসিদা থেংনা হল্লক্তনবা শিন্নরি। মখোয় অহুম গারীদা কাখৎপ্লে, প্রশান্তনা কার অতু থৌতুনা ইম্ফাল সহর পাংলক্লি, সুম লাকপনা খঙহোদনা চিত্রাখোয়গী লৈকাই য়োরক্লে। চিত্রাবলি সুম অতু য়োরকপদা মাগী লৈরোল চনপ্রবা আশাবু অনৌবা মৈরী অমনা মৈচাক হাপ্লকপগুম তৌই। বীরেনখোয়গী থোঙ্গাল হেক য়োরকপদা চিত্রানা য়েংনিংবা অমগা লোয়ননা ভাইঙমদনা য়েংলকই। ইখোলতুগী উপাল-রাপাল কয়ানা মাবু য়েংতুনা লৈরি। বিজয়েন্তি

পুখ্রি মপান্দা ফি শুত্থনা লৈরম্মী। গারী অতুদা হায়ক্লেৎ য়েংলকই, চিত্রাস্থু মঙক থাঙৎতুনা য়েংই, মখোয় অনি মিৎচাগ্গৈ চিনবান্দা মোমোন নোক্লৈ। চিত্রাগী মতৌদা মন্দনা বিজয়েস্তিদা য়েংই। গারী অতু চিত্রাখোয়গী থোঙান্দা থাম্লে। মখোয় অহুম বুমথরক্লে। চিত্রানা থারম্বা হৈ-লৈশিংতুনা চিত্রাদা হরাও মোমোন নোক্না য়েং-বগুম উরি, মফম অতুগী দৃশ্য কয়াতু উরুরগা চিত্রাবলি মপূক্লিং ঙুংশিরকই।

মখোয় লাকপা উবদা সোরোনা হরাওনা চেস্থোরকই অতুগা,

— ইচা ময়াম লাক্লিদনা ?

প্রশান্তনা,

— হোয় লাকচরি ইমা।

( চিত্রানা মখোয়বু পুশিন্দুনা ফমহল্লম্লগা চা লোল্লি )

সোরোনা,

—নখোয় ময়াম্স কদায়দা চৎলুবনো, ইবেম্মবু থিল্লব্রি পরা, ইবুংঙো ?

—ইমা ঐখোয় পোৎ খরা লৈগদবা লৈত্থনা ল্যাকচবনি- মেম্মস্থু ময়ামবু উন্ননিংই হায়ত্থনা পুবিরকপনি।

—হায়রিবসিনদি ইবেম্মবু অমুক আদা পুবা তারিনে ? মা য়ুমকাসি ঙুংশিদ্রে, মন্দোমচাগী মনাক্তা স্থুম লৈরগে হায়রিবরা ?

—ইমানা মতম থরদি আদা লৈহন্নিঙলিয়ে ইমাহল।

—খঙদে ইবুংঙো মসিগী অঙাংসিনা তৌগদবসি, সিদস্থু মী য়ামদ-বনিনা মা লৈতবসি ঈচিক চিকই, মপাবুংনস্থু মাবুত্তা শোন্দুনা লৈরে। আদদি হরাও-হরাও লৈব্রা ?

—য়াম্না হয়াও—মুংঙাইনা লৈ ইমাহল, মেম্মা লৈবনা ইমাম্মু রাখল থরা পোথাজরিবনি।

— মানা হেক লৈনীংবতা লৈজসমু।

( ঙাইহাক লৈরগা চিত্রানা চা পুত্তনা চঙলকই, ময়ামদা অমমম য়েল্লি মাম্মু থকই )

—নখোয় অহুম ঙসিদি লেকখ্রো, হাওরবস্মু হাওত্রবস্মু চাক চারা অমা চামিন্নখিসি।

—হায়ংমুক লাকপদা চাজরগে ইমাহল, আদম্মু হায়রমদে ঙসিদি হনগ্রগে।

( সোরো মপি ঈরা চেল্লি )

— চিত্রাবলি নঙস্মু হনখিবা তারে ?

— হোয় ইমা, থরা লৈরগা লাক্লগে।

( চিত্রাবলি মমাগী মতোদা মুংঙাইত্তে )

—হৈ থরা হেকপিরুগে পবা তনত্রা ?

— হোয়নে, ইকাওবু কাওইনে থরা হেকপিরকউ ইমা।

( অসি হায়রম্নগা চিত্রা নলিনিখোয়দা চংখ্রে। সোরো প্রশান্তদা মুংথিল এইনা থরা থেংলপ্না ঈংনা চংলো হায়না খাম্লি। নম্দগা প্রশান্তগা চিত্রানা মহৌশা হিপ্লম্বা ফমুংতুদা কাখৎতুনা হিপত্রে ) চিত্রানা নলিনিগী মমাদা,

—নলিনি লৈত্রা ইমা ?

— হৈমা ! চিত্রা, নঙ লাক্লবোইরে, লৈবনি লৈবনি ইমুংদা চঙউ।

( চিত্রাগী মখোল তাবদা নলি চেম্থোরকই, ঙাইহাক য়ারী শামৈ )

চিত্রানা,

—তামে'দি কমদৌরি?

—কমদৌনি, নুংঙাইনা পাল্লি। নঙবু মোইরাংদা অমুক চংথিত্রা?

—হৌজিক চৎলগদবনি।

—করিগীনো অম্বুক থুনা, সিদা অহিং অমক্তাও লৈনিংত্রা? সিদদি ইনেনা নঙবুতা শোন্দুনা লৈরবনি।

—করিগী লৈনিংলোইদগে? থুরা লৈরগা লাক্লগনি।

—কনা কনা লাকপগে নঙবো?

—ঐখোয় অহুম লাকই, তামোগা ঐগা ইন্দিরাগী মবুং প্রিয়ানন্দদো আদা থবক ভাহুনা লৈয়ে, মাস্থ য়াওরকই। ঐখোয়দা চৎলুসি মখোয়না ঐবু ভাইরম্লগনি।

মখোয় অনি চিত্রাখোয়দা লাকমিন্নরে। নলিগা চিত্রাগা য়ারি শাহুনা কুইনা ফম্লে। নন্দগা প্রশান্তগদি নুংঙাইনা তুম্লি। ভাইহাক লৈরগা মখোয়স্থু হৌগংলক্তুনা চৎননবা তৌরে, নলিগা শোরোগনা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরকই, চিত্রানা মখোয় অনিবু নুংশিনা বিদায় পীরম্মী। কার অত্ত তপ্পা থৌবা হৌখ্রে। নলিগা শোরোগনা চংথ্রিবা গারীহুনা মিংয়েংগী রাংমা লান্দ্রিফাওবা য়েংহুনা লৈহৌই। স্থুম লাকপনা বাজার য়ৌরহুনা গারীদগী কুমংয়গা লৈগদবা পোৎ কয়া লৈরে, চিত্রাগীস্থু মানা পাম্বা সারী অমা লৈবীরে। প্রশান্তনা,

—মেম্মা, নঙগী করি করি রাংলি? নঙনা পাম্বা করি করিনো হায়রো।

—তামো, ঐখোয়গী সো বোস্নতো ইহাঙ হাঙই, দেকোরেসনগী

পোৎ খরা লৈখিসি।

— হোয়নে, করি করিনো লৈরুসি লাকওনে।

মংখোয় অহুম চঙতুনা দুকান অমদগী ফজ-ফজরবা তাজমহল অমদি গম্লা, ফুল গ্লাসং চিংবা কয়া লৈতুনা গারীদা হাপচিল্লে। চিত্রানা মাগী লৈগদবা পোৎ লোইরবদা গারীদা কাখৎল্লে। অম্মুম লাকপদা প্রশান্তনা মাগী মমান্নবা অমা থেংনতুনা ভাইহাক রারী শান্নতুনা লেপ্লি। প্রিয়ানন্দনা প্রশান্তা লাকপা ভাইবা ওইনা চিত্রাগী মনাক্তা লেপ্তুনা নঙগী করিমত্তা লৈররোইদ্রা হংলি। চিত্রানা নোকমি নোকমি তৌরতুনা লৈররোই হায়না খুম্মী।

চিত্রাখোয়না লৈরিবা অতুগী খিত্তং চংথাক্লগা বিরেনগা শংগা রারা শাতুনা লৈপ্লি, বিরেন্না চিত্রাবু উরকই কার মহুংদা লৈরিবী চিত্রাদা বিরেন্না মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি। প্রিয়ানন্দদা অমুক য়েংই। নন্দগা চিত্রাগা চুন্না রারী শাবতু বিরেন্না ওন্থোক্লা শাওনিংবা তুং-শিদবা পোকই। মমিৎ অতু শুক্তোক্তুনা য়েংলম্বদগী মমায় অতু লৈথোকখ্রে। ভাইহাক লৈরগা অমুক য়েংলকই, মাগী মিৎয়েংগা চিত্রাগা মিৎচানখি। চিত্রাবলি বিরেনবু উবদা শ্বায় লাওই। মমায় ঈচপমুক ভাংশিল্লি। শয়াবুম্মু উরকই, কুইনা য়েংবা ঙমদে। তুমিন্না লুকথতুনা লে। চিত্রাবলি অরাবগীরা হুংঙাইবগীরা খঙদে, লুরবী মিৎল্রা অনিদা পিরাং ঈরা হোই, বিরেন্দ্রগী অরা-হুংঙাইতববু খল্লবী মহাক্লা, বিরেনগী হুংঙাইরবা পুন্সি উরগা কারেগী মরোল থোক্তবা পিরাংনা ঈহৌরক্লিবা ? চিত্রাবলিনা ভাইহাক লৈরগা তপ্না মমায় হাইগৎতুনা অমুক য়েংলকই, অতুবু মফম অতুদা বিরেন্দ্রদি

লৈরমত্রে। প্রিয়ানন্দদি মাগী মতৌ য়েংতুনা লেপ্পখত্রু উবদা ইকাইবনা থাঙকম খঙদে। ঙাইহাক লৈরগা প্রশান্তা লাক্লুনা গারী অত্তু থোৌরক্লে। চিত্রা রাথল্লা উংখিত্তুনা চংলিবত্তু কদাইদনো হায়বা খঙদে, মমিৎ অত্তু অয়েংবা অমদা অগুম য়েংলি। বিরেন্না য়েংখিবা য়িংয়েং অত্তু নিংশীংলগা মপুক্লিংদা মিপাইবা পোকই। মাবু শেরান্নবা রাথল থল্লমগত্রা হায়না।

নন্দনসু চিত্রানা তৌখিবা মতৌত্তুবু করিগী ওইরিগবা হায়না মথন্তা খল্লি। মখোয় অহনগী মনুংদা ইচম চম্না চংলিবদি প্রশান্তা মথন্তনি। মাদি চংলিবা লম্বী অত্তদা চুমত্রিং য়েংতুনা গারী অত্তু থোৌরি। প্রশান্তা য়াম্না চম্মী, মাগী রাথল মী অইগী থক মান্নদে। মানা ফনা হুংশিদবা মী ওইতুনসু মীত্তুগী শাওনবা হুং-ঙাইতনবা রা থক হায়দে। অহল লমন মশক খঙনা চৎলি, মাবু হুংশিদবা মী ভাঙগনি। মাগী রাথলদা চিত্রানা রা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না ইস্তুক সুকথরিবসি করিগীনো হায়না চাংনৈ। মশা ভুমত্রেকরা হায়নসু খল্লি, হঙ্গদবসু ইকাই। হুংঙাইতা হুংঙইতা লাকপনা খঙহোৌদনা মখোয়গী গেট য়োৌরে। চিত্রা গাড়ীদগী কুমথরগা হুং-হুপ হুংজাননা মাগী কাদা চত্তুনা ফি-রোনগা অমত্তা হোৌংদোক্লুনা ফমুংদা হিপখ্রে। ( পার্ব্বতি চঙলক্লুনা, — ইবেম্মা, নঙবু নখা ওম-ত্রবরা হংলৈ। চিত্রানা, — করিসু ত্তৌদে, শাংনা গারী তোৌংলক-পনা কোকসি থরা ঙাওই হায়না খুম্মী। পার্ব্বতিনা চিত্রাগী মখোঙ মখুৎ পায়তুনা য়েংই। ঈশিং থরা পুরক্লুনা লরাইদা হাম্মী, ন্নারক্লত্রা হায়তুনা হুংশা থিলৈ।

অম্মুন্না নোংমা নোংমা হোৎথ্রে। চিত্রাবলি মশা অতু ইহৈ হৈনিংদে, ইচোক চোকথবগুম ভোই। মচি খুদিংগী চপ চপ লেপ্লি। হন্দক মরকসে য়ুমদা চংনিংবগী রাখল অমা তত্তুনা কাওই। চাক ঈশিং নীংথিনা চা-থক্কে। মশা অতু য়ান্না শোঙ্খনা উই। পার্ব্বতিগী মথ্বাই রাবন্ম সুম হেনগংলকই। প্রশান্তন্ম মচনগীদমক রাক্সে, করি করি চানিংবগে হায়না ভোয়না হংই। নোংমা চিত্রানা চিঠি অমা ইহুনা বিজয়েন্তিগীদমক পোষ্টতা থাথি। ঙুমিং খরনিগী মতুংদা বিজয়েন্তিগী মথুং য়ৌথি। রাংরালদি অম্মুন্না ইরম্মী।

বিজয়েন্তি,

মীওইবগী পুন্সি হায়বসে 'সিনি হায়বা ওমদেকো — । মতম অমদদি ঐন্সু ঙুংঙাইরবা আশাগী ঈপাক্তা ভাওহুনা শান্নরম্মী। ওসিনা হিংনিংবগী আশা য়াওদনা কয়াদা রানা খাঙলবা ···? নহাক্নদি খঙলম্লোই। নহাক্তি করম পাল্লি, ঙুংঙাইরিদনা ······? অরাবা মশক খঙদনা ঙুংঙাইবা রাখন্তা খন্দুনা মতম লেপ্নমগনি হায়না খল্লি। ঐনা নঙবু ঐগী পোকমিন্নজবী ইনাওবু পীগুম কয়াদা ঙুংশিজবা, মসিদা নঙনা লান্না লৌগনুকো, ঐগী হোৎথ্রবা পুন্সিদি হোৎথ্রবনি হায়না খল্লে। ঐ হৌজিক পুন্নমক থাদোকপা ওন্নগনি। অদুবু চৈনা অমদি থমোয়দা তত্তুনা ফাওরকই ··· ···।

পুন্সিদা ওইদবা থোদোক অমগী অরানবা মিংয়েং অমনা য়েংলক্নবদা ··· ··· থমোয়দা কয়াগী মতিক চৈনা পীবগে হায়বহু খঙলমগনি নহাকন্মু ···। ঐ হৌজিক হিংহুনা লৈরি, ময়ামগা

মান্নদবা পুন্সি মরেল অমদা। হিংবগী কান্নত্রবা হকচাংসে পুন্থনা কয়াম কুইনা হিংথিনি হায়দা ঙমদে। ঐসে নোক্লিংত্র। বিজয়ে, নঙ সোইদনা নোক্লিংবা ফাওরমগনি ঐগী ইতোদা ··· ···। অদুবুনে, ন্নারবা মতমসিদা কায়রবা থম্মোয়গী ন্নারী কয়াসে লীদুনা তাহনজ—নীংই নঙোন্দা ··· ···।

মতম অমদা ঐনা খল্লম্মী, ঐসে নহাক্কী ··· ···, অদুবু ঈশ্বর মানা তম্বীরমদ্রে, পুন্নমক মঙলান ওইগ্নে ঙসিদি। ইরাল লৈতনা ইরাল সিরীখি ঐবু ··· ···। হিগায়রা ঈথিলনা নুংশিবগী চেৎলবা মরা অদু ফুক্তোকপীখি নমদুনা। অরাবগী ঈরৈতনা থুমহৎলে ঐগী পুন্সি।

চিত্র অদু লোইনা ইবা ঙমখিদে, মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খি মাগী থম্মোয়, পিরাংতনা ঈহৌরবা মিৎস্না অনিদগী তারকপা পিতনা ময়েকশিং অদু ইচাই চাওখায়না উরি। মেন তাদনা বিজয়েন্তিনা চিত্রত্ত হজ্জিন-হজ্জিন পাখি। কনানা থারকপনো হায়বা খঙবা ঙমদে, চিত্রাগী ঠিকানা য়াওরক্তবনা। য়াম্না মুন্না খল্লবগী তুংদা চিত্রাগীনি হায়বা খঙলকখি। মাস্তু থরদি নুংঙাইখিদে। চিত্রানা বিজয়েন্তিবু কয়াদা নুংশিজবা। হায়নবা লৈ, নুংশিবা মীদুগী ইখোলদা হৌবা উ-রা ফাওবা নুংশি হায়না। বিজয়েন্তিস্থু বিরেন্দ্রগী মচলনুপীনি, নুংশিফম থোকপনি। বিজয়েন্তিগীদমক চিত্রানা ঙমজবা পোৎ খরা লৈদুনা থম্মী, যুমদা লৈরিঙৈদস্থু থমখি। অদুবু অরাবদি মদু পীন-বগী পাঙ্গল, শক্তি পুম্বা লোইনা মুনবীখিবগুম তৌই, পীগে খল্লুবা মিৎকুপ্তা ইকাইবগী খাঙফম খঙত্রবা চৈনা অমগী শাফুদা নীংলুবা

খুদিংমক মিৎকুপ্তা মাঙখি। খঙহৌদনা খুত্তগী পোৎ লৈমায়দা ভাখি। অম্নুম লৈরকপনা মতম ফনয়াম্না হৌগ্রে। চিত্রাবলিগী মশা অহু অনাবগা চপ মান্নগ্রে। মমা অমদি অতৈ মনাম্নবী কয়াম্নু উম্ননিঙই, থুনমক ময়ুমদা চৎলগে হায়না খল্লি। করিগীদমক মফম অসিদা ম্নুম লৈথোকলুরিবনো হায়না মথন্তা খল্লি। চিত্রাবলি মশম-মনা ইফা ফাই। নীংথিজবা ফি-রোল অমত্তা শেৎলু হায়বা য়াদে, ওম্থোক্না মোৎনা রাথল হম্বনা লৈ। নীংথিনা য়েংশিনবীত্রবা শম্নাং অহু চোকথরবা পাম্বোম অনিহুনা ফাবুল পুনশিল্লি।

চিত্রানা, পার্ব্বতিনা নোংমা নিনীদং য়ুমদা চৎলুগে হায়। পার্ব্বতিনম্নু ইচম চম্না খন্দোকই, কুইনা উনত্রবা মমা অমদি মরুপ মপিজা কয়া উননীংহুনা হায়জবনি থল্লি। মাগী হকচাংগী ফিভম অহুদম্নু চিংনৈ। অহুনা খরা ওপ্না চৎনবা হায়হুনা মতম খরা অমুক পন্থবা তারে। প্রশান্তনা চিত্রাদা মহাক্না ইম্ফালদা চৎনীংবগী মরম তত্তনা হংই। মানা খল্লি। চিত্রাবলিনা য়ুমদা চৎনীংলিবসি সিদা লৈবসিদা মাগী মনীং থুংদবা করি লৈরবনো হায়না চিংনৈ। নহাল-মথৈ অহুক হরাও-হুংঙাইনা লৈরম্লগা হন্দক মরকসি তোইনা য়ুমদা চৎনীংবগী রা হায়রক্লিবসি চিংনদবা ঙমদে। অম্নুক কুইরবা মতমসে অম্নুম্না থক হা রক্তবনি, ময়ুমগা চপ মান্ননা কয়াদা হৈনীংনা লৈরম্বা? প্রে া নম্নু কয়াদা হুংশিনা লুনা তৌজবা পোকমিন্নবা মচল অমগুম। নোংমা প্রশান্তনা চিত্রাবু কৌশিল্লগা হংই —

—ইবেম্মা, নঙ নশা খর হুংঙাইরব্রা?

—হোয় ভামে, খরদি হুংঙাইজরে। চিত্রানা ময়ুমদা চৎনীংবগী

ময়ায়না নাবা ফবা শাত্থুনা থবক-ইনথাং নোম্বা য়াওই, হৌগত্থুনা কোয়চৎ চৎলি। প্রশান্তনা,

—নঙবু সিদা লৈবা শুংঙাইত্রবরো, য়াম্না রারবরো, ঘুমদা চৎলগে হায়রিববো ?

( চিত্রাবলি থরা ইকাইরপ তৌনা থুম্লকই ).

—অত্থুগী নৎচদে তামো, ইমাথোয় ময়াম উনজনীংত্থুনা তৌবনি।

—সিদা অমুক লাকখিনিদনা ?

—সোয়দনা লাকখিগনি তামো। ( প্রশান্তনা ঙাংহাক থল্লগা );

—ঐ থাজবা ঙমদে, নঙনা অমুক লাকখিনি হায়বা। অত্থুবু করিদি তৌনি নহাক্না লৈনীংত্রবনিনা।

—তামো, ঐ কুইনা লৈগদবা নত্তে নোংমা নিনিদনি। শোয়দনা অমুক লাকচখিগনি।

—উম ফরে, অত্থুবু, নহাক লৈবনা ইমানা ঙসি ফাওবদা কয়াদা শুংঙাইনা লৈরক্লিবা। ঐখোয়গীদি নহাক্না অঙাংনি। নঙবু ঐখোয়না পিক্লিবী শুপীমচা অমগুম থল্লি। নঙনা য়াত্রবনিনা মতম থরা আদা লৈক্রুরবস্থ সিদা অমুক শোয়দনা লাকখোকো ইবেম্মা।

মবুংগী রাহৈত্থুদা চিত্রাবলি মপুক্লিং শুংশিত্থুনা মিৎলুদগী পিরাং মরিক অমা-নিদং লৈমায়দা তাখি। অস্থুম্না প্রশান্তনা চিত্রাদা মাবু চৎহন্নীংদবগী রা কয়া হায়রি। প্রশান্তনা ফনা য়াম্না হায়জরবস্থ চিত্রানা থল্লি, হন্দক চৎখিবদগীদি অমুক হন্না লাক্লরোই। বিরেন্দ্রগী মশক উদনা মফম অসিদা লৈবসি মঙোন্দা অরাবা অমা ওইরক্লে। করিগীনো থঙদে অমুক নৌনা নীংশিংলক্লিবা। মত্থুমক্লা বিরেনগী

থম্মোয়বু চিংশিনগে থনবদি নত্তে, চুম্না উজনীংবগী রাতনি। বিরেন্দ্রনা মাবু করিস্নু থৌওইবীদ্রে হায়বা খণ্ডই, শয়াগা লাকমিন্ন-বদা কয়ামা থেংনরে, অদুবু চিত্রানা বিরেন্দ্রদা শাওনীংবা ঙুংঙাইতবা অমত্তা থম্বা তৌদে, হান্নগী হান্না অদুম্মক লৈ। হন্দক মরক্তি চিত্রাগী মমঙদা বিরেন্দ্রবু তোয়না উই, বিরেন্দ্রবু উরম্বা গুমিংতুদি চিত্রাবলি য়ুমদা চৎনীংবগী অরাবা খাঙবা ঙমদে। প্রশান্তগা পার্ব্বতিগনা মাবু মতম থরা য়ুমদা চৎপগী অয়াবা পীরবস্নু ঙুমিং অসিদা চৎলো হায়বগী আরেপ্পদি থক পীদে। চিত্রাবলিনা চৎকদবা ঙুমিং তম্বস্নু ইকাইবোই কিবোই হায়বা ঙমদতুনা ঙুমিং কয়ানিমা হৌদ্রে। চিত্রা অমুক হেন্না মশা শোন্থবা হেল্লক্লে। চাক-ঈশিং চানিং-থক্লিংবা পোক্তে। চিত্রাবলি চাক থর থর চারম্বদগী সুংচা চাদবা য়াওরে।

নন্দস্নু মখোয়দা তোয়না লাকপনিনা চিত্রাগী হকচাংগী ফিভম লোইনা খণ্ডই। মাস্নু য়াম্না ঙুংশা থিবা পোকই। চিত্রাবলিনা ময়ুমদা চৎনীংবগী রা পুম্বা প্রশান্তনা তমতুনা লোইনা তারে। চিত্রা-বলি চৎথ্রগনি খনবদা হায়ফম খণ্ডদনা অরাবা ওইরে। নোংমা ভিয়ানন্দনা হোলিক্স অমগা বিস্কুইট পেকেট অনিগা পুতুনা লাকই। প্রশান্তদি লৈরমদে, পার্ব্বতিনা চাক থোংতুনা লৈরম্মী, চিত্রা ফমুংদা হিগুনা লৈরম্মী। চিত্রাখোয়গী মাঙ্গোলদা লেপ্লগা কৌরকই।

—প্রশান্ত, কনামত্তা লৈবা উদেদা মখোয়গী ইমুংসে।

( মানা কৌবা তাবদা চিত্রানা ),

—তামো লেঙশিনবীরকউ। ঐখোয় তামোদি লৈতে চখোকখ্রি।

( নন্দনা চিত্রাগী মনাক্তা চঙলক্লগা ),

—নহাক্তি চাক থরা চাবা য়ারবরা ?

—তামো চাকসে কয়া চানীংবা পোকত্রি।

—সে, হোলিক্লসি থকপা য়াত্রা য়েংউ।

—লৈরকত্রবস্থ য়াবত্নবু, তামোনা পঙলৈদা লৈত্নুনা।

—হেরা সিখক্তবু, নঙবু য়ুমদা চৎলগে য়াম্না হায়রে হায়বসিবু চুমত্রা ?

—হোয় তামো, মতম থরদং চৎলুখিগে।

—য়ুমদা য়াম্না চৎনীংলিবসিবু করম্বা …? হোয়, সিদনা মতম থরগীনি, আদনা হৌরকফম্নিদনা।

—হোয়, অত্নম্না হায়রবস্থ য়াই, অদুবু ঐদি মত্নগীদি খন্দেদা চপ মাল্লে। সিস্থ য়ুম, আদস্থ য়ুম ঐঙোন্দদি অঙ্কানি। চুম্না মতম থরা ইমাথোস্ত্রবু উননীংবগী রাদনি।

—নঙ চৎত্রগনি হায়বগী মরমদা প্রশান্তনা রাম্না হুংঙাইতনা হায়, সুম লৈরমলগা অমুক চৎত্রবদি ইচিক চিকহৌরনি।

—মতম থরদগীনিদা থুনা অমুক লাকনি।

—কৈদৌঙৈ চৎপা অরবা ?

—হয়েংসি চৎলগে খঙরি।

—করে ঐস্থ হয়েং য়ুমদা চৎকে থল্লি, চৎমিম্নরম্নি। প্রশান্তগা ইথানি অমুক হন্নরুবা।

—অনি তামো, চৎমিম্নমি।

( তাকসিদা প্রশান্ত চঙলকই, নন্দবু হয়াওনা কৌই। চিত্রাদা অমুক ওনশিল্লগা )

— মেন্মা নঙ হকচাং থরা মুংঙাইরবরা ?

— মুংঙাইজরে তাযো।

( নন্দনা প্রশান্তদা )

— চিত্রাবদি হয়েং থিনবা ত.রবদি ঐন্দু যুংদা চংকে চৎমিল্লসি।

— মেম্মবু হয়েং চৎলগনি হায়রনে ?

( চিত্রা শায় লাওই, হ:য়েং চৎলনি হায়বসি ম.ন. খঙহায়-খঙজিন ওইনা হায়খিবনি। মম য় তাংশিল্লি )

প্রিয়ানন্দনা অমুক,

— হয়েং চৎলনি হায়দ ইনে ?

— ইমানা হায়রা ? ইমানা নোংম-নিনি লৈয়গা থিনবীরো হায়দুনা লৈবনি, করিগীনো অমুক খুজিন্নক্লিবদি ?

( নন্দনা চিত্রাদা য়েংলকই। মাগী ইকায়বা মতোদা )

—হায়বা হায়দবা থিরুন্দু, মহাক চৎলনি হায় হায়বফাইনে, অদু ওইরবদি ঐন্দু যুমদা চৎকদবা লৈ, হয়েংসি চৎমিল্লসি হায়বগী য়ানি। মাগী মশা তমদবন্দু থরা করে।

— নংদি অদুদি হায়দে, মেন্মা নঙবু হয়েং চৎলগেরা ?

( চিত্রানা খুমকম হেক খঙখিদদনা )

—উম··· তাযো, কোয়া চৎলবন্দু য়াইদা।

( প্রিয়ানন্দনা চিত্রাদা য়েংলকই চিত্রা হায়রণ ইকায় )

নন্দনা অমুক হায়রকই,

—হংজরবনু কোক থিনবিরো, ইকায়দনা হায়বা ভমদবগী য়ানি।
চৎনিংবগী হায়রবদি য়ুম্মিদনা।
( চিত্রাবলি ইকায়বনা থাঙজম থচদে )
—চৎপা তারবদি ইমাগী অয়াবা য়াওজরবদি চৎপা য়াগনি নীংদেনে।
—নখোয়গী ইমাহ ঐ ঙাংনবীগেসে।
—হোয়নে থরা ঙাংনবীয়ুনে।
( অনুংা ভাইহাক কমছুনা য়ারী শারবা মতুংদা নন্দনু চৎখ্রে )

মথংগী নুমিৎনি। চিত্রাবলি য়ুমদা চৎলগনি হায়বগী নুংঙাই-রবা য়াথন্দা চৎনবগী থৌরাং লোইশিন্নবা হৌৎনরি। পার্ব্বতিনা চিত্রাদা য়েংল-য়েংলগা লোম্না ঙৎ-ঙৎ বপলি। অদুগা চিত্রাবু নুংখিল ওইনা থিন্নবা ভাইহাক পোৎথাকো হায়দুনা নুংথিল চৎপা তারে। ভাইহাক পোৎথারগা চৎনবা থৌরাং তৌবা হৌরে। প্রশান্তনু ঈরু-মায়থঙহনা ফিরোল শেৎপা লোইরে। নন্দনু লাক্লে, মখোয় অহুম গারীদা কাথৎখ্রে। চিত্রানা অরোইবা মিৎয়েং অমতং পার্ব্বতিদা চিংনা য়েংলম্মী। পার্ব্বতিনা মীৎনুদা ঈরু হৌরদুনা মচানুপীবু বিদায় পীরি। পারী অদু তপনা থৌখ্রে। পার্ব্বতিনা ইমুংদা চঙলকুনা কপলি, মাগী অশেংবা মচানুপী ওই-রবদি অম্ময়া মমা ঐবু থম্মোয় কায়হল্লক্লোইদকো হায়না মপুক্লিন্দা মথক্তা য়ারোইজে।

অসোমদনা হয়েংসি বীরেন্দ্রগী লুহোংবা নুমিৎনি। মখোয়গী ইমুংগী মীপুম খুদিংমক হরাও ওয়ামলি। লৈকাইগী মী কয়াক্তু চঙলকুনা থবক নোমলি, পুমনাও লাঙলি। বীরেন্দ্র লুহোংলমদাইগী

মশম অদু তেন্না ককথংলি, শুমাংদা কাতু-কারল চংতুনা মাপু থবক নোম্বা, লম-তু শেংবা য়াওরি। স্মারৈনা অরাঙকম মনাক্তা চত্তুনা করি করি অরাং অপা হংলি। বীরেনখোয়গী পিক্তকপা মুম অদু শঙ্গাথিবা কুইত্রি, য়াম্না লূ-নাল্লি। বীরেনগী কা অতুনা অমুক হেন্না ফজরবা পোং কশামুন্না লৈতেংই। বীরেন্দ্র মুংঙাইরবা রাখল ঙাক্তা থনবনা মাগী মায়খোংদা অরাবগী মমি তাদে।

চিত্রানা গারী মনুংদা বিজয়েন্তিগীদমক মানা লৈরকপা পোং-শিংতুগী মরমদা রাখল তোই। ফজদেবু হায়গত্রা, পাম্মু পান্নোইদ্রা হায়তুনা। চিত্রানা বিজ. ন্তিবু কয়াদা মুংশিজবা, মাগী মনাওতুগী লৈত্তবনরা থঙদে। অতুবু অতৈদদি অসিগুম্না মুংশিরুদে। বিজ-য়েন্তি য়াম্না শিংবী মুপীনি, মচিন মথা য়াম্না মুংশি। মানা ঙাংবা খুদিংমক চিত্রানা অক্কবদা ঙাক্তা থল্লি। অতুনা পঙনুংদা মুংশি, মাগী করিগুম্বা পোং অমতং লৈবদা বিজয়েন্তিবু হেক্তা মুংশিরবই। বিজয়েন্তিগী ইচম চমলবা মতৌ, নংথিরবী চিং লেমললবী মায়থোং, ভঙাংলবী চিনবাম্বগী ঙা থোরকপা মুংশিরবা রাহৈনা চিত্রাগী থম্নোয়বু থুতুম চলহল্লি। চিত্রানা থল্লি, মা নত্তবা অতৈ মীনম্মু বিজয়েন্তিবু মুংশিরমগনি। মঙোন্দা ময়ামদগী থোইদোকপা গুণ অমা চেল্লি হায়না। গারী মনুংদা মুংঙাইরবা রাখল কয়া থল্লি, হয়েংদি বিজয়েন্তিগী পোংশিংসি মঙোন্দা পীরগনি অমদি মতম কুইনা উন্নরুত্রবা মমান্নবী বয়া উনরুরগনি থনবদা মুংঙাইজৈ।

শ্রিরানন্দনদি চিত্রাবল্লি মর্মুবদা লৈহৌরগনি থনবদা হায়কম খঙতুনা মুংঙাইতে। মুংশিজবা থরায়না পামজবা পোংশক অদুবু

তোয়না উরগা পেঙবা হায়বসিদি মহৌশানি। চিত্রাবলি মতম কয়াম কুইনা ইস্কালদা লৈগদৌরিবনো হায়বসু থগদে, ময়ুম্নীনা সুম লৈরগে হায়রকপসু কনানা থগবা। নন্দা মথনাই ইসুং সুংঙাইতে।

প্রিয়ানন্দনা প্রশান্তদা মখোঙ্গা হান্না চঙলুখিসি হায়তুনা নন্দখোয়দা চঙতুনা চা পকমীন্নরী। নন্দগী মমানা চিত্রাদা,

—ইবেম্মা, নঙদি য়ুমদা লৈহৌগদৌরিব্রা? হন্দক্তি নঙবু ময়েং ম্নান্না ঙানা উইদা। চিত্রানা নুরুক্নুনা খুম্নকই,

—ইমা ঐ মতম থরা সিদা লৈগ থঙরি।

—অমুক চংলরোইদবা, আদা লৈবা সুংঙাইত্রবরা?

—চংচখিগনী, ঐদি সিদা লৈবা হৈনগদববু মাম্রে, আদনা হেন্না সুংঙাই, মতম থরতনি সিদা লৈগদবা, অমোনা চখোক-চংশীক তোবনা ইম্নোমচা মথন্তা লৈবসু সুংঙাইতে, ইমানদি সিদা লৈহন্নীংই।

—হোয় হোয়, ইচাসিদি আদা অমুক লৈ, সিদা থরা অমুক লৈবা হায়বতুনি।

অম্মুম্না ন্নারী ঙাইহাক শারবা মতুংদা চিত্রাখোয়গী য়ুম্নোমদা অমুক লাক্লে। নন্দদি মমানা চংপ্রগসু হায়তুনা লৈহৌরে। প্রশান্তগা চিত্রাগা লাক্লে, মখোয়না চিত্রাখোয়গী য়ুম হেক য়ৌরকপদা সুমিং ঙাগদৌরে। শোরো মচানুপী লাকপদা কম্নাগী মতিক সুংঙাইজে। সুমিং থেংলবনীনা প্রশান্তসু হনহজ্রে।

চিত্রাখোয়গী ইখোলদা হৌরিবা হৈ-লৈশিং অহু রেংবদা পুক্নীং হুনা কজ্রে। চিত্রাসু মথুংমন্না থারবা লৈশিংদুগী মখোঙদা

চওহনা য়েংলি, মৈশিংহুনা মাবু মোমোন নোঙ্গা ভরাম্না ওকপগুম উরি। চিত্রাবলি মশা অহু ইওম ওমদবনা কুইনা লৈবা ওমলবত্রহুন্না চওলক্লগা ফত্নুংদা চওহনা হিপত্রে। নলিনি, চিত্রা চওখিবা উহোত্নুনা চিত্রাগী মনাক্তা লাকই। নলিনিনা যীরেন লুহোংবগী মরম অসি চিত্রাদা হায়না পাও পীসিরা হায়না খল্লম্বনী. অত্নবু মাখা লুংওাই রাইজা খন্দুনা পীদবনি। করিগুম্বা পাও খওলম্বা থোক্লবদি চিত্রাবনি লাকলোইদবনি। নলিনী মথোল ভাবদা চিত্রানা হম্লাওনা কৌরকই,

—নলি, ইযুংদা চওলকও ঐ সিদা লৈয়ে।

নলিনি চওলকুনা চিত্রাগী মনাক্তা কম্মী অত্নগা হংই,

—কম্রি ভৌয়ে, নশা ওমত্রবন্না হিপ্রীবদি? নম্নাওন: মরোলমা কংলিবা।

—খওদে, হন্দক মরকসি হকচাং য়াম্না শোম্নে. ইহৈ হৈনীংদে।

—আদা য়াম্না লুংওাইরুরবনীনা সিদা লৈববু হৈনররোইনে। কয়াম কুইনা লৈথিদোইনো? হয়েং চৎলনিকা হায়ররুনি।

—ই ই, নঙনা হেক খওবীরত্রনে? চৎলরোইয়ে টবেম্মা, লুম লৈরনীয়ে, আদা কৈগ্নু লৈনীংদে নখোয় ময়ামসে উনীংবনা, হন্দক্তি মওদগু য়াম্না ভোয়না উই।

—ঐখোয়না নওবু য়াম্না ভোয়না শোল্লি, অত্নন্নী নওগী মওদা উরিরহু।

—শোল্লগবু মওদা উই হায়বসি অচুম্বরনে? মহাকগু ঐগী মওদা য়াম্না ভোয়না উই য়াম্না লুংওাইভবগী মওংদা, অত্নন্নি ঐনা লাকপ্রিবা। মহাক্লবু শোল্লমগত্ররনে?

নলিনি তুমিন্না লুকথদুনা লৈ, পাউথুম পীদে। চিত্রানা অমুকন্সু,

—অশেংবনি নলি, মহাকপু করম তৌরিবগে, পাওকা অমত্তা তাদ্রা ?

নলিনিনা চিত্রাদা য়াকম অমি পাক হেক হায়বা ঙমদে, মনা কুইম্না লৈরবা মতুংদা য়াম্না তপ্না,

—ভামো লুহোংগদৌরে। (অশাংবা খর অমত্তং হোল্লগা চিত্রানা)

—মহাক লুহোংগদৌরবা !

চিত্রাবলি থম্মোয়সুংদা মৈগী চীং পোকখাইরকপগুম মাগী থম্মোয় মচেৎ কয়া থোক্লা চিংখাইরকপগুম তৌই, মায়থোং থংমক মকশিল্লি। তপ্না অমুক হংলকই,

—লুহোংববু কৈদৌঙৈনো ?

—হয়েংনি, নঙোন্দা হাম্না পাও পীলিরা খল্লম্বনি অতুবু নঙনা সুং-ঙাইরোইদ্রা হায়দুনা খঙহল্লক্কবনি।

নলি চিত্রাগী মক্না লামত্রবা মায়থোং উবদা সুংঙাইতবা পোকই।

—পাও পীরক্কবদুনা বর য়েংবা ফংগদৌরিবসিনা হেন্না ফত্রনে ?

—হোয়নে অদুম্না হায়রকউ হায়রিবনিনে, পুকচেল চাওথোকপন্নু খর তম্মু হায়বা।

—ঐ করিম্নু খত্রেদা অফবদম্নু ফত্তবদম্নু, মামা তৌনীংবভা তৌরসনু, ঐনা মন্থ্লা করিম্নু সুংঙাইতবা তৌরম্লোই, মাগী য়াইফবদু ঐগীনি থল্লি, ঐনা মাবু ইবুং অমগুম থল্লে।

—মন্থদা অশেংবা ওইরবদি য়াম্না ফরে, য়াম্না থুনা য়াথল হোংলকই, অদুম্না তৌরকনি থাজরমদবানি, আদা অনৌবা অম লৈরমত্তারে।

—(চিত্রানা মোমোন নোক্লদুনা) লৈরে খঙগদবা কুইরম্লোই।

মোমোন নোঙ্গবন্ন মাগী মীনোক্তুগী মরুমদা অন্নাবগী মমি অমা লোংতুনা লৈরি। নলিনা হংলকই,

— ভামোগী করি পাংগদৌরি ?

—খঙদে, করি পাংসিংগে অমত্তদি হায়রকউদনা। অছুবু নলি মানবু ঐগী পোংপাংবু লৌবীগত্রনে ? করিগুম্বা হন্দক্কা অমুক লৌত্র-বদি অমুকশু ইকাইবগী চৈনা ফংগনি। ঐ ভশেংনা কিরে নলি, কয়ারক হন্না নায়ণীথিবনা ঐ থুংখীরে। মঙোন্দা করিশু পীত্র-বশু অশেংবা থম্মোয় অসিদি পীগ্রবনি মঙোন্দা। মাগা লুহোং-গদৌরিবী চুপীছুবু কনানো ?

—শান্নাগনি

—মানা পামজবা চুংশিজবছুদি থোক্লেদনা, ঈশ্বরনা মাবু থৌজালসনু।

ভাইহাক ন্নান্নী শারগা নলিনি চংগ্রে। চিত্রাবলি কমুং মন্নায়দা লোংনা হিপ্লগা ন্নাখল ভৌরি। শোরো চঙলকই অছুপা হংলকই,

—ইবেম্মা নঙবু নশা ঙমত্রবরা ?

—ঙম্মী ইমা, শান্না লাকপনা হককচাংম্মি ন্নান্না চোকথে অছনা ভাই-হাক পোত্থাবনি।

—করে করে, অছু ওইরবদি ইমা চক থোংলুরগে।

শোরো থোকপ্রে, মথন্তা অমুক ভাইহৌরে। ভরেং-ভন্না থোক্লা থনবা হৌরকই। করিগুংগী মফমসিদা লাক্লীংলুবা, হয়েংমক চংপ্রসিরা হায়না। চিত্রাবলি ন্নাখল ফাথবা ঙমদে, মমিং অছু উইং শিল্লি, মকোক অছু উরু-উরু শৈৎগুম ভৌই। হৌপ্রবা থৌদোক কয়া নীংশিংলকই। বীরেন্দ্রনা মাবু চুংশিবীরিঙে মতমদা পুক্লিগী

তৎল-থানগুমসি হায়না রারেপ্নখিবা, ওসিনা পুন্নমকী ভাইওন্নবদা মহাক্না অতোপ্পা গুপী অমগা লুহোংখিগদৌরবা। মিৎকুপ অসিদা মশানা মশাবু কাওরবগুম্লে, হিংবগী অর্থ য়াওত্রবগুম ভৌই, থরায়গা হকচাংগা শেৎন খাইনখিবগুম রাপ্রে। সংসার অসিদা হিংহুনা লৈরম্মোই হায়না খল্লম্লে। অমুক নীংখিবা খনখিবহ্ হজিন হজিন থল্লি। ভাইবংসিদা অমুক হন্না মায় উৎনীংত্রে। বীরেন্দ্রবু চিত্রানা খাইদগী নুংশিজবা মীশক্লি অহুগা মাগী নুংঙাইরবা পুন্সিগী কুম্মেবু করিগী য়েংনীংত্রিবা! মথন্তা থল্লি, ঐসে ওম্ফোক্না থম্মোয় পিকই, হিংবদা মতিক চাত্রে, হিংহ্না লৈবসিমক ঐ পামত্রে। অন্থুম অন্থুম পিকশিল্লকই মাগী রাখল, হৌগৎহুনা অমুক কমই, কুইনা কম্বদি ওমদে, মমায়হ্ মোপ্পা উলশিন্নুনা হিপ্লি। শোরোনা চাক লোইরহুনা চিত্রাবু হৌদোক্লরে।

—ইবেম্মা, চাক চাথোক্লরো লাকও; চাক চারগা অমুক পোথারো—

—(মায় খিত্তং লৈথোরক্লগা) ইমা, ঐ ওসিদি কোকসি য়াম্না চিকপ্রে, ওসিদি চাররোই হয়েং ওন্না চারগে ইমা চাবীরুরো।

শোরোনা মচাগী মখোঙ-মখুৎ পায়হুনা য়েংই অহুগা হায়রকই,

—য়াম্না চাত্রবন্থু শারিঙৈদা চথোম অম'নিদং চারুরসি নত্রবদি নশাহ্ হেম্না চোকথরনি, নবুংনদ নওবু ঙাইহৌরি, লাকও লাকও থরদং চাথোক্লরো।

শোরোনা কম্না হায়বদগী চিত্রা তপ্না হৌগৎহুনা চাকশঙলোমদা লাক্লে, চাকলুক মপান্দা কমহুনা চাবা হৌরে। চারি হায়বতমক মঙাইরে, মহাও অমত্তা থওদে, মমিৎ অহু ওত্রংদা য়েংই। চুম্না কম্না

ভমশিল্লকল্লে। হাগ্রদগী মশা খরগা শোনখনে, হৌজিক ঙাইহাকী রাখলনে অসিনা মাবু মকম খঙদনা রাহল্লে, মতম কুইনা নাররবা মীদগী হেন্না শোম্বনা উরে। চখোম অম'নিদং হুরগা মথুৎ হাম্নগা ফমুংলোমদা চঙরে। প্রশান্তগা শোরোগা রারী শারী, শোরোনা,

—ইবুংঙো, নচলশিবু আদা মশা ঙমদেকা হায়রা?

—খঙদেনে, মশা অসি মতম পুম্বদা ইশোস্তা শোন্দুনা লৈ, ইমানস্ব মাবু থবক-ইনথাং নোম্বা থোইনা য়াওহন্দে, মরক অমদি কনবু কন্না উরম্লবনি, হন্দক অমুক থংশোন শোম্বরে।

—অহুনিনে, 'সিদা লৈরিবৈদস্ব তৌরিবনিনে, অহুনবি ইমানা রারিবসে, আদা লৈরগা খর হৈনীংনা উবহুদা ইমানস্ব লৈজসনু হায়না কৌরদবনি। মানা সিদা অমুক লৈরগে হায়রবনিনা মানা হেক লৈনীংবা মকমদতা লৈজরসনু।

—ইমানদি মতম খর লৈরগা চংলু হায়বনি, অহু মানা য়ায়া থুনা চৎনীংবসিদা খিনবীররবনি।

অম্নুম্না ঙাইহাক রারী শারগা তুম্বা চঙনরে। শোরো চিত্রাগী মনাক্তা চঙহুনা মখোঙ মথুৎ নোইবীহুনা ঙাইহাক ফম্মী। চিত্রানা, ইমা তুম্বীরুরো ঐস্ব তুম্নগে হায়রকপদগী শোরো মাগী তুম্ফম কাদা চঙরে। মী পুম্নমক তুম্নথবা ইচিক হুল্লবা থেংলবা অহিংগী অমম্বনা কৌথোক্লি, থরায়না হকচাংদগী মপান থোকপ্রবঙম খল্লি। বীরেন্দ্রবু চিত্রানা অমুক্কং উজনীংই, অরোইবা পাওমেল পীরম্জন ঃই। ফজাং মরিনা কোরশিল্লবা মাগী পিল্লবা কা অহুদা রাখল থনবা ঙম্লকঅহুনা থোঙ অহু তপ্পা হাংদোক্লগা মপান্দা থোরক্লে। মাঙোলগী উখোঙদা

গ'তুনা লেপ্লগা বীরেন্দ্রগী মায়কৈদা মিৎয়েং থম্মী। করিম্নু উবদি ফংদে অমম্বা মরক্তুদা। খল্লকই, মাগা অমুক্তং উনহ্দা মতম অহুদা চমথোক্লম্লবদি কয়াদা পেল্লমগবা মহুগী তাঞ্জংম্নু ফংথিদবনি। ঐসি মাগী মফম্দা ইরাল লৈরবীনি, ইরালহুননি ঐনা ওসি রারিবসে। ঐবু মানা মংল অমগুম্না কাওবা নুংশিবীথিদবনি করিগুম্বা ঐনা তাইবংপী মাংমা লাম্না চৎপ্রবদম্নু নীংশিংলক্লরোইদ্রা? নীংশিংলক-লরোই. নীংঙমদবগী পি মরিক অমত্তম্নু শিন্থরকলোই মাগী মিৎলুদা। করিগুম্বদা নীংশিংলকপা থোকলবম্নু মহুনা করিবু কান্নথিনি ঐঙোম্দা। চিত্রাবলিমা অমম্বা মরক্তুদা ঈশ্বরবু খুরুম্জে, হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মপোক অমদম্নু ঐবু অম্নুম্না মাহুনবীগদবা লৈরবদি তাইবংপানসিদা মী ওইনা অমুক পোকহনবীরগনু ঐবু।

শুক্লা মম্লবা অহিংহ্দা চিত্রাবলিগী থরায়না বীরেন্দ্রগী মনাক্তা চৎপ্রে। নীংঙাইদনা তুম্লিবা বীরেন্দ্রবু মপান্দগী থোৎ-নৌরবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই,

—তামো. থেঙসি অমুক্তা হাংদোকপীমুবা।

অহানবদদি বীরেন্দ্র তারমদবনি, অনিরক অহুম্নক কৌরকপা অহুদা তারহুনা তপ্পা থোঙ অহু হাংদোক্লরে। চিত্রানা মঞ্জ নরবা ইম্নফি অহুনা মাম্নথোং খুম্লহ্না ঈহৌরবা মিৎম্না আনিহুনা বীরেন্দ্রদা থৌরাংনা য়েংলহুনা লেপ্লম্বহু উবদা বীরেন্দ্রনা অঙকপনা থল্লহুনা মিৎ কুপ্তনা য়েংলগা তপ্পা হায়রকই.

—নহাক ... মফমসিদা করিগীদমক অম্নুক থেংনা লাক্লিবনো?

—করিগুম্বা অমত্তং ... ।

—হায়নীংলিবত্থু হায়রম্বা য়াগনি।

—নহাক্না ঐবু মপোক অসিমগী ইংখোকপীরবস্থু ঐগী থম্মোয়নদি নঙবু কাওগোকপা ভমজদবনা অরোইবা পুন্সিগী বিদায় নিবা লাকচরিবনি।

—হয়েংসি ঐগী লুহোংবা থুমিংনি হায়বা নহাক তাররগনি নীংই, মফমসিদা নহাক্না লাকপসে ন ঙান্দদি অফবা ওইরবস্থু ঐভোন্দদি অকায়বা লৈ।

—নহাক্না কাওথোকপীররা পুন্সিসে হিংবগী কান্নবা লৈতে, পাও পুন্নমক তারগা ননাক্তা লাকচরনি, নহাক্কী থম্মোয়গী অশেংবা থুংশিবত্থু পীবা ভমত্রবস্থু ঐবু নচল অমগুম্নদি থুংশিবীয়ু।

—শাংনা ঙাঙনরুবগী করিবু কান্নরিবগে? নহাক চংখ্রো, মী তাখি উখিবা থোক্লবদি ফজদে, নহাক্কীস্থু ময়েং তাবনি। হৌথিবা মতমগী রা কাওথোকপা তস্যু।, নহাক চংখ্রো ঐ নঙগী রা তাবা পামত্রে।

চিত্রানা পিরাংনা থুক্কংলবা মিংক্না অনিত্থনা বীরেন্দ্রবু য়েংলথনা হায়রকই,

—শোয়দনা চংচখিগনি, ঐহাক মফমসি থাদোকুনা নহাক্না অমুক উররোইদবা নঙগী মিংয়েংগী রাংমদা, নঙনা ঙসি তারিবা থোনজেলসিনা অরোইবনি। নঙনা থুংশিবীত্রবী ঐসে অমুক হন্না শক ঊংলরোই ভাইবংসিদা।

—চিত্রাবলি, নহাক্না ঐবু অতুক হাক্নদি রারোগনু, মসে নঙ ঐগী লাইবক্না তম্নমদবা হায়বত্থনি, নঙগীস্থু ঐভোন্দগী অহেনবা অমা য়েংখ্রো, নহাক লৈশাবীনি অতুক থম্মোয় পিক্লিবা করিগীনো?

—চংচরগে, কনাদস্থ রারোবা তৌজদে, অরোইবা ওইনা ভিক্ষ্যা অমতং নিজরী মংদি, নঙগী থুয়াগী উফুল ..., মতুতদি পীনরীযু, পাপ চেল্লবা হকচাং অসি পুন্থনা চংখিবদা তাইবংনা উররোইদবা লম্বীদা, মতুতনা পুন্যগী লম্বী ফংজখিগে।

অসি হায়রম্লগা চিত্রানা থোঙজিন্দা মথুং পায়হনা লেপ্লীবা বীরেন্দ্রগী মখোঙ তম্না নোম্বরকই অতবু বীরেন্দ্রনা খোঙ অহু লোনশিনখ্রে। নীংবা কায়রবী চিত্রা অমুক্তস্থ ইকাইবগী পোংলুম অমা কোকশক্তা খোনগংতুনা তপ্না থোকখ্রে।

বীরেন্দ্র মিংকপ থংথোক থোকত, কোইদৈ লৈহনা য়েংই কনাস্থ লৈবা উদে, ফুক হৌগংতুনা থোঙ হাংদোক্লুনা মপান্দা পেরকই। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরম্লে, অমম অঙান শিন্নরম্লে; ঙাইহাক লেপ্লগা ইমুংদা অমুক চঙলক্লে। অমুক তুমথবা তৌদ্রে, মনাক্তস লৈবা চৌক্রি অমদা ফম্লহুনা মন্নি-মন্নিবা কাহগী মহুংদা থদাং মেংতুনা মঙন্থগী মরমদা রাখল তৌই। ইস! করম্বা মঙন্মে-গ্ অস্থক কুইরবসি অস্থন্না অমুক্তা মঙখিদ্রি। মহাকপু অসিদা লৈতে হায়বস্থ ভাই, ঐগী পাওসিবু মহাক তারম্লগব্রা? মানা ঐবু য়াম্লদি নীংজখিবনি, করিগুম্বা তারম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরোই। ঐস্থ থম্মোয়দি ওখাক কনবা জাংনি, ঐঙোন্দগী মহাক হম্না হম্না ইকাইবা নংগ্রবনি। অস্থম্না থল্লিন্ডৈদা নোং পুম্নমান ঙান্দুনা মী পুম্নমক হৌগংনখ্রে। বীরেন্দ্র অয়ুকী মায়-মিং শেংদোক্লগা মোড়া অমদা অমুক ফমহুনা রাখল তৌই, ঙসিদি চিত্রাবু থংনুং নুংশিরকপগুম তৌই। অমুক কুইনা নুঙ ওল্লুরবা মাগী থম্মোক্ল ঙসিদি লশিংগী মতৌগুম্না থোংক্লে।

বীরেন্দ্র ফুক হোৌগৎতুনা সুরজখোয়দা লাক্লে অতুগা সুরজনা.

—চিত্রাবলিবু সিদা লৈত্রা ?

—থঙদে করিগীনো, ঙসিদি লুহোংলবদাইসিদা ফুংশিরকলত্রা ?

—অঙইবমক্লি, ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা কম্না ফাওবক্লি ।

—হৌধ্রবা য়া নীংশিংলগা করি কাম্নখিগনি, নীংশিংগদবা মত্তমদদি মীবু ইকাইরা পীতুনভা লাক্লগা, অমধ্রবা ফংলরোগদবা মতমসিদা নীংশিংলক্লিত্রা ? মঙবুদি শোয়দনা মাগী দম্ব পুরগদবনি ।

—মহাক্লবু য়ায়বদি হৌজিকমক মাবু পুতনা কদাইদমো অমা চৎখিন্থ-ক্লাও ঐ ঙমগনি ।

—করিনোমে মসিগী হুপাস্নিযো, নঙবু ঙাওরবনো, পঙঙাঙদা ঙাঙ-লিবত্থবো ?

—ঙক্সি অহিংগী মঙদা মহাক ঐগী মাক্তা লাক্লম্মী অতুবু ঐনা এম্বু থাম্হোক্নীত্রে ।

বীরেন্দ্রনা মঙগী য়ারী পুম্বা লীহুনা সুরজবু তাহল্লে । বীরেন্দ্র মতম অমদা চিত্রাগী খুদোলপোৎ লৎনখিবা অমদি মথোয়গী ওঙ্কিস্তা লাক্লম্বদফাও মানা কৌখিদবা পুম্নমকসি মীংশিংলুরগা থাংকম খঙ-লবা য়ারে । মশানা মশাবু নিন্দা তৌজরকই, মাগী য়াথলশিংতু কোক্লবা সুরজনা নুংঙাইবা য়ারী কয়া লীহুনা তাহল্লে । পুং তয়া-রোম তারে, থেংলে হায়হুমা সুরজনা বীরেন্দ্রবু মমুমদা থিনবীরক্লে ।

লোমদদি চিত্রা জ্ঞান য়াওদমা কমুংদা লৈরম্লে । ঙসাই অয়ুক অঙনবদা মাগী লৈকোলদা চঙহুনা লৈথোঙ শেংলম্মী, কোযনা চৎ-হুনা লৈশিংহু য়েংলম্মী । অহুদগী চঙলকুনা কমুংদা হিপখিৰনি ।

শোরোনা অমুকী তৌমদবা থমক লোইরগা মচানুপীগী মনাক্তা চঙ-ছুনা নশা ওমত্রবরা হংই, চিত্রানা করিগুম্ তৌ:দ হায়বদগী অছুদি পুত্রী মচৌবদা ফি অম'নিদং শুলোকলুখিগে হায়তুনা চংখিবনি। ফি শুবা লোইরগা ঈরু-মারথজতুনা ঈশিং শোরুগা হল্লকুনা চাকথুমদা চঙখ্রে। প্রশান্তম্ চাক চারগা তপ্না চংলো হান্নহুনা থায়্রে। শোরোনা চাক লোইরতুনা মচানুপীবু হৌদোকপদা তামন্দতুনা কা:থেল হাইদোক্কুনা য়েংলুবদা তৌরম্লিবা মতৌহ উবদা শোরো পাখংপগা লোয়নবনা প্রশান্তবু কৌরকই। আত্রবদা লৈকাইগী মী অতে অমুক কৌরকই, ময়াম চেনশিল্লকুনা চিত্রাবু থাইকম্লরি। চিত্রা মৈক্তাকু খাঙবদা মশাহ হাই-হুম্রি। শোরোনা, ইমাগী ইবেম্মা, করি মতৌ-নোনে নঙনা তৌরিবম্রিবো, মতম অমুক কুইনা ফায়নকুরবা ইচাবু ওয়াংদা ইমাগী নাক্তা লাকলগা ইমাদা উহল্লম্রিবসিবু করি মতৌনো, মঙলা তাইবংলনে চিত্রা, নঙনা ইমাবু লক্লম্রিত্রনে ইবেম্মা হায়বা কপ্পকই। চিত্রাবলি থ্রো থাওরা ওমত্রে, মিৎত্রা অনিহু পিরাং ঈহৌ-রহুনা অরোইবা মিৎয়েংনা মমাদা চিংনা য়েংলি। চিত্রাগী মচিন-মরৈ পুম্বা পুম্নু মুশিনখ্রে। শোত্রো রাম্বতুনা লৈমায়দা তুথখ্রে। অকোইবদা লৈরিবা মীয়ামতুনা চিত্রাবু কৌহুনা কপ্পী। প্রশান্তমু মোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই, তৌরমলিবা মতৌহ উবদা মামু জ্ঞান তাত্রে। থুনমক হোসপিটালদা পুরম্নি হায়তুনা চিত্রাবু শাম্রীদা হাপকংখ্রে। নলিম্ চেল্লকুনা মামু চংপা য়াওখ্রে।

নরুবনীনা তৌনরীবশিংহু বীরেনম্ তাই, কনা ওইরম্রিদগে হায়-তুনা ফনা শাংনা চেম্বোক্তুনা য়েংলম্মী। চিত্রানি হায়বা খঙলহুনা

নীংঙনদনা অমুক চঙলক্লুনা শুমাং মতোন্দা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈররে। ইমুংদা অমুক চঙলক্লুনা রাখল তৌই, করিগুম্বা শিখিবা তারবদি ঐহাক ওস্থোক্লা নীংঙমলরোইদকো, লৈখিদবা তারবদি মহাক তশেং-নমক ঐনা হাৎপনি। বীরেন্দ্র মকোক ঙাওহ্নুনা ফমুংদা হিপ্পি। বিজয়েন্তি চঙলক্লুনা বীরেন্দ্রগী মনাক্তা লেপ্লে। মবুংগী মতৌ উবদা সুংঙাইতবা পোকই, তপ্পা মপাল্লোমদা থোকখ্রে। মাস্থু চিত্রাগী মরমদা সুংঙাইতহুনা কল্পী।

প্রশান্তা খ্বাইদগী কনবা ম্পিক্তা গারী থোরকই। লম্বীদা প্রিয়ানন্দ থেংনরে, গারী থামলমদে, মাস্থু লাকও হায়হুনা ঈক্লিৎ পীরম্মী। নন্দস্থু চিংনবা অমগা লোয়্ননা গারী মমান্ন লৈহুনা লাকলে। অহুবু পূম্নমক অরেম্বা তাখ্রে, চিত্রাবলিগী মমিৎ অহু অমুক হন্না পাংলকখিদ্রে। সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে।

থোদোসিদা প্রিয়ানন্দ খাঙবা ঙমদ্রে, করি তৌগদগে হায়বা কাওখ্রে, লেপ্পা ঙমশিন্নকদ্রে। চিত্রাবু কৌবা লাকপরা হায়ববু সংস্কার য়াওবা লাকপা তাখ্রে। মফি হোংদোক্লুনা মাস্থু ময়ামগী মরক্তা চঙশিনখ্রে।

কপ্পরিবা মীয়ামহুগী মীকপথোলহু তাবদা বীরেন খাঙবা ঙমদ্রে, মমিত্তুগী পি শিন্থরকই। হৌনবী নতুংইন্না চিত্রাবু পুথোক্লুনা মৈ চুবা হৌখ্রে। মৈ অহু তপ্পা তপ্পা লিরি লিরি চাকথৎলকলি, চান্দ-রাগী ফিরাল অহুনা অমুক রাংথৎ অমুক নেমথ তৌহুনা ফর-ফর ছাষ্টরহুনা নীংঙমদ্রবা অঙুতাপকী মৈরীদা চাকথেকলবা চিত্রাবলিগী হকচাংগী অন্নাবা য়েংঙমদ্দবগী মতৌ উৎতুনা কয়াদা ন্নানা থাঙলিবা।

মতম ফনা পেংজিনথ্রে। সোমদা বীরেন্দ্রগী বর যাত্রাগীদমক থৌরাং তৌ.র অহুবু পুন্সিগী অচৌবা মঙ্গল যাত্রা অহুদা অশিবা থেংনরবদি ও-মঙ্গলনি হায়হুনা লৈনরে। চত্তবদি য়াদবনিনা ফনা কুপনা লৈরবা মতুংদা যাত্রা তৌহনা থোরক্লে। গারীনা পরেং শানা মরী মরী থোরক্লি। তুংঙহিরবা হুমিংনি অহুবু বীরেন্দ্রগী মায়থোংদা অরাবগী মমি অমদি ত রি।

নৌরবী চিত্রাগী হকচাংহু শারবা চিন্তাগী মৈরীনা রাইশিল্লক্তুনা মৈরী ফাংনা চাকথংলক্লি। 'মহু উবদা বীরেন্দ্রগী থস্মোয় পুবা ভস্ম-শিল্লক.ত্র, তুমদনা মঙ মঙলে, মশাহু হুমাংনা পুমলুপ লুপথ্রে, চৎলি-বহু কদায়দনো হায়বা কাওথ্রে। মঙগী রারী নীংশিংলকই, হৌমা তুংঙাইতনা পোকই, হৌথ্রবা রারী মথং মথং নীংশিংলকই।

—তামো, ঐদি নঙসে ওংথা থাজদেবো।

—(বীরেন্দ্রনা নোক্লহুনা) করিগী থাজত্রিবা?

—নঙসে নেংমদি ঐবু থাদোক্লগা অতোপ্পা তুপী অমগা লুহোংখিগ-দবা মাল্লি, অহুমকা তৌরবদি ঐদি লুহোংবা তুমিংতুদা হেক্তা শিগনি, মসে ঐগী থস্মোয়গী অশেংবা রাহৈনি, ঈশ্বরনা খঙসগে।

—হে, অহুম্মা হায়বা হৌনদে, করিগী শিগদোয়রিব্যনা? শির্বনরা মীনা হায়বদি য়াদে।

বীরেন্না ফাগী ওইনা হাপ্পরবসু চিত্রাদি অশেংনা মথোল নীক্লা হায়খিবনি। চিত্রাগী মতৌহদা বীরেন্না,

— নহাক্লা থাজনবা করি তৌ হায়বগে, হাপ্পসু হায়খিবহুনি, হৌজিকসু লেপ্লি নঙগীদমক, ঐসু নঙনা সিদা লৈবসি পামজবনি, ওসিমক্ল চৎথ্রসি, কনানা খঙগনি নঙদি লৈশাবীনি …।

—অহুম্না ঐবু ইরাল শিবীগনু।

—নওনা ঐবু থাজদবগুম ঐস্নু নওবু থাজদে. অতুনা ঐদি নঙগা য়া থুনা লুহোংবা পায়ে। চিত্রানা অমুক ফাগী তৌরতুনা.

—হোয়নে, হেক্তা হোংলগা লোইরেনে, অদো লৈ হুকপদি ফজন শেম্নগা হুরকউকো।

বীরেন্দ্রনা মোমোন নোক্না চিত্রাবু মিং কুপ্তুনা য়েংখি। মহাক্না চাননা হায়রকপদদি চিত্রানা হেক্তা য়াখিদে। মহু বীরেনবু গুংশিম্বনা নত্তে, যুম্বানবগী লম্বী গুংডাইবা নত্তে, অরাবদা খোঙ থাংজনবনি, মাস্নু থরা লৈখিগে, বীরেন্দ্রম্নু ফিরেপ চানা লেপখিসগু হায়না খনবদগীনি।

রাথলদা লুপখিবনা বীরেন্দ্র হুপী ময়ুম য়ৌরে হায়বা খঙ্ঙে। গারী থাম্নহনা মহৈ মহৈ কুমথনরে, কনাগুম্বা অমনা বীরেন্দ্রগী মরেংবান্দা পোপ পোপ থাহুনা কুমলসি হায়রকপহুদা ভাব তারকই। গারীদগী তপ্না কুমথহুদা চঙলক্লে, দিহুত্তিনচিংবা ওকপা লোইরহুনা লুহোংফান্দা কমগ্রে। জ্ঞান য়াওদবা মীগুম ইতিং তিংই মখোয়না তৌ হায়বতা তৌই, লৈ হুক্লমদাইদা বীরেন্দ্র খংম্নয় পুবা ঙমখিদে।

লুহোংবা লোইরে, হুপী থিল্লক্লে, ময়াম চাবা থকপা লোইরে। চাকশঙদা চঙলকুনা দত্তিগুম চাকলুক মপান্দা ফমলমলগা হোগৎগ্রে। অনৌবী লাকপগী নীংথিনা লৈতেংলবা কাহুদা চঙলকপদা স ইদ টেবল মথক্তা অঙৌবা চেথাও অমা লৈরম্মি। য়েংলুবদা চিত্রানা ইরম্বা চিঠিনি খঙলে। নলিনিনা হুপী য়েংবা লাকপদা নারোলদা থনম্বনি। ফাক্তোকুনা পারুবদা অম্বম্না ইরম্মী —

"য়াইফবতা ওইরকউংকো লাইবক ফংবা ঙাসিগী বর, ঙসিদম্মু নত্তনা মতম চুপ্পদা অরাবা মশক খঙদনা লুংঙাইনা পাল্লকউ পুন্সি পোলোই ফাওবা। নহাক্কী য়াইফনবগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। ঙসি নহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী লুংঙাইরবা লুমিংসিদা লাইরবী এনা পোংপাং করিম্মু পীরম্মা ঙম্রমজে। মতিক চাত্রবা খুদোলপোং অমত্তংদি চম্মা থম্মোয় শেংনা পীজরমগে খঙবনি অদুবু ......। মদুগী থৌনাদু নহাক্না লিংবীখিবনা হন্দক মপোক্কীদি লাইবক থাবী হায়বদু ওইরে এহাক্তি।

মতম অমগী নহাক্কী,
চিত্রাবলি।

তেল্লবা রাহৈ মঙা তরাদু হঙ্গিন-হঙ্গিন পাক্করগা মচিন্দা তপ্না শোল্লকই, "মতম অমগী চিত্রাবলি! হৌজিক্না মতম চুপ্পগী ওইনা চংথ্রবী, অমুক উবা ফংলরোইদকো নহাকপু। ঙসিম্মু এগী মঙ্গল-গীদমক বর পীরম্মি, এগীদমক অকনবা খনবারম্মী অদুবু নহাক্তি চং-থ্রেদো মপোক অমিনগী ওইনা। এগী পুন্সিনা নীংঙমদবগী মৈরীনা চাক্লুনা লেলহোরে"।

শোরোনা নীংঙমদবদগী কপ লাওবগী খোঞ্জেলনা বীরেন্দ্রগী রাখল থুগাইবতা নত্তনা অরাবদা অরাবা হাপ্লি, খোঞ্জেলদুনা মাগী মকোক অদু চিংখাইখিগদোরে। শোরোনা মচাগী মৈচাক খাঙবদা ওন্না-থোইনা কপ্লি, "ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু করি ওইরসিগে, ইমাবুম্মু লোৌররোনে চিত্রা, চিত্রাবলি ..."। মীকপথোল অদুনা বীরেন্দ্রগী নাকোংদা হন্না হন্না য়েররি, নীংশিংলকই, ঙসাই লম্বীদা মমাম্রবশিংনা

হায়খিবশিংহু, নঙস্মু মতম অমদা শোরদনা মাগী দম পুরকনি, অরাবা মৈচাক ফংলকনি, নঙগীদমক মানা কয়াদা রাজরম্বা, পুম্নমক ঈশ্বরদি উরিবনি। মপুক্কিদা থল্লকই, নোংদম্বগী থুংশেন্নি, নোংদম্বা মাবুস্মু রারৌই। বীরেন্দ্র ঙাংশিংনা কপ্লে, মালংদগী খোঞ্জেল অমা তাবিগুম তৌই, 'কপংকমু বীরেন, কপ্লিবহু মীনম্বনি মমল য়াওদ্রবা পিরাংনি, ঙসি হুংশিরিবা অসিগুম্না মতম অহুদা নীহাক্না মহাকপু ... । পুম্নমক অসি থোক্লমগদ্র ? মাদি অংশিংবা থম্মোয়গী হুংশিবিহুত্তবু পামজখিবনি, মহুদা নঙনা মবু হম্না হম্না ইকাইবা পীখিবনি''। খোঞ্জেল অসিনা মাগী নাকোংদা তত্তুনা মৈরি, মকোক পাযহুনা অরাবহু থাঙলি। চিন্তিহু কোল্লগা হায়দোকখি, "ঐবু ঙ বপীয়ু চিত্রা, ঐ লানম্রে, এবু ঙাকপীররোইদ্রা ?'' অাস হাংহুনা বপ্লি। তপ্না মপান থোরক্তুনা দারীদা ফম্মা, অহুস্মু খাঙংম থডদে, হৌজিকমক মাস্মু শিগ্রসিরা থল্লি। শায়া ঙসাইগথে বা রেন্দ্রগী মহৌ য়েংলম্বদগী তপ্না থোরক্তুনা বীরেন্দ্রগী লেংবান্দা পায়রগা হায়রকই, 'করি মতৌনো তৌবীরবা অসিবু, ঐবু ভাব তাবা ঙমজদ্রে'। থোইনা থুমলুদনা বীরেন্দ্র অহুম খপ্লি। মরম খঙদ্রবস্মু অরাবহু শরুক য়ায়রহুনা শায়াস্মু কপ্লে। ফনা থেংলবফাও বীরেন্দ্র ফমহুনা লৈরে, শায়া ইমুংদা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অম্মুক থোরক্তুনা বীরেন্দ্রগী মথোঙ কোল্লহুনা মপুক্লীং হুংশিনা কপ্লক্লে। বীরেন্দ্রনা শায়াবু হৌগংপিরগা শায়াগী মিংলুগী পিরাং তৈংথোকপীরে, মায়থোংহুদা মিং কুংনা য়েংল্লম্বদগী তপ্না লৌগৎলগা ইমুংলোমদা চঙলক্লে।

লোইরবা